# KANGNAIDRABA PHIJI

(A collection of Manipuri short story)

**By : Mani Meikam**
Luker Maning Leikai



অহানবা ফোঙবা : ১৫ সেপ্তেম্বর, ২০০৯

অফোঙবা : মৈকাম্বম ওংবী সুবদনি দেবীনা নোহাখোলপীদমক ফোঙজবা

মশীং : ৫৫০

মমল : ১২০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

কংফম থোকপা : অইবা

মখুম : অইবা



MANIPUR

ওঁ শ্রীমন্মহাগণাধিপতয়ে নমঃ



সুমুখশ্চৈকদন্তশ্চ কপিলো গজকর্ণকঃ।
লম্বোদরশ্চ বিকটো বিঘ্ননাশো বিনায়কঃ॥
ধূম্রকেতুর্গণাধ্যক্ষো ভালচন্দ্রো গজাননঃ।
দ্বাদশৈতানি নামানি যঃ পঠেচ্ছৃণুয়াদপি॥
বিদ্যারম্ভে বিবাহে চ প্রবেশে নির্গমে তথা।
সংগ্রামে সংকটে চৈব শশিবর্ণ চতুর্ভুজম।
প্রসন্নবদনম ধ্যায়েত সর্ববিঘ্নোপশান্তয়ে॥
অভীপ্সিতার্থসিদ্ধ্যর্থং পূজিতো যঃ সুরাসুরৈঃ।
সর্ববিঘ্নহরস্তস্মৈ গণাধিপতয়ে নমঃ॥
সর্বমঙ্গলমাঙ্গল্যে! শিবে! সর্বার্থসাধিকে।
শরণ্যে ত্র্যম্বকে! গৌরি নারায়ণি নমোস্তু তে॥

# নোহাখোলগী মাইকৈদগী

ওজা মনিগী কলমগী ঈচেল কনখ্রে। ইং ২০০৮ দা শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোকখিবতা মঙাইরি; অদুবু ইকুই কুইদনা ব্রারীমচা তরামঙাগী অচৌবা লাইরিক *'কংনাইদ্রবা ফিজি'* চহী ওল্লকপদা মণিপুরী সাহিত্যাগী পূক্তেদা খূদোল তন্নকই।

চাথোক লৈবা কবি অমদি অইবসিগী হন্দক মশাগী অহানবা ওইনা পুথোক্লিবা ব্রারীমচাগী লাইরিকসিদা য়াওরিবা হীরমসি শাংই। নুপীগী, হূমেনিজমগী, মেতাফিজিকেলগী, ইন্টিগ্রিটিগী তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াদা অইবনা মাগী ব্রারীমচাশিং লাপ্থোরকই। মথেল-লূকোইনা থল্লবা লূক্রেন অপাবশিংদা খুলহল্লি। ফাগিগী নুংঙাইরবা মথেল অমসু হৈ থোংবগুম্না হাপ্লি। মশা মতম খরা ভারতকী লান্মী ওইনা তোঙান তোঙনবা ষ্টেটশিংদা লৈরুবনা লমকোই ব্রারীগুম অনৌবা ঈ-পাউ, লন্মীৎ-তুমিৎশিং য়াওবসু মাগী ব্রারীমচা খরদা থেংনৈ। মপূংদা ব্রারীমচাগী চপচাবা মতীং লৈবা ব্রারীমচা কয়া য়াওরবা ওঝা মনি মৈকামগী লাইরিকসি মণিপুরী সাহিত্যাগী পূক্তেদা খূদোল তন্বা ঙম্বগীদমক নোহাখোলনা নুংঙাইবা পোকচৈ।

লাইরিকসি নোহাখোলগী ৭২শুবা পব্লিকেসন্নি।

তাং ৭-৯-০৯ ইং<br>
নিংথৌকাবা

খ্বাইগী<br>
মুহেন চোংথাম<br>
জেঃসেঃ, নোহাখোল,<br>
য়ুরেম্বম

# ꯄꯃꯇꯕ ꯄꯦꯅꯣ ꯅꯊꯛꯣ

ꯄꯦꯁꯅꯨꯒꯤꯒꯤ ꯇꯃꯇꯪꯖ ꯍꯦꯖꯇꯊꯌꯀꯒꯤꯃ ꯀꯇꯤꯌ ꯑꯖꯃꯨꯇ ꯇꯥꯐꯑꯥꯊꯕ ꯇꯃꯃꯃ ꯌꯂꯤꯒꯤ ꯅꯨꯇꯦꯅ, ꯍꯥꯃꯨ ꯇꯥꯍꯦꯃꯨꯊꯕ ꯄꯦꯅꯔ, ꯀꯊꯨ ꯌꯥꯅꯇ ꯅꯨꯒꯤ ꯌꯥꯅꯕꯤꯂꯤꯌꯒꯤ ꯑꯖꯐꯇꯅꯖꯕꯤꯊꯤꯕ ꯇꯃꯃꯃꯂꯤꯒꯤ ꯄꯨꯇꯕꯤꯂꯤ ꯄꯨꯃꯐꯥꯌꯄꯕ ꯒꯤꯃꯇꯕ ꯄꯦꯅꯔꯇꯥꯖꯃ ꯂꯤꯒꯨꯄꯃꯨꯇ ꯅꯇꯅꯤꯕ ꯌꯥꯒꯤ ꯄꯦꯊꯤ ꯀꯄꯦꯂꯨꯄꯇꯤ꯫ ꯀꯇꯦꯕꯨ ꯌꯍꯃꯇ ꯂꯥꯐꯇꯅꯤꯕ ꯇꯥꯇꯃꯪ꯫ ꯄꯦꯅꯔꯒꯤ ꯅꯄꯪꯔꯃ ꯀꯍꯃꯒꯤ ꯅꯊꯥꯇ ꯒꯨꯐꯊꯌꯒ ꯀꯦꯁꯂꯤꯌꯨꯃꯕꯇꯤ꯫

ꯌꯥꯒꯤ ꯄꯦꯊꯤ ꯀꯄꯦ ꯌꯇꯤꯅꯌ ꯄꯥꯑꯅꯥꯔꯒꯤ ꯅꯄꯪꯔ ꯄꯪꯊꯥꯌꯃꯒꯤ ꯇꯥꯐꯥꯌꯄꯃꯨꯇ ꯑꯒꯍꯅꯤ, ꯀꯂꯤꯃ ꯌꯅꯦꯕ ꯒꯤꯕꯤꯊꯌꯅꯤꯕꯤꯒꯤꯃꯀꯌ ꯇꯨꯒ ꯌꯂꯤꯕꯨ ꯐꯤꯒꯒ ꯊꯥꯌꯃꯥꯌꯄꯊꯤ꯫

ꯇꯦꯅꯊꯤꯌꯂꯤꯕꯨ ꯊꯥꯌꯃꯥꯌꯇꯕ ꯑꯥꯕꯇꯇꯕꯃ ꯀꯍꯪꯌ ꯒꯤꯌꯕꯤꯊꯌꯅꯤꯕꯂꯤꯌ ꯌꯄꯨꯃ-ꯌꯊꯦꯖ ꯅꯪꯌꯂꯤꯖꯕꯤꯊꯌꯅꯤꯕ ꯌꯥꯍꯦꯂꯤꯌ ꯇꯥꯅꯇꯇ ꯒꯨꯊꯪꯂꯀꯤ ꯀꯤꯌꯥꯅꯂꯤꯌ ꯒꯨꯃꯇꯀꯌꯒꯨ ꯍꯥꯕꯤꯀꯔ ꯅꯥꯕ ꯁꯕꯄꯕꯒ ꯇꯥꯅꯇꯇ ꯐꯤꯕꯒ ꯊꯥꯌꯃꯥꯌꯄꯊꯤ꯫

ꯑꯈꯣꯁꯤꯡ:

ꯀꯇꯤ ꯀꯥꯁꯦꯃ, ꯏꯨꯝꯐꯥꯜ

## য়াওরিবশিং

# চাক্কৌ দক্ষিনা

শক্লোন য়াম্বী 'মেরাগী থাজ' চৎখ্রে মহৌশাগুম তপ্না মোঙ হাদনা। থুংলরে ঙসিনা ওমচাক্লরবা পূক্লিংগা ইরোয়না 'হিয়াঙ্গেগী থাজ'। নঙতবু খৌরাংনা ঙাইজরীবা মৈতৈ চনুরাশিংনি। তনৌরবী খূৎশা মশীং থেক কৈদৌঙৈ লাক্কনি খঞ্জ, 'নিঙোল চাক্কৌবা মপাউ' নুংঙাইবদো।

লাইবক ফরবী নিঙোলশিংনা মপাউদু থুংলদ্রিঙৈ অপাম্বগী মঙালন্দ ঈরাক্লরি ব্রাখল কয়ানা 'লৌ শঙম অমতং, অনৌবা গাড়ি অমতং, কম্পুটর সেট অমতং, ফ্রিজ অমতং, দুকান প্লোট অমতং 'দক্ষিনাগী'।

'লাইরবী নিঙোলশিংগীদি হায়দোকপদি ঙস্লোইদবনা লকানুংদা ওমচাক্লা তরাগী ব্রাখল খল্লিএ। লায়রবা মবুং-মৌপ্পা, মপা-মতোনগীদমক, ঙমজবা তৌজনি চাক্কৌবীরিসি ইমায়নি।'

মবুং-মৌপ্পা অমা ওইনা মচে-মচল, মনেশিংগীদমক করিগী খুজাই অমতং, কম্বল অমতং, ইন্নফি অমতং, দক্ষিনা ওইনা তৌগনি। ঙমদবনা শীন্নবনি, য়ান-য়ানবা। মসিগীদমক নিঙোল ওইবীশিংসু খরদি খস্তবীবা চুমই। মখোয়না পীরমগদবদি মঙ্গোল আশির্ব্বাদ অদুখক্তনি। 'নুঙাইজরো, পুন্সি নুংশাংবা ওইদুনা অহলগী সেবা ঙম্বা ওইয়ু।' মঙ্গোল অসিমক অব্রাবা চৈথেংদু খরদং শাফরম্নবনি, খুদক্তা ফংগদবা নত্তে য়াম্না তপ্পা।

ঙসি বিনোদ কুমারনা চারম-থক্লম্বা চিঞ্জাক কয়া খঙ্কক কক্তুনা হেনখিবসি মদুগী মরম ওইরম্মী। মপাবুং লৈখিদবগী হাকুম চাক্কৌখিদ্রবনি। কুমসিনা মমা লৈখিদবগী কৌরোইদৌরি। নোংমৈ-মথংগী চহিগীদমক থৌরাংদু তৌশিন্দবা য়াদে— 'লানবুংদা খোংদাদ্রিঙৈ হান্না নোংমৈ মরু হাঞ্জীন্দুনা থম্বগুম তঙায় ফদবা।'

য়ুমগী লৈতবদি কনানা খঙবী-উবীগনি। ঈজ্জৎতুনি তান্নরিবা ঙসিগী সমাজদা, অহেনবা লমজেল।

লমজেন্দু য়াওনবগীদমক শক্লোন কয়া লৌবা তারকই, ইকায়-ইকি থাদোক্তুনা। অয়ুক-নুংথিলগী মতমদা দুকান ফম্বা য়াওরুই। নুমিদাংগী মতমদা

শক্তম লোৎতুনা রিক্লো থৌই। বন্দ, ব্লোকেট মনুংদনা অতৈ অফংবা থবক তৌবা চৎলি, হরাও কুম্মৈদগী নাথৈদুনা।

হৌখিবা খঙহৌদে মতমগী ঈচেল, নাথৈগ্রবদা বসন্ত ঋতুনা কুমারগী মফমদগী ! নোংমা অঙনবা অয়ুক্কী মতমদা য়াম্না থজাদনা মমান্নবা অমা লম্বীদা থেংনরমই। মহাক্না হিংননবগী পোরম অমা তাক্লদুনা হায়রকই—

'মরূপ ! মোরেদা কারবার তৌরবদি নহাক্কী নারিবা পুন্সি মরেলদু নোংমদি শোয়দনা শাফরক্কনি। ঐগী হন্দক দুকান খরা শাগৎলিবনি মদুদা মফম অমা খাকপীরন্নগে।'

স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম হরাওজবা পূক্নিংনা চঙশিন্দুনা মরূপকী মখোঙ ফাওবদি পায়দুনা খুরুমখিদে; অদুবু মখুৎ শোক্লগা হায়জরকই —

'অশেংবগী ?'

'অশেংবগীনি। অকূপ্পা ব্রারী-ব্রাতায় শান্নবা হোরেল অমুক্তং উন্নখিসি খরা থুরেকো, মরূপ; য়ৌশিঞ্জরে।'

মরূপ্তু তহা-তহা চৎখ্রে, নুংঙাইবা মপাউদু থনম্লগা। করি খল্লক্লবনো বিনোদকুমারদু খঙহৌদনা, হরাউবগী মীনোক অমা হৌনা লম্বীদুদা মথন্তা নোকহৌই— 'হা ঃ হাঃ হাঃ'।

হৌজিক্তা কপ্তুনা লাকখিবনি মহাক। অদুবু মহাক্কী অপাম্বদু তারমদুনা খুল্লবদা, থেম্মরুবা কনা য়াওদনা, কপ্লম্বদুগী মহুত্তা হৌনা নোক্লকখিবনি মীনোক্তু- 'হাঃ হাঃ হাঃ'।

মণিপুরদা হৈ-শিংলবা কারবার ব্রালা খরনা চমজরবা নহারোল কয়াদা নমথাক্কী উৎ চাইশিন মখোয়গী শীকার ওইহল্লি। উৎ চারবা শীকারীনা, চমজরবা কয়া অমসু লাংদুদা থুমিন্নবা কৌশিল্লি।

'তেল্লবা লৈরাংগুন্নবা পুন্সি, খাংড়ুথক্তা কেল্লি চোইজাইননা,' কেনবদা ঙমদ্রগা তেরা ককচেং ওন্দুনা কাখৎতুনা লৈখোক্তুদা চিক্লি হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়ারক কেন্নবা।

মীগী অব্রাবা উরগা নোকপদি মখোয় খক্তনি তাইওন্নবা। মখোয়দি ইনাকখুনবসু থুই, পুন্সিসু তেল্লি, খঙনরকপদা সমাজনা।

ঙরাংদগী মোরেদা খোংদাখিবা ঙসিদি অনৌবা ফিজোল হোংলে। অহানবা শিড়ী অনৌবা ব্রাখল, অনীশুবা শিড়ী অনৌবা সংসার, পেনবা নাইদ্রবা ময়াগী সংসারদুদা ইরাক্লখ্রে বিনোদ কুমারসু। হোংখ্রে পম্লৌ শঙ্গাই অমনবা শীথদুনা অনৌবা ম্না কোনুংগুম্না পূম্নং লঙ, অদুবু মচে অহলদি পামজদবা ফোঙদোক্লুনা হায়রকখি—

'ইবুংঙো ! নচেদি হুমাংমলগী শেন্দাল অদুনা হেন্না পামই।'

অতৈ মচেশিংনা মৌপ্পাগী মতিক মগুণবু থাক ব্রাংনা থাঙ্গৎলগা হায়বীরকই—

'নীপা থোকই ইপ্পাদি।'

চাক্লৌ মমাঙনি। অরৈবা মবুং মৌপ্পাশিংনা বাজারগী দুকান মমাংদা কিউ লেপ্লরে। মচে-মচল, মনেশিংগী অপাম্বা পোৎ-চৈ লৈনবা। অদুবু লৈজদবা মবুং-মৌপ্পা, পলেম-পম্লৌশিংনদি লৈকায় মমাংদা ঈজৎ অদু ঙাক্লনবা মখোয়গী লৈজরম্বা লন-থুম ফাওবা বন্ধোব থম্নদুনা মচা নিঙোলগীদমক হোৎনরি। তশেংনমক হিয়াঙ্গে থা অসি মখোয়গীদমক্তি নাথৈদুনা চৎহন্নীংঙি, পামজরবসু নিঙোল ওইবিশিংনা 'চাক্লৌবা'।

চহী অনী চাক্লৌরুদ্রবা বিনোদকুমারগী মচেশিংনি। হন্দক মহাক্লা ফিরান মমায় চুমখৎলকপা মতাংগা ওইবনে মচেশিংগীদমক মশক থোকপা দক্ষিনা তমদুনা চাক্লৌনিংই। মহাক্লা নুমিৎ মঙানি ব্রাৎলিঙৈ মচেশিংগী মনাক্তা চৎতুনা চাক্লৌবা মপাউ হায়বা চৎলি অমসুং মচেশিংগী অপাম্বা দক্ষিনাগী মরমদা হংলকই। মচে অহন আনন্দীনা হায়রকই—

'ইবুংঙো, দক্ষিনাদা হিদান্নরুগনু। নঙনা ঙমগদবা করিনো খরা তৌবীরম্বদো ঐখোয় য়াই।'

মথংগী মচে রাধানা হায়রকখি— 'ইবুংঙো, ঐগীদি চহী অনী চাক্লৌরুদবগীদমক খরা ফজনা তৌরম্মু অতৈদগী হেন্না।'

মচে য়াইমা অনুপমানা হায়রকখি— 'ইবুংঙো বিনোদ, ঐদি চাক চাবা নত্তেকো লাক্কদৌরিবশি অমদুগীনি।'

মচে বীনারানীনা হায়রকই— ‘অতোনবা, ঐগীদি য়ারে, নবায়গী গাড়ি অমা লৈগে তৌরিবসিদা শেল ওইনা মতেং খরা পাংশিল্লকউ।’

মচেদোন কুল্লপতিনা হায়রকখি— ‘ইবুংঙো অমুবা, ঐদি ফ্রিজ পামই।’

পূম্নমক্কী অপাম্বা তারবা মতুংদা ময়ুম হল্লকখি। চহি অনীগী মতুংদা চাক্লৌগদবা ওইবনা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক লৈবীরগে খনখি। তুংশিঞ্জবা শেনফম পুদুনা মহাক্কী গাড়ি থৌদোক্লকই।

তারমদাই কোরৌ লোইবী চীংয়া নকখ্রে। বজারদা মীয়াম কৃক কৃক ইন্ননা চিনখৎলক্লি। বিনোদকুমার মচেশিংগী অপাম্বা খূদোলপোৎশিং লৈবা লোইরদুনা রিক্সো ড্রাইভরদা শিন্নরন্নগা মহাক্কী গাড়ি মনাক তম্না প্রপ প্রপ লাক্লমই। গাড়ি মনাক হেক য়ৌবগা হান্নদগী ঙাইদুনা লৈরন্নবা নুপা অনী মনাক্তা খঙহৌদনা চংশিলক্লমই, অদুগা হায়রকই—

‘নহাক বিনোদকুমার নৎত্রা?’

মখোয় অনীদুগী মওং মতৌ অদুনা মহাক্কী পূক্লিংদা চিংনবা পোক্কুনা ঙাইহাক খল্লুরগা খুন্নকই— ‘নত্তে!’

ওইদবা ব্রাহৈদু হেক তাবগা নোংমৈ শৎতোক্কুনা মঙোন্দা কাপকে তৌরক্লমই। অদুবু হৈশিংলবা বিনোদকুমারনা মখোঙনা কাউথোক্লন্নগা য়াম্না থুনা মহাক্কী গাড়িদা কাখৎখিরমই। গাড়ি খুদক্তা থৌবা মীয়াম চীনবনা য়ারমদে, মরম অদুনা ঙাইহাক ঙাইরিঙৈদা অমনা নোংমৈ মরূ মরি-মঙা লেপ্তুনা কাপশিল্লক্লম্মী। লাইবক ফবদগী মঙোন্দা পান্দনা মহাক্কী গাড়ি মিংশেন্দা পাল্লগা নাম্থোকহৌরে। নোংমৈ মখোন্দা মীয়াম চরাংনরিঙৈ খুদোংচাবা ফংদুনা ময়ুম য়ৌরক্লমই। নুমিৎ অদুনা মহাক্কী পুন্সিদা অচৌবা পরা অমা তন্বীখি। মহাক্কী ব্রাখল ফত্তবা শঙ্গশিং অদুদগী লাপথোক্লগে হায়না খনবা হৌরক্লমই।

মথংগী নুমিৎনি মমান্নবশিংনা মহাকপু উন্নসি হায়দুনা ফোন্দা খঙহল্লক্লমই। অদুবু ফত্তবা থবকশিংদু মখা তাথনা য়াওনিংদবদগী বিনোদকুমারনা মখোয়গী মনাক্তা অমুক হন্না চৎলুখিদে।

চাক্লৌবা নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্কী মতমনি। বিনোদ ঙা লৈননবা বজারদা থোক্লক্লমই। অব্রাং দুকানগী ঙায়োনফম মমাংমক্তদা মহাক্কী মরূপকা তান

চান্নরদুনা থেংনরমই। রবী গাড়ি খান্নগা কৃমথরকই। রবী উবদা বিনোদকুমার ঙহানগী মতৌদু থোক্লগদ্রা চিংনবদগী মহাক্কী গাড়ি মনাক তম্মা চংলক্লমই। রবীগী মতুং ইল্লকপা খোংবুরোইশিংনা তান্নদুনা মাবু লম্বীদগী ফারমই; অদুগা মচিন ফিনা মেনশিলগা মখোয়গী গাড়িদা হাপচিনদুনা খুদক্তা পুখিরম্মী।

অয়ুক্কী পুং মাপল মখায়রোম তারক্লে। য়াহৌ ঙনগনবী পোম্বীশিং চাক্তাবা মহুমদগী পাইথোক্লরকপগুম নিঙোলশিংনা মফি-মরোল নান্না শেৎ-চাদুনা ঙমজ-ঙমজবা অথেনপোৎ কয়া খরনা, খাউদা খরনা কোম্পাক্তা, ফজরবা রুমাল অচৌবা অমমম্না কুপ্তুনা মপাম লমদম পাংনরক্লমই। অনকপনা খোঙনা, খরা লাপ্পনা গাড়িদা, খরনা রিক্সোদা মমা-মচা পূন্না তোংমিন্না ম্না শোরোক য়াম্বীথক লেম্না লেম্না পৈদুনা চৎনরি। কয়া অমনা চৎননবা মকে শেম্নরি।

বিনোদকুমারগী মচেশিংসু মথং-মথং য়ৌনরকখ্রে। চাকখুমদা থনম্বা মনা-মশিং আলু, হরাই, খামেন অশিনবা, বেশোন মখোয়দগী শেম্বা য়াবা লোংবা য়াবা মথেল, অঙৌবা, তাওবা তৌদুনা তরা লুকোয় লাংবা লোইশিল্লক্লে। অদুবু ইঙ্গাংগী মপুং ওইবা ঙাদি লাক্লিবনিনা পূম্নমক্কী পূক্লিংদা 'কৈদৌরবনো' হায়বা ব্রাহং অদুনা হংলি চিনবান থোংদা কাংথোকচবা ঙম্নদ্রবসু মচেশিংগী মপূক্লিং।

অয়ুক্কী পুং ১০.৩০ তাশিল্লক্লবদা চিংনবা হেনগৎনরক্তুনা ঙাংনবা হৌরকই—

'ইবুংঙোদুবু ঙানা নল্লবা জাৎলা? মাগী ঙা থোংবা মথেলদুদি য়াওদ্রবসু য়াবদুবু হৌজিক ফাওবা য়ৌরক্লি।'

মচে অহন্না মনাওশিংদা বাহংশিং অদুগী পাউখুম পীবা ওইনা হায়রকই—

'ইনাওশা ইপ্পাসি হল্লকমন্দ্রে। ঐখোয় তান্নরগা করিনো, কদায়দনো, কৈদৌরবনো হায়দুনা মায়কৈ খাইদোক্লরগা থিহৌবনা ঐখোয়দা ওইজহৌগদবা মাল্লিকো।'

রাধানা খুন্নকই— 'ইচে, ঙাইহাক্তং ঙাইখিশি।'

ঙাইহাক ঙাইরবা মতুং মপুরোইবশিংদা মৌপ্পা বিনোদকুমার য়ুমদা হঙ্গিল্লক্তবগী মরম খঙহল্লমই। কৈরোই-নৈকাইগী মচে-মন্দোনশিংদি মবুং মৌপ্পাশিংনা কৌশিন্দুনা হবাউ-হরাউ চানবা কৌশিন্নখ্রে। মখোয়না মৌপ্পাগীদমক

মিহুল শুদনা কোয়চেন চেন্নরি। মবায় মঙানা ইম্ফাল সহর ময়োম্দা উপ্পা লৈরম্বা উনা লোংথোকই, লোংনা লৈরম্বা উনা উপশিন্দুনা মশেন খোঙ্গুল লিদুনা থিরি। কায়নথংদা মখোয়গী খঙনবা পুলিস অমনা বিনোদকুমারগী গাড়িদি লম্বীদা নিয়ম কায়না খামদুনা থনম্বদগী পুখৎতুনা ইম্ফাল পুলিস হেড ক্বাটরদা লৈরে প্রমান পিরগা লৌরবা য়াগনি হায়রকখি।

পাউ ফংবগা, মবায় মরি য়ৌশিন্দুনা অকুপ্পা মরোল খঙনবা হোৎনরমই। মবায় অহন্না তশেংনা উহৌবা মীওই অমা থেংনদুনা অকুপ্পা ব্রারী খঙলকখি। কোয়চেন চেন্নরিঙৈ নুমিৎ তাশিনখ্রে। মমান্নবী মতারোয় কয়ানা মবুং-মৌপ্পা, পলেম-পম্বৈনা তম্বীরকপা দক্ষিনা পুদুনা 'ষণবীনা যন্নাওগা লোয়নননা শঙ্গোন্দা শঙ্গারকপগুম হন্নরকখি।' অদুবু বিনোদকুমারগী মচে মঙাদি মৌপ্পা থিবা খঙদবনা অয়ুক্কী চাক্লেন নোংখাঙনা, নুমিদাংগী চাক্লেন পিখম্না মপাম লমদম লমনুংশি অহিং মিংশেল খাঙনখি, তূমদনা ।

ঙরাং তাখিবা কৌরৌ থোক্লকই ঙসিসু পুংশিং কাইদনা, অদুবু ঙরাং চৎখিবা মৌপ্পাদি খবরগী লমায় মচিদা চেপ্পা য়াহিপ তম ঈখেংলক্তা মোংখাংনা য়াওরকপা নত্তনা হল্লকখিদ্রে হরাউনা !

কৈদৌরুনি মপামগী 'দক্ষিনা' লৈত্রবা মদুনিংথৌ মৌপ্পা নুংশিবনা সংসার অসিদা, ইচে নঙগীনা ফ্রিজনি, ইচে নঙগীনা, ইনভরটর, ইচে নঙগীনা পৈশা ওইনা দক্ষিনাশিংনা য়েংদুনা। কৌরিবগুম তৌরি মখোয়বু, হৌপ্রবদা নিঙোল চাক্লৌবনা মচেশিংনা হলক্লরোইদবা মৌপ্পাবু তেংথারি—

'ইচেমগী ইবুংঙো! হললেকখোও অমুক্তং হরাউ মোমোন নোক্তুনা ঙারিয়ে নচে ঐএখায়না নহাকপু।' ❑

# লৌখাওশেল

মেংলবা মেরাগী থাজনা হিয়াঙ্গে ফিজেৎ হোংদুনা লেঙলকপদা ঙসিদি পুন্সি সন্ধ্যা য়ৌরক্লবী, ফৌগী চরোং নীংথিজবী, মিপাইজরে পুক্লিং লৌপু মশক উবদা। লৌপুনা লৌরিথক্তা লেপ, মখুৎ থেক্লুনা পারঙ্গা নুমিৎ থাবান তারুবদা মশা তনিক তনিক্লকই। ফৌগী চরোং নীংথিবী পাউদম্নখি মথং মথং লৌকোন থুংনা মতারোই খিবীক্তা।

'লাক্লগনি ইতাশা, থৌরবা থাঙ্গোল খুৎপায় চেৎনা পায়, কক্লুনা ইঙকসে, নুংশাদা ফৌনবা; ফুবা, য়ৈবা, হুম্বা তাইবঙ মীগী অপাম্বা ঙম্রোই থিংঙুবা তোল্লবী নাপীগী জাৎনা খাঙজবা তাবনি, অব্রাবদুমক লাইবক্কী।'

লৌ খাউবা য়াবগী মপাউ তাবদা, মচা-নুপী অনীমক লবুক্তা পুথদুনা অয়ুক-নুংথিল নাইদনা লৌখাওশেল কোক্লবা হোৎনজরি, লায়রবী বিমোলা। নুমিৎ তরানি অয়ুক-নুংথিল লেপ্তুনা লৌ খাউরকপদা 'মেছিন্দসু লেপত্রবদি বেরা তৌরকই' হায়বগুম পঞ্চ ভুটনা শাবা দিহে ঙসিদি হেদো নাহে চন, তৌরাংথক্তা ওন্না থোইনা খাঙলে। থবক থৌদারমদাই, শেন্দোন কোক্লরমদাই মতমদখক্তনি লৈকায়গী মীওইশিং হৌ হৌদুনা লাক্লবা। অদুবু ঙসিদি তুমিৎ-য়ুরান ফাওবা লায়রবীগী মল্লবা খাঙপোকশংদা পাইরদ্রে। চারক-থক্লক্তবনা মতম য়ামশিল্লক্লবদা খরা-খরা শোকচিনখি হৌগৎ-কাংখৎ তৌবা ফাওবা ব্রাশিল্লক্লে। মচা নিঙোল অনীনা মমাগী সেবা মতোল লোম্না তৌবা ঙমজদে মীগী চমন শিংনবা হোৎনরিঙৈ।

ঙসিদি করি নীংশিংলক্লবনো মমা বিমোলাদো মচানুপী অহল মালেমঙাম্বীনা লৌবুক চৎলমদাই, থাঙ্গোল পায়দুনা হোবে হোবে থোক্লপদা নাহেরম্বা খোঞ্জেল লেপ্তুনা কৌশিল্লকই 'ইবেম্মা, লাকখো । নখোয় পরিক্ষা হায়বদুবু কয়াম ব্রাৎলিবগে?'

মালেমঙাম্বী মমাগী খোঞ্জেল তাবদা হেন্দোক্লুনা চৎপা ঙমদদুনা চংশিলকই। মমাগী মখুৎ পায়রদুনা তপ্না পাউখুমই—'ঙরাংদগী হৌপ্লে ইমা'।

মচাগী ব্রাদু তাবদা মপুক্লিং লৈতাদ্রবী মমা মচানুপী বিমোলাদা চাগদবগুম য়েংলগা মখা তানা হংলকই—

'এ ! অদুদি ঐগোন্দা করিগী হায়রক্লিবা?' মমা শাউখিগদৌরে খঙলবী মচানা মমাবু থেমজিন ব্রাহৈনা তপ্পা পাউখুন্নকই—

'ইমানা চাকসু চাদনা নাহেদুনতা লৈবদুদা হায়জদ্রবনি। লাইরিকসু ইপা পাহৌদ্রে কুমসিদি ইমাগী মতেং পাঙজরগে। মথং চহিদদি ইমাসু নাবা ফরনি। ঐখোয়সু কন্না হোৎনরগে, অদুগা পরিক্ষা থানবা। চৎলগে ইমা! পুং নিপাল মখায় তাশিনখ্রে। ইনাওনা ঐ লাকপা মায়গৈ য়েংদুনা লৈরন্নগনি। ঙসিদি ইনে থাবল্লেগী অকুৎপদু তুপ্লগা, অব্রাং তেরা পল্লিদা মাম্মা রাবৈগী লৌরাক্তা লানশিলক্কদৌরিবনি। চৎলে ইমা।'

শেন্বাংগুম পেং-পাং ঙাংলন্নগা মচানুপী মলেমঙান্বী চৎখ্রবদা, মমা খুমফম খঙদনা তুমিন্না মশাগী মরাল য়াজদুনা লৈহৌই।

লুখ্রাবী ওইজরবসু মচা নিঙোল অনীবু কন্না হোৎনা মেত্রিক ফাওবদি পাস তৌহন্নিংই । অদুবু মশাগী লাইথুং, ইমুংগী অরাৎপা নোংমা নোংমগী অশুম হেঞ্জিল্লকপনা পন্থুং অদু অসুম লাপথোকখ্রে। লৌপুশিংনা হংলরি—

'ঐগী লৌনা কৈদৌঙৈ খাউবা হৌগদৌরি ? ঙস্লোইদবা ওইরগনা পৈশা ওইনা ঙসি পীবিরো নৎত্রগা নোংমা নীনিসিগী মনুংদা হন্দোক্রবা তৌবিরকউ । নৎত্রবদি নয়ুমদা লৈরিবা পোৎশিংশি থাংবা লাক্কদবনি।'

অঙাং অনী লৌপুশিংনা থারন্নিবা অকনবা খোন তাবদা হিক্লা-হিক্লা মমা-মচা কপমীন্নখিবা ঙাক্তনি। পরিক্ষ্যা ময়াদা স্কুল কাহৌদবনা পরিক্ষ্যা য়াওবা ঙমখিদবনি। মখোয় মচিন-মনাও অনীগীদমক্তী থাবল ফরবা অহিং কয়া শারবা কালেনগী নুংশাগী মৈশাগুম্বনি। শিন্থরিবনি হুমাং তনৌরবী মায়থোং অনীদগী জ্-জ্, পিরাংগা ইরোয়ননা ব্রারী ঙাইহাক্তুং ফাওবা মচিন-মনাও পুন্না ফম্মীন্ন লৌফমশিংদকা শান্নবা শংজখিদে।

ঙসি নোংমাইজিং নুমিৎনি। অঙনবা অয়ুক্কী লিক্লা, কোরৌ মৈশা ফংলবদা ঙম্নমক তাকখ্রে। মতমসিদা মহাজন নবচন্দ্র মহাক্কী লৌখাওশেল থাদোকখ্রবা লৌফমশিং মথং মথং য়েংবা লাকই। লম্বী ময়া ওইবনা, নাম্থোকপা ষন্নাও অহুম মনিংতম্না চাদুনা লৈরম্বা মহাজন্না উরকখি। তারম্বা চৈ অমা খুন্দুনা ষন্নাওশিং অদুবু লাপ্পা তাম্থোক্ল-নই। হৌজিক মহাক শাওবনা মশা থক-থক নীকখ্রে।

*মচিন পেন্না মন্নাও মপুশিং অদুবু চৈবা য়াবা চৈরন্নগা হঞ্জিল্লক্লুনা মহাক্কী লৌফমদা য়ৌরকই। চরোং য়াওদ্রবা পাম্বীনা তরক-তরক হৌবদু উরগা অতৈ লৌফম য়েংনিংখিদ্রে মহাক বিমোলাগী ময়ুম তম্না গম-গম লাকখি। লম্বীদা মমান্নবা, খঙনা-চান্নবশিং থেংনবা ফাওবা কৌরমখিদ্রে। শাওমনখিবনা মপূক্লিংগী ব্রাফম অঙাওবা মীওই অমগুম মুরুম-মুরুম শোন্দুনা লাকই।*

'মী উশিত্তবা ! পৈশা লৌরমদাইদদি অহিং-নুংথিল নাইদে লাক্লিবা। লম্বী মপাম্নি, ঐগী হান্না খাউবীয়ু হায়বগী পৈশা ফাওবা মীনা পিনবা মমলদগী লুপা য়াম্খে হেন্না হাপ্লীখ্রিবনি। অদুগা খাওরমদে। ওইদবা ঙাংবী, মখোয়গুম্বী নুপীদা মতুং মনাও মীনুংশি য়েংদুনা লৌখাওশেল থাদোক্লুবা য়াপোৎ নত্তে।'

খঙহৌদে বিমোলাগী কোম্প্লোং য়ৌরকখিবা। লোল্লম্বা কোম্প্লোং লোয়না হাংদোক্লুনা থম্বীরম্বনা কোম্প্লোংদা খৌরাংনা ঙাইজরম্বা মনশিং অদু হরাও-বরাও চঙহৌই। শেমজিনবীদ্রবা কিম্থরবা য়ুমজাওগী চুরি তাফমদা নবচন্দ্র চপ লেপ্লগা, হৌরবা খোঞ্জেলনা নোং খাকপগুম লাউরদুনা কৌরকই—

'ইচে বিমোলা লৈব্রো ?'

নাহেদুনা লৈজরম্বী বিমোলা নবচন্দ্রগী হৌরবা খোঞ্জাওদু তাবদা মিপাইখিবনা অনাবগী চৈনাখোল কাউখ্রে। ঙহানমখৈ হৌগৎপা ঙমজদ্রবসু ঙসিদি কিজবনা নিক্লবা মশানা ফম্মুং ময়াইদা ব্রানা ফম্নগা খুন্নকই— 'ইবুংঙো, নচে নাদুনা লৈরে, লেঙশিনবীরকউ।'

নবচন্দ্র শোম্থাংননা মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোন তোংলকপা শেন্দল ফাওবা থনমদনা ইমুং চঙলকই— 'ঐগী খোঞ্জেল তাবদা নারমদ্রবসু নাশিন্নখ্রে। ফৈ ঙসিদি নবচন্দ্র মশক খঙহল্লন্নগে। মখোয়গুম্বী মতাৎ হৈবী কয়াদা অমুক হন্না থাজবদি থমখ্ররোই।'

শাউনা-শাউনা চঙলকপনা অনাবা মনাক য়ৌশিল্লক্রে। থোঙ-থোঙনাউ ফজনা পান্দবা য়ুমশা ওইবনা ইন্মম মম্মি। মতমদুদা মচানুপী অহন ঈশিং শোক্লবগী পরপ-পরপ চঙলকই। লময়াইদা ব্রাং চাওরবা মীওই অমা ভুটকুম্না লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা মালেম ঙানবীদি অহানবদা পাখৎলুরে। অদুবু অমম্বদা হৈনরবী নুজা ওইবিনা লেপ্লিবা মহাক অদু নবচন্দ্রনি হায়বা খঙলকখি। বিমোলা মচা

চঙলকপা উবদা থৌদারদুনা হায়রকই— 'ইবেম্মা, নঙ মাম্মা লাকইবসি ফিদা অমতং থাবীয়ু ।'

চাকখুমদা ঈশিং তপ্পা থন্নগা মখোয়গী অমনবা ফকচেৎতু পুথোক্লুনা থারগা হায়জরকই— 'মাম্মা, ফিদা অশোমদা লেঙশিনবীয়ু। মাম্মগী লৌফমদো হোরেলদগী হৌজরগে, হংচিৎতি শোয়দনা তুপ্পা ঙমগদবা মাল্লি।'

মালেমঙানবীগী মেংলবা নুংশিরবা খোঞ্জেলনা নবচন্দ্রগী অশাউবা মৈরী মুখৎখ্রে। মহাক্না ব্রারী ঙাইহাক ফমদুনা শান্নগে তৌরুবদা ফক্কু তিল্লাইখোম্বী চুরক্কদৌবা মানবদগী অদুম লেপ্লগা হায়রকই— 'ফমদ্রবসু য়ারে। ইচেদি করি ওইনা নারীবা? হিদাক লাংথক তৌদ্রবরা ?'

নবচন্দ্রগী ব্রাফমদু তাবদা বিমোলা মখোল নিক্না হায়জরকই 'ইবুংঙো, কদায়দগী পৈশানো ? ইচাশিংসি ফাওবা চরা নোংমা চা নোংমানা ঈশিং থক লৌশিল্লুবা লৌখাওশেলগীদমক কোইচেন চেল্লিবনি। স্কুল ফাওবা কাহন্দ্রবনি। থাবল ফাওবা মচিল-মনাও অনীদি ঐখোয় নুপীমচানি হায়বা কাউথোক্লুনা মীগী চমনশিংদদি কোক্লবা হায়দুনা কন্না হোৎনজরিবনি ইবুংঙো ! ঐদি কুইরে, নাদুনা ফমুংসিদা কুন্দুনা লৈরকপা, থা অমদি ফাজিল্লক্রম্নগনি। ইপাম্লোমদগী ইবুং-ইপ্পা ফাওবা লায়রবীনি, পৈশা ঙারক্কনি হায়দুনা লাকপীদে। মসিদা ঐ করিসু শাউবা, ব্রারৌবা লৈতে ইরাইবক্কীনি খন্দুনা খাংলি। করিগুম্বা মতমদা হূ থক্কুনা শিনিংলকপসু য়াওই। অদুবু লৈশাবী ফারক্লবী মচিন-মনাউ অনীগীদমক খনবদা অব্রাবা কয়া খাঙ হিংলিবনি।

বিমোলাগী নুংশিরবা মতৌদা নবচন্দ্র, মীঙোন্দা পীগে পুরকপা লুপা চামা চৎপীদু করম্না মখুৎ হুমদুনা ফুরিৎখাওদগী পুথোক্লকখিবা খঙহৌদে। পৈশাদু বিমোলাগী মোন ময়াদা তপ্পা থন্নগা হায়রকই— 'ইচে. লুপা চামাসিনা হিদাক লৈবীয়ু। ঐ অমুক য়ৌজরে।' নবচন্দ্র মপি তৈথোক-তৈথোক্না মপান্দা থোক্লকই। ঙসাই উরমদবা কয়া উবা ফংলকই। কিন্থরবা শঙ্গোইনা নুংশিনা য়েংদুনা লৈরমখি। মসিদা অদুঙৈ কাং তৎতনা শান্নরকখিবনি, ঙসিদি কনানা খঙবীরি।

মাঙ্গোন্দা নুংশিরবা লাইওশ্রবা মবাইগা অদুঙৈ নহা ওইরিঙৈ কাপমিন্নখিবা চন্নবা ফোটোসু পীক্কুক্না ফ্রেম চন্দুনা ফমেন্দা নীংথিজরবা খুৎশেমগী লৈ পরেং অমা শিবীরদুনা লৈরম্মী। মথন্তা খল্লকই— 'ও ! ইবায় নশেনবু ঙাকপীয়ু।'

ইমুংদা, নবচন্দ্র চৎথ্রবনি খন্দুনা মমা-মচা ওনশিন্দুনা ঙাংনরি— ‘ইমা, হিদাক লৈরুগদ্রা নৎত্রগা ঙরাং শোৎলকপা চেং, হব্রায়, ঙারি-ঙতাই, থুমগী পৈশা দুকান্দা পীথোক্লুগদ্রা ?’

নাহে নাহেনা মমানা খুম্লকই— ‘ইবেম্মা নঙনা থোকপা তৌ। ননাওদো মবুক চাওবীনি; চরা হেল্লগা থবক শুবা মঙম পাঙবা হৌনদে, নমাদি অমুক হন্না কনখৎলক্কদবা মান্দ্রে, চৎলু থেংখিনি, ননাওনা নঙ লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্লগনি।’

মালেমঙাম্বী মমা-মচাগী ব্রাহৈশিং তারুবদা মহাক্কী মিত্তগী লৈমাইদা পি তাখিবা খঙহৌদে।

নবচন্দ্রনা থোঙ্গালদা থোক্লকপদা ঙসাই চঙহৌবা যনশিংদুনা মচেনা ব্রানা থাজবা ইস্তোলগী ইঞ্জাং-নাপীশিং হরাউনা চারম্বদু উরকই। মথন্তা নুংঙাইত্রদুনা ইস্তোলদা চঙলিবা যণশিংদু থোঙ্গাল ব্রাংমদা হৌইদোকপীরে ! অদুগা কোন্থোং চৈশিংশিংদু সেকশিন্না থিংজনবীরম্লগা মহাক ময়ুমদা হল্লক্লে। ❑

# ব্রাশক

তাল্লবা লোইবী চীংশাং লান্দুনা লাক্লি, মতাওবু উনবা। লেংবানদা নম্বো অচৌবা, নাকন্দা থাংপাক অরুম্বা য়াম্থু, মঞ্জুনরবা চরৈনা কৌনা শেৎ, খূত্তা চৈশু অচৌবা পায়, খোঙকাপ নাউহুই লাওনা থাং, নীংজরীবা তম্পাক লমদমদা, খোংদোইরক্লি খুঙ্গং কয়া লান্দুনা, লুকের পোইরৈ লমদম লমনুংশি য়ৌননবা।

লমশাং লাকপগী অব্রাবা— ওইরি পোত্থাবা, হোয় লাওবনা, মঙম পাঙদরে লেপ্পদা ঙাইহাক ঙাইহাক। চৎলি য়ৌনবদি পম্ফুংদো শিম্থরক্লবসু হুমাংনা জ্‌ জ্‌! মরোল খোইরি খোইরি হংলকই থোঙ্গালদা লৈরম্বা অঙাংশিংদা—

‘ইশূশা ! কেম্থোং অসিবু ইতাও মীকোয়গী ওইরব্রা?’

‘মানি ইপু ! লেঙশিনবীয়ু।’

‘নুংঙাইপ্রে ইশূশা ! ঐনা খনবগা চপ মান্নরে ।’

ব্রাহৈ অদু হায়রম্নগা মহাক চঙলকপনা শুমাঙ মচি য়ৌশিল্লকই। কোম্থরম্বা খ্বাং চপতিংনা লেপখৎলগা কোয়না য়েংই। মী লৈতবা তাঞ্জানি। হৌনা কৌরকই— ‘ইতাউ মীকোয়! লৈপীপরো য়ুমদা ?’

মাগী খোঞ্জেলদু ইমুংগী মীওইশিংনা তাদ্রে। অদুবু মনা শিংবা হূইজাও অচৌবা, খোঞ্জেল অদু তাবদগী চেম্থোক্লক্তুনা চিক্কদবগুম হৌনা খোংবা হৌরকই—

‘গৌ ! গৌ ! গৌ !’

অচৌবগী মখোল তাবদা, চাকশঙদা লৈরম্বী প্রেমীলা কনা লাকপনো খঙনবা মপান থোরকই। শুমাঙ ময়ায়দা লেপ্লম্বা চীংমী অহল অমা উরকপদা মখোয়গী হূই অচৌববু কৌথোকই— ‘অচৌবা অচৌবা লা লা, তুমিন্না লৈয়ু ।’

অচৌবা মপুনা কৌশিনবদগী চৎথোকপ্রে। প্রেমীলানা অহল অদুদা মুন্না য়েংলগা হংলকই — ‘ইপা কনা উনবীগে হায়বনো ?’

অহল অদুনা চেম্থরক্লিবা খজায় অনীগী হুমাং, খুঁদে মচিনা তৈথোক-তৈথোক্লা খুন্নকই — ‘ইচাগুম্বী ! ঐ খারম খুল্লাকপনি। ইতাউ মীকোয়বু উক্নবা পাম্পীপনি ।’

মপাগী মতাউ ওইরম্লবদা হরাউনা কৌশিল্লদুনা হায়রকই— 'ইপা, লেঙখৎপীরকউ। মহাক চাকশঙদা চাক চারি-এ।'

প্রেমীলাগী ব্রাহৈ 'চাক চারী'হায়বদু তাবদা মাঙলোমদা থাংলগে খল্লম্বা খোঙথাংদু তুংলোমদা ওইনা হন্দোকখিদুনা শঙ্গোই মচিদা কাখৎলগা ফমথখ্রে। অদুগা হায়রকই— 'এ ! অদুদি ঐ অসিদা ঙাইপীখিগে। মীনা চাক চারিঙৈদা চপ চানা থোকইদা ! ঐ ফত্তে।'

মহাক্না শঙ্গোই মচিদা ফমথখিবা উবদা নুংঙাইতদুনা মনাক্তা চংশিলক্লই অদুগা থেমই— 'ইপা য়াগনি ইমুংদা লেঙশিনসি।'

'য়াপিরে, ইচাগুম্বী। মীনা চাক চাপীরিঙৈ গম গম চঙশিনবা ফত্তবনিকো। নখোয় মৈতৈখক্তগী ব্রা নত্তে হাওবা ঐখোয়গী ধর্ম্মদসু অদুম লৈপীপনি। মদু ঐ খঙপী-এ। করিগুম্বা ঐনা চঙলুবা তারবদি ব্রাখঙতবা হাওবা অপঙবনি; ইচাদনা শোইদনমক্কী করিগী অশুম্না চঙহনলকপরা হায়দুনা নখোয়গী ইমা-পাপানা কোন্না চৈপীকনি-ফুবীকনি-এ। মরম অদুনা মসিদা অশুম ফমতুনা ঙায়পীকেকো শাওপীকনু।'

'অদুদি ফিদা লৌথোক্লুখিগে ঙাইরম্মুকো, ইপা।'

ব্রাহৈ অদু হায়রম্লগা প্রেমীলা ইমুং চঙখ্রে। ঙাইরম্লিবা মপাগী মফমদা ইমুং চঙলক্লুনা হায়রমই।

'পাজি ! ঙসাই হূই খোংখিবদো খারমগী ইপা খুল্লাকপা লাকপা ওইরম্লে।'

মচানুপীগী মফমদগী মতাউ থুংলবগী পাউ তাবগা মখূৎ হাম্বোই হামদবোই চাকশঙদগী চেঙ্থোরক্লুনা কৌরগা হায়রকই।

'ইতাও খুল্লাকপা ! করিনো তৌবিরম্লীবা অসিবু ! নচানুপীনা কৌশিনবদা করিগী য়াদব্রা? লাক-ও, লেঙখৎপীরো। ইমুংদা, লেঙশিল্লসি।'

মতাওগী ব্রা তাবদা নোক্লদুনা খুল্লাকপনা খুম্লকই— 'য়াইদা ইতাও ! মীনা চাক চারিঙৈদা চঙবদি ফত্তে হায়দুনা অশুম ঙাইপীপনিদা। ঐদি তুম্বু তুম্মিংখ্রে লমশাং লাকপগী।'

ব্রাহৈ অদু হায়রগা হৌগৎতুনা হকাম চল্লমই । মতাও মীকোয়না মতৌদু য়েংলগা হায়রকই—

‘করি চাগনি? ইতাওনা লাকথোক্তুনা লাকপদি?’

‘এ ! করি চাগনি । ঐনা পুরকপা খারমগী য়োংচাক মরু অতোংবাশিগা ইতাওগী ইঙ্খোলদা থারিবা আলু অসিগা ঈরোনবা নত্তনা।’ চীংঙা ঙাফকসু নচলনা হাপ্পীরকপা য়াওরিবনি। পাল, মাইরেল, কোম্ব্রাসু য়াওপী-এ ।’

‘নুংশিদা ইচলদো ! মবুংবু কাউদ্রিবোইরে। য়াম্না পীকহৌবা ইচানুপীদুদি লৈশাবী ফারম্নগনি ?’

‘ফাখ্রে। মেট্রিক পরিক্ষা ঙমপীপদগী ঐনা ইম্ফালদা থমপীখ্রে। মখা অদুম তমখিনবা। অদো, নঙগী ইচানুপা অতাংবা অদুদি কমদৌরি ? ঐগা নঙগা ব্রাশক্লখিবা অদুনা কয়াম কুইরগা য়াকনি, ইতাওনা খঙপীয়ো হায়দুনা ঐহাক ব্রারবসু ব্রানা ননাক্তা লাকপীপনি।’

মতাও খুল্লাকপগী ব্রাদু তাবদা নাখোং শারবা মীকোয়না নোকশিন্নরগা হায়রকই— ‘ইতাও নঙসিদি ! ব্রাফমদুদি শুমাঙদা নত্তে ইমুংদা । নচলনা লাংবা (থোংবা) তরা চাক্লেন পুক থম্না চারগা ঈংনা তপ্পা শান্নগদবা ব্রাফম্নি, তহা ফদে। লাকও! লমশাং লাকপদা ব্রারুবা শামু হকচাং তেকখৎনবা চাইথরুখিসি। হোংদোক্তদবা খুদৈ ফিরোল নচানুপীনা পুথোকচরক্লগনি ।’ (ইমুং ওনশিল্লগা মচানুপী কৌরদুনা হায়রকই)

‘ইচাতোম্বী ! নপা খুল্লাকপা ঈরুজনবা অশাবা ঈশিংগা হোংদোক্লবা খুদৈ ফিরোলগা ঈরুজফমদা থৌরাং তৌ।’ মমা ইবেচাওবীনা খুল্লাকপা উবদা হরাউনা ওক্লদুনা হায়রকই—

‘ইবুং খুল্লাকপা ! ইথা থাজদনা লেঙবীরকপদি করি পীজগনি।’ ইবেচাওবীগী ব্রা তাবদা খুল্লাকপগী পূক্লিং ব্রারম্বদু খরা মখৈদি কোকখিবগুম য়াংই। চংশিল্লক্তুনা মহাক্কী লুন্নবা নম্বোদু ইবেচাওবীগী মমাঙদা তপ্পা থন্নগা হায়রকই—

‘শে, ইচল ! য়েংপীয়ু । নচে হাওবীনা অঙাওপীকুম করি করিনো পংহাপ্তা হাপচিন্দুনা, মসি পুরকপদা য়াম্না ব্রাপীপনি। লেংজুমকাসি নাপী-এ !’

খাউ ময়োমদা কোম্না ৪/৫ য়োংচাক চরোং ফজবা মঙা, মাইরেল অনী, পাল ময়োম অচৌবা অমা, চীংঙা ঙাফক অয়াইবা অহুম, হৈগ্রু ময়োম মচা অমা য়াওরকই। ময়ামদু উবদা পেঞ্জরবী ইবেচাওবীনা নোক্লগা হায়রকই—

'ইবুং! অদুদি ঐখোয়গী আলু অতানবসু লৈ, ইবুংনা পুরকপা য়োংচাক অশিগা মপুং ওইনা ইরোল্লনবা তৌরগে। ঐনা ঙরাং লৈরকপা কোবী থমচেৎনে, হন্নাই থরাক খরনে, খামেন অশিনবা খরনে অদুগা আলু অনৌবা অসিগা অমনা চিরি চরা কাংশোয় থোংলগেকো! নচানুপীনা বোড়া হৌজরক্লগনি ফুনাক্তা।'

নোক্লিংদনা নোক্লুরগা মতাওদা অমুক য়েং ইবেচাওবীদা অমুক য়েংই অদুগা খুম্লকই—

'ঐদি মদু চানীংদুনা লাকপীপনি। ঐদি শা ঙা থোংবা ইঞ্জাংদগী ইরোনবগা, মৈতৈ ইচে-ঈচল, ইমা-ইবেলশিংনা কাংশোয় থোংবগা ইঞ্জাং অনী অসিনা খ্বাইদগী হেন্না পামবনি। য়াইএ, থোংপীয়ু ইচল। তাপতাসু অদুম হাওপীখ্রে থোংপিত্রিবঙৈ।'

মচানুপী প্রেমীলানা ঈশিং অশাবা লুমদুনা থাংদোকখিবা উরকপদা খুল্লাকপগী মিহুল চেনখৎখিবগুম ইপা পাখৎনা হরাওরম্বা মাইথোং হঞ্জিল্লী। ফমথগে তৌরম্বা হৌগৎলগা ইপা পাখৎনা হায়রকই—

'ইতাও, ঐদি নখোয়গা মান্নবা ঙম্রোইকো। ইয়ুমদা হল্লগা য়াম্না শেংনা, অঈংবা লোক্কী ঈশিংদা ইনীংতম্না ঈরুজপীকে। নখোয় অপীকপা কাখু অমদা ঈরুজবদি ঐগী পূক্লিংনা পেনপীরোই। হৌজিক্কী ওইনা মায়-মীৎ, খোঙ-খুৎ খক্তুং খজিক-খজিক চামথোকপিকে নখোয় হঙোইপীকনুকো মসি ঐগী হৈনপীনি।'

ময়াম নোকমিন্নরগা মরূপ মীকোয়না হায়রকই—

'হোয়, হোয়, ইতাওগী অপাম্বদু অদুম তৌবিয়ু। করিগী ঐখোয়না হঙোইরুগনি? নয়ুম্মি খনবীয়ু।'

খুল্লাকপা ঈরুজফমদা চংখ্রে। মমা-মচানা তরা মথেল লাংলি। মপানা ফমুং ফানুং লোইশিল্লি। হায়নবা লৈ 'ব্রায় চাইরবদি মী লাকপনি।' ফজবা

হায়বসি অতে ওইরমদ্রে 'মফম চাবা' হায়বদু ওইরম্রে। মদুমক ঙসি মীকোয়গী ময়ুমদা থোক্লরি।

চাক-এঙ্খাং, মথেল-লুকোয় থোং-থাকপা লোইরদুনা চাক থীবা হৌখ্রে। মতাও অনীগী চাক্লুক য়েৎকা ওইগা থম্বীরে । চাইরম্বা ফম্মুং-ফানুং শেমজিল্লবা মতুংদা থোক্লক্কুনা মতাও লোইশিল্লকপা ঙাইরি।

খারম খুল্লাকপা মখোঙ মখুৎ হামদোক্লদুনা মতাও মীকোয়গা তরা মথেল চীন্দন্রি। ইবেচাওবীনা ব্রাহৈ অমা নাকোয়ননা হায়রকই—

'ইবুং ! ইঙ্খাং হাওতবা নুমিত্তা ওইনা হেক লাক্কুনা চাকসি চাসিনবা য়াদ্রবা খঙদে, মচি লেংদেকো।'

খুল্লাকপা মতম কয়া মৈতৈশিংগা লোয়নদুনা লাকখিবনিনা মীগী মতৌ ব্রাঙাং ফজনা খঙই । মরম অদুনা নোক্লদুনা ফাগীনি খন্দুনা খুন্নকই—

'ইচন ! অদুম্না হায়পীগনুকো ! ঐহাক হন্দক নারুপদগী চাক চাশিনবা ইয়া য়াদদুনা তৌপীপনি । ঐদি ইচাতোম্বীনা হৌবা বোরাসে মমা পীজনবা চেতা য়োমদুনা পুপিকনি। করি লাইব্রা তাকপীদুনা অশুক য়াম্না হাওনা বোড়া হৌবা হৈপীপরা খঙদে ।'

'ইপাগীসি ঐবু নোক্লবিবা মাল্লিকো চাশিনবা য়াদদুনা য়োন্নগা আঃ লোক্কুংদা লংথখিনবা খাকপা ওইরমগনি।'

'অশেংবা ব্রাফম্নি, তশেংনা হাওপীএ ইচাতোম্বী ।' নখোয়গী চীংগী ইমাদি করিশু হৈজদবনি। নোংমা ঐনা চগেম্পোম্বা চানীংই হায়দুনা হব্রায়জার অহাওবা কৈথেলদগী লৈরক্লগা থোংহনবদা, হৈতদুনা হব্রায়সু ইঙ্খাংসু পুংমাং মাংদুনা অদুম লোকখা য়ৌখ্রে। অদুবু মাকী অহৈবা এমদি লৈএ।' হায়রকউরা ?'

'হায়রকউনে, ইপা।'

'তপ্না তপ্না থেঙ্গুগুম্না চৎপা, তপ্না তপ্না চাক য়াম্না চাথোকপা মদুদি য়াম্না হৈয়ে ইচাতোম্বী ।'

ময়াম পূন্না নোকমীখ্রে। অদুগা ব্রা মখা তারকই—

  

'নচে অমতং য়াওপদু ঐখোয়গী ইরক্তা লৈতপনিনা ঐখোয়গী ইরোল য়াম্না খঙপীতে। মমা-মপাকী অপঙপসু লৌপীতে। চাক থোংবা থবক তৌবা, মমাদা লোইনা অশুম্না তৌপীয়ু হায়দুনা তাকপীপনি।'

'ইচেদো ক্লাস কয়াদা তমহল্লিবগে ?'

'হাকুম মেট্রিক পাস তৌপনে। ঐনা মৈতৈ খুল্লক্তা ভারা পিরগা লৈহনপনি অদুনা মৈতৈ চনুরা অমগী ব্রাখল পূক্লিং, থবক্তা চপ মান্ন তৌপীপনে । ঐনা মনাক্তা চৎপা খুদিংগী মৈতৈগী চৎনবী তম্মুকো ইচা । নওদি মৈতৈ পাখঙ ফজবা অমদা থাজনবা ঙাঙদুনা লৈপীকো হায়পনি। ঐগী ব্রা তাপতা মাদি ইকায়জবনা অদুম লৈপীপনি। ঐনা অদুম নোকপীপা।'

'অদুদি য়াম্না ফৈ ইপা।'

ঙাইবদা ব্রাজরবা মীকোয়, কুইমল্লবা অদুদা ব্রা মরক থৎলদুনা হায়রকই —

'ইতাও! নচাগা নচলগী ব্রারীদা চাক্তী চাদনা অসুম ফমদুনা লৈবদি খুউসি চিক্লকএ লেঙখৎনবা তৌরসে! লমশাং ল৷৵পদসু ব্রারমগনিদো ঙাইহাক্কুংসু পোত্থানবা তৌসি।'

'অচুমপনি ইতাও : ঙাইপদা ব্রারমগনি অদুপু ইচাগা ইচলগী নুংশিরবা ব্রাহংগী পাউখুম পীপীতবদি য়াদবনি অদুননিকো ! য়াখ্রে য়াখ্রে। লেংখৎপীরসি ।'

মচানুপীদা ওনশিল্লগা হায়রকই—

'ইবেম্মা ! নপাগী ক্বা মতপ অহাওবা অমতা শেম্বীয়ু। চাক তোক্লকপগী পীজননবা।'

'অহোয় পাবুং !'

খুল্লাকপা মখুৎ হাল্লুরগা হঞ্জিল্লকপদা মরুপ্না গমসা অমা পীরগা হায়রকই—

'ইতাওনা ঙাইহাক পোত্থানবা থংনবা কাদা শেমজরন্নবনিকো।'

'ঙাইহাক্কুংদি ফন্মীনখিসিদা।'

'হোয়, ফকশিদা লেঙখৎপিরো।'

কৌনা ফক অমগী মথক্তা ওইগা-য়েৎকা ফম্মীনা ইমুং-মনুংগী ব্রারী শান্নবা হৌরকই-

'ইতাও নহাক করিগী কাউশিন্নগে তৌপরনে। ইবানী নোংমা য়াম্না কুইরবগী মমাংদা হায়নখিবা ব্রাফমদো নীংশিপীয়ুকো অমুক্তং, ঐ মতম ঙাইপীকে ইচাতোম্বীনা ক্না পুরক্ত্রিবা ফাওবা।'

নীংশিংবদা থোকখিদরে মীকোয় ইকাইজখিবনসু নাখোং শাবা হেঙ্গৎলকই। খনবা য়াবা খল্লুরে মমি তারমদ্রে পূক্লিংগী লমায়দা, অব্রাবগী শ্বর অমা শাংনা হোস্থরুরগা খুল্লাকপদা হায়রকই-

'করন্বা মতমদা হায়দোকখিবা ব্রাফম্নো ইতউ? ঐহাক্তি নীংশিংবা থোক্রে।'

মতাং চানা মচানুপীনা পানা মতপ অচৌবা মপা অনীগী মমাংদা নাল্লবা প্লেট অমদা হাপ্তুনা পুথোক্লগা থনম্মী।

'পাবুং ক্না হায়বদু।'

খুল্লাকপনা হৌনা নোক্লুরগা মীকোয়গী কাউগনবা মতৌদুদা করেম্নরদুনা হায়রকই—

'ইচাতোম্বী, ঙাইখো নঙসু ঐগী ব্রাফমসে তাপীরগা চৎপীয়ু। নখোয়গী পাবুংসে মশানা হায়দোকখিবা ব্রাফম খঙপীতরে। ঙসিদি ব্রাফমদু নীংশিংদুনা ইচাতোম্বীগী মমাঙদা হন্না অমুক্না হায়পীরগে তাপীয়ো ইচাশু।'

নোংমা মেরাগী পুর্ণিমা নুমিৎ, মতমদো লম্বী-থোং কয়া ফত্তবনা মৈতে নহা অহল কয়া মনা ললোনবা, ক্না ললোনবা, কোন্না ললোনবা, য়োংচাক ললোন্নবা মখোয় শম অচৌবা পুদুনা লাক্লরিঙৈ মতমগীনে কো তাকপীবরা ইচাতোম্বী।

'উম।' প্রেমীলানা নোক্লিংবা পূক্লিং ফাথরগা খুন্নকই।

'তাপীপরা ইতাও। সে ক্লাসি চাপীয়ু হুমাংসু তৈথোকপীয়ু। ফদি অসিনা।'

নীংশিংলকপদা মীকোয় ব্রা ঙাংখিদরে হুমাং নপথোকই, মচানুপীগী মমাংদা খুল্লাকপনা ব্রা মখা শমথরকই—

'নখোয়গী পাঞ্জিনা করি অপাম্বা লাকপীপনো খঙদেকো ! ঐগী নুপীতা মুন্না য়েংলুরগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা অশুম্না হায়পনে— 'ইতাও নঙগী ইচানা নুপা ওইপদি ঐগী ইচানুপাগা মতাও শান্নহনসিতো। অদুগা করিগুম্বা নুপী ওইনা পোক্লকপা তারবদি ঐগী ইমৌ ওইনা লৌগে মসিদা নহাক্না য়াবীনিংবা লৈরবদি ইচানা তঙ্কীবা ক্না মতপ অসি নখুৎনা ইচিন অসিদা নুংশিনা হেক্তা ইনবীরকউকো য়ানিংদ্রগনা ইচলনা !' ঐহাক্তী মহাক্কী মফমদু থাজদদুনা ব্রাশক ওইনা থম্নশি অদুগা ইনপিকে হায়দুনা ইনপীপনে। ঐদি ঙসিসু কাউপীতে। মতম্না ফত্তবনিনা কো ইচাতোম্বী । ঐনসু খরা কন্দুনা চৎথোক-চৎশিন ঙম্লীঙৈ লুহোংপীনবা ব্রাফম খন্নরসি হায়দুনা ঐগী নুপীকা য়াম্না কুইনা ব্রাতান্নরগা ঙসি নখোয়দা লাকপীপনি। ইচাতোম্বী নঙসু য়াওনা খন্নরো নচেগী কুঠিসু ঐনা ব্রাশক্কু কায়দনবা মৈতৈ পাঞ্জিকা অমদা ঐখোয় খুনগী মীওই কনা অমত্তা খঙহন্দনা ইহল্লগা থমপীপনি। তু ! অসিদা লৈরে । থাজদ্রগা য়েংপীয়ো নখোয় পাপা হৈরবদি মমিং ইন্দুবালা কৌপীপনি ।'

খুল্লাকপনা কুঠিদু লৌথোক্লুনা প্রেমীলাদা য়েংহল্লি। প্রেমীলানা কুঠিদু হেক ফঙবগা মমিং পারম্মী। অদুগা হরাওনা চোংলদুনা হায়রকই—

'ব্রা' মমিং ফাওবদি ঐনা খ্বায়দগী পামজবা থোকই। মশকশু য়াম্না ফজরমগদবা মাল্লি। মমিংসি কনানা থোনবনো ইপা?

মচাবু থাগৎলবা অদুদা হরাওজরবা খুল্লাকপনা নোক্লগা খুন্নকই—

'ঐনা থোনবা নত্তেদা, পাঞ্জিনা। স্কুলদদি অতোপ্পা মমিং কৌপীপনি। নখোয় পাবুংদি অমুক খক য়োংচাক লৌপা লাকপদা উবীখিবনি। ঐ ফাওবা ফজনা উবা ফংখিদরেদা। মরক মরক্তা মমানা চৎতুনা উনরুবা নত্তনা। ইরোলসু শুনা খঙপীতবনি। ঐখোয়না ইরোল ঙাংপদা মানা নরোল খংতে হায়দুনা অদুম চৈপী।'

'অদো ইপা। ইচাদো নোংমা ছুটি লৌদুনা অমুক্তংদি পুদুনা ঙসিগী অসুম্না ইমাগা লাকপিয়ু ঐখোয় তামোগা শকখঙ মায়খঙনবা তৌশি।'

পাউখুম অদু পীদ্রিঙৈ মীকোয়না তাবদা ঙমশিল্লক্রুদুনা হায়রকই—

'ইবেম্মা ! নহাকপু থবক লৈত্রব্রা ? চৎলো নমাগী মতেং খরা পাংশিল্লুচো।'

মতমদুদা প্রেমীলানা খুল্লাকপদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

'ইপা, ঐখোয় ইমাদা কুঠিসে অমুক্তা য়েংহল্লুগেকো।' কুঠি পায়দুনা হৌগৎলকপদা মপা মীকোয়না হৌগৎতুনা মচানুপীদগী কুঠিদু মুল্লগা চৈরমই—

'অঙাংনা অওৎপা শারক্কনু। কুঠিসিবু নমানা, ঐনা য়েংবা হৈবরো পাঞ্জি নত্তনা, পীরকউ।'

মপা মীকোয়গী মতৌদুদা মীপায়জরবী প্রেমীলা মমিৎনা হঙ্গৎনা য়েংলমদনা চৎখ্রে। মতাও খুল্লাকপা মতাও মীকোয়গী মতৌদুদা হাইফেৎ ইকাইরপ তৌনা লৈহৌই। মীকোয়দি মদুগী থোইনা খন্থরুবা তৌরুদে লৌহৌরবা কুঠিদু মতাও খুল্লাকপগী মমাঙদা অমুক থন্নমই। অদুগা ব্রা মখা তাথনা মতাও খুল্লাকপদা থেম্নদুনা খোন নৌথনা য়াবীননবা হায়জরকই—

'ইতাও! ঐনা অশুম খঞ্জবদা অঙাংশিংসি খরা খজিক নৌমল্লিব্রা খঞ্জে।'

'করম্মা নৌপীপ্রা ইতাও ! নঙকী ব্রাতুদি মরৈনি। মেট্রিক পরিক্ষা থাখ্রবা হায়বসি অদুম চাউপীরবনি। ঐনা লুহোংখিবা মতমদু ইশাগী চহি তরানিপাল শুরকপতনি। মমানা তরামঙা মপুং ফাপতা। অদুম অকায়বা লৈখিদে। ঙসিসু অশুম লৈপীরি কো করিশু তৌতনা।'

খুল্লাকপগী ব্রাফমদু অচুম্বা ওইবনা ঙাইহাক পাউখুম পীবা ঙমদনা লৈরমই। ঙাইহাক খন্থরুবা মতুংদা লৌশিং অমা লাক্কুনা হায়রকই—

'ইতাও! অদুঙৈগা হৌজিক্কা মান্নদ্রবনি। সরকারনা লাওথোকখিবা অমসু লৈরবনি।'

'করি লাউথোকপীবা ?'

'লুহোংগদৌরিবা নুপানা য়ামদ্রবদা চহী ২০ অদুগা কৈন্যা ওইগদৌরিবা অদুনা মশাগী চহী ১৮ শুদনা লুহোংলম্বা তারবদি নীয়মগী ব্রাংমদা লৈরবনি।'

খুল্লাকপা সরকারগী ব্রাফম পল্লকপদা মৈচাক হেন্না হাপকৎখিবগুম তৌরে। ফন্নম্বদগী ফুক হৌগৎলগা হায়রকই—

'এ! ইতাও নঙগী ব্রাফমদু ঐ করিশু য়াপিনীংপা লৈতেকো। পুম্নমক মমা-মপা ওইপীপা নঙ ঐগী ইখুৎতা লৈপীবনি। মতাং অসিদা সরকারগী

ব্রারী, য়োংপীতা য়োংনাও নপশিল্লকপগুম নপশিনবীরক্কনু। ঐগী ইচাদো পাম্পীত্রগা অদুম শেংনা মপা ঐগী ইমাঙদা পামতে হায়পীয়ু। পুক লৃপা তাম্নপতি তৌগুমসি ইতাও। নঙ ঐ ঙসি ঙরাংতা তিন্নরকখিবা নত্তেকো, আঃ লাইওইখ্রবা ইপাশিংগী হাক্তক্তগীনি।'

মীকোয়না তপথনা থেন্নগা অমুক্কসু হায়জরকই—

'শাওবীখিনু ইতাও তপথবীয়ু। নচানুপীসু মহে মখা তমথদুনা বি.এ. ফাওবদি তমথজখিশনু। ইচাসু এম.এ. পাস তৌরগা মী ওইননবা কন্না হোৎনজরমগে। অমুক্তা ফমথবীখো চাক তোকপতা ঙাইরি।'

মীকোয়না খুল্লাকপগী পূক্লিংবু জয় তৌবা ঙমখিদরে। অহোয়ননা মৈরী ব্রাংখৎলকই ফম্মু হায়বদা য়াদনা লেপ্পগা ব্রারৌনা ইকায় ফিরুক খুম মিৎলু নপোম অনীদগী পিরাং তরং লাইজগুম চেন্থরকই খাম্বা ঙমদনা। শিম্থরিবা পীরাংদু খুদৈ মচিনা তৈথোক্লগা মথন্তা নুংঙায়তনা তেংথাজে—

'আ! পঙইতা! হে, হাওবা! খারম খুল্লাকপা! অরেমপতা মালংদা তেন্না কাপ্লুই। করিকীনো নহাক্না মীগী মপুক খঙতনা মঙলান্দা আশাগী ফুরা চাউনা শারুবা, নীংখায়রক্লে ঙসিদি খঙহৌতনা। পাম্মুইতা মতম কয়া অরেম্বতা খল্লুপা। মদুগী মনল্লা ঙসি খুল্লাকপা ঐহাক্না ফংলিবা ইকাইপা। হল্লকনি ইকায় ফিরুক খুমদুনা ইখুন্দুদা। লাইরপী খুল্লাকপী মমানতি হান্নদগী অদুম হায়পীপনি। খল্লুগনু নুপা, মৈতৈতি নকশিল্লগা মতৌ অমা তৌপিপনি, অমাঙ-অশেং জাতি, ধর্ম্ম য়াম্না খায়পনি। নঙ ঐগী ইচাপু মমৌ ওইনহনপতি হায়রুকনু মীনায় ওইজগে হায়জবদা ফাওবা য়াপিরক্লোই দবা ঙাক্তনি। মতমদুতা ঐনা চাওথোক্লা পঙপনিনা হায়পিখি। অপঙবীনি খন্দুনা চৈহৎপীরগা 'হে হাওবী খুল্লাকপী অপঙপী! তুমিন্না লৈপীয়ু ঐগী ইতাওতি অদুম্না তৌপীকদৌবা মৈতৈতু নত্তে। ব্রা মখা তাথরক্লপতিকো নঙকী নরৈ অশাংপতো ঐগী থাংপাকসিনা অদুম ককথৎপীকনি। ঐগী ইচাদি ইতাওগী অপোকপা ইচাকুম খন্দুনা নুংঙাইনা মমৌ ওইকদৌরিবনি। মহাক্না লুহোংপা লৈ কোয়পদা ঐখোয়গী খুনগী লৈশা-পাখঙ পূম্পনা পরেং-পরেং লেপ্লগা লৈরাং কয়ানা নোং চুপীপকুম বর-কৈন্যা মথক্তা তাহনপীকে, য়াইফ-মঙ্গল পীহনগে অনৌবা চৎনপী হৌতোকপীকে, মবুং ওইপা খুনগী পাখঙনা দোলাই পুহনকে মচে

ওইপীশিংনা ঐনা ইদুনা থমপীপা ঈশৈ ময়েক কয়াদু শুর পান্দুনা খোন বেনগা অদুম শকহনকে, লৈপাক কুম্মৈ ওইহনকে, পুম্নমক অরেম্বা তারে খুল্লাকপা! ইকাইজখ্রেদা ঙসিদি, হিংলপসু অশিপকা চপ মান্নরে।'

মতমদুদা ইবেচাওবীনা মবুং খারম খুল্লাকপদা হাপ্লীনবা ইখোলদগী হেক্লকপা হব্রাই থরাক, হব্রাইমুবী, কোবী থমচেৎ মরী অদুগা হান্নদগী তাম্থোক্তুনা লৈরবা আলু ময়োম অচৌবা হাপচিনবীদুনা মচাদা থৌদারকই—

'ইবেম্মা ! নপা খুল্লাকপা পোথাখ্রবরা ? সে মাগী মনাক্তা থম্বীয়ু ।'

ঙসায় মখৈ মপা অনীনা ঙাংনরিবা ব্রা লোম্না তাদুনা লৈরম্বনি অদুবু মমানা কৌরক্লবনিনা তপ্না থোক্লক্তুনা মনাক্তা লাক্লগা খুন্নকই—

'ইমা ! পাবুংগা ব্রারি শান্নরি।'

'করি ব্রারীনো ? পোথাগে হায়দদুনা, নপা ইবুংগা কোথা তৌদুনা লৈরিদুবো ?'

ইবেচাউবীগী মখোল তারকপদা ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরুবা অনীদু খোন তপথরগা অমুক শান্নবা হৌরকই—

'ইতাও ! ঐনা হায়জবদি অঙাংশিং অসি চহী খরা নৌমল্লি। মতিক চাবা মী অমমম ওইহন্নবা হোৎনখিসি হায়জবনি। ব্রাফমদু নাথৈজবগী ব্রা নৎচদে। হয়েং মহৈ-মশিং তম্বা লোইরবা মতুংদা নঙ ঐগী শকখিবা ব্রাশক্তু ঙাক্তুনা য়াম্না চাউনা মীয়াম মমাঙদা লেম্না পাঙথোকসি হায়জবনি। অদোমগী ইচাবু পামদে লুহোংলোইশি হায়বা ব্রাফমদুদি ইচিনশিনা পঞ্জখিদব্রা খঞ্জে। অমুক্তা মুন্না খম্ভবীয়ু নুমিৎ-থাবু লাইনা চাবরা ? নীংঙমদবা হায়বশিদি থবক্তু থোকখ্রবা মতুংদা লাকই হায়জবনি। তপথবীয়ুনে ইতাউ !'

মরু লুকথদুনা লৈরুরবা খুল্লাকপা মীৎকোয়গী ব্রাফমদুনা ঙাক্লম্বা পন লৌথোকখিবদা শাফু কন্না চেন্থরকপা লাইজগুম মহাক্কী মিৎলু নাপোম অনীদগী পিরাংনা জর ! জর ! চেন্থবা হৌরকখি। পিরাংদু খুদৈ মচিনা তৈথোক্লগা খুন্নকই—

'খঙলে ইতাউ ! য়ারে। ব্রাফমশি অমুক কাংথোকপীরক্লগনু। ইচলখোয়, ইচাখোয় তাখ্রবদি ঐহাক ইকায়জবনা মফম অসিমক্তদা অদুম শিপিকনিকো।

পোত্থাবীরো ! থবক চৎলুবগী ব্রারন্নগনি। ঐহাকসু ইচলনা শেম্বীবা ফমুংশিদা ঙাইহাক্তা পোত্থারগা ইয়ুম মায়কৈ অমুক পাংখিনবা তৌপীকে। অদুগা ব্রাফমশি ইচানুপীকা ইচলগা অনীগী মফমদা ঐনা ইমুংশিদা লৈরিঙৈ হায়পীরুনু ! পোত্থাবীরো, ঐসু পোত্থাপীরুকে।'

খুল্লাকপা ব্রাফমদু হায়রন্নগা হৌগৎতুনা তূম্ফমদা চঙখ্রে। মীৎকোয়সু হায়ফম খঙদা নুংঙাইতা-নুংঙাইতা মহাক্কী কাদা চঙখ্রে। খুল্লকপা ফম্মুং মনাক য়ৌরকপদা ঙসায়গী মহাক্না পুরকখিবা ময়োম অচৌবা অদুগা চপমান্নবা ময়োম অমা ফজনা শেমদুনা লৈরম্বা উবদা পূক্লিং হেন্না নৌথরকখি। তৈথোকপা নঙহৌদ্রবা পীরাংনা পোৎয়োমদুদা খঙহৌদনা তারকই তপ ! তপ ! তপ !

মথন্তা খনবা হৌরকই —

'আঃ কয়াদা নুংশিখ্রবী ইচলনো ? মবুং ঐগীদমক্কী হায়দুনা জাতি-ধর্ম্মগী খেন্নবা ব্রাখল থমদনা পীক্লবা ইম্খোল মচেৎসিদা থাজবা ইঙ্গাংশিং হেক্তুনা মবুং ঐগীদমক ঙসায় পুরকখিবা ইঙ্গাংগী ময়োমদগী হেন্না চাউনা হাপচিন্দুনা থম্বীরম্লি। হন্দক্কী মপোক অসিগীদি অমুক হন্না খোংদারকপা ঙম্নরোইকো ইতাও ! ঐনা পামজবদি নঙ ঐগী নুংশি মরী হেন্না চেৎশিহন্নবা ইচা নচানা ওইহনশি খঞ্জরুবনি। নুংশিদা ইপা ! নহাক্না লৈরন্নবদি পুম্নমকশি থোক্লমলোইদবনিকো।

ঐনা ইয়ু থকচিল্লগা ইমান্নশিংদা পোংনা ঙাংপীরুপা নাপলগী ব্রীহৈশিং মদুগী মহয়নিকো ঙসি ঐনা ফংলিবশি। কনাগী মফমদা ব্রারৌফম থোক্কে।

ইশ ! ইকায়খ্রগনিদা ইয়ুম হনখিবদা ! অখঙবা ইমান্নবশিং অদুনদি করেম্নদুনা শোয়দনা লক্লবীরক্কনি।

'হে খুল্লাকপা ! কৈদৌঙৈ লুহোংপীকনি নহাক নচানুপী থোইবীদো ! ঐখোয়দি য়েংপিনিংপনা পূক্লিংশে মরেং মরেং হয়িংখোয়গুম্না চৎপীরে। পাল চাবা অরেংপা মায়রেল চাবা অপঙবা, নতেফমদা তেয়ু।'

ঐগী নুপীনসু শোয়দনা হংলক্কনি—

'করি মপাউ লৈরবগে ? কৈদৌঙৈ ইচাকী লুহোংপা নুমিৎনো ? বার্ত্তননা কৈদৌঙৈ নমপীকনি। অউনপোৎনা কৈদৌঙৈদা লৈবা হৌপীকনি।'

ঐ মদুগী পাউখুম পীবা ঙন্নোয় !

ফম্মুংদা ঙায়হাক কাখৎ পোথাগে তৌরম্বা মীকোয়সু ব্রাখলদা লৈতাদ্রদুনা হৌগত্তুনা মপান থোক্লককই। মপান্দা ইঙ্খাং মল্লম্বী মহাক্কী নুপী ইবেচাওবীগা থেংনদুনা মখোয় অনী ব্রাতানৈ ।

'মায় পাবুং ! পাউশিবু অচুম্বরো ?'

'অচুম্বনি ।'

'অদুদি করম্মাইনা তৌগদৌরিবা ?'

'করম্মাইনা তৌগনি মহাক্না লান্না থনখ্রে ।'

'ঐখোয়গী ইফমদা থাজবা থমদুনা লমদম অশুক তান্নবসি মখোঙনা ব্রাশক অদুগীদমক লাকচরিবনি।'

'মদুনি ঐসু খল্লিবা।'

'করিগুম্বা ব্রাফম অসিদগী ফভা নুংদা থোকখ্রবদি ঐখোয় অব্রাফম শোয়দনা তাগনিকো !'

'মদুদগীনি ঐনা কোক শাদুনা থোক্লক্লিবসি । ঐসু ফনা য়াম্না থেমদুনা হায়জবনি অদুবু ব্রাখল পীকপননি খঙদে লান্না লৌখ্রে। থায়নগী ব্রাখল্লোন্দা অদুমক হোংদনা লৈরী। মসিদা ঐনা করিনো তৌগদবা। মমা নঙসু অমুক্তা খল্লুনে।'

'হোয়, কমদৌনি ইচাগী মরাইবক্তা অসুম্না থোকউ হায়দুনা তৌরিবনি। মমা-মপা ওইরিবা ঐখোয়না কৃপশেন শেনবীবা তারেদনা। য়ুম পাল্লবসু মহৈদি মখা তমথহনগনি। তৌবদবু অঙাং অনীগী মোৎ খংদোকপিবনদি চুমগনি। মানা মানা পামজবা অমমম লৈরমদুনা হয়েং মতুংদা ইমুং-মহি লাংনবা ফিভম তাহনবদুদি তৌরোইসি ।'

'মতাং অদুদি মমানা থোকপা তৌরো। মপা ঐঙোন্দা মথা উংহনল্লগনু। মশা মশা উনহনগেরা নৎত্রগা ফোটোদা কম্প্রোমাইস তৌহনগেরা ? নমা নচানা ফনবা তানরো । ঐসুনে নুমিৎতো য়াম্না ফরক তাখিবা হায়বদুনি। ইমানা পোকঙৈগী পায়জদবা হিদাক্তুনা চৎমিন্নবা খোঙবু অদুনা মথোং চাদবদগী

পাইশিল্লুবনি। ফরে, পুন্নমক হৌখ্রে হৌজিক্তি। হায়নখিবা নুপা মচা ওইবগী জবান ঙাকপা তাবনি। নৎত্রবদি মৈতে পুন্নমক্কী মীংচৎতা অমুবা কালিনা তৈশিনবীবগুম হন্দক্কী মতাংশিনা থোক্কদৌরি।’

লোন্না তাগনবী মচানুপী প্রেমীলানি। মপা-মমা অনীনা মোৎ অমত্তা ওইনা য়ানবগী মওং উরকপদা হরাউজবনা লোইখ্রে। ঙাইহাক মঙলান্দা তাউরুরগা মমাগী মনাক্তা চংশিলক্লুনা ফন্নগা হায়রকই—

‘ইনম্মা ইন্দুবালা।’

‘কনাগী ইনম্মা ইন্দুবালা !’ মচানুপীদা ঙক্লা হংই।

মপানা নোক্লগা পাউথুম পীরকই-

‘ঐখোয়না হায়নরিবা মহাক্তুগী মমিংনি।’

‘অদুদি মশকসু চঙখোল্লমগদবা মাল্লিনে।’ মমানা নোক্লগা হায়রকই।

মচানুপীনা মমাগী মমাংদা মখুৎ অনী তিংথোক্লগা খুজি অনীদু খিংলগা মচিন্না ধোন য়ৈ, বেন খোং খুজিনা তান থারম্লগা হৌগৎতুনা মমাদা হায়জরকই—

‘ইমা পাবুং ঐ জগোয় শাগেদো?’

‘শারো, নখোয় নমা নচানা থোকপা তৌরো, ঐদি ঙাইহাক পোখানবা তৌরুখিগে।’

হায়রম্লগা মপা পোখাবা চঙখ্রে। মচানা মমাগী মমাঙদা হরাও জগোয় শাহৌরি মমানসু য়েংবীদনা—

য়েংউ লাউনে ইতা-শা !
অয়াম্বা গোপ্পী মরক্তা
রাধা, শ্যাম্না ঙাম্বোইরে।

উম! ইমানসু য়েংবীদে ইপানসু য়েংবীদে তোক্লগে। মমানা মচানুপীদা ওনশিন্দুনা হঙ্গাম মন্না মন্না হায়রকই—

'ঙাইখো ইবেম্মা। নপা খারম খুল্লাকপদু মখোল মর্রা-কা তাদে চৎলু কমদৌরিবগে তূগ্নীবরা হায়বা য়েংলুচো। মঙোন্দাসু ঐখোয়না ব্রারী কয়া শাগদৌবা ব্রাৎলিবনি।'

'হোয় ইমা, ঐ অমুত্তা য়েংজরুখিগে ? কমদৌরিবা জাৎনো ?'

কাদা চংলক্লুনা য়েংলুবদা খুল্লাকপদি লৈরমদ্রে। ফি অমা ফজনা থারগা মমানা হাগ্নীরম্বা ইঙ্গাং নাপী আলু হব্রাইশিং অদুদি খুৎফম কায়দনা ময়োম পুল্লগ্না লৈরম্বা থেংনরমই। প্রেমীলা ইঙক ঙকখ্রে । কাদুদা কোয়না য়েংলমই। উবা ফংদ্রে। চেম্থোক্লক্লুনা মমাদা তম্লমই—

'ইমা, ইপা খুল্লাকপদু কাদা লৈহৌদে, চৎপ্রবা খঙদেএ ! ইমানা হাগ্নীবা পোৎশিং অদুমক লৈহৌই।'

মচাগী ব্রা তাবদা মমা ইবেচাওবী মপূক্লিং লৈতাদ্রদুনা হায়রকই— 'করিনোনে ইবেম্মা ! চৎলগেসু হায়রমদনা, চৎলো নপাদসু তাক্লুচো শোয়দনা তোক্লরগনি।'

প্রেমীলা চেল্লক্লুনা মপাদসু ব্রাফম অদু তম্লকই, মমা-মপা মচা মখোয় অহম চঙদুনা পূম্না থীমিন্নরমই। অদুবু থীবা ফংদ্রবদা মখোয় অহম তফিং-তফিং চেম্থোক্লক্লুনা খোঙ্গাল য়ৌরক্লে। সঙাইখেল চেনবা গাড়ি অমদি শলাম মনীংদগী হোরোন খোংদুনা থৌরকপা উবদা মচানুপীদা থৌদারদুনা হায়রমই—

'ইবেম্মা চৎলু নঙগী সাইকলদু পুথোক্লকউ ঐ থোংখোঙ ফাওবদং য়েংলুগে। নখোয় মমা নচানা মনীং উরক-ব্রারক্তা চঙদুনা য়েংলম্মু। কনানা খঙবা অমা য়াম্বীদু তৌরম্লবদি ঐখোয় জেল চঙগনি।'

মচানুপী চেনশিন্দুনা সাইকল লৌথোক্লুরে। মপানা সাইকলদা তোংদুনা থোংখোঙ য়ৌশিনখ্রে।

বসন্তি হাইথখ্রে । লেপ্তুনা লৈরম্বা মীওইশিং, গাড়িদগী কুমথরকপশিং মথং মথং চঙশিন্দুনা মতাও খুল্লাকপা তোংখিব্রা হংলমই। অদুবু মফম অদুদা লৈরম্বশিংনা— 'খঙদে, উহৌদে , তোংখিদবা মাল্লিদা।' ঙাক্তা হায়নরকই।

মীকোয় সাইকল থৌদুনা লৈজেং য়ৌরে। মকম অদুদা লৈরবা মীওইশিংনা ব্রাহং অদুমক মতাওগী মরমদা হংলমই অদুবু উবৌদে, খঙদে হায়রবা পাউখুম নত্তনা অতৈ ফংলমদে।

অমুক মাক্লং য়ৌনা থৌররে। দুকান মহংলবনিং, লমীদা চৎলবনিংগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মতাও খুল্লাকপা থাক্তি নথরবা খোঙনা চৎখিবা উহৌবরা হংলমই। পাউখুম অদু কনাগী অমমবগী উহৌই হায়রবা অমিদে। অতম অম-অম্না কাচিখুল, কারোং, শঙাইখেল মখং-মখং য়ৌরকরে। মতাওগী খোঙুল লিখুল খঙবা ঙমদনা তপ্না সাইকল ইন, পূক্লিং লৈঅকম খঙদনা খোঙনা মমুম অম্না হল্লক্রম্মী। মচানুপীশু পাখং-পাখংনা মমাংবীগী সাইকল য়াইদুনা হঙদুনা লাকপনা লমখাংদা মপা-মচা উনরে। উপায় লৈতে কদায়দা কনাদা হংলুগনি মফম খঙনদ্রে। মপানা 'ইবেম্মা থিকম খঙদ্রে, অশুক থুনা চৎলমগদৌদি মান্দে হায়রকই।' ব্রাফমদু নত্তনা অতৈ পাউখুম ফংখিদে। তপ্না সাইকল থৌদুনা ময়ুমদ তম্না নীংবা কায়না হল্লকখি, অমুকসু চিংনরকই— তুরেলদা চোংখদুনা শিথ্রব্রা ? অমুকসু চিংনরকই, লৌকুৎকি পূখ্রি অচৌবদা চেংখদুনা য়াইবী থরায় থাপ্রব্রা ? চিংনরিবা মফমসিং অদুদা থীরুলবা মঙাইরে।

অশুম খম্না খম্না লাকপনা মাক্লংগা কাচিখুল লোয়রবা লমহাং য়ৌশিল্লকপদা ইথা থাজদনা থারম খুল্লাকপা মহাক্কী শুবোং অচৌবদু খাওন ইল্লগা খোংকাপ নাওহুই লাওনা থাং লাকপা, লমীদা মাবু থীবদা চোকথরবা মতাও মীকোয়গা থেংনরে। মীকোয়না হাম্না কৌরদুনা হংলকই-

'ইতাও, নঙদি কদায়দা লৈরক্রা ? ঐদি নঙবু থিবদা অাঃ সঙাইখেল ফাওবা য়ৌরুরে।'

খুল্লাকপনা খ্বর থবেং থবেং হোল্লদুনা খুম্লকই—

'ঐদি পূক নুংঙাইতবা অদুনা অা মখা লবুক্তা মাল থাবা চৎপীরুপনে।'

নোক্তি নোকনীংই ব্রাফমদু অদুবু মখোন খোকপা য়াদবনা খাংলগা মখা তানা হায়রকই—

ইতাও, ইচানুপীগা ইচলগা হন্দকী হঙ্গা অসিদা হুতি ফংলবদি অমুক্তা চৎখোকহনবীরক্লবা শিনবীয়ো।'

'করিগীনো ? মখোয়সু ঐগুম্না ইকায়পা পীপীকে হায়পরা ?'

'ব্রাফমদু ওন্নরে ইতাও ! ঐগা মমাগা ঙসাই ব্রাতান্নবনি। কুঠিসু থম্বীরম্মু, অফবা পণ্ডিত্তা য়েংহল্লগা লুহোংগদবা নুমিৎ লেপথোক্লবা।'

খল্লম্বা ব্রাখল তাইওনরক্লবদা অশাউবগী মৈরি মুৎপ্রে; হরাওজবগী মায়থোংদা মীৎলুগী পীরাংনা ইরা চেন মতাওগী মমাঙদা মখুৎ অনী শাংনা তিংথোক্লগা হায়রকই—

'ইতাও অমুক্তা নুংশিনা লেঙ্গোন্নশি ঐদি নহাক্কী নফমদা অরানবা ব্রাখল কয়া খন্দুনা লৈপীরুরে মদু কোকপীখিনবা।'

মরুপ অনী হরাওনা খোঞ্জেল অমত্তদা লেঙ্গোন্নখি। মচানুপী নত্তনা কনাসু উদ্রবা লম্বী লমহাং অদুদা—

'ইতাও !'

মতুং ইন্নরক্লীবী মচানুপীনা মপা অনী মতৌ উবদা হরাওজবগী পিরাং শিন্থজরি। ❑

# শকখঙদবা

নোংজু পাম্থানি। নোংনা লেপ্তুনা চুরি। রঘুবির মখোয় লৈকাইদুগী অনাবা অমা মাগী গাড়িনা পুখৎতুনা থম্নুরগা ময়াই লম্বীদা মথন্তা হল্লকই। লাংজিং য়ৌরকপদা সরকারগী থাউমৈশিং মুৎখ্রে। মম্বনা খুৎ হাইবা ফাওবা উদ্রবা মতমসিদা লম্বী ময়াইদা নোংমৈ মচা পায়বা রেনকোট লিৎপা য়াম্না ব্রাং চাউরবা নুপা অমনা মাগী গাড়িবু খাম্নবা কন্না লাউরকখি—

'গাড়ি খাম্মু ! নৎত্রবদি ।'

রঘুবির খোঞ্জেল তাবদা মীপাইবগা লোয়ননা গাড়ি খান্নমই। নোংনা লুপ্লবা টুপ্পী অচৌবা উপ্পা নীপাদু তোংখৎনবা থোং অদু য়াম্না কিনা হাংদোক্লমই। গাড়িদা হেক কাখৎপগা অইবা চে অমা মখুত্তা পীরগা হায়রমই—

'মফম অসিদা ঐবু থীনগদবনি।'

ব্রাফম অদু য়াম্না ব্রানা হায়রম্লগা মশাদু ফম্লিবা শিৎতগী তপ্পা হায়থখ্রে। রঘুবিরনা নোংনা চামথোক্লবা চেজেৎতু মাগী মুৎশিরবা গাড়িগী মৈঙান্দা পানবা হোৎনরমই অদুবু ঈশিংনা চোৎতুনা ময়েক শাজিনবা ব্রানা থোকখ্রে। মতম অদুদা নুপা অদুদগী চেন্থরকপা ঈখেংনা মাগী মনিংথংবা শিত্তু পুংলুপ লুপ্লমই। মথন্তা খনবা হৌরক্লমই—

মখোয় অসিনিকো ঐঙোন্দগী লুপা লাক্ষ অনীগী শেনখাই লৌখিবদো। গাড়িদগী ইন্থদুনা থনম্লশিরা নৎত্রগা পুলিস ষ্টেসন্দা খুৎশিন্নরম্লসিরা! মখুৎনা পায়রম্বদগী তোঙান্না তাদুনা লৈরবা নোংমৈ মচাদু উরগা অমুক খনবা হৌরকই—

নোংমৈ অসি পুরগা, মশাসিনা অনকপা খোংবান অসিদা থাদদুনা থনম্লসিরা? মসি পুরগা ঐগী করি কান্নবা, লোৎতুনা থমজিনবা নত্তনা। করিগুম্বা ঐগী নুপীনা খঙখ্রবদি অপঙবা মপান থোক্কুনা মমান্নবীশিংদা হায়দোক্লুবা থোক্লবদি ঐহাক পুলিসনা ফাখিনি নৎত্রগা মখোয়না খোঙ্গুল লিরক্কুনা লমন খুমখিবা তাবনি। মহাক্কী লেপ্তুনা চেন্থরক্লিবা ঈখেংদু উরগা মবুক্লিংদা মীনুংশিগী ব্রাখলসু ফাওরকই।

*মহাক ইরোল মান্নবা ঐগী জাতি অমনি। ঙসিগী মশিং য়ামশিল্লক্লবা* ফুরুপ অসিগী মীওই অমা কনবীবা হায়বসি ঐগী থম্মোয়না য়াফম থোকই। মহাক মীওইবনি নোংমদি খন্থরক্নুনা সমাজ অসিগী কান্নবা খরদং ওইরবসু তৌরকপা য়াই । ব্রাখল অদু লাকপদগী মহাক্কী গাড়ি কন্না থৌদুনা ময়ুম য়ৌননবা থৌরকখিরমই। নোংসু তপ্না ময়ুম য়ৌরকপদা হাংখ্রে ।

তূমদুনা লৈরম্বা মাগী নুপীবু তপ্না হৌদোক্লমই। অশোকপা মীশক অদুবু মাগী হাংলবা কাদা পুশিন্দুনা মফি-মরোল অচোৎপশিং হোংদোকপীরমই । অশোকপা মফম অদু য়েংলুবদা নোংমৈ মরু অমনা ফাওদোক্লুনা চৎখিবগী ঈ চেন্থরকপা ওইরম্লে । অশোকপা মপান্বোম অদুবু মখোয়দা লৈজবা হিদাক-লংথাক হাপ্পীদুনা বেন্দেজ ফজনা পুনশিনবীরমই। রঘুবির চানিং থক্লিংলম্বা পুমকাও কাওথোকখ্রে। অহিং থেংজিল্লক্লে। মপান থোক্লুনা য়েংবদা নোংপোক থংবা মায়কৈদা তরং তরংবা থাজনা মন্নমবা নোংশিংবু য়েংবগুম তপ্না তপ্না থোক্লমই। ঙাইহাক য়েংলম্নগা থোঙ লোনশিন্নবা হোৎনরী। মতমদুদা তুম্বা কায়রবা মপানা হংলকই-

'ইবুংঙো পুং কয়া তারে?'

পুং ১১ তারে পাবুং !' রঘুবিরনা তপ্না খুন্নগা মাগী লোইনবীবু কৌশিন্দুনা ঙাইহাক পোথানবা হোৎনখি। মীপাইজবা পুক্লিংনা ঙাইহাক তূমথরুবদা য়াহৌ থেংদোকখিরম্মী। মহাক্কী নুপীদি নীংঙাইদনা তূম্নি। মহাক্না তপ্না হৌগৎতুনা ফক্লাং ঘড়িদা য়েংই । অয়ুক্কী পুং ৬ তারম্লে। ঙরাংগী থৌদোক খঙনিং নীংশিংলকই। তপ্না-তপ্না থাংদুনা মহাক্কী কা অদোমদা চংশিল্লমই। কা অদু ইহাং হাংদুনা লৈরম্লে । হাংলবা ফমুং অদুগী মথক্তা চেজেৎ অমদি তাদুনা লৈরমই। মদুদা ইদুনা লৈরমই- ''থাগৎচরি ইয়াম্বা।' ননাওনা পুন্সি অসিমগী শিংবা ঙমদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে । অদোমগী তৌবীমল পুন্সিগী কাউজরোই।'

চিঠি পাবা লোইশিল্লকপদা মপা চাউভল চংশিল্লক্লুনা থোংজিন্দগী হায়রকই—

'ইবুংঙো ঙরাং ঐখোয় ইমুংদা কনা লেকই ?

*ব্রাফম অদু লোৎপা য়াদবনা তপ্পা খুন্নকই—*

'শকখগুদবা নুপা অমা।'

'ও! অদু ওইবা তারে। মহাক্না, নখোয়না তুমথখিবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা ঐবু হৌদোক্লগা হায়রকই- 'পাবুং নচা অমুক য়ৌজরগে, ইয়াম্বা অমদি ইতৈমদা খরা তম্বীয়ু মখোয় অনীনা ঐগীদমক য়াম্না ব্রাবীখ্রে। চেজেৎ অসিমত্তং থমজরমগে ফমুং মথকসিদা।'

ব্রাহৈদু হায়রন্নগা তপ্পা-তপ্পা অদুম চৎখ্রে ঐসু মশক্কা খগুদবনে ঈরাং মতাসিদা অদুম য়েংদুনা লৈহৌরবনি।

'মসিগুম্বা মথোং হুক্তবা থবকসি মতুং মনাওদি অমুক হন্না তৌগনুকো ইবুংঙো। করিগুম্বা পুলিসনা মরম খগুখিদুনা কোক চংলক্লবদি ঐখোয় পুম্বা অরাফমদা লোয়না তামিন্নগনি। মখোয়না লাক্ষ হায়জরক্তুনসু ঐনা মথংদদি য়াবা ঙম্লোইকো! নিপামচা, ব্রাখল মুন্না খস্থৌ। ফরবসু ফত্তবসু সরকারগী থবক মচা অমদি তৌরিবা ওফিসারনি। নপা য়ানিংদেকো।'

ব্রাহৈদু হায়রন্নগা মপা ইখোল্লোমদা চৎখ্রে। মচা রঘুবির পাউখুম অমতা পীখিদে চেজেৎতু পায়দুনা লৈহৌই। ব্রাখন্দা খলহৌই ঙরাংগী থৌদোক অদু অঙকপা থৌদোক্লি। ❑

# অনুরাধাগী সয়ম্বর

মতমসিগী ঈরৈদি অতোং-অকুৎ তেম্বনি। ঈরৈসিগী চৈথেংনা তোৰ্ব্বান ওইরিবা কয়াদা ফংলি তত্তনা। কায়নবা কয়াগী তেংথাখোলসু কোকিলগী খোঞ্জেলগুম্নে। নিল্লরে অনৌবা য়েম্নীং হুল্লক থা, বসন্তা ঋতুনা লাকপদা, শজিবুগী শাহুম্মি; অখাক অরাওসু য়াওই। তাবিনবা কনা লৈতে, খুন্নাইসিগী মহিংনি। অহিংসু নুংথিলনি, নুংথিলসু অহিংনি; খেন্নদ্রবা অমঙবা নোংনা লমদমসিদা।

সমাজগী মীনোক মীচৈ, শাগৈগী ব্রাংলবা পন নমখাইদুনা ঙসিদি থেংনরগে খন, থোক্লক্লব্রা নকু-ননেম্মা নোংঙাখ্রবা মতুং। কায়নবগী লাম্মৈনা চাকথেপীখ্রবা লকানুং, কুমগী নোংহৌ লাক্লবদা মহৌশাগুম হুল্লক্লব্রা অনৌবা বসন্তগী য়েন্নীং।

লৈবাক্লেগুম্না খোংনেম্বী ব্রাকচিংগী উনখাদা নাথৈখ্রে; ব্রাৎলিএ শাহুম অকনবা শজীবুগী, ব্রাৎলিনে কাথেকপা মৈশা কালেনগী, ব্রাৎলি অকনবা নোংজু ইঙা-ইঙেলগী; ঙম্নগদ্রা খাংবা পুম্নমক !

'ইপুরোইবা অমতং পামজে।'

পৌরবা ময়েক্লি, ফজরবা শক্তমগা কোন্ননা থেৎলিবা। অউবা খুদিংমক্লা ফিল্ম পোষ্টরগুম্না য়েংনরি। ইকায়-ইকি ব্রাংমা লাম্না।

লোক্তাক পাৎকী তোৰ্ব্বান্দনি, লমকোয়বা লাকপশিংনা কৃক-কৃক ইন্নরি। লম্বীগী চিদায়দা লৈতেং ওইনা ঙাম্থোইরিবা 'খঙহঞ্জবা' অদুনা লুখ্রাবী ওইনা কায়না পীরাংলক্তা মোনখাংনরিবা কয়াগী থম্মোয়দা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপ্তুনা অয়েংবশিংগী পূক্লিং চিংশিন্নফম ওইজরবসু নৌজরবী কয়াগী পূক্লিংদদি খোইশাওনবগী ঈথিল অমা অদুমক পীদবদি নত্তে।

তৌইগুম্বসুং মপূং মরৈ ফারবী চনুরা কয়ানদি খঙহঞ্জবা অদুবু পারগা নোক্লা নোক্লা হন্নখি।

কায়নবগী চৈথেং ফংদ্রিবী মৌনহা কয়া, অদুগা নুংশি পন্দোম লোম্নবী হনুবী কয়ানদি নুপী ওইবী ঐখোয়গী ঈজৎ খোঙ্গোইনবনি খন, মচিন পেম্না চৈ, মতিন পুম্না শিৎ খোয়শাউননা হন্নখি।

মাঙগী লম্বী তেল্লবা, তুংগী লম্বীনা তামহৌরবা অহল ওইরবা কয়ানা খোইরুম মোমোন নোক্লা য়েং, মনাক্তা লৈরম্বা নহা মচাশিংদা করেম কথাই লক্লরকই—

'হে, পাখঙ শোইনাওশা ! স্বয়ম্বর অসি য়াওনিংদ্রা য়েংউনে ?' পাউখুম পীবা ঙমজদ্রবা ইকায় থিজবা নহামচাশিং মমায় চিনিমুক ঙাং লুকথরুরগা পাউখুমল্লকই তপ্না—

'পুপু ! ঐখোয়দি ছাত্রনি । একাদমিক এজ য়ৌদ্রিয়ে, উরুম লৈবগী লেপচরম্বনি।'

ময়া য়াওদনা, অহাপ্পা ময়াদা কুল্লবা পাউখুমদা মোমোন নোক্লল্লগা ব্রাহৈ মখা তারমদনা তপ্না চৈশু শু, অনুরাধাগী শক্তমদা অমুক্তং পেন্না য়েংলল্লগা চৎখি, শাংলবা শ্বর অমা শাংনা হোন্থরল্লগা।

মচা নাউরোল অহুম মরি কারবা, পূক্লিংগী থৌনাদি হন্দ্রিবা কয়াসু মিৎচিনা ফলপ য়েংলমই, নাথৈদুনা চঙলমদে । য়েনবানা য়েন্নাও চেনবগুম নৌনা পাখ্রা ওইরবশিং মচাশিংবু নাওকোনবীনবা স্বয়ম্বর অদুবু য়াওনীংই কায়না মৈশা কোকখিনবা । পীক্লিবা মচানা মমাঙদা লেপহন পন্থৌনা তুংদা লেপ শিল্লি লৈফম, তারিখ খঙহঞ্জবা অদুদগী ।

মহৈ-মশিং তন্নিঙৈ বসন্তা ঋতুনা নাথৈবীরল্লগা পাখঙশরী কয়া তনৌরবী অনুরাধাগী থাজ্জ মাল্লবী শক্তম, চুং-ফিরাল চারবী পাতক চেংতক শবানবু উরগা ঙসিদি কদোমদগীনো মফম খঙহৌদনা নুংশি লাইজ খিক্লরে অনৌবা য়েন্নীং হুল্লরে। মখোয়দা নত্তে লেপ্লরিবা, কায়না মৈখুলক্তা লেপ্লুরবা শরী ব্রাশক নামুংনরবশিং, লৈরাং ওইনা শাৎলম্মু খোইমু ওইনা ঙংলক্কে, থাজ ওইনা ঙাল্লম্মু নঙান্দা নোংইন ওইরুরগদবা কয়াগী থম্মোয়শিংবু জয় তৌদুনা অনৌবা য়েংন্নীং হুলহল্লে ইকায় মায়খুম হাইদোকপ্লে ।

কয়াদা কনখ্রবা শাহুম্লো নুংশি মাগী লৈকোন্দা
কিল্ফুরুবা চেকপল শেমগৎকে
পাথরুরবা লাইজ য়োকখৎননবা
তরেৎ-তরা লোংনা খন
ফিরেপ অসিদা তারকখিবনি ।

নীংথিজরবী অনুরাধা মরলনা সনজীংগুম পৈশিনবীরম্নবা ময়ুম্না কোনুংগুম শাগৎপীরম্নবা লৈখিদ্রবা শেঙ্গাও পায়বা মধোপকী মমৌ ইবেম্মনি।

মপুরোইবা প্রেমচান্দসু মপাগী মচানি। শেল খোমজিনবদা মপাদগী তাদবা অদুবু মৈতান অচাকপসু য়াওনা খোমজিল্লুবা ব্রাখোক্তা পুন্সি পীখম্নখিবনি খাংভুথক্তা। মদুগী মৈশানি, ঙসি নৌজরিবী অনুরাধানা ফংহৌরিবা।

খুন্নাই অসিগী বেব্যহার খজিক্তুং থমদুনা মমিং লৈরবা লমদম অসিগী খবর চেফোঙ কয়াগী হাঙলবা লমায়শিংদা হাপখিদে। শুপ্পতংগী খঙহঞ্জবা অমখক্তং অচৎ-অওক উনবা তান্নবা লোক্তাক্কী খোংবান্দা ফিল্মগী পোষ্টরগুম তরেৎ শেঙ্গা তিং থেৎচরিবনি; মসিদা মফম তারিখ ফোন নম্বর, মহৈগী থাক, অতৈ ব্রারোল খরা য়াওনা নিয়ম অমগী চৎনরোন্দা ফোঙদোকচরি। পামজবা মীওই কয়ানা মাগী-মাগী নোটবুক্তা নৎত্রগা ডাইরিদা লোম্না নৎত্রগা ফোঙনা ইদুনা পুনখি।

অহাওববু চানিংদবা
ফজববু য়েংনিংদবা
নুংশিরবা মনম্বু নম্নিংদবা
কনা লৈবগে ঙসিগী খুন্নাইদা
লাইথুং পক্লবা কুমলাইনা নত্তনা।

নুমিৎ তরানিদংনি খঙহঞ্জরম্বা অদুবু ইখৌ লাংজরম্বা মশীং লিশিং মঙারোমগী দরখাষ্টনা লোল্লরে অনুরাধাগী ওফিসতা মদুগী মরমদি— গ্রেজুয়েট ওইগদবনি হায়বা লৈতবা, পাখ্রা ওইরবসু য়াবা, এম.এ.বু পাস তৌরবদি চহি নিফু শুরবসু য়াবা, মশা মউ ফবা শন্নরোইশিংগীদমকসু চহি কোমথোকপা। তৌবতবু সেদুল কাষ্ট, সেদ্যুল ট্রাইব, ওবিসিগী রিজার্ব লৈতে। জাৎ-কুচু, ধর্ম্ম খেন্নবা লৈতে। তৌবদবু মহাক মণিপুর লোলদি ফজনা ঙাংবা নুপা থোকপা মীওই ওইবা তাই নুপী মানবা, মতীং লৈতবা মীশক্কী অয়াবা পীদে।

অঙকপা পূন্সিগী মেলানি। চাউখৎলকপা মীশিং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না চৎনবী অসি লাকখিবনি। কুঠি, মেডিকেল সার্টিফিকেৎ, মহৈগী সার্টিফিকেৎ অহুমক য়াওনরকই। অহেনবা সার্টিফিকেৎশিংদা শান্নবা, অতৈ কয়া লোয়ননা মশাগী ফোটো, ব্রাং-চাউবা, চহি, হৈনবী শিনফম্নচিংবা ...।

অনুরাধা মথন্তা ফমদুনা অচিকপা মহাক্কী কাদা ফমদুনা থাজিল্লক্লিবা ফোর্মশিং অমসুং ফোটোশিংবু অমমমতা ওইনা চ্যেক তৌরি। খনগৎলবশিং অদু নোটিশ বোর্ডতা ফিজিকেল টেষ্টকীদমক মমিং পরেং থোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। ফিজিকেল টেষ্টকীদমক লাক্লবা মীয়াম্না ঙসিদি লব্রায় খুঙ্গংগী লমদমশিংদসু ট্রাফিক জাম ওইখ্রে। লোম্না য়াওজগে খঞ্জবা কয়া নীংবা কায়না হন্নখ্রে। মথৌনা লৈবা মীওই কয়াসু মিটর ১০০গী লমজেলদা নৎত্রগা অব্রাংবা চোংবা নৎত্রগা মন তরারক ওনবদা মকোক ঙাওবশিং নৎত্রগা মেডিকেল চ্যেকতা অন-ফিট ওইবদগী মায়থীদুনা হন্নখিবা কয়া য়েংবদা কুপ্মে অচৌবা অমগুন্রি।

থোইবী মশুংলাংগীদমক খম্বা-নোংবান হুমাং তানখিবগুম, ঙসি খম্বা কয়া, নোংবান কয়ানা হুমাং তানা, অনুরাধা মশুংলাংগী কালেন নুংশাদা শাগং খাঙনরি, মেরাগী থাবলগুম। পোৎফম ফম্বী কয়াগী লুকমায় হাঙনা হন্নখ্রে।

মশা লুম্বা, মবুক থোনবা, মফৈ তাবা কয়া, মেডিকেল ফিট ওইজরবসু লমজেলদা লৈহৌদুনা তকশি শোন্দুনা হন্নখি। খঙ্গৎলবা মীওই চামাতমক ওইবা চাংয়েং পরিক্ষাগী ফোটোগা কোননা নোটিশ বোর্ডতা ময়েক অপৌবনা ইদুনা থোক্লকই।

হুম্নি চনবা নুমিৎনি। অইবা চাংয়েং পরিক্ষাগীদমক মীওই চামনা শরুক য়ারি। ভারতকী মফম কয়াদগী জাৎ কুচু মান্নদবা কয়া য়াওরি অদুবু মখোয় পুম্ন মক মৈতৈলোলবু মমালোনগুম্না ঙাংবা ঙমই।

পরিক্ষা মার্ক ৫০ খক্তগীনি। পূক্লিংগী অপাম-পামদা ময়েক শেংনা খঙদোক্লবগী তাঞ্জা অমা লৌজবগী ব্রাতনি। তঙাইফদবদি নত্তে। অনুরাধাগী ব্রাখল য়াম্না চমই। মহাক্না লৈরিবা খুঙ্গং অসিবু চাউখৎপগী মঙাল ফংহনবা পামজৈ। মতমসিগী য়াওলদা নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবশিংবু অনৌবা আশাদা মনীংতম্না হিংজবা, অনৌবা পন্থুংগী মঙালদুমক মঙফাওনহনবা পামই। মদুগী অহানবা চাংয়েং থবক ওইনা পাঙথোক্লকপনি।

অইবা চাংয়েং লোয়রবশিং থংনবা কাদা কম্প্যুটর শকখঙহনবা হায়বা পরিক্ষা মচা অমা পোৎলুম ওইনা হাপচিলম্মী। থম্মোয়গী ব্রাহংনি, থম্মোয়গী

পাউখুমদুমক অহাংবা মফমশিং অদুদা মেনশিল্লম্বা। ব্রাহং খুদিং মখোয়গী মমিং মথাগা কোম্লনা লৈরম্বনা কুইদে হন্দোক্লরকপা। মথং মথং।

| | | | |
|---|---|---|---|
| * | অহানবা ব্রাহং | - | অদোম্না ঐবু শকখঙবীরব্রা ? |
| * | অনীশুবা ব্রাহং | - | নহাক্কী ধর্ম্ম করিনো? |
| * | অহুশুবা ব্রাহং | - | ঐদি ইশাগী ধর্ম্ম হোংবা পামজদে মসিদা অদোমগী করি মোত লৈবগে? |
| * | মরিশুবা ব্রাহং | - | ঐনা মরম ওইদুনা ইমুং মহি লাংবা মোত খেৎম্নরকপা মতমদা অদোমনা সমস্যা অদু করম্না শন্তাইনবীগনি ? |
| * | মঙাশুবা ব্রাহং | - | ঐদি লৈকায় অসিগীদমক য়াইফ-থৌরাং খরদং ওইরবসু তৌজনিংই, মসিদা অদোম্না করম্বা মওংদা মতেং পাঙবীগনি ? |
| * | তরুকশুবা ব্রাহং | - | অদোম্না ঐবু করিনি হায়না খনবীবগে ? |

'থাগৎচরি অদোম্বু ! মঙ্গল ওইবীয়ু ।' পরিক্ষা লোইখ্রে মপান্দা ফম্লম্বী অনুরাধানা হরাও মীনোক্তা মখোয়বু বিদায় পীদুনা ময়ুম মায়কৈ পাঙহনখ্রে। হঞ্জীল্লক্কুনা মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবী মমাম্নবী অনুপমাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্কুনা ফম্লম্মী। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা মিৎচাম্নরদুনা হায়রকই—

'ইতা ! ঐদি থারীকথানি। থম্বালশুম্না শারবা কোরৌ মঙান্দা ইনীংতম্না লৈকা ফম্না শাৎচবা ঙম্রোই। মেংলবা থাজগী মঙালদা কনাসু খঙবীদনা ইদোম শাৎচ ইদোম কেঞ্জখিগদবা ! ঐদি থল্লুরগা য়াম্না ইকাইজরকই । লৈকাই অসিগী মমাংদা য়াম্না তৌবা ঙম্বী তাম্রমাল্লে।'

মতাগী অব্রাবা পূক্লিংবু থেমজিনবীরদুনা হায়রকই—

'ব্রাখল পীকথবীগনু ইতা ! থম্বালসু লৈরাংনি। অহিংদা শাৎচবী থারীকথাসু লৈরাংনি। খেম্নবা করিসু লৈতে। করিগীসু তৌবা ঙম্বী তাগদৌরিবনো অনৌবা মতমগী য়াওলনি।

'মীওইবগী মচিন্দি কৈদৌঙেদা মেনবা ঙম্রোই। অফ-ফত্তা অদুম ঙাংনরক্কনি। তাগদৌরিবা ঐখোয়না তাবিদ্রবগা লোইরে। অদুননি ইতা! ঐনা মণিপুরগুম্বা

মীরা ঙাংনরগা পেঙ্গবা খুন্নাই অসিদা অতোপ্পা জাতি কয়াবুসু য়াওবগী অয়াবা পীজখ্রিবা। করিগুম্বা তান্নবা অন্দমান্দ নিকোবরদগীকা ঙসিগী ইন্তরভিয়ু অসিদা য়াওরন্নবদি মহাক অদুবু ঐনা শোয়দনা পামজনা খনগনি।'

'মরমদি ?'

'মরমদি মফমদুদদি ঐগী মরমদা অদুক হাক্লদি থীগৎতুনা ব্রাহং পাউহংদি তৌররোইদনা ? ইনিং তম্বা পূন্সিদা লৈতানা হিংজবা ঙম্লগনি।'

'মফমদুদসু শোয়দনা খংনরক্কনি ইতা ! মখোয়সু মীওইবনিনে। নহাক কনানো মতৌ করম্না শকখঙনরকখিবগে নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা মরোন্দা হংনরক্কনি। অচাকপা মৈতানবু কয়াম কুইনা ব্রাইনা খুমদুনা থম্বা ঙম্বগে ? খঙরক্কনি।'

'অদুদি ইতা! হৌজিক ঐ করি তৌশিগে, 'লাং' অসিদগী নাম্থোকখিনবা উপায় ?'

'অরায়বা পাম্বে অমতংদি লৈ।'

'করিনো ইতা, পাম্বে অদুদি ?'

'অতৈ নত্তেদা ! খনগৎলবা বীথিগী নোংদম্বা ওইগদৌরিবা মহাক অদুদা মাংজৌননা ব্রাফম অসি পুকমেন পাউমেন্নহৌবগী ব্রাফম্নি।'

'খঙদেদা ইতা ! পূক্লিংসি য়াম্না চরাংনৈ লৈতাফম খঙদে।'

'মদুদি মহৌশানি ইতা ঐহাকসুনি। নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি খোঙথাং খুদিং তিংখং তুম্বৌনা য়ুগদবগী পীক থল্লি। পূম্নমক থেংনবা ঙম্বদুবু নুপী থোকপা কৌবনি। লাকওসে পুং আ ! তাশিনপ্রে। চাক চাখোম অম্মম চারগা পোথান্নবা হোৎনরসি।'

অরাম-খৌরাংবা পোক্লবা অনুরাধা মতাগীদমক খল্লগা চাকশঙ তম্না চঙমিন্নরকই।

লংলবা থাউমৈগী মৈঙান্দা ফম্মীন্না, চাক চখোম অনি-অহুম হুক্লগা মতানা চাবা তোক্লিফাওবা ফম্মিন্না ঙাইদুনা লৈরমই।

চাকশঙদগী থোক্লকই। মতমদুদা অনকপা অরাপ্পা খুঙ্গংদগী য়েনখোং অহানবগী মথং-মথং শৈহৌরকই—

'ক্রেক ক্রে !'

অহিং থেংজিল্লকপনা মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে। অনুরাধাদি তুম্বা য়াদ্রদুনা মাগী থোঙনাওগী পর্দা হাইদোক্লকই । অব্রাংবা দলাল মথোন্দগী ওইবনা তান্নবা লৌবুক লমহাংগী নীংথীজরবা প্রকৃতিগী খুৎশেম্না থল্লবা দৃশ্যশিং ময়েক লানা মেংলবা থাবলগী ঈপোমদা তনিক-তনিক উবা ফংলি । নীংথিজরবা দৃশ্যনা নীংশিংহল্লকই হৌখ্রবা থৌদোক কয়াবু মথং-মথং মীৎমাঙদা, শিন্থরকই থৌদোক কয়া অদুবু কাউখিনবা হোৎনজরুবদা থিংবা ঙমজদ্রবা পিরাংনা জর-জর ! হায়দোক্লম্বা পর্দা থাদরম্নগা হঞ্জীল্লক্লুনা ফম্মুংদা ফমই । ফমথবতা ঙাইরি খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা তারকই।

'রাধা !'

কনানো কদোমদগীনো কোয়না য়েংলমই । অদুবু মহাক্কী নীংথিনা লৈতেংদুনা থন্নীবা পোৎ-চৈশিং অদু নত্তনা কনাবুসু উবা ফংখিদে । অমুক মখা তানা হংলকই খোঞ্জেল অদুমক্তা—

'নুংঙাইরিব্রা নঙবু ?'

হন্দকমুক্তি তশেংনা, লৈখিদ্রবা মপুরোইবা প্রেমচান্দগীনি হায়বা খঙখ্রে। মনাকোং অনীদু মেনশিল্লগা হায়রকই—

'চৎখ্রো ! হংবীরগনু অমুক। হঙবগী মতমদু হেনখ্রে। নহাক্লা নৎত্রা চমজরবী ঐগী পূন্সিবু নরক্কুন্নবা অচৌবা কোমনুংসিদা পোরোন লোন্দুনা বন্দীগুম থম্বীরম্রিবা?'

'মসিবু ঐনরো?'

'শৈত্যান নহাক্লা নৎত্রবদি কনানা ওইগনি?'

'নোংদম্বা মহাক্লনি। ঐবু য়াইফকোন্দা পোকহনবীরম্বগী ! ফত্তবা মরুপ কয়াগা লোইনরুবগী ।'

'নরল খরা তোনবগীদমক পলেম-পম্থৌবু অব্রাফমদা তাহনবা, ঐবুনা ঙম্মী মতাগুম ফাদুনা পুরকখিবা নৎত্রা ?'

'অদুম্না হায়গনু রাধা ! ঐনা নঙবুদি থম্মোয় শেংনা নুংশিজে থব্রায়দগীসু হেম্না !'

'পুন্নমক নমথাক্লি হায়শিন্নরিবা তাৎকী।'

'নত্তে, রাধা ! ঐনা নহাকপু নুংশিরমদ্রগদি ঐগী অপাম্বা অদুনা নহাকপুসু তমথিরবা লায়না শন্দোকহল্লগনি। মদুমক্তি ঐসু খাঙখি। হৌজিকসু নহাক মৌ নত্তে। লৈশাবিনি, তনৌ তনৌরিবী ! ইমা পাবুংনা পামজবগী মমিংতা ওইনা কুন্দো পরেং অঙৌবদুখক্তা নুমিৎতুদা হুকচখিবনি মদুদি লৈতেংনি।'

'মখা তাথবীরক্লগনু ঐগী নাকোংসে মেনশিল্লিবিনি।''

'ঙসিনা অরোইবনি রাধা ! তাহল্লরোই অমুক খোঙ্লেন মঙলান্দা ফাও লাক্লরোই, কায়নবগী বীদায় অসিমত্তং পীজবা লাকখিবনি, লৈহৌরোকো চান্নবী ! য়াইফবী ওইবীয়্কো ।'

খোঞ্জেল অদু লেপখিবগা নকোং মেল্লম্বা মখুৎ অনীমক তপ্না থাদোকই। মীৎলুগী নাপোম অনীদা শিন্তরিবা পিরাংদু মঙক্তা য়াল্লম্বা পারবা ইনফি মচাদুনা তপ্না নপথোকই। খাংবা ব্রারবা অব্রা-মৈচাক, তাইনফমতা ওইরিবা মোন্দা, চেৎনা কোন, হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা ঈংনা মেংলবা থাবলগী ঈপোমদু অব্রা মৈশানা লাঙ্গোই চনখি।

মথংগী নুমিৎনি। মতমদি লেপ্তবনা স্বয়ম্বরগী পুংজা নকশিল্লক্লে। শকহেনবা খোইমু খ্বাংজেংবা, চামানা লৈজবা ফিজেৎতা মাগী মাগী ফজনা লৈতেংলবা তাংবন্দা ঙাম্মোইদুনা সভাগী লৈতেং ওইনরি। বার্ত্তন ফংবা ভাবোকশিংসু সভাগী লৈতেং ওইনবা লেঙশিন্নরক্লি। ভি.ডি.ও., কেমেরামেন কয়ানা ফিল্ম শুটিংগুম কোয়না চৎতুনা নম্নবা হোৎনরি।

স্বয়ম্বর অসি য়াম্না চমই। অদুঙৈগী সীতা, দ্রোপতিগী স্বয়ম্বরগা মান্নদে। নুংশিরবা নাৎকী ওইবা পুং, ঈশৈ, পেনা, মোইবুংনা শৈহৌরগা মীয়ামগী পূক্লিং য়াকায়হল্লি। ধর্ম্ম পণ্ডিত অমনা বেদ, মন্ত্র-যন্ত্র শোন্দুনা অনৌবা মখলগী স্বয়ম্বর অসিদা লাইবক লেপকদৌরিবা বর-কৈন্যা অনীগী য়াইফ-মঙ্গল থৌনিজরি।

ধোন-বেনগী তাম্থাদা কন্যা লেংথোক্লকপা উবদা ইন্টরভিয়ু য়াওরিবা বর চামগী পাইমা পীবুক্লুংদা মীপাইজবা স্নাগী শজি চামা চামা চেনগুম চেনগানা চরাংনহল্লে।

ফজবগী মথক্তা ফজরবা লৈতেং খিবীক্লা লৈতেংবীরবী অনুরাধাগী শক্তম্নি, লাইরেম্বী অমগুম্না লেংথোক্লক্লিবা। অফাওবা চিত্রকার অমনা মহাক্কী মোল্লবা

তুরিশিং শিজিন্নদুনা মসিনা লোয়জরে হায়বা কল্পনাগী ফজরবী শক্তম অমা য়েক্কুনা চাংদম্নবদা ঙসিগী অনুরাধানা শরুক চামা হেল্লগনি। চৎনবীগী পর্দা মরুমদা লৈজরম্বা খক্তনি মৌগীশিংদা চন। অহোংবা থম্বীবগুম থাজগী মায়থোংদা।

মেরাগী পুর্ণিমানি,
হিয়াঙ্গেগী পুর্ণিমানি,
পোইনুগী পুর্ণিমানি,
....................
ফাইরেনগী পুর্ণিমানি,
লমতাগী পুর্ণিমানি,
থাজদি অমত্তনি মক্কুবা মায়থোং ।

বর চামগী মনুংদা বর অমতংনি খনগদবা। মদুসু মুক্না হৈবা। মোইবুং খোংদুনা, পেনা শক্কুনা মুক্না শান্নবা মথং-মথং হৌখ্রে। শকহেনবা কয়া মুক্নাগী লৌদা মায়থীবা ওইখ্রে । এম.এ., অদুগা এল.এল.বি. কয়া পাঙ্গল চাংয়েং লাকপদা ইকাই ফিরুক খুম্না হম্নখ্রে। ডোক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, ডোক্তরেট মুক্নাগী লৌদা লৈহৌরে ।

পাঙ্গলবা কনানো অনুরাধাগী বর!
খঙলগনি ঙায়হাক্কী মতুংদা লেপ্তবনা।
খম্বা নোংবানগুম অনীতমক লেপ্লরবদা,
অমদি মাইথিগনি অনীগী মরক্তা।।

সরদারজী, মরাঠী, নেপালী, বিহারী শকহেনবা কয়া তুখিবনি অথুপ্পা লৌদা; গুজরাতী, রাজস্থানী ব্রাংজবতনি উটকুম; বেঙ্গোলী, অসামী য়াখিদে লৌশিং লমহুইগী, পূম্নমক তুখি মৈতৈগী লৌদা। হৌজিক লেপ্লরে চাউরবা মাগোপ ময়াইদা লোয়ালমগী পাখঙ পাঙ্গলবা মহৈগী থাক্না এম.এ., ইংলিশ।

মখুৎমক্না লেংজবা কুন্দো পরেংনি। মশাবী ঙকশমদা হুকচনবা পুংফম য়ৌরক্লে, খঞ্জরম্বা অসাগী পম্বুং। খোন-বেন, মোইবুং-পেনা খোঙ্গৎলকই, তপ্না মথং মথং পূক্লিং হুরবা গুরদা। মায়গৈ খুদিংমক্তগী ভাবোক ওইরিবশিংনা চাইশিল্লকপা লৈরাং খুজোক্না ঈংলবা নিংথম অহিংদা উনগী মফোলনা কুমগী

নোংলিক্কুম কুংনা তাশিল্লক্লি মরোল মরোল। মরক্কুদা শকহনেবী কন্যা তপ্পা চিং লেম্মা ফমফন্নাংদগী হৌগৎলকই। তনৌরবী খুৎশানা লেংজবা অঙৌবা কুন্দো পরেং পায়খৎলি। কাংঙাগী খোংথাংদা তপ্পা, মায় পাক্লবা বিধাতাগী নোংদম্মা মনাক, তপ্পা হুকয়্রে কুন্দোগী পরেং, মতা ফরবা বরগী ঙকশমদা কন্যা অনুরাধানা। বর রঘুবীর মৈশ্নামচানশু মফম লাংদগী লেম্মা হৌগৎক্লুনা পাউখুম অদুমক পীখি নুংশিবগী। তিল্লীবা অতিথিশিংনা খুবাক খুবগা লোয়ননা য়াইফ-মঙ্গোল পীরকই—

‘মঙ্গোল ওইজরো ঈশ্বরগী থৌজান্দগী।’

খরনা হৌনা লাওশিল্লকই— ‘য়াইফরে ! পুন্সি নুংশাংবা ওইজরো বর-কন্যা অনীমক।’

ধোন-বেন, মোইবুং-পেনা খোংলম্বা য়ৈরম্বা লেপখ্রে। সয়ম্বর লোয়শিল্লকপগা মরি-লৈননা কন্যানা অতেনবা ব্রাফম অমা বিদায় ওইনা ফন্নম্বদগী হৌগৎলক্লুনা পীরকই—

‘ঙসিগী য়াইফরবা নুমিৎ অসিদা লেঙবীরক্লিবা-লেঙবীরক্লিবী স্বয়ম্বর অসিবু থব্রায় হাপ্পীররিবা খ্বাই পুন্নমকপু ননাই তোল্লবীনা নোল্লুক্লা ভক্তি কচ্চরি।’

পুন্সি হায়বসি মেলা অমনি। মেলা অসিদা ঐনা নখোয়গা ইশাগী অচিনবা থবক কয়া কায়থোকপীদুনা লেঙবীরকপদগী উন্নবা ফংজরি। মসিমক ঐহাক য়াম্না পেঞ্জে। ঐগীদমক্তি বরগী তাংবন্দা লেঙশিনবিরবা চামমক ঐনা পামজবা মতিক মগুণ কয়ানা লৈতেংলবা শকহেনবা শাফবা ঙাক্লি। অদুবু পুন্সিগী খোংলোয় ওইগদবা লৈপানবদি অমতমক খঞ্জগদবনা ঐনা খনবগী মহুত্তা লমদম অসিগী নাৎকী চৎনবী মশান্না থৌরম্না অরোইবা ওইনা থমজখিবনি। মসিগীদমক অতোপ্পা রাজ্য অমদি মপান লৈবাক্তগী ঐগী স্বয়ম্বরদা শরুক য়াবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি। মশান্না অসি য়াম্না লিরবা মতম অমদদি মমিংতমক ঙাইদুনা লৈখ্রগদবা, নিপা থোকপা মশান্না অমনি। মসিবু য়োকখৎপা নুপী ওইবী ঐখোয়গীসু ইথৌদাংনি। শান্নবদা থকশি-খাশি চংই অদুমক পুন্সিদা, সমাজ অসিদা লৈহন্নিংবদগী থৌরম অসি থমজখিবনি। ঐনা মমায়তমক নানবা মশা ফত্তবা, লমচৎ ফত্তবা মীওইশিংবু মপান্থোংদা য়েংলগা খনবা পামজদে।

ঐনা পামজবদি ঐগুন্নবী মরমঅমা নৎত্রগা অমদা মপুরোইবনা নৌনা হন্দোপীরম্নবী কয়াবু মীনুংশিগা লোয়ননা মখোয়বু হিরম অমা নৎত্রগা অমদা মতেং পাংবীবা ঙম্বা ঈশ্বরগুম্বা মীওইদুনি।

ঙসিগী সমাজ হন্থনা য়েংবীবা নত্তনা মখোয়বু ময়াম তান্নরগা করি করম্বা থৌরাংদা শৌগৎপীবা য়াখ্রবগে ? অসুম উরবসু উশিন্নদনা লৈরগদ্রা ? মরম অদুদগী ঐনা ঙসি পর্দা অদু হাইদোক্নুনা থোকচরকখিবা মসিদা মীয়াম্না লাম্না খনবীগনু।

ঙসিদি ঐগী অশেংবা খোংলোয় ফংজরে। মহাকসু সমাজ অসিগী অমোৎপা ঈচেলবু শেংদোকপা পামজবা মশাগী ওইজবা থীদবা তান্নবা খুঙ্গংগী লোয়ালম অমগী মহৈ মতিক চানা হৈরবা মীশক অমনি। ঐগী অশাগী মঙলান মঙফাওনহনবদা মহাক্না মতেং চাওনা পাংবীগনি। ঐনা থাজৈ নুংশিজরবী ঐগুন্নবী ইচে-ইচল পূম্নমকসু মতেং পীবীগনি। ঐগী লৈজবা লন-থুম, সম্পতি নখোয়গীদমক কখোকচরি। নখোয়না পামজবা শিনফম পীগনি।নখোয়গী অঙাংশিংবু শেমগনি। ঐখোয় মালেমসিগী নুপীনি নুপী য়াওদনা সমাজ অমা চাউখৎপা ঙন্নোয় খুৎশম্নুনা চৎমিন্নশি।

থম্মোয় পেল্লবী নুপী কয়ানা মখুৎ ব্রাংনা থাঙ্গৎ চাউরবা মান্দোপ ময়াইদা চেনশিল্লক্লুনা বর-কৈন্যা অনীবু ব্রাংনা থাঙ্গত্নুনা অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা নোংমদোন খেৎনা লাওরকখি—

'ঐখোয় পুন্না চৎমিন্নরশি ঙসিদগী !' ☐

# পনখে

হয়েং নিঙোল চাক্লৌবগী পোৎ লৈননবগীদমক ঙসিদি বজারদা মীয়াম্না কৃক কৃক ইম্নরি। ঈশিং ঈচাউঙুম্না নিল্লবা মীয়াম মরক্তুদগী শঙ্গিতা পোৎয়াম অমা হাপ রিক্সাথক্তা তোং, মখোয়গী গাড়ি পার্কিং তম্না কৃমথরক্লি। অদুক চিল্লবা মীয়াম মরক্তুদা অহানবা মপুরোইবগী খুদোল,লৈরাং চারা অচঙবী 'মেম্মী' মহাক্কী মবোক অশোনবী থোইবীগা মখূৎ শম্নবা বজার কারকপা উরকখি।

মমা মানবী, লমতা থাজগুম লমঙানবী, মচানুপীগী তনৌরবী, নুংশিরবী শক্তমদু হেক উরকপা মিৎকুপ্তা, শঙ্গিতাগী মশাদু কোক্তগী খোঙ ফাওবা তূ খ্যাও চুংখিবা খঙহৌদে। পূক্লিংনা কৌজনীংই, ব্রাখলনা য়াদে খান্নিবঙে উনা উনা মীৎমাংদগী তপ্না তপ্না তামখ্রে। থীংঙমদ্রবা পিরাংগী ঈচেলনা মিৎলু নাপোম অনীদগী ঈহৌরক চেন্থরকখি জর জর পূক্লিংনা মথন্তা হঙজরকই—

'করিগীনো ঐনা মরাল লৈজদ্রবী ইচাবু মরাল লৈরবা মপা নীংশিংলক্তুনা কৌঙমখিদ্রিবা? ইচাদি করিসু খঙজদবীনি, ফৎত্রিবদি মবোক, মনে মখোয় অতৈদুনি।'

ইল্লিবা ফিগী মচিনা পিরাংশিং তৈথোক তৈথোক্লা মখোয়গী গাড়ি পার্কিং য়ৌরকখি। রিক্সো ড্রাইভরনা মহাক্কী পোৎশিংদু লৌথরি। মহাক্লা ভারা পীনবা বেগ হাংদোক্লি। তাঞ্জা অদুদা অনীশুবা মপুরোইবগী মচানুপা দিম্নমনিক্লা মমাগী মশক উরকপদা মনেদা তাক্লকই—

'নেনে, তু! আদা ইমা লৈরে।'

মনেনা ঙক্লা হংই— 'কদায়?'

দিম্নমনিক— 'রিক্সো ভরা পীরিবী নুপীসে।'

মনেনা হেক উরকপগা ময়াদুদা মমাবু কৌনবা ইঙ্গিৎ তৌদুনা কৌহল্লকই—

'ইমা, বজার চৎলুব্রা?'

খোঞ্জেলদু মচাগী মাল্লি খন্দুনা য়েংথোক্লকপদা মখোয়দি গাড়ি মচাদা তোংদুনা লাকপনা হেন্দোক্তুনা চৎখিরম্লে। পোৎশিং অদু মানা তোংগদবা বস

অদুদা কন্দক্টরগা হাপমিন্নরে। শঙ্গিতা বসতা কাখৎতুনা ফম্মী। ঙাইহাক মচানুপানা চৎখিবা মায়কৈ য়েংদুনা লৈরি। মতমদুদা অখঙবা মমান্নবী অমনা করেম্ন, শঙ্গিতাদা হায়রকই—

'ইবেম্মা, করি ব্রাখলনো উংবীবিরিবা ? নচানা কৌরম্বা ফাওবা তাশিন্নদ্রেনে। থম্মোয়দো থৌদু নুঙগুম কনমল্লিকো ।'

ঙাংনবা তল্লবা শঙ্গিতা পাউখুম পীদনা তুমিন্না অব্রা-মৈচাক খাংদুনা ইকাইজবগী ফিরুক খুম লৈ। মপূক্লিংদদি খোইশাউনরী। মথন্তা খন্থরুরগা থৌদোকশিং নীংশিংলকই, ব্রাহং কয়ানা চরাংনহল্লক্লি নৌহৌন্না অমুক— 'করিগীনো মখোয়না উপায় লৈজদ্রবী ঐখোয়দা করেম্নরক্লিবা ? মঙ অনীশুবা তাইবঙ কনানা পান্নবগে ? মদুগীদমক নৎত্রা বরসু, কৈন্যাসু শ্বর পুংফম য়েং খোঙদোইনরিবা, অজা-পুজা ঈশ্বরগী মফমদগী তেক্তো কায়দনবা থৌনিজরিবা। থৌদোকশিং অদুবু ঐনা পামজনা থোকহনগে হায়দুনা থোকহনখিব্রা ? পূম্নমক তাইবঙ মপুগী নোংদমখোম্নি। ঐনা শিল্লুবা ঙম্বা নত্তে ।'

ফাথবা ঙমদ্রবী ব্রাখলনা পূক্লিংদা তাইনরকই, পূক্লিংনা মিৎলু কোমদা চোংশিন্দুনা অব্রা-মৈশা খাঙজে । মথন্তা শোম্থাংনা শোঞ্জে— 'আ! তোল্লিদকো ঐগী পুন্সি।'

'মী থল্লক্রবদা বস ড্রাইভর, গাড়ি থৌনবা হোরোন পিরকই— ট্রে ট্রে ট্রে।'

মতমসিদা মশা শোল্লবী অহল অমনা মথূৎ খৎলদুনা গাড়ি খাম্বীনবা লাউর-লাউরগা চেঞ্জরকই। অদুবু লেপফম লৈত্রে হায়দুনা গাড়ি কন্দক্টরনা গাড়ি থৌননবা হুইশেল খোংই। অহল অদুগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবী শঙ্গিতানা হৌগৎলগা ড্রাইভরদা হায়জরকই— 'ইবুংঙো, অহল অসিদংদি হাপ্পীখিসি। ঐনা ফন্নীবা সিট অসিদা ফমহনগে।'

চন্দ্রবসু হাপচগে খঞ্জরিবা গাড়ি ড্রাইভর ওইবনা, মাগী বসতু খামই। কন্দক্টরনা অশোনবী অহল অদুবু কাখৎহল্লি। শঙ্গিতা হৌগৎলি অহল অদু হরাউনা সিটতা ফন্নগা হায়রকই—

'অশুক য়াম্না কোম্নিবসিবু খাম্নোইদবগী হেক হোৎনৈ। করম্বা ড্রাইভরনো খঙদেনে।'

হনুবী অদুগী ব্রাদু তাবদা অখঙবা তোংমিন্নরিবা ময়াম্না মচিন খুমদুনা নোক্লখি। লেপ্তনা চেল্লকপা গাড়ি শঙ্গিতাগী থোঙ্গাল য়ৌরকপা কুইহৌদে। কন্দক্টরদা গাড়ি খামহল্লি। গাড়িদগী পোৎশিং মথং মথং থাংথহৌই। গাড়ি চৎখ্রে। পোৎশিংদু মথন্তা চেন চেন্দুনা হোঞ্জিল্লি। অশোনবী মনেনা মহাক লাকপগী মখোল তারকপদা কৌরদুনা হায়রকই—

'ইবেম্মা নহাক হল্লক্লব্রা ? ঐদি ঙাইবদা ওস্থোক্লা ব্রারবনি ঐবু অমুক্তা ফমহল্লু। হিপ্পদা নঙ্গলসি শারে।'

শঙ্গিতা মফি হোংদ্রে। পোৎশিংদু মাঙ্গোলদা থন্নগা চেনশিল্লক্তুনা অশোনবী মনেগী সেবা তৌই। মহাক্কী সেবাদা পেঞ্জরবী মনে তোল্লপিশক্লা হায়রকই—

'য়ারে, য়ারে ইবেম্মা। ইমুংগী থবক তৌজরুরো।'

পোৎ-চৈ ইমুংদা পুশিন্দুনা ইমুংগী থবক ইথ্বাং তৌই। কোরৌহনবা ময়ুম চংখ্রে। নোংমদোল থব্রানমীচাক লিশিং লিশিংনা তপ্পা তপ্পা হৌনা হৌনা থোক্লক্লি হাংলবা অতিয়া মকোইদা। হয়েংদি নিঙোল চাক্লৌবা নুমিৎনি হায়বা ব্রাখন্দা তন্থরবী থাজদি থোক্লত্রি।

শঙ্গিতাগী মনেনা পামজবা 'পেঙবা ঙা' মতম চঙনা থোংদুনা চাকপাউ পীররে— ' ইনে চাক লোইরে। চাক চান্নবা তৌরসি।'

চানিং থক্লিংবা পোক্রুবী মনে তোল্লপিশক্লা তপ্পা খুন্নকই—'ইবেম্মা, ঐদি অরাম খৌরাংবা লৈতে; নহাক্তুম চানবা তৌরুরো।'

শঙ্গিতানা থেন্নদুনা হায়রকই—

'চাক চাদ্রবদি কনখৎপা ঙন্নরোই। চাখোম অমতং ওইরবসু য়োৎননবা তৌশি ? ঙসিদি ইনেনা পামজবা 'পেঙবা ঙাদো থোংই।'

মেংলবা ব্রাহৈ, হাওরবা ইঞ্চাং, করম্না চানিংঙোই অদুঙৈগী। ঙাগী মমিং তাবদা চানিংবা পোক্লবা তোল্লপিশকনা হরাউনা মঙক থাঙ্গৎলগা হায়রকই—

'ও ! অদু ওইরবদি চখোম অমা অনীদং য়োৎশিনবা য়াব্রা য়েংগে।'

মতৌ খঙলবী শঙ্গিতানা নোক্লদুনা হায়রকই—

'চখোম অমত্তং নত্তে চাক্লুক অমা ফানা চাথোক্লদবনি।'

শঙ্গিতানা মনেবু খরা খরা থেম থেমদুনা পীজবনা চাক্লুক ফাজিনগ্রবদা মহাক্কী পূক্লিং নে তাজে। পীজ পিথক লোয়রম্লগা মহাকসু চানবা থৌরাংই।

অহানবা চখোম হুক্লবা থাঙ্গৎলি। অদুবু চিনবান ময়া য়ৌরকপদা লমদম তাম্না লৈহৌরবী, লৈহৌরবা মচা অনীবু খঙনীং নীংশিংলকই। পূক্লিংদা মথন্তা হংজরকই—

'মখোয় করি চারমগনি ? করম লেল্লমগনি ? মমা ঐবু ফত্তবীনি হায়দুনা শোইদনা পাউথোকপীরগমনিকো। লমদম্না তাম্নখিবনা নোংমতা ইচাশিংগী নুংশিজরবা শক্তমদু উবা ফংদ্রেদ্রো। মসিরা পুন্সি হায়বদো !'

থাঙ্গৎলুরবা চখোমদু চিনবান য়ৌশিনবা ঙমদনা পুখমদা অমুক তপ্না থমই। ব্রাখলনা ফুম্বংনরবী শঙ্গিতা খোৎথরম্বা চাক খরদু, অহিং নুংথিল নাইদনা ঙাকশেনবীরিবা রোকীবু কৌদুনা মপান্দা মবুক থন্না পীজখি। হয়েংগী থবক লোইশিনবা হোৎনবদা অহিং মমৈ ওইরকখ্রে। ঈংশিল্লবা মখোঙ-মখুৎ মৈদা খরা শাহল্লগা ফম্মুং চঙদুনা পোত্থানবা হোৎনৈ। অদুবু ব্রাখলনা তুমথবদি য়াদ্রে। নীংশিংলকপদা থৌদোক কয়াদো মথং-মথং মীৎমাঙদা—

* * * ইবেম্মা, নঙগী নরাইবকসি হন্দক্কী অসিদা লেপ্পা তারে। মপাদো ঐগা লাইরিক তম্মীন্নরকপনি, মবুক মপাও য়াম্না ফবনি। মচাসু মপা-মমাগী মতৌ লৌরগা ফরমগনি। মহাক আর্মীনি, কাশ্মীরদা লৈরম্বদগী ডেরাদুন্দা হন্দক পোষ্টিং তারক্লে হায়। মমা-মপা অনীনা ইচাবু মচাদা মচাগুম থমজগে হায়রকই মখাদা নিংঙোল অনীদি লৈরী মাল্লে । অদুবু চিংননিংঙাই ওইদে, মপা পেন্সিন চারি। মমা এগ্রিদা থবক তৌরি, করি হায়গে মমা ?

'হোয় ঐদি মখোয়গী ব্রাঙাং বেব্যহার, লৈশি-লৈথোন, থাগৎ ব্রাহৈ কয়াদুদা ইশাশে ইমুনবু মুস্থুরুরবনি।'

'অওং অউনগী থবক্তি নবুং অহন্দা হয়েং পাউ হায়খ্রগা মানা থোকপা লোইনা পুজরক্লগনি।'

পলেম-পম্মৌগী য়াথং কোক্ত থোং, শাগৈগী মায় ঙাকপদা ঐবু খঞ্জদুনা লৈরম্বা তা তোম্বদি কায়না পিরাংলক্তা ইরাক্লহৌখি। মহাক্কী মীৎলু পিরাংনা চান্নবা কৈন্যা দান থাদরকখিবা লুপা ৫০০ চৎপী নোৎ অদু ঙসিসু লৈরি।

থাক ব্রাংনা খঞ্জরম্বা ইমা-পাবুংগী আশা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মখোয় ইমুংনা লৈরম্বদো, ঐনা কয়াদা ব্রানা খাংখি। পুংজা অমা, চহি অমগুম্মা মীব্রা-মীচৈলক্তা লেল্লকখিবা পুন্সি করম্মা কাউগনি। খোঙথাং খুদিং য়েংশিনবা, অসোয়বতা থিদুনা মঙাংবা, অউনপোৎকীদমক্তনি মচা নুপিশিংগা লৌতুনদুনা ঐবু ইমুংদুগী ঙমোক তাহনখিবা। মখোয়গীসু নোংমদি শোয়দনা শরুক্তু থুংলখিগনি। মবুক ফবা ইকুবোক্পা ইনেমগী খুদোম্বী মতোন্দা উং, অচুম-অরান করি অমত্তা হায়ঙমদবা— ঙসিসু চাক্লি, লকানুং মৈরিশিংদু মুখৎপা ঙমদনা। নিশাদা লাইচুরবা ইপুরোইবনা থা অনীদং ছুতি থোক্লকপদা করি খঙবীখি, ব্রা তানবগী মতম ফাউবা ফংখিদে। পোৎলুম পুবা লৈকংলাগী উটকুম, শাগং খাং, চৎখিবা লম্বী শারবা মরুভুমিগী লমদম। মতমদুদা 'পীবা' পামজবা ইমুংদা ইচানুপী 'মেম্মীনা তাইবঙ মঙফাওনরকপদি অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম থোকখি। ফত্তবী মমাগী থৌইনশিন্না মথংগী ছুতি থোক্লকপদা বিহারী নিঙোল অমা পুদুনা লাকহনখি। কল্লবা থম্মোয় মমা ওইবীগী, করম্মা কাউগনি। ফাথবা ঙম্বগী থৌনা লোইখিবনা অব্রা-মৈচাক খাঙলিঙৈ নুংশিরবা পলেম পম্থৌ অনীগী কায়না মৈশা অমুক নোংদম্বা মানা হাপচিনবীরকখি। উকন লৈত্রে খন্দুনা নোংমা ঐবু হুরানবী তাহনবীখি। পীক্লিবা ইচানুপীবু মুলহৌরগা তাম্থোকপিরকখিবা ইরালদু মরম চাদে। ব্রাহৈশিংদু কাউঙল্লোই কৈদৌঙৈ—

'ম্না অদু নহাক নত্তনা লৌবীনবা লৈতে ইমুংসিদা। পুথোরকউ কদায় হুরানবী ! নপা-নমাগী শ্রাদ্ধ শোনবদবু ম্না হুনবা হৌনব্রো, চৎলু হৌজিকমক নপাম চৎতুনা লৌরুচো।'

নুংশিরবা ইচানা মমা কৌদুনা কপহৌবা, উপায় লৈত্রবী মমা ঐবুনা ইঙক পায়দুনা থোঙ্গাল ফাওবা তাম্থোকপীরকখিবা থেংলবা, ঈংলবা অহিংদুদা কপ্ন-কপ্না অকি তুজুংলবা অহিংদুদা ইপাম লমদম য়ৌরকখিবনি।

কিস্থরবা পম্থৌগী শঙ্গোই মচি অদুদা ফক্লোং মচেৎ অমা খাজিন্দুনা ব্রাকচিংগী উল্লেন খাঙখিবদো মঙলান নত্তে পূম্নমক। থবক্তগী পোত্থারবা, য়ুদা লাইচুরবা ইবুং চন্দ্রমোহোন্না মচলগী অব্রাৎ-অপা য়েংশিনবীবগী মহুত্তা নুমিৎ খুদিংগী ঐবু চৎখিনবা অথীবা ব্রাহৈ খোনফম কয়ানা অহিং খুদিংগী ঙাংবদা ঐনা নাকোং মেন্দুনা খাঙখিবা।

'ঐগী পাবুংনা থম্বীরম্বা, শেমজিনবা ঙমদ্রবা শঙ্গোই অসি বদনাম লৈবী কনাগী য়ারেকফম নত্তে। পাইখ্রো ননিং তম্মা, শৈদাংবীরগনু উরা শেকপীগুম নপশিন্দুনা। মা চিক্লগনি, ঐগী ইমুংদসু।'

কনাগুম্বদগী ওইজবা ফংলমদাই ইনম্মনা মীনুংশি চাউবী শাশিন্না তেথদুনা মোইথেম তৌরগা মচা লৈরবা নুপা অমদা ব্রাইথুংহনখিবা ঐগী পুন্সি অঙকপনি। কয়াদা পংখ্রবা ব্রাখলনো ? খঙলকই অব্রাবা থৌদোক্তু মাইয়োক্লরবা তুংদা। ইপুরোইবনা ঐবুদি লুনা তৌবীরবসু ইচে অদুনা থব্রায় চাক্লা লেল্লমগদবা পুন্সি, খাঙলমগদবা অব্রাবা ব্রাখল কয়া ইথন্তা খঞ্জিল্লুবদা পূক্লিং লৈতাখিদবনি। ঐদি মাবুসু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা থম্বীনবা হায়জখিবনি।

ইচানুপা দিন্নমনিকনা তাইবঙদা খোঙদারক্লবা মতুং নোংমা অহিং অথেংবদা মবুক ফৎত্রবী ইচেগী থৌইনশিন্না মহাকপু ইমাংমক্তদা ঙম্মী মতাগুম নোংমৈনা হঞ্জিন-হঞ্জিন কাপ্লুনা ব্রারক্লম্বা অকিবা থৌদোক, কনানা উবীখিবগে? ব্রাকৎফম লৈত্রবী ঐহাক্লা ইথন্তনি অব্রা-মৈচাক খাংখিবা অঙাওবীগুম।

হিংনবগী লানফমদা ইঞ্লাং-নাপী য়োন, শিংজু বোড়া অমুক য়োন কৈথেল থুংনা চৎলম্বা অব্রাবা মতম তপ্না হৌখিবনি পুম্নমক। ইতৌ য়েংবা ঙমদা অঙাং মাঙবা তারে খন, মনে প্রীয়াঙ্কানা ইচাবু শেন্নবীখিবা মাগীসু লায়রবী ঐগী ইফমদা চাউরবা লমন অমা তোল্লিবনি।

অঙকপা বীথিগী নোংদমদা নোংমা, মহাক্লা ইনাক্তা চীংজাওগুম লেপ্লখিবা, মহাক্লা অহানবা ওইজরন্নবদি ঐগী পুন্সি অব্রাবা ঈপাক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন ঈরাক্লরম্লোই।

ঐনা য়ুম অসিদা লাকখিবদু মেরাগী পুর্ণিমাদনি। অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা ঈপাক্তা লেমলৈ ঙাগুম। মহাক্লা শোল্লবী ইনেগী মনাক্তা পুশিন্দুনা খুৎশিন্নরম্বদো ঙরাংতা ওইরবোই নীংই।

'মহাক ঐগী মরাইবক থীরবা ইনেনি। মহাক্কী সেবানা ঐহাক্কী ইথৌনি। ঐগী ইচা নিঙোল অনী লৈ। মখোয় অনীমক তোঙান-তোঙানবা জাতিদা মনিং তম্মা লৈশাৎ তমম্রে। ঐ শাউদে, মখোয়গী অপেনবনা মপা ঐগীসু অপেনবনি। য়েংউ, পুম্নমক হৌজিক্তি নহাক্কী ওইরবনি। ঐগী হাংলবা পুন্সিগী লৈকোন্দা ননীংতম্মা শাৎলু লৈরাং ঙসিদগী।'

অনৌবা মমা লাক্লে তাবদা মখোয়না কয়াগী মতিক হয়াওজখি। ঐগী হেক পোকচবা ইচাশিংনা ফাওবা অশুম্না তৌবিরোই। মদুগী লমনদি মমা অমা ওইনা শিংফম থোকই। ঙমজবা খরদং ওইরবসু চহি অমগী মনুংদা অমুক্তং লাকপা নিঙোল চাক্লৌবা নুমিৎ অসিদা। করিগুম্বা মহাক্লা তাইবঙসিদা লৈরম্বা তারবদি ঐগী থম্মোয়না কয়াগী মতিক পেঞ্জগদবা।

অদুবু নোংদম্বা মহাক্লা নুংঙাইবগী শরুক্তি মচেৎ খরদং তম্বরম্মী। খঙহৌদনা ওফিসতা ব্রাম্বরকই হায়বদগী হোসপিতাল মৌবা নঙদনা লম্বীদা লৈখিদবা, পেন্দবা থৌদোক ঙসিসু উরি মিৎমাঙসিদা তৎতনা। মহাক্লা তাইবঙসিদা লৈরম্নবদি, মহাক্কী অপাম্বসু য়াওনা ইচাশিং অসিগীদমক মপূং ফানা দক্ষিনাগী থৌরাং তৌগদবনি।

মতমদুদা অশোনবী মনেনা মীৎকপ থোক্লকুনা শঙ্গিতাবু কৌরকই- 'ইবেম্মা শঙ্গিতা, ফৈজুপসে তাশ্রে অমুক্তা শেম্বীয়ু। শঙ্গিতা তুমদনা লৈরম্বনা, ফুক হৌগৎলি। মনেগী মনাক্তা চংশিল্লি। তারম্বা ফৈজুপ চিংখৎতুনা শেমজিনবী। মখূৎ মখোঙ ঈংব্রা য়েংই। তপ্পা হংই—

'করি তৌরমখো হায়বগে ইনে ?'

'য়ারে, পোথাজরুরো।'

মখা তানা হায়রকই—

'ইনে, হয়েংগী দক্ষিনা ওইনবা মপানসু হায়জরম্বা মৈতৈ ফনেক মপান নাইবা অমমম্, অদুগা স্নাগী খুদোপ অমমমগা তৌবীগে হায়না খল্লি। করি কায়বগে?

'কায়দে, নহাক্লা অসিনা ফরে খনবদু, ননেগীসু অপাম্বনি। মখোয়সু হরাউ হরাউ লৌগনিদা।'

'ইনেগীসু ঐনা, করিগুম্বা অমতং দক্ষিনা ওইনা তৌজগে খঞ্জরি, য়াবীরক্তব্রা হায়বদুদি খঙদ্রে।'

মনেনা, শঙ্গিতাগী ব্রা তারকপদা, অব্রা চৈথেং কাউথোক্লুনা মোমোন নোক্লগা হংলকই—

'ননাক্তা লৈরিবা ঐহাক্কীসু দক্ষিনা ! তানিংদেকো ইবেম্মা, তুমিন্না লৈয়ু মী তাথিনি।'

শঙ্গিতা মনেগী মায়থোং মুন্না য়েংলগা হায়রকই—

অশেংবনি, নিঙোল ওইবী অহুম্মক ঐগী ইফমদা চপ মান্নে। অদুনা চপ মান্নবা লৈরক্তুনা থম্লবনি। হয়েং অদু অদা, করি অমতা হায়বা য়াদেকো ইনে।

শঙ্গিতাগী ব্রাহৈনা মনেগী পুক্লিং নৌথহনখ্রে। মিৎলু নাপোম অনীদগী লেপ্পা নাইদনা পি পরেং অমা শিন্থরকই। মনাক্তা থন্নীবা শঙ্গিতাগী মখূৎপু নুংশিনা চুপ্লগা পেল্লবা থম্মোয়না বর ওইনা কপ্পা-কপ্পা পীরকই—

‘ইবেম্মা, ননেনা ঙসিদি বর ওইনা পীরি, হয়েংমুক্কী মপোক্তা লাইবক ফবী অমা ওইনা পোকপা ওইয়ু।’

ব্রাহৈ মখা তাথবা ঙমজদ্রবী, মনে তোল্লপীশক্কী পিরাংনা মহাক্কী মখূৎ লুপ্লবদা মীগী অব্রাবা শক্তম উবা য়াদ্রবী শঙ্গিতাগা মখোন থোক্লা হৌনা কপমিন্নে। ঙাইহাক কপমিন্নরুরবা মতুংদা শঙ্গিতানা মাগী ইল্লিবা ইনফি মচিনা মনেগী শিন্থরিবা পিরাংদু তপ্লা তৈথোকপী। মহাক্কী মপিসু ফিজি অদুনা তৈথোকই।

‘পিরাংগী হৌরকফম তোংঙান তোংঙানজরবসু তৈথোকফমদি অমত্তা ওইখি, মল্লবা মহাক্কী ইনফি মচি।’ ❑

# পেঙবা ঙা

রহমন তহা তহা ময়ুম চৎলুবগী মেন গেটলোমদা চঙলকই। মীরক-নারক কোইনা য়েংঙুরগা মহাক্না পুরকপা ময়োম অনীদু খবর অমগী মথক্তা তপ্না থমই। তুমিন্না লেপ্তুনা ডিয়ুটি তারন্নিবা চন্দ্রবু মহাক্না মখুৎ পায়দুনা চিংশিলগা হায়রকই—

'ইয়াম্বা, ব্রারৌবীবা য়াদে; মতমসি খরা থেংদোকখ্রে। ইয়াম্বগীদমক লৈরকপনি, মখোঙ পায়বীগদ্রা ? নৎত্রগা কলেজা ? অপাম্বা ? মখা তানা হায়রকই—'ঐদি খরা ঙন্না লোইশিঞ্জরবনি; অদুবু মাম্মগা ইনেগা লাকশিন্দুনা লোইশিনবা য়াদবা ব্রারী খরদগী থেংদোকখ্রে।'

ব্রারী শারি। নাকন্দগী গিলাস অমদা লূরবা মহীদু তপ্না ত্রোং! ত্রোং! পীক থন্না হৈথরক্লি। মখুৎনা গীলাসতু চন্দ্রদা পীরগা হায়রকই—'ইয়াম্বা, সে! কুইবীগনু। মী উথ্রগা ফজবা নত্তে লৌশিনবীরো।'

ঙাইহাক লৎনরবদা লৈবাক্তা থন্নগা অমুক হায়রকই—

'ঐ ফি হোংদোকচরুখিগে, কুইরোইকো।'

মহাক্না শরুক্তি হৈদুনা থকচিনখ্রে। মখুৎনা পায়রগা মখোঙ ময়ানা চিক চিক্কুনা পরপ-পরপ চৎখ্রে। বেরিক য়ৌখ্রে। চন্দ্রনা রহমন্দা মহাক পূম্নমক হেল্লবনি হায়ন্নবগী তাঞ্জা ফংখিদে। মমাঙদা লৈরীবা য়েনগী মখোঙ, কলেজা অমসুং লূরবা মহীনা পীকথন্না য়াওরবা গিলাসনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরে। 'ফাখিবা ঈশে ঙংনিংঙকই' হায়বগুম মাইবা ডাক্তরনা চাবা লেপ্পীরো, থকপা তোকপীরো হায়রবা চিঞ্জাকশিংনা পূক্লিংবু কৌরি। ব্রাশক কয়ারকনো শকখ্রিবা 'ঐহাক ঙসিদগী থক্লরোই।' অদুবু ঙসিদি ব্রাশক অদু কায়হনগদৌরিব্রা ? করাম চাওবা পূক্লিংনা ঙমখি। জরদা মতপ্না মোমোন নোক্কুনা কৌরি। ঐবুদি ইন্থোকপীরমগনু ইংলবা নীংথমথা হৌরকপসিদা ঙসিসু।'

চন্দ্রনা ব্রাশকখিবা কলেজা, পাইখৎতুনা চিকই। লমহেল্লবা পূক্লিংনা ঙমখ্রে। মীরক নারক য়েংঙুরগা মখূত্তুনা গিলাসতু পায়খৎ গৎ গৎ গৎ অহুমলক্কী মথাংদা য়ৌশিনখ্রে গেৎলোমদগী লমথুংফম। অমুক মখোঙ পায়খৎতুনা চিক্লিঙৈ। মপাল লোমদগী গেৎতা থীল্লকই— দোং দোং ! খোঞ্জেল অমসু তারকই—

'থোং হাংদোকউ শম্ত্রি, ঐনি।'

চাইরম্বা পোৎ তহা তহা লোয়শিল্লি। চাউরবা কা মতপ করম্মা য়ানুং য়ৌরকখিবা খণ্ডহৌদে। ঙাইহাক অান তানা লেপ্লগা গেৎতু তপ্না হাংদোকই । অতৈ কনা ওইরমদ্রে, ময়াম্বা তোমচা বজার চৎলুবগী হল্লকপা ওইরম্রে; ব্রাখল লৈতারে। মহাকপু মুম্না য়েংলগা—'ইয়াম্বা ওইরে।'

পাউখুম পিদ্রিঙৈ মুম্না য়েংলগা হংলকই—'কা মতপ্তু খরা চাউমল্লি পনগনিকো।'

নোক্লদুনা খুমখি— 'রহমনা পীরম্বনি।'
'মা হল্লকপা ফরে, ডিয়ুটি ফজনা তৌমিম্রৌকো ।'
'ফগনি ইয়াম্বা, তৌজগে ।'

তোমচানা বেরিক্তা চৎশ্লবদা, চন্দ্র মথন্তা লেপ্তুনা ডিয়ুটি তৌহৌরি। সরকারগী মৈনা নুংথিলগুম ঙাল্লি। নিশানা শদোংলক্লবদা লেপ্লা ঙমশিল্লক্লবা চন্দ্র, চৌক্রি অমদা ঙাম্হোইদুনা ডিয়ুটি মমিংতা ওইনা তৌরি। নীংশিংলকই ময়ুমদা লৈহৌরিবী ধর্ম্মপতনিনা হায়রকখিবা ব্রাফম কয়া মথং মথং ওইনা—

'নরিলদি লৈতনা থৌনাফবা শাবা, নরিলদি লৈতনা গপ তৌবা, লোইরে খরা কা থকচিল্লুরবদি, দরুগা শাদুনা উপু কাংথোন কাওখাইবদা লোইখ্রে লায়রবা ইপানা উনবীরকপা উপু, অলমিরাগী মিংশেল; চিলহাওনা থীরিবা, থবক্লা শূনিংদ্রিবা। পেঙ্গরে পুন্সি, করিনুংগী য়ুম পাম্লিংলুবনো হায়বদু হেক য়ৌই। মচানেনা নুপী ঙাক্তা, হেলোই তরেৎকী মমা ওইরে। নুংঙাইগদৌরি কুমসিদি লৌ লৌরাক অমা উজরম্বদুসু নঙগী মতৌসিদা শৎখ্রে, নুংঙাইবীয়ু যুবরাজ ! যমগী দুট শোয়দনা লাক্লগনি।'

ব্রাখলগী পরিংদা চৎলম্বদগী মুম্লরক্তুনা অমদা তাওখ্রে জমুক ...। ডিয়ুটি মতম লোইখিবা খণ্ডহৌদে চন্দ্রগী । পুং অম্না তারকপদা রহমননা ময়াম্বা চন্দ্রবু তপ্না হৌদোক্লগা হায়রকই—

'ইয়াম্বা ঐখোয়গী ডিয়ুটি মতম লোইখ্রে। মিৎ শিংবীয়ু ডিয়ুটি শিন্নবশিং লাক্লদৌরে।'

ব্রাহৈদু তাবদা মহাক্কী মঙলান কায়খ্রে। তপ্না মমিৎ পাংথোক্তুনা তিংলি য়াংলি লেপখৎতুনা কোয়না য়েংলগা হায়রকই—

'ইনাও ! মঙ ওঙ্খোক্লা নুংঙাইখিদ্রে ?'

'করি মঙ মঙলন্নিবা ?'

'পাক্লবা ঈগী ঈপাক অমদা অশুম মকম খঙদনা তাওথরম্মী। ঐগী নুপী অঙাংশিং তোর্ব্বান্দা লেপ তেংথা নাওইদুনা লৈহৌই। ঐ য়াম্না কিরম্মীবো রহমন।'

'ইয়াম্বা অদুদি মকুগী মঙনিকো; কাউথোক্লবা হোৎনবীয়ু। অহিং য়াম্না লৈরী।'

মতমদুদা ডিয়ুটি শিন্নবশিংসু লাক্কুনা মখোয়গী শীন্নরন্নগা হাঞ্জিল্লক্কুনা পোত্থানখি।

চন্দ্র তুমথবা য়াদ্রে। রাখলনা ফুম্বংনরে। 'করিগুম্বা ঐনা সংসার অসি থাদোক্কুনা চৎখিবা তারবদি মহাক মথন্তা করম্না মচানুপী ঙাক্তা তরেৎ অদুগা লৈহৌগনি। ঐগী পীক্লবা হোমগার্ডকী থবক মচা অসিনদি য়ুমগী অরাৎপা মেন্নবা ঙম্বা নত্তে। চহি কুন হেন্না তৌজরক্লবসু পেন্সন ফংগদবা লৈতে। ঐগী পুন্সি তম্খায় হেঞ্জিনখ্রে। ফত্তবা ইমান্নবা কয়া লোয়নরুবদগী ইশাসু জোন্দিস নাদুনা হিদাক চারিবনি।'

মহাক্কী অরাবা নিদ্রা দেবী ইমানা উবিরদুনা মমাংদা লেপ্লরে তপ্না জগোয় শাথেক তন্নরে। ইমাগী জগোয় শাথেক্তা চন্দ্রগী অরা রাখল কাউথোক্কুনা নুংঙায়রবা মঙলান্দা তাউথরুই।

নোং ঙাল্লে। ঙরাং কায়বা নঙহৌদ্রবা তলবকী শেলফমদু ঙম্লানা কায়বা কমান্দর অনী ওফিস মতমদা চৎখ্রে। ময়াম্না নোংগৌবী চেক্লানা খৌরাংনা নোংমদোল লাইজ ঙাইবগুম তলব ঙাইনরি।

পুং ১১ তারকপদা কমান্দর অনী পৈশা পুদুনা থুংলরে। মাগী মাগী ফংফম থোকপা শেনফম পীরগা হায়রকই—

'শেনফমশিংদু য়ুম য়ুম য়ৌহনখিসিকো। য়ুমদা য়ৌনরুরগদবনা মতম চানা হল্লক্লবা তৌনশি।'

কমান্দরগী রা ঙাইহাক্তি মুম্না তাই। চন্দ্র কমান্দরদা হায়জরন্নগা মহাক্কী নাহেরবা সাইকলদু তপ্না ইম্খোক্লদুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলকই। অদুক নকপ্রবা

কিলোমিটর ৪গী লম্বীদু পুং ১ চংনা থৌরকই। লম্বীদা মহৌশাগী খোংবুরোই কয়া চিংজিন পোইনু নত্তবনা, লম্বী নাকললদা শেম্বাং পরেংনা ইলেক্ট্রিক তরাদা পরেং শানা তোংদুনা লৈবগুম ফমদুনা ব্রারেম ঙাংনরম্মী। চন্দ্র মশক হেক উবদা হৌগৎনরক্তুনা হয়িংখোয়াম্বীগুম য়োমশিল্লকই। গাড়ি খামই। চন্দ্র নাম্থোক্তুনা চৎপা গুমদ্রে। লুপা চামা তোঙাম্না হাম্নদু লৌথোক্তুনা পীরগা হায়রকই—

‘ময়াম লুপা চাম্মদং থমজরম্নগে। মসিনা য়ানবা হোৎনবীরো।’

ময়াম হরাউ হরাউ লৈহৌরে। সাইকল তোংখৎতুনা থৌরকই। কম্যুনিটি হোল মপা য়ৌরকপদা জুব্রার শান্নবা কাংলুপ অমা অমুক লৈরম্রে। শেল মাঙলবা মবায় চাউবদু মহাক লাকপা হেক উবগা জুব্রার মফমদগী হৌগৎতুনা চেম্থোরকই। গাড়ি খান্নদুনা হায়রকই—‘পৈশা ফংলবদি লুপা লিশিং অনীদং পীরম্মু। নচেদদি হায়দোক্কনু; ঐনা থোকপা তৌরক্কনি।’

মবায়গী নুংঙাইতবদু উবদা নুংঙাত্রদুনা পীনিংদ্রবা মখৎতুনা নিক্ক নিক্কদুনা লুপা লিশিং চৎপী অমা বেক্তগী শৎতোক্তুনা পীরগা হায়রকই।

‘অসিদং লৌবীরো ! অতৈদি মথং থাদা ওইনা ইম্থোচরগে।’ চন্দ্র মুম্না য়েংই। মহাক্কী চোকথরবা মশা, নুংশিরবা ব্রাহৈদু তাবদা ব্রা মখা হায়রমদ্রে মফমদুদা অমুক হজিন্দুনা চঙহৌই। গাড়ি কাখৎতুনা থৌবা হৌরকপদা ঙাইরি পাখঙ মচা শঙ্গু অমা লৈরক্তগী থোক্লকপা থেংনরে। মখোয়না চন্দ্রবু খান্নগা হায়রকই—

‘মাম্মা নখোয়দসু য়ৌরক্লম্মবনি। টিকেট পেট তৌবীনবা ইনেদু লৈহৌদে। পৈশা য়াওরবদি পেট তৌবীরো মঙোল ওইবীয়ু বায়ক্কী মপু ওইবীয়ু। হোরেলদি চরাংনরগনি।’

তপ্না হংলকই—‘টিকেট মমলবু কয়ানো ?’

ময়াম্না জৌ জৌ খুন্নকই ‘লুপা ৩০০ খক্তনি।’ মাম্মসু থবক তৌবদুদা পীবনিকো।

হোমগার্ডসু থবক তৌবশিংগী মনুং চম্লি খুঙং অসিদা, চন্দ্র খম্মুরুবদা মকা লাম্না নোক্লিংলকই অদুবু মতাংদুদা অঙাওবা তাখিগদবনা মথন্তা অনাবগী, চৈনা নোক্লিংবগী য়াখল অমত্তা ওইনা ফাথরগা লুপা ৩০০

পুথোক্লকুনা তপ্পা নহাশিং অদুদা পীরমই। পৈশা ফংলবদা নহাশিং অদুনা টিকেং অমদা শীলনগ্নগা পীরমই। টিকেং লৌরগা যুম্না য়েংই। হাওসফুল মপাদা অনৌবা মোটর বায়ক অমা, সেকেণ্ড হাওসফুলগী মপাদা কাইনেটিক্কী ফোটো অমা, লাইন্দশিংগী মপাদা লুপা লিশিং মঙা-মঙা, অতৈ প্রাইজশিংনা লুপা লিশিং অহুম-অহুম।

মঙলালন্দুদা তাওরদুনা তপ্পা থোঙ্গাল য়ৌনকই—'হাওসফুলসি নৎত্রবসু সেকেণ্ড হাওসফুলগী কাইনেটিক অসিমতং ফাওবীরক্লবদি কয়াদা নুংঙায়জগদবা!'

অরাপ্পদগী মপাগী শক্তম উরকপদা, মাঙ্গোন্দা পরেং শানা লাইরিক পাজরব্বা মচানুপী অহুমদু লাইরিক খুমজিলনগ্নগা চেম্ফোক্লকই।

'পাবুং লাক্লে।'

'পাবুংনা মীঠাই লৈরক্লমগনি।'

'ঐগীদি বোয় তপথিবনি বোয় লৈরক্লমগনি।'

মখোয় অহুম্না লাও-থোংদুনা চেম্ফোকখিবদা অতৈ ইখোলগী অঙাংশিংসু য়েন্নাও মচাশিংগুম্না চেম্ফোক্লরকই—

'পুপু লাক্লে।'

'পাপা য়াই লাক্লে।'

অঙাং ময়ামদুনা য়োন্নবদা, চন্দ্রসিং সাইকলদগী কুমথরে। জ্ঞান থরা তারবা মচানুপীদা হংলকই—

'ইবেম্মা নমাদি?'

'ইখোলদা ইল্লাং থীবা।'

'অদুদি ঐ য়ুম চংলরোই ঙা লৈরুগে। সে লুপা লিশিং অমসি নমাদা পীয়ু অতৈ ব্রারী হল্লক্লগা শান্নরসি হায়য়ুকো।'

চেম্ফোক্লকপা অঙাং মখে তুমিন্না পরেং লেপ্পুনা য়েংহৌই। চন্দ্রসিং তপ্পা তপ্পা গাড়ি থৌদুনা ঙা লৈবা থোক্লকই। ব্রাখলনা খল্লি— 'ইচানুপীশিং অসি নোংমতা ইল্লাং অহাওবা পীজবা গুমদ্রে, গুসিদি দিব্রালি নুমিৎনি। ঙা চরা অমতা মবুক মচাশিংশে থন্না পীজরগে। জুব্রারদা লুপা লিশিং অনী অহুম মাঙহনবদি ঙন্নগা!'

লম্বীদা গাড়িনা মীং চোইবা য়াদনা থৌনরি। লমথায় হেন্দোক্লকপদা ঙায়োনবী অনী ঙাকুবাক কোকথোংনা চৎলম্বা থেংনবদা চঙশিন্দুনা হংই—

‘ইমা ঙা য়াওরিবরো ?’

‘য়াওরি ইবুংঙো।’

‘করি করি ঙাশিংনো ?’

‘ইবুংঙো, ইমাগীসি হিয়াংথাংদা লৈবা সরতচন্দ্রগী ফার্মদগীনি । অতৈ ঙা য়াওদে। পেঙবা ঙাক্তনি। তু তু তগৎ তগৎ তেক্লীবা জাৎনি। প্লাস্তিক্তা ওক্সিজেন হাপ্তুনা হিংনা পুরক্লিবনি। য়ামদ্রে কেজি অহুম তাবা অমগা, কেজি অনীরোম তাবা অমগা লৈরি।’

ঙাশিংদু পুথোক্তুনা লম্বীগী চিদাইদা থারগা য়েংহল্লি। মমিং তরু তরু পাঙলিবা ঙাশিংদুনা কৌরকপগুম তৌরি।

‘ঐখোয়বু লৈবীয়ু; নয়ুমদা পুবীয়ু।’

মহাক ঙাশিংদুবু চানিংবগী মহুৎতা, মীনুংশি অমা পুক্লিংদগী ঙসিদি ফাওরক্লি। অয়াওবা শেনফম পুথোক্লগা মমল হংই—

‘মমলশিবু ?’

‘ইবুংঙো চক্কৌ ময়ানি কেজিদা লুপা ৩০০ (চহুম) দংনি শেন্দোং য়াওজদ্রে।’

কেজিদা থাঙ্গৎতুনা য়েংহল্লি। পৈশা পীথোকপদা পাম্মুদরে। কেজি অহুম তাবা অমগা, কেজি অনী তাবা অমগা, কেজি মঙাগী শেনফম পীরম্মী ঙাদু চেকশিন্না পলাস্টিক অমদা হাপহল্লগা মহাক্কী ইনবদা নাহেরবা সাইকল অদুদা য়ানশিল্লে। তপ্না গাড়িদু মমায় লৈথোক্লকপদা তুংলোমদগী টাটা অমগা লমজেন তান্নরকপা মোটর সাইকল মী অনী তোংলকপনা অমমা অকনবা শাফু অমগা লোয়ননা থোম্নমই। সাইকল অদুদি সরক্কী নালাদা, য়াক্লিবা ঙা অদুগা মপোপ কায়দনা তুদুনা লৈরি অদুবু চন্দ্রগী মশাদি মওং চাদনা ঈখেং লক্তা ঈরাক্লা য়াহিপ তান্দুনা লৈরি। টাটা গাড়ি হেঙ্গৎতুনা চৎখ্রে মোটর সাইকলদা তোংলকপা মীওই অনীদুসু সরক্কী নালাদা তাদুনা লৈরি। অউবা মীওইশিংনা চেনশিন্নরকই। অখঙবা মীওই য়াওরক্তুনা হায়নরকই—

‘এ! মসিদি ঐখোয় তাদনি !’

ঙায়োম্বী অনীদুনা চংশিল্লগা চন্দ্রবু মশক খঙবা নীপাদুদা থীন্দুনা হায়রকই—'ইবুংঙো আদা লৈরীবা, ঙা য়াওবা সাইকলসি মহাক্কীনি। ঐখোয়দগী হৌজিক্তা ঙাশিং অসিনা লৈখিবনি।'

মীয়াম্না মতেং পাংদুনা গাড়ি অমদা হাপচিন ময়ুম য়ৌরকই। হকচাং শুমাং তাম্না থৌজিলমই। তপ্না থব্রায় য়াওদ্রবা চন্দ্রগী হকচাংদু মহাক্কী সাইকল, মহাক্না লৈরকপা পেঙবা ঙা থাংথদুনা লৈমায়দা থন্নমই। মনাও রনবীরনা গাড়িগী পৈশা পীরগা থাদোকখ্রে। মপুরোইবনা ঙা-লৈরক্লগা থোংগনি খঞ্জ ঙাইজরম্নীবী মতৈমা অয়াং লৈমা, গাড়ি মখোল তাবদা পরপ পরপ চেল্হোকচরকই। মচাশিংনা মপাবু কৌদুনা অঙৌবা ফিনা কুপ্তুনা লৈরীবা অদুবু য়েঙ লৈরম্বদা কোকচাওবী ফুঙ কাখ্রে। হায়ফম তৌফম খঙদনা চঙশিন্দুনা ফিজিদু হাইদোক্লুনা য়েংলুই। চিংনরীবা পুম্বা চুম্লবদা হন্দোক্লুনা চৎপা ঙমদ্রে। মপুরোয়বগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংবু কোঞ্জ তেংথা নাওইনা কপচখি। মরোল থোক্লুবা পেঙবা ঙা অদুনা মমিৎ তরু তরু পাং মখোয়বু থাদোকপীন্নবা ঙাইজরি। মনাও রনবীরনা মতৈমদা হায়জরকই—

'ইতৈমা, ঙাসি তয়ায়না লৈরম্বনি লৌশিনবীয়ু।'

মপুরোইবনা লৈরম্বনি খঙলবা পেঙবা ঙাশিং অদুবু মুন্না য়েংলগা থম্মোয়দা মীনুংশি ফাওরকখি মরম অদুনা রনবীরদা ওনশিল্লগা হায়রকই— 'ইবুংঙো ! নতৈমা ঙাসি পামজদ্রে। ঙা অসি লৈননবা চৎপদা মহাক্কী থব্রায় থাখিবনি। তাঙলবা ঙা অসিবু মহাক্না করম্না চানিংলুরিবনো খঙদে। হিংলিবা ঙাশিং অসি অব্রাং তুরেল অচৌবসিদা মনিং তম্না হিংজরুননবা খরা থাদবীরুরো !'

রনবীর মতৈমগী য়াথং কোক্তা থোং, পেঙবা ঙাসিং অদুবু পুদুনা চৎখ্রে। অদুগা অব্রাং তুরেলগী ঈচে.লদা মনিং তম্না শান্নজখিনবা থাদোকউরে। মচিম্না শোন্দুনা লাকখি 'কয়াদা মরায়বক ফখ্রবা ঙাশিংনো। ঙা অসিদি মনীংতম্না শান্নজবা ফংজরগনি।'

অদুবু ইয়াম্বগী পুঙ্গিনা খাংঙুথক্তা কেমখিবসিদি অব্রাবগী পল অমা খঙহৌদনা নমখাইরকবগুম্বনি। মচাশু নুপীঙাক্তা তরেৎ করম্না ইতৈমা মথন্তা মখোয়বু য়োক্কনি। ঐসু ইহৈ মতিক চানা তমহৌদবনা নোংমগী হাজিরা চৎলিবনি। অব্রাবনি। ❑

# থাজগী মঙাল

রাজু খুঙ্গং অসিদা লৈরকপা চহী তরা ফাজিল্লকপ্রে। মহাক ময়ুমদা মহাক্কী নুপীনা মনুং মতম চাদনা লৈখিদবা অমসুং মহাক্কী মচাশিংগা মোৎ মান্নরক্তবদগী সহরগী নুংঙাইরবা ঈরাং থাদোক্লম তান্নবা খুঙ্গগী লোইবী চীংয়া, লোইরোই হুইথরকপা লবুক-লম্মাং অসিদা শান্তিদা হিংননবা লৌতাংবা মী অমা ওইনা লাকখিবনি। মহাক্কী অশেংবা কোলোয় মিংলেন্দি রাম চরন ময়েংবম কৌই।

রাম চরননা খুঙ্গং অসিদা লাকপা মতমদা ময়ুমদগী করিসু পুরকখিবা লৈতে। অদুবু মহাক্না কন্না হোৎনজবগী মপান্না লৌচা 'শঙম অমগা লৌখায়' লৈশিনবা ঙমখি। মফমদুদা মহাক্কী য়ুমফম শেমদুনা তং-তাবা পুন্সিদা লেনবা হৌরকখি। ইন্থোল শেম্বদা তন্দবা ওইবনা হৈরাংনা হৈকোল থন্না পাল্লি। লৈরাংনা লৈকোল থুংনা শাৎলি। মহাক শা-উচেকশিংবু লুনা তৌজবা মীওইনি। ময়ুম হোংদোক্লপদা পুথোক্লকপা হূই, হৌদোং, য়েন ঙানু, খুনু জুরা অমমশিং অদুনা হাত্তোক য়োঙ্থোকপিদবগী হূইনা হুইকোল থল্লে। য়েন্না য়েঙ্গোল থল্লে। ঙানু-খুনুশিংনা য়াইরেকফম ফাওবা লৈশিল্লক্লে। মহাক্কী আশ্রমগুন্নবা য়ুমদোম্পোক অসিদা লমগী পোম্বী চেক্লা-চা কয়াগু কায়দোংফম ওইদুনা মরক্তুদা লৈমিন্নরি অমত্তা ওইনা। থোক্লম্বা কোরৌনা নোংচুপ চীংয়া তম, থুপখ্রবদা, নুমিদাংব্রাইরম চাক্তাবা চেক্লাগুম অনকপা অরাপ্পদা খুন্দামিন্নরীবা পুকচেল মান্নবা গঙ্গা থকপা কাংবুনা মহাক্কী আশ্রমগুন্নবা য়ুমদোমপোক্কী লৈতেং ওইরে। মশামক্না তৌজবা পুখ্রিদা মখল কয়াগী ঙাশিংনা মনীংতম্না শান্নজরি। অদু য়েংজবনা মহাক্কী পূক্লিং ব্রাখল পোথাজবা ওইজরি।

মমাংগী পঞ্চায়েট মীখলদা লৈকাইনা থাদোকপা মেম্বর অমসুং জিল্লা পরিষটকী মীওইদা ভোট পীদনা অতোপ্পা মীওইদা পীরমই হায়বগী ব্রাহৌদা মীওই খরগা নিংঙাই শংদানরুবদা লৈকাই হৌরক্তুনা মহাকপু লৈকাইদগী ইন্থোকপীখি। অশেংবদি মহাক মরাল লৈবা মী নত্তে। 'ঐগী অপাম্বদি লৈকাইনা থীংবা ঙম্নোই, ভারত গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক্নি, ঐদি ইনীং তম্না পীনিংবা মীশক্তা ইনিংতম্না থাদগনি।' ব্রাফম অসি হায়রুবগী মহাক্কী য়েক্লবা ওইখিবনি।

ভোট থাদবা নুমিত্তা ইন্নর এজেন্ট ওইদুনা পূক্লিং চংবা শুপ্নম সাসন তৌরকপদা মহাক্কী অচুম্বা নিয়ম্না লৈকাইগী পুথোকচরিবা মীরেপ রতন সিংহ

অমদি ইবেচাউবী দেবীদা য়াম্না চাউনা মায়থীনবা মরম ওইখি। অপৈবনা অচুম্বা শাবা য়াদবগুম শাশিন্নবা মীহুৎ থাজিল্লকপদা মহাক অচৌবা পল অমগুম ঙাক্তুনা লৈখি। অদুগী মলোম খুঙ্গংগী মীওইশিংনা লমন খুম্মীংবগী অচেংবা তাঞ্জা রাজুগী মফমদা শেন্নদুনা লাকখি। মালোম অদুমক্তা লৈকাই অদুদগী নাইতোম তানবা শিঞ্জবা ওইখি।

মীওইবগী পুন্সি লুপ্পা তাউবনি তম্বা ঙমদে হায়নবা লৈ 'য়েংথৌদসু মপাল শারকই, মহৈমক য়াঞ্জদ্রবসু মালেমদা,' মদুমক রাজুগী পুন্সিদা লাকখি। লৈকাই, ক্লব মান্নখ্রে। মৈরা পায়বীশিংসু অতোংবদা লেপখ্রে। নোংমা মখোয় হুপ্পা লাক্তুনা রাজুগী ময়ুমদা গঞ্জা থকপশিংগী য়াকাফম ওইরম্বদু তানখাইরে। মরাল লৈরবা রাজু মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোয়নখি। মঙক্তা গঞ্জা ঙাম্বক পরেং য়ান, মরু শিৎনাননা কোকথোক, মখুৎমক্তা ইজবা 'ঐ গঞ্জা থকপনি। মতুংদা অমুক য়োঞ্জররোই। লৈকাই মাঙন্নবা শিঞ্জররোই।' গঞ্জা থকমিন্নরিঙৈ নাম্থোকপা নংহৌদ্রবা মরুপ-মপাং তরামুক্তা, পুন্সিদা অমুক্তা ফংখিদ্রিবা ইকায়জবগী খোঙচৎ অদু তাইবঙদা মঙলানগী থৌদোক অমগুম খুঙ্গং থুংনা চৎপা তাখি। নুমিৎ অদুদগী মহাক্কী ময়ুমদা তুমিৎ ফাওবা পাইরখিদ্রে। চিক্লবা লমহাং অদুদা খুনুনা নাইতোম খোংবগুম, থাবল ফরবা অহিংদা মহাক্কী অদুঙৈগী খোংলুদ্রবা বাঁশী লৌথোক্তুনা অব্রাবগী সুরদা শৈথারি।

মপাউ তম্বদা খোইজংদ্রবা লিরি হুম্বা মলায়ানা হন্না হন্না শৈথারিবা রাজুগী মফমদা খোইশাউননা হংলকই—'কনানা তাবিরিবগে রাজু নহাক্কী ঈশৈগী নুংশিরবা সুর! অওনবা মতমগী খোঙচৎনি। অরিবা ওইরে, নহাক্কী সুর। তাবিনবা পুম্নমক নাকোংদা লশিং মেন, থোঙগী পৌরোন লোন ফৈজু লুম্না শুপ, নুংঙাইবা মঙলান্দা তাউখ্রে। হাংলবা মালংদা খোম্থাং য়ৈনা শন্দোকখিবা নত্তনা লৈত্রে তাইবঙদা তাবিননবা, ফজরবসু ঈশৈগী ময়েক, শুমহৎলবসু বাঁশিগী সুর! তূম্বা কায়ননবনি, নহাক্কী পোম্বী চেক্লাশিংগী, লেপ্লো, লেপ্লো!'

চহি মঙা হৌখিবা খঙহৌদে। অমুক লাকখি ইলেক্সন। হন্দক্কী ভোট মনুং মহাক্কী অপঙবা ঙানু, য়েন, হূই-হৌদোং নোংমতা কাংদনা মাংবা হৌরক্লি। মহাক মীঙমজদবা, মীচঙ-শঙ্গ লৈজদবা ওইবনা হুরানবা মীওইশিংদু খঙলবসু শাক্ষি লৈতবা অদুনা মরম ওইরগা পুম্নমক খঙশিন্নদনা খোইশাউনরবা পূক্লিং

ফাথ, তুমিন্না লৈবা তাথি। চাবা য়াওরুবা মচিন মেনবা ঙমজ্জদবশিনা লৈবুং ফম্বদা কাংথোক্লরকই মথং মথং—'রাজু প্রসাদকী ঙানু, য়েন হূইগী মহাওসিদি লেম্না চাবনরা করিনো, খুৎহাও থীনা হাওবা জাৎনি।'

য়ুমগী ইঙ্খাংনা মরেক-মহাও য়াওনরক্কবদা মতু শোনবা রাজুগীদা হেক্তা মতায়। হায়নরকই মখোয় মশেল— 'চৎলো ভাই, য়াদরে লৈশে ইথা থাগৎলে, কোবীগী মরক্তা, রাজুগী য়েঙ্গোলনা ঐখোয়বু লাকও কৌরে।'

হন্দক মরক রাজু মৈখু শীজিন্নবা হেঞ্জিনখিবনা টি. বি. লায়ননা নারে। মরক মরক্তা লাক্লম্বা অরাপ্পগী মমান্নবশিংসু অনাবা হংবিবা লাকপগী মহুত্তা লায়নাদু লৌনরকপা য়াই চিংনবদগী অসুম তাম্নখ্রে। মশা নুংঙায়তবনা পূম্নমক য়েংশিনবা ঙমদ্রে। মবুক থন্না পীজবা ঙম্নরুক্রবদা করম্বা জীবনা মনাক্তা লৈনিংগনি লাল্লবা পুক খাংদুনা, মহাক্কী নুংশিরবা হূই হৌদোং ফাওবা লৈকাই কোয়রকখ্রে। মদুগী খুদোংচাবা লৌবীননবা অনকপা খুঙ্গংশিংদা মরাং কায়না লৈবনা হৌজিক্তি মহাক্কী অসোনবা হূইবী অমগা মানা লূনা তৌজবা 'রোকি' মিংথোনবা অচৌবা অশিংবা জাৎকী হূইজাও অমগা মখোয় অনীনা অব্রাৎপনা থল্লক্লবা মপুগী অব্রাবদা তেংবাঙলি খরা খজিক।

মখুত্তা পৈশা খরা পায়রিঙৈদা মরক মরক্তা হোসপিটাল চত্তুনা লায়য়েংলম্বদুসু নিংথম থা চঙশিল্লকপা, পুশিল্লুবা শেনফম শিংবা ঙম্রোয়দবনা চৎখিদ্রে। কুমগা লাইগা পাখ্রে। দুকান ফাওবা চৎপা ঙমশিল্লক্তবনা মাগী অশিংবা হূই রোকিবু মচা মশূগুম থৌদাদুনা শীজিন্নরে। মঙক্তা খাউ অমা য়ান মচিন্না চেজ্জেৎ অমা চিক য়েরুম খরা দুকান্দা পুহন, মদু য়োল্লগা চারা নোংখাংনরক্রে। দুকান্দারনা মাগী মতৌদু নুংশিবদগী অঙাং থারকপসু কোঙ্গাইনি।

নীংথমথাগী লৈচিলনা মন্নবা অয়ুক্তি। য়ুমদোম্পোক ওইবনা আর্মি খরা পেট্রোল্লিং লাকপদু ফৎ চংলকই অদুগা অমনা হংলকই—

'হে, অহল !'

'কনা ওইরবনো ?'

নমিত্তু উদ্রা ঐখোয় আর্মিনি। য়ুমসিদা ঙরাং অহিং কনা কনা লেকখি ?'

'ইবুংঙো সাহেপ ! ঐগীদা কনাসু লেকখিদে। কুইরে গঙ্গা য়োনবা তোকখিবদগী তুমিৎ ফাওবা পাইরখিদ্রে।'

মখোয়গী মরক্তা মীনুংশি চাউবা য়াওরমদুনা মমান্নবদু থেন্নগা হায়রকই—

‘ অহলগী য়েনসি ফজবা হাওগদৌবা য়েনবা য়াম্না য়াওরে মসি অমতং খাইবীরোদনা, মমল চপচানা পীজগে ?’

‘ইবুংঙো য়োম্নবা নৎচদে ।’

ব্রা মখা তারমদ্রে । মখোয় কমান্দরনা চৎলসি হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌরকপদা হৌগত্তুনা চৎখ্রে । রাজু মথন্তা শোন্দুনা লৈহৌই - ‘ইমাইপেম্মা ! মতম অসুক কুইরবসি কাং ফাওবা পাইরমদবনি ঙসিদি কদোমদগীনো খোইরেন শঙ্গু অমা পাইশিল্লকই ।’

মথংগী নুমিৎনি । অথেংবা অহীং লোক শিথা খুরুবগী হঙ্গৎলকপদা ঙাইরি । মপান্দা কনাগুম্বা খরা লাক্লগা থোং থিল্লকই । অদুগা কল্লবা খোনফমদা মখোল লোৎলগা ধমকি তৌরদুনা হায়রকই -

‘হে অহল ! থোং হাংদোকউ ।’

চাক ফাওবা থোংবা ঙমদবনা শোন্থরবা রাজুনা তপ্না হংলকই—

‘কনা ওইবিরবনো ?’

‘ঐখোয় ঙরাং লাক্লম্বদুনি ।’

‘সাহেপ, ঐদি চাক চাদবনা লেংবা ফাওবা ঙমদরে, অতোপ্পা মফম অমা য়েংবীরুবনা ফগনি।’

‘ফরে, অদুদি নঙ মপান থোক্লক্কনু, করিগুম্বা হায়বদা ইন্দদুনা থোক্লকপা তারবদি কাপথৎলমগনি খঙউ ।’

খোঞ্জেল মাম্নদে, ব্রাঙাং চুমদে। পূক্লিংনা চিংনৈ তৌফম খঙদে। ঙায়হাক্কী মনুংদা কনবীয়ু হায়বগী খোল্লাউদা মকোন্দা লৈজরিবা ঙানু য়েনশিংনা হৌনা মীনুংশিগা লোয়ননা খোংলকই। মতমদুদা মহাক্না কনা কৈদৌরিবনো য়েংঙুগে হায়দুনা শুপ্লীবা ফৈজুপ খজিক্তুং হায়দোক্লুবদা, অঈংবা নুংশিৎনা হাইফেৎ থেংনরম্মী। মহাক মথবাক পায়দুনা লোক শিথ শিথ খুরি । গাড়ি থৌখ্রে। খোঞ্জেল লেপখ্রে। মশাদু শিগনি নাগনি হায়বা খঙখিদ্রে। অশাউবনা মাংওইনা মুৎলিরবা থাউমৈ মৈরি চাউনা লৈখৎক্লুনা মপান্দা তুরোই ঙাইরোই থোক্লকই।

লুপা মচুনা লৈতেংলবী ঈংলবী থাজ, থোক্লমই মক্কবা মায়থোংনা শংবান্নরবা অতিয়াদা মোং-হাদনা তুমিন্না য়েং। ইহাং হাংদোক্তুনা লৈরিবা য়েঙ্গোল, উরি মশেল মরাং অশাউ পিরাংলক্তা। ঙানু খরনা থংনবা লৌবুক্তা মথৱায় হিংননবা চেল্লুবগী অমমম হাংলবা মকোন্দা হঞ্জিল্লকপা উরি তপ্লি তপ্লিনা কাং-খোঙ চাইদুনা থম্বীরম্লবা রাজুগী ইখোল, ঙসিদি ইচিক হুল্লবা অহিং অদুমক ওইদুনা লৈরম্লে। হৌজিক থেংলবা অহীংসিদা কনাগী মফমদা ৱাকৎলুগনি, মহাক্কী রোক্কিদা নত্তনা ! ৱাংলবা খোঞ্জেলদা মহাকপু তানবা কৌই—

‘রোক্কি ! রোক্কি !’

রোক্কিসু উতুপ-ৱাতুপশিংগী মমাংদা খাংবা ঙমদদুনা ঙসায় মখৈ শাফগদবা মফমদা লোৎলুবনি জ। কনবীগদবা মপুগী খোঞ্জেল তারকপদা অনৌবা থৌনা লাকখ্রে। হৌজিক্তা কন্না খোং খোংদুনা মপু মনাক্তা মমৈ হাই কন্না চেনশিল্লকই। অশোনবী হূইবী অদুদি মপুগী খোঞ্জেল তারগা কনবা ঙমহৌদ্রবা থৱায় কয়া অদুগীদমক মথৱায় (মপূক্লিং) নুংঙাইতনা তেংথা নাওই খোংদুনা কপ্লী হাংলবা লবুক লমহাং অদুদা মথন্তা।

‘ঔ ! অউ ! ঔ ! ঔ !’

পুন্নমক য়েংঙুরগা খোইশাউনবগী পিরাংনা, অমঙবা কুমগী নোংহৌগুম হৌরক্লী। চুশিল্লম্নবা লাম্মৈগী মৈরিগুম লকানুংদা চাকখৎলক্লী মৈরী ৱাংনা, মৈরীদু ফাথবীনবা লৈখিদে মৈশাদু মথস্তা খাঙজবা নত্তনা। শিস্তুরম্বা মপি, ইল্লিবা ফৈব্জুপ্তুনা তৈথোকচৈ; লেপ্পী নুংগী মুর্ত্তিগুম তুমিন্না মথন্তা। মপূক্লিংদা লৈরম্বা ৱাফম চিনবানথোংদা তপ্পা হায়দোক্লকই—‘ওম্থোক্লা ঙমশিল্লকখ্রেদ্র, হে মীওইবা ! নখোয়সু ঐগুম্না মীওইবনিকো।’ ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুং করি খল্লক্রবনো তপ্পা ইমুংদা চংলকই। ঙসাই দুকান্দগী অঙাংনা থম্বীরম্বা চেং হৱায় অদু মেরুক্তা হাপ্তুনা পুথোক্লকই, অদুগা মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা নুংশিরবা থৱায়শিং অদুবু খোঞ্জেল ৱাংনা কৌরকই—

‘কুক, কুক, কুক ! বী, বী, বী ! আ, আ, আ! কদায়দা চৎখ্রবগে নখোরয়, থোক্লকও ! চৎখ্রে, মীনুংশি খঙদ্রবশিং।’

মচি মরুমদা অমা-অনী চেন্দুনা নাথৈ হৌবশিং মপুগী খোঞ্জেল তাবদা 'লাল লোইখ্রবা মতুং ময়ুম তহা হল্লরুবগুম তপ্না তপ্না থোক্লরক্লি লোৎফমশিংদগী। মপুনা মখোয়গীদমক মচিঞ্জাক খুবাম চাইরম্রগা, ইমুং চঙলক্কুনা ফুঙ্গাদা মৈ হৌগৎলি। অঙ্গাংবদা কুইনা লৈরুবনা মৈরি ব্রাংনা চাকচরবসু মৈশা ফাওবা ঙমশিন্দ্রে। মৈ য়াইরি হায়বতনি। থম্মোয়নুংদদি চাক্লি অশাউবগী মৈরিনা, খন্থ-খন্থরুগা মীনা লাকচবা য়ারকখিদবা মীওই ওইবনা ফম্মাংদা ফক তিংথোক্কুনা ফম্মী। মমাঙদা থাল্লিবা লৈথবা কাউখ্রবা থাউমৈগী মৈরিনা কাল্লি কাশিল্লক্লি। করিগুম্বা পূক্লিংগী ব্রাহৈ খরা নিক্লবা মখূৎনা ইরি। মাঙদা ঙাল্লম্বা থাউমৈনা থাউ লোয়শিল্লকখ্রবদা মহাক্কী কলমগী খোঙচৎ লেপখ্রে। পস্থুংফম য়ৌবা নংহৌদ্রবা মতৌদু ফুঙ্গাগী মৈরিনা উরদুনা হংলখি। 'কয়াম ব্রাৎহৌরিবগে রাজু ? ঐ লৈজরি। অশোমদা মায় ওনশিনবীরকপা য়াগনি, মঙাল অদুমক য়ৌনা ঙানবা ঙমদজদ্রবসু মনিংদা চথোক্লিবা শীংদু (মৈচাক্কু) খজিক্কং ইনশিনবীরক্লবদি ...।'

রাজু ব্রাখল অদোমদা চঙখিদরে। অঙ্গাংবা নুংশিৎ থেংনরুবনা লোক খুবা হৌরকই। হন্দক্কী লোক খুখু অসিদি মহাক্কী থব্রায় অতম্না লৌবা লাকপনি। মখুৎ নাম্মনা থবাক পায়, মখুৎ নাম্মনা ইবা লৌইশিনবা ঙস্নমদ্রবা চিঠিদু খরা থুপচিনবা হৌরম্রগা লেকথখ্রে। 'নুংশিরবা মল্লবা হে হকচাং ! করিগীনো নহাক্না ঐবু ইম্থোকপিরিবা ? কনানা য়েংশিনবীগনি নহাক্কী নুংশিরবা থব্রায় কয়াশে ?' হে থব্রায়, তিল্লুরো মপুগী লৈকোন্দা লৈরাংগুম, পুন্সি চেংজেন লোইখ্রে রাজুগী ঙসিদগী কায়নরিশিকো নঙ-ঐ !

করি ব্রাখন্দগীনো রাজুনা ঙসিদি, ঙরাং ব্রাল্লুবা চেং-হব্রায় পুম্নমক মনাক্তা ইচায় চাইথোক্কুনা থনল্লি। ঊনখা পুরবা অঙ্গাংবা নুংশিৎনা লৈনা হুম, খঙনিংবা য়াওনা লোনশিনবা কাউরম্রবা থোং তপ্না হাংদোক্কুনা কোয়না য়েংলি। মতৌ খঙলবা চিঠিনা পাহন্নীংবনা, কোনশিনবা ঙস্নমদ্রবা মখুৎ মনাক্তা, ফিগী মরুম থুপ্না লৈদুনা খাংজরি। খোইশাওনরবা মালংবা তাইনফম খঙদবনা, ফুনাক্কী ইশিনবা ঙস্নমদ্রবা, মৈচাক্তা তোংলীবা মৈরী মচাদু মুথৎখ্রে। হৌজিক্তি মফমদু ইমম মমখ্রে।

অহীং হৌখ্রে। রোক্তি মকোন্দগী মহৌশাগুম্না থোক্লক্কুনা মপু মনাক্তা চংশিন্দুনা কুল্লম্মী। অহোংবা অমা ঙসিদি লৈরম্রে। নুমিৎ খুদিংগীদি মহাক্না হেক কুল্লবগা, মপুনা মকোক্তা নুংশিনা নানবীবানৈ অদুথু ঙসিদি মমিং ফাওবা

কৌবিখিদরে। অদুবু মপু নীংজবা জীব ওইবনা কৌরক্কুবসু তিংথোক্কুনা লৈরম্লীবা মখুত্তা, মহাক্কী মরৈনা নুংশিবীননবা হন্না হন্না লেক্রমই। ঙসায় মখে ফৈজুপ মরুমদা লৈরম্বা চিঠি অদুসু মথৌ পীরগে মতাগুম লিরিহন্বগী শাহুম খরা খজিক ফংজবদা রোক্কি মমাংদা চোংথোক্লকই। চিঠিদু হেক উবদা মপুগী পাখোন থাবগুম খঞ্জরমই অদুবু মহৌশাগুম্না মঙক্তা খাউ য়ানবীরক্তবনা মপুদা মুন্না য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরম্মী। চংশিন্দুনা মমায়দা ফিনা খুমজিল্লম্বদু তপ্না ময়ানা চিক্কুনা হায়দোকচৈ অদু ফাওবা লেংদ্রবদা, নুংশিনা মপুগী মমায়দা মরৈনা হন্না হন্না লেক হৌনা হৌনা খোংদুনা মরোলদা হৌদোকচরম্মী—'গৌ, গৌ !' করম্না তাগনি রোক্কী ! মহাক্তী, ঐখোয় খ্বাই পুম্নমকপু থাদোক্রম চৎখ্রবনি, হায়দুনা মনাক্তা মচিঞ্জাক চারিবা য়েম্বা অচৌবদুনা মরোলদা শৈথারদুনা রোক্কীদা খঙহন্লকই — 'কেক্রে-কে !' মরোল ফাওনদবা ঙাক্তা ওইবনা অব্রাবা ওইরবা রোক্কী, মনাক্তা তাদুনা লৈরম্বা, থুপচিনবা ঙন্নমদ্রবা চিঠিদু, মচিন্না চিক্কুনা দুকান্দার মনাক য়ৌরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌনবা দুকান্দার ওইবনা চিঠিদু লৌরগা তপ্না হাংদোক্কুনা য়েংলমই—

ইবুংঙো রামেস,

ঐনা নঙোন্দগী শোক্তুনা চারক্লিবসি ফনা য়ান্নন্নগনি। নহাক ঙসিদি হিসাব ফজনা তৌবিরকউ। ঐদি নোংমা নোংমগী অশুম শোঞ্জিল্লকপনা ননাক ফাওবা লাকপা ঙমখিদরে। ঐ কুইনা হিংগনি থাজরক্রে। অরোইবদা ঐনা ইবুংঙোগী নফমদা খঙহঞ্জনিংবা ব্রাফমদি, ঐ হিন্দুনি, অদুবু হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা নিয়ম অষ্টি, শ্রাদ্ধ, ফিরোই শোম্নিংঙায় পৈশা লৈজদে। মৈতৈ মরুপকীসু থীগৎলুবদা লাইরবা ঐগী চংজফম লৈরমদ্রে। মরম অদুনা থৌ শম্নবা পাষ্টর অমনা প্রার্থনা তৌরগা ঐগী ইস্কোলগী কাচিন অমদা ফুম্বীরকউ। ঐ হান্নসু নখোয় খুনগী চর্চতা অমুক অনীক কাজরন্নবনি অদুবু লৈকাইনা ঐবু ইস্কোকপীখিবদগী লেপ্লবনি। মখোয় চর্চ শাফম লৈতবগী য়াম্না ব্রানহৌবনি। ঐগী ইস্কোল তঙ্খায় অমা দান তৌজরম্বনি, তঙ্খায় অমনা ইবুংঙোগী শেন্দোন্দু ওইনা কোক্লরসি। ঐগী লৈহৌরিবা শা-উচেকশিংদি মনিং ...।

রামেসনা চিঠি পাবা লোয়রকপদা রোক্কীদি মনাক্তা লৈরমদে। ঙরাং অহিং গড়ি কন্না থৌদুনা চৎখিবদু মপুক্লিংদা চিংনবা হৌরকই। মতমদুদা মখোয় খুনগী পাষ্টর থবক অমা চৎলুবগী হল্লকপদা থেংনরে; হেক উনবগা চিঠিদু পীদুনা

পাহল্লম্মী। চিঠিগী ৱারোল খণ্ডলবদা মমাল্লবা খরা খোমদুনা রাজু ময়েংবমগী মনাক্তা খোঙলৈ কল্লা থাং য়ৌরক্কমই।

ইমুং-মাঙোল, শুমাং-থেল্লোং, য়ুমগী খুনু, লমগী খুনু শেন্দ্রাং, কাক, চরোই চোংঙা, খোইনিং চিখহৌবা য়েন-ঙানু খরনা রাজুগী মনাক্তা য়োমশিন্দুনা চাক্তারম্মী। রোক্কী অমসুং অশোনবী হুইবী অনীসু মনাক্তা কুন উপায় লৈতনা খোংদুনা লৈরমই। জীবশিং অদুগী মতৌ উবদা মখোয় অঙকপা ওইখ্রে। কুম্মেগুল্লবা অৱাবগী দৃশ্য মীনুংশিগী ৱাখলনা থুম্মৎলবা কনাগুম্বগী থম্মোয়দি, মচেৎ তানা, ফাথবা ঙম্বগী ৱাংমদা লেপ্তুনা তেংথা নাওইনা কপ্লীংঙাইনি। লৈকাই মরীনা ইস্থোকপীবা, মাগী শাগৈনা কাওথোকপিরবা থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং হৌজিক কনাবু ঙাইরন্নী ? পাষ্টরগী পূক্লিংদা মথন্তা হংজে।

মখোয় মশেল ৱাতানদুনা থবক শীন্নরমই। খরনা লৈরোন চন্নবা কোম লুনা তৌরি। খরনা লৈ পরেং লেংদুনা পুরক্লি। খরনা অনৌবা ফিজোল হোংবীননবা শিন্নরী। মবুক থল্লবা পোম্বী-চেক্লা খুদিংমক্লা য়েংলি কাংলুপ কাংলুপ কুনমিন্ন, থৱায় য়াওদ্রবা রাজুগী হকচাংগীদমক করি তৌবিরি হায়দুনা।

খৃষ্টানগী হৌনবী নিয়মদা রাজু ময়েংবম্বু পুথোক্কুনা অনৌবা ফিজোল হোংবীরে। লৈরাং পরেং শিবিরে। ধর্ম্মগী পোরোহিট বাইবলগী মন্ত্র শোন্দুনা রাজুগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং লৈরোল চনখ্রে। মতৌ অদু উরকপদা ঙসায় মখৈ কুন্দুনা য়েংলম্বা ঙানু, য়েন, খুনু অতৈ উচেক কয়াদু খোইরাংবগা লোইনা হৌনা খোংদুনা লৈরোল চনশিনখ্রবা মপুবু মখোয়গী মমাংদা পুথোকপীরক্লবা কোইনা পাইবা হৌরকই। মতৌ অদু য়ানিংদবা উৎতুনা রোক্কী অমসুং অশোনবী হুইবীসু মপুগী মোংফম খোৎতুনা মনম নন্নগা হৌনা তেংথাদুনা খোঙলম্মী।

উচেকশিং, হূই অনীগী মওং মতৌদা লোইশিনফম খঙদ্রবা মীওইশিংনা ইমুং চঙদুনা চেং-হৱায় খরা থিদুনা পুথোক্লগা কোইনা চাইদুনা কৌথোক্লম্মী। অদুবু মপুগী খোঞ্জেল নত্তবনা করিশু নাচুংখিদ্রে। হৌজিক মখোয় অৱাবা ওইরে। পাষ্টরনা মিৎলুগী পিরাং তৈথোক তৈথোক্লা রামেসতা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

'য়েংবীয়ু ওঝা ! তাইবঙ মীওইবনা নুংশিবীদ্রবসু জীবশিং অসিনদি নুংশিরী ! কৌরিবা খোংলিবা পূম্নমক মাম্মা রাজুগীদমক্কী মখোয়না মহাকপু উবা পান্নী। মতৌসিদা ঐখোয়না তৌগদবশি করিনো ?'

'পাষ্টর, ঐখোয়না কোরৌ মণ্ডালনি চাকথেকপা ঙম্বা মাম্মগী পূক্লিংনা মেংলবা ঈংলবা মীনুংশিনা থল্লবা থম্মোয় 'থাজগী মণ্ডাল।'

'অচুম্বনি ওঝা! মহাক্কুম্বা কখোকপা ঙম্বা থম্মোয়দি লৈকাই অসিদা অমুক হন্না লাক্লরোই। ঐখোয় লৈকাইদা ইনাকখুনবা কয়া, ওফিসার কয়া, মরলনা সনজীনগুম ব্রাংনা পৈশিন্দুনা লৈনরি। অদুবু মহাক্কুম্বা কখোকপা ঙম্বদি ঙসি ফাওবা থোক্লক্ত্রি, থোক্লক্কনি হায়বসু ঐদি থাজদ্রে। করিগুম্বা ওইজবা ফংগদবা লৈরবদি হৌ হৌ চোংথোক্লক্কনি। অদোম্না তাকপীরিবা অচুম্বনি মাম্মগী থম্মোয়দি ঈংলবা 'থাজগী মণ্ডালনি।' ❑

# বাক্সিগী শোজৈ

হায়নৈ নমু তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়সি পঞ্চভূতনা শাবা শমু হকচাংনি। তাইবঙ মপুনা থব্রায় মীরেল তম, পুন্সি চেংজেল পী, খোঙদোয়রকখিবা ময়াথং। চেংজেল অদুনা লোইশিল্লক্রবদা উনা উনা পূকমেন পাউমেন্ন চংখি। চাউখৎলবা যুগশিদা, অফাওবা ডাক্তর-মাইবা কয়ানা থব্রায় মীরেল মাবু খান্বা, থীংবা ঙম্নদ্রি। মসিমক ঈশ্বরগী শক্তিনি অকনবা।

শ্রীমুতুম ধনঞ্জোয় সিংহ মতম কুইনা তৌরাংথক্তা ওন মচা-মমৌ কয়ানা সেবা তৌবদা অপেনবা লৈরক্তবা, চাখি-ইনখিবা অদুমক ঙাইহাক লৈরগা মপোপ কায়দনা থাদোক্লবা দিহেনী মন্থরক্লবা। অদুবু ঙসিদি মচা-মমৌ, মরুপ-মপাং কয়াগী সেবাদু পেল্লবা মাল্লে, অমন থরৈ কুম, নোংমদোল থব্রান্নীচাক লিশিংলক ব্রাভানবা খোংদোইখ্রে মল্লবা দিহে হুন্দোক্লম।

অদুঙৈ নহা ওইরিঙৈ তানশিঞ্জরম্বা মরল-মথুম, মচা-মশূ মমৌ ফাওবদা শরুক থুংবিদুনা অপেনবা নাইদ্রবা তাইবঙ মীওইবগী পুক্লিংদা নুংশি শিংচেপ থাবীরম্মী। অদুবু লৈকাইগী ওইবা মাবু নীংশিংবীরক্লবা থবক্তি অমত্তা তৌবিরমদবনা ঙসি মহাক্কী অরোইবা শংস্কার তৌবা য়াওবা লাকপীরিবশিংগী পুক্লিংদা তয়াং-তশোয়, য়াওদবা য়াদবগী নাম্থোকপা য়াদবা মওংদা লাক্লরি। মসিমক পুক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইরি।

মচানুপা অহন, বীমোলচান্দ হিন্দু ধর্ম্মদা, সমাজ সেবাদা য়ক লাউজরিবা মতমসিগী মীওইনি। মহাক্কী পুক্লিংদা মপাগীদমক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী হৌনবী নিয়মদা খরচ য়াম্না চঙনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাঙথোকচনিংবগী ব্রাখল চাউনা লৈজরি। মপাবুংনা শিদ্রিঙৈদগী হৌনা মরুপ-চৈরুপ লৌবগী ব্রাখল, মহাক্কী আশাগী পরীংদা মচল ওইনা লেংদুনা লৈখ্রবনি।

মনাও য়াইমদি খৃষ্টান্নি। মিজো নিংঙোল লৌবনি। খুনশিগীনা পাম্বরনি। মহাক্কী মোত্তা খৃষ্টান ধর্ম্মগী মতুংইনা মপাবুংগী অরোইবা মথৌ-মঙম পাংথোকচবা পামজরি। মখোয়গী কাংবুদি মশীং য়ামজদবনা লৈকাইগী ব্রারেপ ঙাইবা তারমই।

মচল ললিতা বেগম, মপাবুংনা মুসলিম শাগৈদা তিনখ্রে হায়বগী লৌখৎপীরমদবনা মখোঙ শোক্লা খুরুমজবা ঙমজদা মাগা মোৎ মান্নজবা মবুং

য়াইমাগী দারিদা তোং হিক্লা হিক্লা কপ পেঙ্গহৌদ্রবা পুক্লিংগী ব্রাফম কয়া মকা লাম্না ফোঙদোকচ তেংথা নাওইনরি ।

মৌপ্বা ব্রজকুমার, নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা, থাবা য়াবা শেন, লৌফম কয়া থাদোক্লন্নগা অব্রা-মৈশা মায়োক্লা য়ু তপ তানা থকচিল্লগা হাইরং তুরং মরোল-মরি খঙদনা, লিৎলম্বা ফুরিৎ লৌথোকই, মকোক মরু ইফা-ফা হাইরং-তুরং, ঙসিদি ময়ুম নীংশিংলক্কুনা হঞ্জীল্লক্লি। তিল্লম্নবা মীয়াম অদু উবদা পূক্লিংদা চিংনবা খরা ফাওরকই। পাল্লম্বা নিশাদু খরদি কেনখিবগুম তৌই। লেপ্তবা খোঙথাং ওইবনা শুমাঙ মতোন য়ৌশিল্লকই। বৃন্দাদেবী তুল্লশী মখোং নকলপ্না ফৈজোম ফিঙৌ ময়াইদা অব্রাং ওন্দুনা য়াতারম্বা মপাবুংগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং উরকপদা মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা তূ-চুংখিবা খঙহৌদে । থম্মোয়গী পন নীংখায়রকখিবা খঙহৌদে, নীংঙমদবগী পিরাং কল্লবা শাফুগা ইরোয়না চেন্থরকখি মীৎলু নাপোম অনিদগী জর জর।

চঙশিন্দুনা, লৈখোম-লৈনাং মরক্তা ওন্না থোইনা তেংথা নাওইজে। 'পাবুং ! নচাবু ব্রারৌবীগনুকো ! পাবুংগী ননীং থুংহনবা ঙমখিদে। পাবুংনা পীবীরম্বা লৌ পরী তরেৎতো নচা নখূৎ য়াওবনা লাইবক চাংয়েং তৌরুবদা পরী অনীতমক ঙাইহৌরে। মদু হঞ্জীন্নবা হোৎনরিঙৈ নুংশিরবা পাবুংগা পূকমেন-পাউমেন নঙহৌদ্রে। ব্রারৌবীগনুকো পাবুং পুকফবা ! নচাগীদমক খন্দুনা অমুক্তুংদি হল্লকখো তাইবঙসিদা !'

নুপীশিংনা কপ্পম্বদি তেনব্রানা মীরোল তম্বগুম্বনি। অদুবু ফরবসু ফত্রবসু নুপা ওইবা অমনা পুক্লিং শোক্লা তেংথা নাওইনা 'পাবুং' হায়না লুম্নবা শ্বরদা ব্রহ্ম ফুক্তুনা কৌরক্লবদা য়েংলম্বা ভাবোক খুদিং পূক্লিং থুক লাউনখি।

মতম অদুদা ইমুংদগী (মীমান্দ্রবা) মনাও অতোনবা মাইমুনা য়াম্না জ্ঞান তানা থোংনাউদা পায়রগা মীয়াম তাননবা হৌনা লাউরদুনা হায়রকই—

'কুম্মৈ ওইনা য়েংবীরগনু ! য়েৎনরীঙৈ নুমিৎ ব্রাতোন লোমখ্রে। ঐগী শুমাঙশে কোর্ট নত্তে। ঐ জর্জ ওইবসু ঙমজরোই । থব্রায় য়াওদ্রবা পাবুংগী হকচাংনি। মতুপ অনীথোক্লা ককথৎপীরো অয়ো হায়রক্ল রোই। তাচৌনা তাচৌগী অপাম্বা, তয়াইনা তয়াইগী অপাম্বা অনিং অনিংবা অপাম অপাম্বা তৌবিগ্রো। ঐদি য়েংবদা মিৎলি নারে নখোয়গী কপশিন লাওশিন্নবা মখোল

অমতা তাজনিংদরে। হো, ধর্ম্ম গুরু কবির নত্তে; য়েৎনরগা লৈরাং ওল্লমগদবা। ঐখোয় পাবুংদি লৈকাই অসিগী মীওই কনা অমত্তগা মত মান্নরমদবনি। থেংঙ্গ্রে ! থেংঙ্গ্রে ! নুমিৎ আঃ য়ৌখ্রে !'

ময়ামগী মরক্তা ঙাংনবা য়াওরকই—'হোয়নে, তৌগদবা অমা হেক তৌরবদি ফগদবা মসিদা য়েৎনদনা লৈরে।'

লৈকাইদুগী অহল অমনা মখোয় অনীগী মোৎ তারবা মতুংদা ব্রারোইশিন ওইনা হায়রকই—

'লৈকাই অসিদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপসি মশিং য়ামদ্রি। নয়াম্বনা হায়রিবসি ইল্লো য়াইমা ! লৈখিদ্রিবা অহন অসি হিন্দু ধর্ম্মদা থব্রায় লুপচরম্বা অহন্নি। ঐখোয়না শাক্কিনি।'

ব্রাফম অদু তাবদা য়েৎপা ঙমজদ্রবা খৃষ্টানশিং অদু ফন্নম্বদগী হৌগৎনরকই অদুগা মখোয়গী পাষ্টরগী মফমদা হঙ্গৎচরকই—'চৎলশি পাষ্টর, চর্চতা ! লৈখিদ্রবা পাবুংগী অস্বা শান্তীগীদমক করিগুম্বা খরা তৌদুনা প্রভু যীশুগী মফমদা প্রার্থনা তৌদুনা হায়জরুরশি।'

উপায় লৈত্রবা মিৎয়েংদা, মপাবুংগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংবু মিৎলুগী পিরাংনা চান্নগা মখোংশোক্লা খুরুমজৈ পিরাং অদু তৈথোক তৈথোক্লা হৌগৎলক্লুনা মখোয়গী চর্চ তম্না চৎমিন্নখি।

ঙাইবদা ব্রানরম্নবা মীয়ামসু 'পোন্দগী থাদোক্লপা চেক্লানা মনিং তম্না শাখপ তম্বগুম, মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লখি। খরনা কু শেমখি, খরনা শীং থাইখি, খরনা মোংফম তৌখি, খরনা পয়া শিখি, খরনা চন্দোব্রা শাখি।

হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ইরুজ মফি হোংবীবা মতমদা, য়াম্না চেকশিন্না লং থাংজুং অকনবনা কিশি কিদুনা লৈরম্বা শোজৈ অমা থেংনরকপদা, ময়াম্বুং বীমোলবু কৌশিল্লক্লুনা খুৎশিন্নরকই—

'তামো, শোজৈ অসি লৌশিন্নবীয়ু।'

শোজৈ মুন্না য়েংলগা মথক্তা খঙে—'মসিদি বাক্সিগী শোজৈ মাল্লি।' খঙহৌদনা মচিন্দগী হায়দোক্লকই—

'ইশঃ ফরেদা।' কপ্লম্বদগী লেপ্তুনা শোজৈদু লৌশিল্লি। কনা কনা উহৌবগে হায়দুনা আনোক থাঙ্গৎতুনা ফম্লপ্লা য়েংউরগা কপ্লীংদ্রবা থম্মোয়দু অমুক প্রেম শুঙ্গৎতুনা মপাবুংবু কৌদুনা কপচখি—

'হো পাবুং! নচা ঐখোয়বু হুন্দোক্লম লমদম কৈদনোনে চৎলিবা' য়েংনিংবনা পুক্লিং খোইরাংবা হৌরকই, খঙহন্নীংদবগী চেকপল মরুমদা লেপ্তুনা।

মপাবুং তপ্লা তপ্লা পুথোক্লক্লুনা শীংলোন থক্তা য়াতাখ্রে। কপ্লা কপ্লা ঈশিংপুন লেংদা থোং তরেৎলক কোই মপাগী সেবা তৌজরি। মরক মরক্তা ফিরৈদা য়েপ্লীবা বাক্সিগী শোজৈদু মীয়াম মমাঙদা তারক্তনবা শেন্নরি মখুৎ য়েৎনা। অরোইবা বিদায়গী খাম্বী মৈরা চুদুনা হুমাই অমুক্তং পায়রম্লগা পৃখ্রিদা চোংথদুনা ইরুজখ্রে। ঈরুজবা লোইদুনা কাখৎলকপদা নহা অমনা চঙশিল্লক্লুনা হংলকই—

'পাবুং, হোরেন লোইশিল্লকপগী খরচ খরদং থম্বীরম্মু।' বীমোলনা নহাদুদা মুন্না য়েংলগা খঙদদুনা হংলকই—

'করিগী?'

'চৎনবীনি পাবুং, মতমসিগী! মদু নৎত্রবদি হোরেন সেবা চঙবীনবা ফাওবা লৈহৌরোই।'

ঙাইহাক খন্থরুগা হায়রকই—

'কয়ানা য়াগনি?'

'২০০ রা ৩০০ লা পাবুংগী অঙম্বা।'

ঙসায় ফুরিৎ খাউদা মরুপকী শেন্থাং হুম্লুনবা হাপচিন্খিবা লুপা ৫০০ চৎপীদু খংনিং হেক নীংশিলকই। মদু লৌথোক্লদুনা পীরগা হায়রকই—

'অরেম্বদু হম্লকউকো!'

পৈশা ফংলবদা নহাদু ব্রা মখা তারমদ্রে, হরাউ হারাউ চৎখ্রে। লৈথোক্লকপদা মচল ললিতাদু মপাবুংবু কৌদুনা অতোনবীগী মচাগুম লৈরম্বা উরকপদা ঙসিদি মবুং অমা ওইবগী মীনুংশিগী ঈফুৎ অমা খঙহৌদনা ফাওরক্লুনা কৌরকই—

'ইবেম্মা, নঙদি কনাগা লাকই। হোরেল চৎলমদাইদা নবুংগী নাক্তা ঙায়হাক্তংদি য়ৌশিলমউকো; নবুংগা ব্রা খরা তান্নগদবা লৈ।'

কপ্পা কপ্পা মচলনা পাউখুন্নকই—

'অহোয়, তামোচৌ। শোয়দনা চঙলক্কে।'

ঈরুজবা কারকপদগী মীৎলুগী পিরাং কংখ্রবা বীমোলদু ব্রাখল পরীং চৎথরকই; নাকন্দা য়েপ্পীবা বাক্সিগী শোঔজে অদুনা লমজিং ওইরগা ...।

'ঐনা অহম্নি হায়দুনা লৌ-পরী মঙা খক্তনি, নামা ওনবীরম্বা! লৌ-পরী মরীফুতরাগী মথকপু কনা কনাদা পীথোক্রন্নীবা মফম মরাং হেক খঙহন্দে। ইনাও ব্রজকুমারনা থবকসু শূ বা নত্তে জ্বার শান্নদুনা লৈ। মাগী নুপী নেপালি নিঙোল অসিনা করি পুশিল্লক্কদৌরিবা? প্রাইভেট স্কুলগী ওঝানি। মচা-মশূ অফবা স্কুলদা মহৈ তমহল্লি। করিনো মখোয় ইমুংদা ব্রাৎলিবা? টি ভি কম্প্যুতর, ভি সি পী, ইনভর্টর, গ্যাস শুনা লৈ। ঐখোয়গীদি কদায়নো? অব্রাৎপা ঙাক্তা ঙাইশিল্লকই। ঐসু সরকারগী থবক তৌরি মমাসু ইজৎনি পাবুংগী, শ্রাদ্ধা কর্ম্ম মখোয় খৃষ্টানগী প্রার্থনা তৌরগা লোইশিনবদুদি য়ারোই। অদুবু ঈশ্বরগী থৌজাল ঐগী অরাবদা মতেং ওইনবা পাবুংগী মখূৎমক্তা খূৎশিন্নরমদ্রবসু থেংনদুনা ফংলে। পাবুংগী ফূল পুদুনা বৃন্দাবন্দসু কোইরুগে শ্রাদ্ধ কর্ম্ম ফিরোই য়াম্না চাউনা চিংলেম্না শোন্দোক্কে। মীনা ঙম্নদবা অফাওবা শৈশকপা, পুংয়ৈবা ঙাক্তা খন্দুনা পাবুংগী আত্মা সান্তিগীদমক হোৎনগনি। লৈকাইনা ব্রারীনহনগে। পাবুংনা লৌখৎপীরমদ্রবা ইচল ললিতা ঐনা নুমিৎ থবান অফবা য়েংলগা লৌখৎপীরগনি।

মতম কুইনগী মমাঙগী শাগৎচরকপা মঙলান হন্দক্কী মতাংশিদা শোয়দনা মঙফাওনরগনি। ফিল্মগী শংসারদা খোঙদাদুনা অফাওবা প্রদূশর অমদি ওইবা ঙম্নগনি। পৃথিবীগী ফজরবা মফম কয়াদা চৎ চৎতুনা ফজরবা ফিল্ম কয়া মথং মথং পুথোকপদা ঐনা মাঙজিন থাবা ঙম্নগনি মদুগী এব্রার্দ কয়া মথং মথং...।

মহাক্কী ব্রাখল পরিংদা অদুক শাংখ্রবা লৈরক্তুনা খোঙকাপ মরি মঙা কানবদা য়ৌশিনখিবগুমই। মাঙ্গোলদা থনম্বা খুদৈ হোংদোকই, ফি অচোৎপা ফৌদোকই। থম্মোয় মকা লাম্না মাগী কাদা চংলগা শ্বর চনিং তানা হোম্থদুনা ফমই।

ঙসাই বাক্সি শোঔজে পায়শিনখিবা উহৌবী মহাক্কী লোয়নবী ইবেচাউবীদু তফিং তফিং মফি হোংদোক্লগা মপুরোয়বগী মনাক্তা' চঙশিলত্তুন্না ফম্নগা হংলকই—

'শোজৈদো অদুম নথন্তা পায়শিন্দুনা থম্বনদি কান্নরোই। বাক্সি লৈফমদি ঐনা খঙইকো।'

কনা উহৌদে খঞ্জরিবা বীমোলগী পূক্লিং মাগী লোয়নবীনা থাজদনা উহৌরম্বদুদা অঙকপনা থনগ্রে; অতৈসু উহৌরমগদ্রা খন্নুবদা পূক্লিং চরাংনৈ। ইপা পাখৎনা হংলকই—

'নঙদি কনানা হায়রক্লিবা ?'

'হায়বা নত্তে শেন্নদুনা লাকখিবনি তাঞ্জা ফংদদুনা লৈহৌবনি। নঙনা পায়শিনখিবা উবদা ঐগী পূক্লিংসে নেতাদুনা লৈজরবনি। কদায়নো ঐঙোন্দা শোদু পীরকউ। তাঞ্জা য়েংলগা হাংদোকউনবা ! হন্দক্তি ইনাশে তৎনবা সনাগী মরি, সনাগী নাইন, সনাগী লিকফাং, সনাগী খুজি, সনাগী খুদোপ অশেংবদু ঙাক্তা শীরগদবনি নক্লী য়ানবশিনা চাফৎলে ইনাশে।'

শাউনিংলম্বদগী নোক্লিংলক্লবা বীমোলনা হায়রকই—

'নুংঙাইকো ইবেম্মা ! ইমুংগী অব্রাৎপশিংগী মরমদদি হায়রক্তে নঙগী য়ান্দ্রবসু য়াবা সনাগী ব্রাফম্না হান্না পুথোক্লকই । ঐসু ফিল্মদা, ঈশৈদা ঙাওজরম্বা নীপানে। ইখুৎত্তা পৈশা পৎ তৎখিবদগী ধর্ম্মদা ওনশিন্দুনা লৈরিবনি।'

ব্রা মরক থৎতুনা ইবেচাউবীনা হায়রকই—

'হো, ঐসু খঙজৈএ ! ঐনা হায়জবদি ইনেম ইবেম্মনা থম্বীরম্বা সনাগী খজানা অদুনি। অদোমগী লুপা ৫০০ চৎপী নোটকী বন্দল বন্দলদু নৎচদে।' ইঙক ঙক্লদুনা মপুরোইবনা হংলকই—

'ঙাইখো নঙবু শেনফমদু উখিবকা লৈরব্রা ?'

হৌনা নোক্লদুনা পাউখুন্নকই—

'উরুদুন-বা হায়জরিবশিনি।'

'কৈদৌঙৈ উরুরিবা ?'

'নঙদি খঙোইএ। ঐনা অনাবা সেবা নুংভিগী চৎলিবদু।'

'অদুবুদি খঙই। অদুদা—।'

'নোংমা ঈশ্বরনা তাঞ্জা পীবীবদগী শোজৈদো থেংনজবা; ওস্থোক্লা চাওগ্রে; বাক্সিদু, সনাশিংদুসু ময়েক শেংনা লংনা ফজৈ। ময়োমদুগী মথাদা

মঙদা ফাওবা উবা ফজদ্রিবা লুপা ৫০০গী মপুন মপুন মরোল মরোল লৈহৌবদো মতাংনা য়াখিদবনা নান্দুনা থনম্লগা শোজৈ অদো পাবুংগী খ্বাংদা অনৌবা লং থাংজুং তারগা কিশিন্দুনা থমজবনি। ঙসিসু ইমিৎশিদা শঙ শঙনা উজরি।'

উনিংবনা খোইরাংলবা বীমোল খঙহৌদনা শোজৈ অদু মাগী নুপীগী মখুত্তা খুৎশিন্নরগা হৌনা নোক্লদুনা হায়রকই—

'য়াম্না নুংঙাইরে অদুদি। ঐগী মঙলান মঙফাওনরগনি। লৌজৌ সনা, ঐনা য়ানবীবসু ঙমদবা। চৎলো হৌজিকমক কনা খঙখি উখিদ্রিঙৈ।'

'তপথবীখোদা নুংথিল পোবোপ অসিদা মীতোপ উখ্রগা কহামাং খুজাই কায় তাজনি পৈশাদুগী মীকানরকপদা।'

'ও ! ঙাইঙমখিদরেদা, হে অহিং অথেংবা ! হৌজিকমক ওইহন্নীংলে ঐদি।'

'হো, ঙাইঙমদবা তৌবিরুরগনু মখোয়বা ! চৎতুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী নামাদা হৈশিংবী ইনাও নুপীগী হুইশারসু খরা য়েংবীরুবনা খরা ওইজগদবা মাল্লি। য়েমৌনদুনা চঙনদবগী ব্রাফমদুদি ঐখোয়দা য়াম্না মাঙজেকো।'

'ঐগী নুপীশি, ঙসিদি মীরোল ঙাংঙিকো ।'

ঙসায় মখৈ মমা-মপানা শান্নখিবা অরোন-অথুপকী ব্রাফম কয়াদু মচা কুল্লনা তারবা মতুংদা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লুনা ওইনবা হৌরকই—

'ইমা ঐগী স্কুল ড্রেস মল্লে, খাউসু চেন য়াদরে, খোংঙুপকী মতোনসু হোরে লৈবীয়ুকো ইমা।'

মমানা মচাবু নুংশিনা চূপ্পীরগা থেন্নদুনা হায়রকই—

'লৈদদিকো ইচাগী ! লোয়না অহনবা হোংবীরগদবনি।'

লাকও লাইরিক ঔরাইররো নপাগী মনাক্তা। তাঞ্জাদুদা মাঙ্গোলদগী মচল ললিতানা মবুংবু কৌরদুনা চঙলকই—

'তামোচৌ, ঐ লাক্লে।'

মচলগী মখোল তাবদা ঙাংনরম্বা ব্রাফম থুপচিন্দুনা মপান খোক্লকই। ইবেচাউবীসু ঙাংনবদু তানিংদুনা শোঙ্জেদু মোনপাক মখাদা থনম্লগা মপান খোক্লকই। মচানুপানা মমাগী শোঙ্জে থমফম মুম্না য়েংহৌই।

বীমোল ফমেল ফজ্ঞা ফন্নি। মচলনা মোরাদা, মাগী নুপীনা ফজ্ঞা ফন্নি। বীমোলনা মচলগী মমাঙদা খোকখিবা থৌদোক অমগী মরমদা হংলকই।

'ইবেম্মা, নঙগী ব্রজকুমারগা য়েংনখিবা লৌফমদুদি হন্দোক্লগ্রব্রা, কমদৌনস্ত্রে ?'

'তামোচৌ, ঐদি মাঙজরপোৎনি। পাবুংসু লৈখিদ্রে,নমাসু ওনশিনহৌদ্রে।'

মাগী নুপীনা খঙনিংদুনা মরক থৎনা হংলকই—

'করম্বা লৌফম্নো ঐদি তাদেনা ?'

'ঐখোয়গী লাই মনিংগী অকুৎপা পরেংদুনি । ব্রজকুমারনা মখুৎ শাংদুনা নামা ওন্দ্রীবা লৌফমদু পুল্লপ্না বন্দোপ থনম্বগী ব্রাফম্নি।'

'মদুদি ফত্তেনা, মশাগীসু নত্তনা।'

মপি নৌরবী ললিতা নৌহৌনা অমুক শিঙ্গ্রক্তুনা কপঙাং তৌরকই—

'ঐখোয় পাবুংসে লাইওইখ্রে হায়বসু ফত্তে। মমৌ 'বৃন্দা ছেত্রি' নেপালি অদুগীদি নঙহৌরোইদৌনা অমিন কৌরগা নুমিৎ নিনিদা নামা ওন্দুনা ময়েক শেংনা নাখে তানা লৌদগী, ইম্বোলগী থম্বীরমই। ঐগীদি য়েৎনবা লৌফম ঙাক্তা, তয়াইমগা লৌ-পরী অমসু লৈরীবনি। অদুগা ঐবুসু লৌখৎপীরমদবা, লৈকাই অদুগী মমাঙদা ঐ য়াম্না ইকায়কো তামোচৌ। অতোপ্পা জাৎতগা লৈরে।'

মচলবু থেমজিল্লদুনা হায়রকই—

'ইবেম্মা, নবুং কুম্মে ময়ামসি উরিবনি। অদুবু লাইরিক লাইশু হৈবা ঙাক্তনিনা ঙাঙনবা য়াদে, মুক্লদুনা লৈনরিবসিনি। পাবুং লৈরিঙৈ ইচিল ইনাওনি অদুবু পাবুংনা লৈখিদ্রবনিনা লংলা অদু তৎখ্রে, লৈকাই ওনখ্রে। ঙসি তৌনরিবদুনি। অতৈ ব্রাফম তোকপ্রগা নঙগী লৌখৎপগী ব্রাফমদুদি ঐনা হোংরেল মখোয়গী মমাঙদা পুথোক্কনি। মখোয়না খন্নবদুদা য়াওদবা তারগসু

নবুং ঐ লৈরি, হন্দক্কী থানুংশিদা অহল লমন অখণ্ড-অহৈ পন্দিৎশিং তানরগা লৌখৎপীনবা শোয়দনা হোৎনগনি। মদুগীদমক নুংঙাইতবা তৌরুরগনু। মবুং বীমোলগী ব্রা তাবদা হরাউজরবী ললীতা হৌগৎলদুনা হায়রকই—

‘অদুদি তামোচৌ ! তয়ায়খোয়দা মহাক্লা ঐবু ঙাইহৌবনি, ঐ অমুক য়ৌশিঙ্গখ্রগে।’

মচললনা চৎখ্রবদা মখোয় অনীসু হৌগৎতুনা ব্রজকুমারখোয়দা চৎখ্রে। মচা কুল্লসু লাইরিক ঔরাইরম্বা তোক্তুনা মমানা থন্নম্বা শোজৈদু থিবা হৌরকই। য়াম্না ব্রানা থীরবা মতুংদা ফংলে। শান্নীংবগী ব্রাখন্না মাঙদা থা, শোজৈদু মাগী লাইরিক মনুংদা থমজিল্লন্নগা থোকখ্রে।

নুমিৎ তাশিনখ্রে। অমম্বতবু ঙাইররিবা হূরানবনি। চাক-ঈশিং ঙস্তানা চাদুনা মচা কুল্লবু শুন্নগা শোজৈ মাদুনা য়েংলকই। শোজৈ মফমদা লৈরমদ্রে। চেঠি-চেকুম উপ্না লৈরম্বা লোংথোকই, লোংনা লৈরম্বা উপশিল্লি, শোজৈ থিবদা অহিং তঙ্খায় হৌখ্রে। অদুবু ফংবদি লৈখিদ্রে। মখোয় অনীসু লাউনরে। লৈকাইগী মীশিংনা না থাঙ্গৎতুনা তানৈ হংনৈ মখোয় মশেল—

‘করি মাঙখিবগীনো লাউনরিবশিবু ? অশুক থেংলবা অহিং অসিদা।’

মথংগী নুমিৎনি। মমাগী ব্রাখলদা মচানুপাদা চিংনবা লৈরক্তুনা হৌদোক্লগা হংলকই—

‘ইবুংঙো ! নহাক ঐগী মোম্পাক ময়াম্নিদা থনম্বা শোজৈ অমকা উবরা ?’

মমিৎ নোইরগা ফম্মুংদা ফম্মী অদুগা খুম্লকই—

‘উম, উই।’

পাউখুমদু তাবদা হরাউজরবী মমানা মচাবু নুংশিনা য়েংলগা মখাতানা হংলকই—

‘ইচাদি মরম ওকপনি, মমানা মিঠাই হাওবী য়াম্না লৈবীনি, শোজৈদু ইমাদা পীরকউ।’

মতাং চারিঙৈ ওইনরকই মচা কুল্লনা—‘লৈদি শুকলৈ হেক লৈবীদনা।’

‘হৌগৎলো নচিন শেংদোক্লরো অদুগা দুকান্দা চৎলশি।’

অচাপোৎ ফংলগনি খনবদা, নীঙায় তৌগনবা কুল্লদু, নীংঙায় তৌখিদ্রে খুদক্তা হৌগৎতুনা মচিন-ময়া শেংদোকখি, মমায়-মমিৎ তাথোকখি। ফিগং অমনা তৈথোক তৈথোক্লা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লুনা হায়রকই—

'চৎলশি, ইমা।'

মমানা মচাবু পোখৎলি। দুকান তম্না থোক্লকই। দুকান য়ৌরে অচাপোৎ অপাম্বা খলহল্লে। মচানা অচাপোৎ চারিঙৈ হায়রকই—

'শোৌজৈদু থীবদা অহিং হৌখ্রবনি। নপাগা ঐগসু লাউনরবনি। নঙন্দু মফম কদায়দা থম্বগে ?'

নোকফেৎ তৌরগা মচানা খুন্নকই— 'অদুবুরো ঐগী লাইরিক মরক্তা।'

'করম্বা লাইরিক্তা।'

'ইংলিস পীকচর ডিক্সনারি মনুংদা।'

মরাইবক্তা মখূৎনা থারগা হায়রকই— 'ইশ ! অদুদি হৌজিক্তা নচেনা অমুক্তা য়েংগে হায়রগা পুখ্রে। মাদি স্কুল, কারন্নগনি। অচাপোৎকী মমল পীরন্নগা নীংবা কায়না ময়ুম হল্লকখি। থবক তৌফম খঙদরে। মচা স্কুল থাখিনবগী থৌরাং ফাওবা তৌনিংদরে। লৈতাদ্রবা পুক্লিংনা ইংখোল শূরিবা মপুরোইবগী মনাক্তা পাউদমজরকই—'শোৌজৈদো মচে কিনিনা লাইরিক ব্রাইবদা য়াওখ্রে; কমদৌশিগে ?' বীমোল থবক লেপ্লগা ঙাইহাক খম্থে অদুগা হায়রকই—

'হোয়েন হল্লকপা ঙাইবা তারেদনা।'

হায়জরুবগী কান্নবা ফংদ্রবী ইবেচাউবী, মচাবু চাক পীরজরগা স্কুল থাদোকখ্রে। মহাক্লা ফম্মুংদা তুমিন্না চঙখ্রে। ঙাইহাক হিপ্লম্বদগী অহিং তূমদবনা মশাদু মুন্থরকখ্রে। ঙাইহাক্কী মনুংদা নুংঙাইরবা মঙলান্দা তাওথরকই ... ।

অহিং য়ারেকপা ব্রজকুমারখোয়দা চৎলি। মাঙ্গোলদা ময়ামসু হিপ্লরমই। মহাকসু ফক অমা তিংথোক্লুনা মানা পুরকপা ফিদু, অমনা থারে অমনা শুপ্পী ময়াম তূমথনখিবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরমই। পোইনুগী মতম ওইবনা থবক ব্রানরুবগী ময়ামদু ঙাইহাক ব্রারী শান্নরম্বদগী তূমথনখিবনা অশিবগা পাংখক ওইখ্রে। তাঞ্জা ফংলবদা ইবেচাউবীদো তপ্পা খুনিং কাং কাংদুনা বাক্সি মনাক

য়ৌরে। ফিরৈদা য়েপ্লম্বা শোৈজেদু তপ্না লৌথোক্তুনা মকুগী বাক্সি অচৌবদু তপ্না হাংদোক্লমই। কয়াদা ফজরিবা সনা লিক-কোলনো! য়েংবগী পেনবা নাইদেদা! চামঙা চৎপী অহনবা মপুন মপুন বেঙ্কতগী লৌথোকউবদা ঙাইরিবা মাল্লবা পুম্নমক মী উখ্রগনি হায়দুনা মানা পুরকপা খাউজাও অদুদা পীক থন্না হাপচিল্লমই। অদুক চাউরবা খাউজাওদু চন্দ্রে। মহাক্না ইল্লিবা ইনফি অদুদসু হাপচিন্দুনা বাক্সি অদু ইহাং হাংহল্লে। শো অদু অমুক লোনশিল্লে। শেনয়াম অদু ঙম্বোয় ঙমদবোই থাঙ্গৎলদুনা অরোনবা লম্বী থিরকই। অমম্বদা হৈনবা কালুদু মপা চানরুদুনা থেংনরে লাক্কদৌবগুম খোংলকপদা অরুম্বগী অব্রাবা কাউখরে, মাঙ্গোল য়ৌশিল্লকপা খঙহৌদে, থোং থিন্দুনা হৌদোক্লগৈ মপুরোইবনা মাঙ্গোলদগী কৌরকই—

‘তারিবরা? খুদৈ পুথোক্লকউ মপান্দা।’

হৌগৎতুনা ফন্নিগৈ মপুরোইবা বীমোলনা চঙশিলক্তুনা হংলকই—

‘কৈদৌরে নশা নুংঙাইত্রব্রা?’

য়াম্না তন্না পাউখুম্নকই—‘কৈসু তৌদে ব্রাখল নুংঙাইত্রদুনা পোত্থারম্বদগী তুমথোকউরবা।’

‘অয়ুকসিদবো?’

‘হোয়, নুংঙায়বা মঙ মঙলমই। ঐনা পামজবা ম্না নঙনা পামজবা লুপা, য়াম্না ব্রানা ব্রানা পুদুনা য়ুম য়ৌরক্লমই।’

‘ফরে! তাইবঙদা ফংবা ঙমজদ্রবসু মঙলান্দদি ফংলমই। অমুকসু নুংঙাইবা মঙ মঙবীয়ু। ঐদি মরুপকী এজেন্ট খরা উন্নরুদবা য়াদে বাটন নম্ফমসু য়ৌশিল্লক্কে।’

‘চাক্তি?’

‘হল্লক্লগা।’

মফি হোংদোক্তুনা গারি ইম্মোক্লগা চৎখ্রে। ইবেচাউবী য়াম্না হৈনিংদনা চাকশঙদা চঙদুনা চাক চাখি। য়ুমগী থবক লোইশিল্লিগৈ অঙাং হন্নরকপা মতম ওইরক্লে, মফি হোংদোক্তুনা থোঙ্গাল থোক্লকই। মতম চপ চানা কিনিনা স্কুল হল্লকপগা মপা চারুরে। খৌরাংনা ঙাইজরিবী মমাচৌবীনা চঙশিল্লক্তুনা হংলকই—

'ইবেম্মা নঙনা ঙসায় ব্রাইখিবা লাইরিক্তুদি ?'

করি হায়রক্কনি কিজরবা ইবেচাউবীদা মুম্না য়েংলগা লাইরিক্তু খাউদগী লৌথোক্তুনা খুৎশিন্নে। মহাক্না লাইরিক্তু হাংদোক্তুনা য়েংবদা শোজৈদু য়াওরমদ্রে। লাইরিক্তু কয়ারক ফাক্তুনা, নীক্তুনা য়েংলবসু ফংদরে। কিনিনা য়াম্না কিনা য়েংদুনা লৈরি। কাইনথংদা হংলকই —

'ইবেম্মা লাইরিক মনুং অসিদা বাক্সি শোজৈ অমা নৌপ্পানা হ্যাপচিনখি হায়বনি। নহাক থেংনব্রা ?'

'হোয়, থেংনৈ।'

'অদুদি কদায় ?'

'ঐনা ফুরিৎখাউদা হাপচিনখিবনি অদুবু য়াওরমদ্রে।'

'ইশ ! অদুদি কমদৌনি, মাংজরেদনা।'

তাঞ্জা অদুদা কুমারি, মচা পুদুনা স্কুলদগী হল্লকপা উরে। গাড়ি খাল্লগা হায়রকই—

'ইবেম্মা ! পোৎ অমা স্কুলদা তাহৌরে অমুক ফংবরা য়েংঙুগে নখোয় খোঙনা চঙশ্রো।'

তহা তহা হায়রকপনিনা গাড়ি খাল্লগা মখোয় কুমথহৌরে, ইবেচাউবী স্কুল তম্না থৌশ্রে ।

স্কুল য়ৌরে। ইথা থাজদনা ইবেচাউবীনা স্কুল য়ৌশিল্লকপদা চৌকিদারনা চিংনবা পোক্তুনা হংলমই—'ইচে, কনা উনবীগদবনো ওঝাশিংদি থোকখিবদা ঙাইনরি।'

'ইবুংঙো, মচে কিনিনা লাইরিক ব্রাইবদা শোজৈ অমা য়াওশ্রে মদু স্কুলসিদা তাহৌবা মাল্লি । অদুগী হংবা লাক্লিবনি ।

চৌকিদারনা নোক্লদুনা শোজৈদু ফুরিৎ খাউদগী লৌথোক্লগা পীরমই। ইবেচাউবীনা হরাউনা লৌশিল্লি, অদুগা হায়রকই— 'নুংঙাইজরেদা ইবুংঙো ! থাগৎচরি। অমুক য়ৌশিঞ্জরে। চৌকিদার নোক্তুনা লৈহৌরে। ইবেচাউবী ময়ুম য়ৌরক্রে। মখুৎ চল্লবা শোজৈ অদুবু মুম্না য়েং, মঙলম্বা আশাগী পাক্লবা ঈপাক্তা ঈরাক্লা মপুরোইবা ওল্লকপা ঙাইদুনা মহাক লৈরে ।

নুমিৎ তাশিনখ্রে। মপাসু চৎথোক্লবগী হৌজিল্লকখ্রে। নুমিদাংগী চাক থোংদুনা চাকঙন চা য়ারেক্লবা থোক্লকই।

অরোনবা লাল্লোংনি; অচৌবা বোড়া খাউনি। বাক্সিগী ব্রাখলনি য়াইরেকপগী নমানি।

বাক্সিগী শোজৈ ময়াম্বা অহন্না লৌশিলহৌই হায়বসি মনাও য়াইমগী নাকোংদসু য়ৌরকখ্রে। অদুবু মপানা নারিঙৈ নোংমতা মাগী নুপীনা চঙলুদবনা ব্রাফমদু খঙজরবসু ভাবোক্লুম্না য়েংদুনা লৈবা তাখি। অহিং হূই খোংবা য়াদে, উতুপ ব্রাতুপ পায়খৎলি। য়েনখা পাউদাবী শা, ঙরাকপীনা পূখ্রি মপান্দা, ঙা অচাবা লুমদুনা য়েংবগুম ময়াম্বা মতৈমনা বাক্সি পুদুনা লাকপদু ঙাইদুনা লুন্নি য়েনখাদা।

অঙাওবা মীমান্দ্রবা মনাওনা অহিং অথেংবদা অব্রা-মৈশা খাঙ লাউদুনা কোইচেন চেনববু 'মসিদা শিপ্রবদি লৈকাইসি খরা ঈংলগনি হায়ঙমই।'

মনাও ব্রজকুমারসু মখোয়গী পার্টি মরক্তা অখঙবা য়াওদুনা ঙসিদি অরোনবা পুম্বা খঙখরে। অফবা ওইজবা থবক্তা থিল্লবা য়াদে মতাগুম অথেংবা অহিংগী মতমদা খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা ময়ুম মায়কৈ পাঙলকই।

মাঙ্গোলদা ময়াম্বা, মতৈমা অতৈ লৈকাইগী নহা অহন নুংশিবীবশিং চঙলক্লুনা য়ারেক্লম্মী। কনানা ইমুংদা মাঙ্গোলদা খোঙদাফম লৈতে। তপ্না কনা খঙহন্দনা থোং হাংদোক্লুনা মপাবুংগী বাক্সি অচৌবা লৈফম কোইনা থিরকই। কোইথি থিরবা মতুং কায়নথংদা মনাও অমুবনা তূন্নিবা কাংখা মখাদা য়াম্না লাইনা লৈরম্রে। মথ্বাংদা য়াল্লিবা অশাবা শোজৈ কয়াদু লৌথোক্লুনা চানবা মথং মথং য়েংই। চানবা শোজৈ য়াওদ্রবদা, থাংজৌ থীদুনা তপ্না তৌথোক্লগা বাক্সিদু মপান্দা পুথোক্লকই। খুদৈ অমা ফৈজা শা মকোক থক্তা য়াম্না ব্রানা থাঙ্গৎ মখোয় জ্বার শান্নফম মায়কৈ তম্ন তপ্না তপ্না থোক্লকই।

মদুতবু শেন্নবদা অহিং মীংশেল খাঙজরীবা ময়াম্বা য়াইমনি। মহাক্কী মতৌদু মখোয় কালুনা লাক্লা লাক্লা হৌনা খোঙলকপদা উরক্লমই (ঈঙ্গিৎ খঙলবা য়াইমনা) অমম্বা লম্বী ময়াইদা চৈতুপ পায়দুনা থৎলগা হংলকই—

'কদায়দা পুগদৌরিবনো ? চৈতুপশি চানিংদ্রবদি ঐখোয়দা পুশিল্লু।'

কিবনা মক্লাপ নিক্লবা ব্রজকুমার ময়াম্বগী য়াথং হিক্তোকপা ঙমখিদ্রে ইমুং য়ৌরে। বাক্সি অচৌবদু হেক উবা মক্তদা মতৈমা জিমি লুশাইনা ঈশ্বরবু থাগৎপা ফোঙদোকচৈ—

'হে, প্রভু যিশু ! নহাক্কী থৌজাল অঙকপনি। থাগৎচরি ঙমখৈলৈতনা।' মচিন-মনাও বাক্সিদু য়েংলগা মোমোন নোকমিয়ে। বাক্সিদু মখুৎনা থাঙ্গৎতুনা য়েংলগা মনাউদা হংলকই—

'নঙগী অশাবা পৈশা কয়ানো ?'

'তয়াই। লুপা লাক্ষ অনীগী ময়ানি।'

'ঐনা লুপা লাক্ষ অমা খক্কীনি।' শঙ্গোয় শাখিবগী। ঐখোয় পানুংশি মরলদি ওখাক্লা তানশিল্লম্বা জাৎনি। মাগুম্বা মীওইদি খুঙ্গংগী লম অশোমদা লৈরম্রোই।'

মহাক্কী নুপীনা নোক্লদুনা হায়রকই—'মাই পাবুং ! ঐগী ম্নাগী লীক্কা, নাইনগা খুদোপ অনীদংগা শাবীয়ুকো।'

'হোয়দা ঙাইখো ! বাক্সিগী শোসি অমুক্তা হান্না হাংখিশি সে, ইবুংঙো ! তেনশারী অসিনা তপ্লা মখোল থোকহন্দনা মচৈসি ককথৎলু। থুগায়রবদি মখোল হৌরগনি।'

মনাওনা শোজৈগী মচৈ কক্লবা হোৎনরি। অশোমদনা মনাও অমুবনা মিৎকপ থোক্লকপদা কোম তৌদুনা লৈরম্বা থেংনরকপদা অকিবা পোক্তুনা অরোইবা খোঞ্জেলদা হৌনা লাউরদুনা হায়রকই—

'শগুণ তৌখ্রে। কনা কনানো ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।'

নুংঙাইনা ভূমখুল তাল্লুরবা পুম্নমক খোঞ্জেল অদু তাবদা ইঙক ঙকখ্রে, ইপা পাখৎনরুরে। মখোয়সু য়াওনা ঙাইহাক লাওবা য়াওমিনরুবা মতুংদা জ্ঞান তারক্তুনা মনাওগী মনাক চংলুবদা বাক্সি পুখিবগী তৌথোকখিবদু ওইরম্রে। মতৈমনা মনাওবু থেমজীল্লি। ময়াম্বনা অফংবা চৈতুপ অমা পায়দুনা মপান্দা কোইলাউ লাওরি—

'মরিল লৈবা কনানো ? ইপাগী বাক্সি হুরান্দুনা পুখিবা ! লৈরম্মু খঙগনি ঙসিদি নথ্বায় লৌগে ? মী উশিৎতবা।'

অশোমদা শোদু ফক্কায়দুনা য়েংলুবদা চেঠি-চেকুম, নুঙ চেক ঙাক্তা পীক থন্না য়াওরম্বা থেংনরে। ময়ুমদগী মফমদু ফাওবা পুরকপগী অব্রামল ফংদরে। নীংবা কায়না মচিন মনাও য়েংনৈ। মমৈথংদা হাংলবা মপাবুংগী বাক্সি অদু মখুৎ নাম্ম নাম্ম পায়মিন্ন অরোনবা লম্বীদা পুরক্কুনা মনীংগী পুখ্রি অচৌবদা জম লাওনা থাদখি। মনাওনা ময়ুমদা হঞ্জীনবা ফরক তাদুনা জ্বার শান্নফম তম্না অমুক হনখি। ময়াম্বা য়াইমনা ময়ুমদা য়ৌরক্লগা খণ্ডশিন্নদনা শাদুনা তফিং তফিং মনাওনা লাউখিবগী মরম হংবা চৈতুপ অমা পায়দুনা লাক্রমই। মাঙ্গোলদা লৈরম্বা মতৈমদা হংলকই—

'করি তৌই, হায়বনো ইতৈমা ?'

'ইবুংঙো, পাবুংগী বাক্সিদু হুরানখ্রে। ঙমখ্রে হৌজিক্কী মতম অসিদা, নয়াম্বসু ননাওশিংসু লেক্লিবনি। অকিবা লৈতে।'

খণ্ডশিন্দনা য়াইমনা হংলকই—'ব্রজকুমারদি ?'

'মাবু ইমুংসিগী করি অব্রা-অনা খণ্ডবগে ?' হায়রুদুনা কান্নদে। ঐখোয়দি লাক্ষ লাক্ষতা মাংজরবনি।'

'ওন্থোকপা মতৌ হায়বদুনি তাবদা খোইদৌসে প্রোক প্রোক চাকই। বাক্সি পুখিবতা নত্তনা বাক্সিবু হান্না খুৎমাখিবশিংদু করিগুম্বা খণ্ডজরন্নবদি ইখুৎশি পেন্না ব্রারকচরমগদবনি।'

ব্রাফমদু হায়রন্নগা ময়ুম য়ৌশিনখ্রে। ব্রাফম তাবদা নুংঙাইজদ্রবা মতৈমনা মপুরোইবগী মনাক্তা চংশিন্দুনা পাউদম্নুরে। মীনা লাকচবা য়ারক্কুবা মীতা ওইবনা, পাউ অদু হেক তাবগা ফানবা য়াদনা চৎখিদুনা মনাও য়াইমগী শুমাঙদা লেপ্পগা অয়ৌবী খোঞ্জেলদা নোং খাকপগুম অহিংদুদা লাউরদুনা হায়রকই—

'করিনো নঙনা হায়রম্রিবা ব্রাফমদু ! থোক্ক ও, মপানশিদা ! ঐনা হুরানবা তারবদি, শগুণ তৌদুনা বাক্সি পুখ্রিবদু নহাক ওইবা তারে। হে, হুরানবা বাক্সি পুথোক্লকউ লোৎপনা কান্নরোই।'

মহাক্কী নুপীনা খান্ন-খান্না য়াইমসু মপান থোক্লকই—

'শাক্সি পুথোকপীরকউ !'

'শাক্কি হায়ববু নহাক্কী ব্রাহৈদুনা ওইরবনি।'

মদুনদি য়ারোই, ইতৈমনা পাউ লান্না তমশিনবনি। ঐনা হায়জরম্বদি বাক্সিদুদি করিশু য়াওরন্নরোই অশাবা শোজৈ পায়নরীবনিনা পুজশ্রশনু হায়জরম্বগী ব্রানি মসিদা করি অকায়বা ব্রাফম য়াওবগে ?'

মতাং চারিঙৈ পুথোক্লগা উৎলদুনা হায়রকই—'শোজৈশে ওরিজিনেল অশেংবনি, ঙসিতা ফংলিবা ! নোংমা ময়াম পুনবা মতমদা পুথোক্লুনা ময়াম মমাঙদা হাংগে হায়দুনা খল্লিবা অদুবু পুশ্রে, হুরানবনা ঙসি। অঙাং ! ঐবু লৈকাই মমাঙ অসিদা হুরানবদি তাহনগনু। নহাক ফরবসু ফৎত্রবসু খুঙ্গং অসিগী পাষ্টর অমনি। বাষ্টর অমদি নত্তেকো। মশিদা নঙগী করিশু কান্নবা ফংলোই ঐ উশিৎতবা ব্রাঙাং তৌগনু নাতৈ চান্নরোই।'

'তামোসু পুকচেল মক্তে হায়বা য়ারোই, পাবুং লৈখিদবা ঙরাংনি অহিং অমা লেল্লবা মতুংদা শোজৈদো পুথোকপীরকপনি।'

শাউবনা মশা নিক্লবা বীমোল মপাগী বাক্সি শোজৈ অদু লাক্লুনা মনাওদা লংশিল্লগা হায়রকই—'হঙ্ঙু নচা কিনিদা, শোজৈশে কদায়দা তাহনহৌই। করিশু কান্নদ্রবা শোজৈ অসিনা ঐবু মপাগী মরল হুরানবা তাহল্লি; পায়জৌও শোজৈদো। হুরানবনা নুংঙাইনা হুরান্দুনা পুখিবা, বদনাম্না ঐনা চাহৌবা কান্নদ্রবা পাবুংগী হূ তৈরবা শোজৈনি।' ❑

# চিঠি

গোলপরা

তাং ৪/১১/০৮ ইং

উরমিল্লা,

*নুংঙাইরিদনা ! অদোম্না অনৌবা পুন্সি অমদা খোংদোয়খ্রে তাবদা পুক্লিংনা থোইদোক্লা হরাউজবা পোকচৈ। ঙহান ঐ য়ুমদা ছুটি নুমিৎ তরানিগী থোক্লক্লমই। অদুবু নখাক্তি লৈরমদ্রে। নহাক্কীদমক লৈরকখিবা শাড়ি ফিশিং লৈকায়গী লৈশাবীশিংদা লোইনা য়েংহোক্লম্বনি। ঐ য়াম্না নীংবা কায়না বটালিয়ন্দা অমুক হল্লকখি। ইমানা ঐঙোন্দা শাউরকখি। অশোনবী ইবোক্লা নহাক্কী নমিংতা শোন্দুনা অরা পোখা ওইহৌই।*

*ঐনা ঙক্লিবদি নখোয় ইমাগী উশিন্দা নহাক্লা য়াখিবদুনি। ঐবু ইরাল কয়া পীশিল্লগা নহাক্কী অউনপোৎ চিংখিবা অদুনা ঐগী ইজৎ লৈকাই মমাংদা লুকমায়দা হাপ্তুনা য়োংহোকপীরম্বগুম থোকখি। তাশোনগুল্লবা ইমাগী ব্রাহে কয়াগী মফমদগী তারক্তবা নত্তে। অদুবু ফরে পুম্নমক হৌখ্রে। নঙ ঐগী লাইবক্তা ঙসিদি মৈচাক হাপ্লবা ওইখ্রে। ঐহাক হৌখ্রবা থৌদোকশিংদু কাউবা ঙম্নবা কন্না হোৎনজরি।*

*অরোইবদা, অদোমগী য়াইফ-মঙ্গল ঈশ্বরগী মফমদগী থৌনিজরি।*

অদোমগী

খম্বা।

মতম কয়া চঙনা ইরকখিবা চিঠিনি। চিঠি অসিগী মমাঙদা ইর-ইরগা অশাউবা পুক্লিংনা হেনমনখি কয়া অমদি শেগাইখ্রবনি। হন্দক্কী অসিমদি মপুক্লিং ফাথরগা মমল য়াম্লবা ইনভেলপ অমদা হাপচিন মশিমদি শোয়দনা থাখ্রগে খনবদগী মহাক্লা ডিয়ুতি লাকপদা পুরকখিবনি। অদুবু ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী থোং ময়াই য়ৌরকপদা খঙহৌদবা লম্মৈগী মৈরিনা লোইবী চীংমায় তুম্না চাকখিবগুম খম্বগী লকানুদংসু অশাউ খম্বী মৈহৌরক্তুনা ময়াম খঙহন্দনা মচেৎ মচেৎ শেগাইরগা ঈয়াইদা তপ্না লংথখ্রে। মদু উহৌবা মমাম্লবা রাখেশনা চঙশিলক্তুনা হংলকই—

'ভাই করিগীনো ? অদুক ব্রানা ইরগা ঈচেল কল্লবা ব্রহ্মপুত্রগী ঈয়াইসিদা তুমিন্না লংথখ্রবদি।'

পাউখুম পীরক্কে। শেগাইরবা মচেৎশিং অদুনা ঈমায়দা মচোই মচোই তানা চাইথোক্লুনা নৈরবা ঈচেলদুদা তাউথখিবদু মীৎলু পীরাং ইরা হৌ মরু লুকথ য়েঙদুনা লৈরি। লাকমিন্নবা খোঙবুরোইশিংনা হেঙ্গৎতুনা চৎনখ্রবদা রাখেশনা তপ্না মশাদা পোপ পোপ থারদুনা হায়রকই—

'লাকও, ভাই ! ইবানীদা ঙাইহৌরে। কমান্দর উখ্রবদি মহাক্কী খোন্থিদু ময়াম মমাঙদা শোন্থাংনা ঙাংথরক্লগনি। পূক্লিং ফাথবীয়ু; হৌখ্রবা পুন্সিব্ তেংথাবদি পাঙদবগী মতৌনি।'

পাউখুম পীদে খন্বনা। মরুপ্না হায়রিবা ব্রাফমদু খঙবদগী পরপ পরপ মমান্নবশিংগী মনাক য়ৌননবা চৎমিন্নখি। উরমিল্লাবু কাউথোকপা ঙম্লবা নিশা শীজিন্নবগী হৈনবী ওইরকখি। চহি মঙা হেন্না পৈশাদমক খাখ্রগা ছুটি থোক্লকখিদে। পোষ্টিং থাবদা মহাক্তি হেন্না হরাউজবা পোকচৈ। অশুকপা উমঙ ফজরবা সহর কোয়বা ফংলকখি। ঙসিদি পূক্লিংবু ফাথবা ঙজরে। ছুটি থা অনীগী লৌরদুনা ময়ুম থোক্লকপনি। পূম্নমক হোংলম্লে চহি অমগী মনুংদা। অনৌবা দুকান কয়া অনৌবা থোং কয়া উবা ফংলে।

গৌহাটিদগী অহিং লাকপনি। অঙনবা অয়ুক পুং তরুক তাবদা ইম্ফাল সহরদা থুংলরে। অব্রাং বি,ও,সি,দগী ওক্তো রিক্সো তোংদুনা লাকপনি বজার মনুংদগী পোৎ খরা লৈনীংবনা মহারানি থোং মনাক্তা গাড়ি খামহল্লমই। মহাক্না পুরকপা বেক অমসুং সুইটকেস লৌথরম্মী। ওক্তোদি চৎখ্রে। অদুবু মহাক্তি লেপ্তুনা অহোংবা কয়া দুবু কোইনা ঙাইহাক য়েংলি। লু-নাম্না শাগৎন্নবা বজারগী লম্বী থোংশিং য়েংখি য়েংখিবদা অতোপ্পা সহরশিংগা চাংদম্নবা য়ারকদৌরে। অদুবু মমাংঙৈদগী হৈনবী ওইরকখ্রবী পুলিস কাংবুনা চায়খাইদ্রিবা মখৈ ফম্বা পোখ্বা য়োনবী ইমা-ইবেল, ইচল-ইচেশিংগী পরেংদি মফম হোংদনা ফম্লম্মী। অশুম কোইনা য়েংঙুরগা, মনাক নকপদা ইথা থাজদনা উরমিল্লনা লম্বীগী চিদায়দা মনা-মশিং; পান, য়েন্দেম, পেরুক-কেংঙোয় মথা মথা, মরোয় মাইরেল য়াউনা য়োল্লম্বা উরকপদা পূক্লিংদা শ্বাই লাউরমই।

মহাক্কী শোকচিন্নবা শক্তম্না খম্বগী তেখৎলম্বা মপুক্লিং খঙহন হন্থহল্লে। কাউথোক্লুরবা ব্লারী কয়া নীংশিহল্লকখি। লৈগে খল্লম্বা পোৎ-চৈ অঙাংশিংগী অচাপোৎ পূম্নমক নাথৈরম অশাউবা মপুক্লিং ফাথদুনা মখোয়গী গাড়ি পার্কিং তম্না খোঙশাল্লকখি। বস হাইগৎলকপদা ঙাইরম্মী। গাড়ী মমায় লৈথোকপগা মাগী পোৎশিং থাঙ্গৎতুনা শিট্টা নে-তানা ফমথরম্মী। লমশাং লাকপগী অব্রাবনা ব্রাখল লমফৈ খম্থরুদ্রে। তূম্নীংবগী লাইরেম্বীনা মাঙদা থেক্লা নৌনা জগোয় শাথেক তন্নরে লমফৈ খন্দনা গাড়ী মনুংদা উইরে। লৈকাইগী মনে চন্দ্রাবলি পোৎয়োম অচৌবা অমগা গাড়ীদা কাখৎলকই। কোয়না সিট অফবা য়েংলকপদা খম্বনা লৈরম্বা উরকখি। থাজদনা উরকপা অদুদা খঙনিংদুনা হংলকই—'ইবুংঙো খম্বা নত্তব্রা ?'

খোঞ্জেলদুনা তূম্নিংলম্বা মাঙখ্রে। মমিৎ নোইরগা চন্দ্রাবলিদা মুম্না য়েংই, অদুগা খুন্নকই—

'এ ! ইনে, মাম্নি ঐ খম্বনি। ইনেদি কদায় চৎপীরুবা ?'

'ইবুংঙো ইমুং চাউথোক্লে অদুগী চান-থক্লবা লৈরুরিবনি। নঙদি ছুটি থা কয়াগী লৌরক্লিবা ?'

'থা অনিগী !'

'ফরে ফরে, নমাগা নবোক্কদো নঙতা শোনবদা লোইরবনি। নহাক্কী নশক উরবদি হরাউজবনা লোইরগনি।'

ঙাইহাক তুমিম্না লৈরুরগা চন্দ্রাবলিনা মথা তাথরকই—

'উরমিল্লা হায়বী মীফত্ত হিংচাবীদো উরক্লা ?'

'করি হায়বা ! ইনে।'

'উরমিল্লাদো ময়ুমদা হল্লক্তুনা লৈরকপা কুইরবনি। হৌজিক মমা ফত্তবীদুগা মহারানী থোং মথক্তা ইল্লাং-নাপী য়োন্দুনা ফন্নিবনি। উরকপরা লম্বীনি হায়বনিদা !'

উরক্লবসু খম্বা থম্মোয়গী মৈচাক হেঙ্গৎলক্কনি খনবদগী অহন্দুদা ওইদবা ঙাংবা তাখি।

'উরক্কেবো ইনে !'

'ফৈ, উরক্কবা মশক্তু উবদা হঙ্গোইবা পোকই। নুপী ওইবী পূম্নমকপু মখোয় মমা মচানা য়োনবনি মখোয়দি সমাজসিগী মহিক্লী। খুম্নসু তাঙ্খোক্লবনি হোরেল হনখিবদা উগনি। আ! খুন্দোল লমহাং মচি অদুদা পাকখন্দৌনা শারগা য়ুম অপৈবা অমদা লৈবনি। য়ু য়োনবগী ফাবা কয়া, ঙমগ্রে ঙমগ্রে মখোয় মমা-মচাসি লৈবাক শেগাক কাইনা মমিং চৎলবীনি। ইহে! ঐদি ইবুংঙো অকাউবা অমা লৈরে। নখোয় নমানা ঙারি অহাওবদু পৌব্রা অমতং লৈবীরকউ হায়দুনা পৈশা পীরকখিবনি। ফন্নমখোকো ইবুংঙো পোৎশি অশুম থনম্নগে। কুইরোই কুইরোই মচিন্দা খঙনবা লৈ।'

'অহোয়, ইনে য়েংজরমগে, লৈবীরু য়াগনি।'

খল্লম্বা ব্রাখল তাইওম্নরম্নবদা ফাথরুবা ব্রাখল লৈতাফম খঙলকখিদে। অহোইনা মৈব্রায়রে চমজবা পূক্লিং। মচিন্দা মুরুম মুরুম খোঞ্জেল থোক্লা হায়দোক্লকখি—

'ব্রাজশনু ! মানা তৌজবা কম্মদি মানা ফংজবনি।'

কুইহৌদে গাড়িদা মীনা কৃক কৃক ইম্না থনখিবা। মনে চন্দ্রাবলিসু তহা তহা কাখৎলক্কুনা মানা কল্লম্বা সিট্টা ফমই। গাড়ি ড্রাইভরনা মফম্নাংদা ফম হোরোন হৌনা পী গাড়ি থৌবা হৌখ্রে।

অয়ুক পুং ৯ তারে। পোথা য়োনবীশিংবু পুলিস কাংবুনা শা-ষণগুম্না তানখাইবা হৌরক্রে। উরমিল্লাদি পুলিস লাক্লিভঙৈ পোৎ-ময়োম য়োমশিলহৌরে চাইখায়বা নংহৌদ্রে। শিংহৌদবশিংদু কোকথোংনা মখোয় গাড়ি থাফম য়ৌরকই। গাড়ি মী চিল্লম্বনা মচি অমদা নপ ময়ুম ব্রানা য়ৌরকখি। ব্রানা মচানুপী লাকপা ঙাইরম্বী রাধেনা মচানুপী হল্লকখিবা উবদা খোঞ্জেল ব্রাংনা কৌরদুনা হায়রকই—

'ইবেম্মা!'

কোকথক্তগী ময়োম চাকশঙদা থম্নমই। মমাগী মনাক্তা চংশিলক্তুনা ফম্নগা হংলকই—

'ইমা কৈদৌরে। ঐ হল্লকপদা ঙাইরিয়ে।'

‘ইবেম্মা নমাবু মীহুন খঙবা মাইবা অমতংদি য়েংথোকহন্নীংইনে। ঙসি ঙরাংসে মঙ-হা য়াম্না নুংঙাইরমদে। নবোক্কা নপুবোক্কনা ঐবু পুগনি হায়দুনা লাকপশি অনিরক শুরেনে।’

উরমিল্লানা মমাবু থেমজিল্লগা হায়রকই—

‘ইমা মক্কু মঙনি। ব্রাখল পীকশিনগনু। ঙসিদি ঐনা ইমানা চানবা হায়দুনা রৌ মচা অমা লৈরকপনি। হাওনা থোংগে, মদু চারগা কঞ্জনি। শে কদোমদা চেপকে হায়বনো ঐ চেপ্পীরন্নগে।’

মমা রাধেনা অব্রাবগী শুর নাহেনা হোম্বরগা হায়রকই—

‘খাংদরেদা ইবেম্মা ইচাসু পঙবা মব্রারে নমাদি খরা থুনা চৎনিংলবনি। ইচাদা হেন্না অব্রাবা পীদ্রিঙৈ।’

খোল কলপ্পা মমাদা য়ানিংদনা য়েংলগা হায়রকই।

‘ইমা তানিংদেকো ! লৈখিগদবনি নচাগীদমক খল্লগা ফত্তবা ব্রাখল খল্লুগনু। চাক থেংগ্রে ঐ ইরুজনবা তৌরগে।’

উরমিল্লানা মমাবু থেমজিল্লগা হৌগৎতুনা চৎখ্রে। শোল্লক্রবা কনা উরক্রবা মতমদা মপুক্লিং নুশিরকপা তাইবঙ মীওইবগী মচৎনি। নীংঙলক্তে মরাল কয়াদু নীংশিংলুবদা, মশক ফজে মবুং মৌপ্পা খুৎকনবনি, হে কাজরুবা মদুগী মহৈ ঙসিদি ফংলরে। মপুরোইবনা ফত্তবা শঙ্গা তৌরুবনা জুব্রারদা লোইনা থাদোক্রন্নগা মীরমদা থবক শুবা চৎখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রবনি। করিগুম্বা উরমিল্লনা মচা নুপা ওইজরম্বা তারবদি ঙসিগী ফিভম অসি তারমলোয়। হৌজিক মচানুপীগীদমক খল্লুবদা মিৎকুপ অমা পোথাফম খঙদে। পিরাংলক্তা ঈরাক্লরি, মচা নিংঙোল পোকপীগী।

চাকশঙগী থবক লৌইশিল্লন্নগা, তাঞ্জা য়েংদুনা উরমিল্লা ঈশিং শোকপা টোটি মখোংদা সনাবুল পাইদুনা থোক্লকই। মী লৈত্রিভৈদা থোক্লকপনি অদুবু মানা পুথোক্লকপা পাত্রদু থনবা ঙাইরিঙৈ লৈকাইগী নুপী অঙাংনা অমুক য়োন্নরে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা করেম্মদুনা লক্লরকই—

‘ঙসিদি ঙহাল মখৈগা মান্নদেকো মায়থোং মকা লাম্না উই।’

উরমিল্লা মখোয়গী পাউখুম পীবা পামদে। ভুমিন্না ঈশিং য়ারি। মতৌদুদা অমনা অমুক হায়রকই—

'ইবেম্মা, ব্রারৌচাউবা খোইমুদো ঙসায় মমাংদা পোৎয়োম অচৌ অচৌবা অনী ওক্তোদগী থাংথরগা মীরক নারক য়েংহৌনি। অদুদবু পূক্লিং মকা লামমদনা করম্বা মতমদা লামগনি। হয়েংদি ঙংলরগদবনি পাইরক্তুনা ঙরং ! ঙরং ! '

মখোয় মশেল ওনশিন্দুনা লক্লহৌই, উরমিল্লাদি মাগী পাত্র ঈশিং থল্লক্তুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। ব্রাহৈশিং অদুগী ব্রাহন্দোক পূক্লিংনা খঙদবা নত্তে উরবসু উদ্রবসু পুম্নমক খাঙদুনা হল্লকপা তাখি, উপায় লৈজদবী পূক্লিংনা। চিংনবা অমদি লৈখি মপূক্লিংদা—'মহাকপু ছুটি তশেংনমক থোক্লব্রা ?' ইমাংদা লেপ্লম্লগনা করিগী ঐহাকপু কৌরমদ্রিবা ?'

মথন্তা খস্তজরকই, উপায় লৈতনা 'মসিগী হৌরকফমদি ইমা নহাক্লনিকো মীনোক চাউরবা সমাজ অসিনা নচাবু মীনুংশি খঙদবী তাহনখিবনি। নুংশিরবী ইনেম অমদি অশোনবী অবোক্কী খোঞ্জেল কাউদ্রি ঙসিসু মতমদো হৌখ্রেদকো ! ব্রারৌফম থোকই মহাক্লসু। ঐগী শেংলবা গঙ্গাগী ঈচেলদি ফোঙদোক্তুনা খঙহনখিদবনি মঙোন্দা মসিনি ঐগী অশোনবা।'

অমুকসু মথন্তা পোথাফম খঙদ্রবা পূক্লিংনা তেংথাজরি—

'চাকউ মৈরী ! লকানুং ! ইরালনা ইপোৎ ফারবী লৈকাই সমাজ অসিনসু হঙ্গোইনরবী উরমিল্লানি। নল্লরো হে, হিমালয় চীংজাও ! ইথকশিদা মদুনা ওইখ্রগে, থম্মোয়গী অপেনবা। কৈদৌরুগনি, হিংলুদুনা, আশাগী পামেলনা কংথ্রবদা !'

খম্বা ছুটি থোক্লকপদগী চাকশঙ শাপ্রে। লৈকাই খুঙ্গংগী চাউখৎ থৌরাংদা য়াওশিন্দুনা স্কুল ক্লবকী অকোয়বদা উপাল কয়া থাজিনখ্রে। মহাক্লা পামজবা লাইরিক কয়া লৈদুনা ক্লবকী লাইব্রেরিদা খুদোল তৌরম্মী। নুমিদাংব্রাইরমদা পীক্লিবা অঙাং কয়াবু খোমজিন্দুনা লেম্লা মহৈ তম্বীবগী পথাপ হৌদোক্লমই।

রথাশু মচা ছুটি থোক্লকপদগী ময়ুদা লৈতে। মথুৎচাবী মমৌ থীবনা মহাক্কী থবক ওইরি। মণিপুর তত্থায় কোইরে অদুবু ফংবা ঙমদ্রে। কাইনথংদা মপাম লোমদগী পাউ অমা খঙহল্লকপদা মহাক্কী পূক্লিংনা হেক খোইদাজবা মমৌদু নুমিৎ তরানিগী মতুংদা ফংজখি। নোংমা কুঠি য়েংথোক্লবা হল্লকপদা মচানুপা খম্বনা হংলকই—

'ইমা ! নখোয় কদায়দা চৎলুরিবনো ?'

মমানা নোক্তুনা লৈখি। মনে চন্দ্রাবলিনা মমাগী মহুত্তা নোক্লগা খুম্নকই—

'ইমৌ থিবা।'

খম্বা ব্রা মখা তাখিদ্রে। চন্দ্রাবলিসু নোক্লগা মহাক্কা পুরকপা ফোটোদু মখুত্তা পীরম্লগা মখোয় অনী ইমুংদা নোকমিম্ন চঙখ্রে। খম্বনা ম'গী কাদা ফোটোদু পুদুনা চঙলকই। মহাক্কী ডাইরিদা য়াওরম্বা উরমিল্লাগী ফোটোগা চাংদম্নদুনা য়েংলমই। অমনা খুঙ্গংগী চম্মা ফজবনি। অমনা সহরগী খুৎশেম্ম ফজহনবা।

মমৌ রথা হল্লকপা মখোল তাবদা কৌশিল্লদুনা হংলকই।

'ইবেম্মা রাধা ! কমদৌরক্লে ?'

মনাক্তা তপ্না ফমথরগা খুম্নকই—'হো মঙ্গোল ওইরক্লে। লনচেনবীনি। মশক মতৌনা চঙখোল্লিবা, মীকৌ-মীরম্মা ফজরিবা, মহৈসু লাইরিক্তা নত্তে, লোনবা খোৎপা লোইনা হৈবা জাৎনি। মেছিন্দা অনিনি খিলহৌরিবা। মশকসু লাইগী মচাগুম্বীনি।'

মরক থৎনা হংলকই—'ইবেম্মা উরমিল্লাগা কনানা হেনবগে ?'

'উরমিল্লাগী মমিং পল্লকপদা খোইশাওনরবী মমৌনা মখোল হৌনা হায়রকই—'মীওৎপী, খুনুংগী নুপীদুগা চাংদম্নরুবা য়াপোৎ নত্তে। ময়ুম মকৈ শাগে চাউখ্রবা ইমুংনি। মবুং অমনা আর্মি মেজরনি। কাশ্মীরদা লৈরি হায়। অমনা ফোরেস্টকী ডি,এ,ও,নি। মপা-মমা লোইনা ওঝানি। অউনপোৎতনা ইমুং-মাঙ্গোল থনগদৌরিবনি অদুগা নশুনুপাগী মোটর সাইকল অমা, নুশুনুপীগীনা কাইনেটিক, লৌ পরীদা অহুম্নী উল্লক্কদৌরিবা ! ঐদি হয়েংমক লুহোংনীংলবনি, অদুবু পাঞ্জিনা লাক্লিবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা হৈজিংপোৎ পুরগা, লুহোংবনা য়ুমজকৈশ নুমিৎতা থারকই।'

'ফরে ফরে। ইশুগী মপাউ তাবদা পূক্লিংশে পেল্লে। মতমশিদা মপাদুদং লৈজরম্লবদি নহাক্কী নতেং কয়া ওইগদবা ! চৎলো, চৎলো, অঙাং থাদুনা বার্ত্তন ককাদু প্রপ প্রপ নমথোকহন্নবা শীল্লু।'

'অহোয়, অবোক। পূম্নমক নশুনুপাদা শিন্নখ্রগদবনি।'

রাধা মনেমগী মনাক্তগী হৌগৎলক্কুনা মচানুপাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্কুনা থৌদারকই—'ইবুংঙো! শে, নহাক্কী কুঠি য়েংলুবনি। নুমিৎ থাবান তারিখ পাঞ্জিনা লোইনা ইরক্লবনি। হৈজীংপোৎনা নিংথৌবা অদুগা লুহোংবনা য়ুমজকৈশ। ঙসিমক বার্ত্তন নন্নুদবা য়াদেকো।'

চেদু তেবলদা থনম্লগা, মমা-মপা থোকখ্রে। খন্বা হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে চেদুদা য়েংদুদা লৈহৌই। পূক্লিংগী অপান্বা ফোঙদোকচবগী তাঞ্জা ফংখিদে। ঈশ্বরগী নোংদম্নি খনবদা তারিব্রা ? মথক্তা ব্রাহংদু পাউখুম ফংদনা খঞ্জরি।

তাঞ্জা অদুমক্তদা মহাক্কী মরুপ চাউবা মহাক্কী বাইক্তু তোংলগা কোইরক্লমই। শুমাঙদা গাড়ি খান্নগা কৌরদুনা হংলকই—

'ইমা, খন্বা লৈরীব্রা ?'

রাধা ইমুংদগী খুন্নকই—'ইবুংঙো, লৈবনি মাগী কাদা।'

মী উদ্রবনি পার্মিশন ফংলবনি মতাগুম খোংঙুপ লৌথোক্তে গম গম খন্বগী কাদা চঙলকই। মরুপ্পা তুমিন্ন ফমদুনা লৈরন্বা উবদা চিংনদুনা হংলকই— 'ভাই, কৈদৌরে হকচাং ঙমদব্রা ? ঐদি নখোয় স্পোর্ট মফমদসু য়ৌরুরে। নহাক থোক্লক্তে হায়বদুদা য়ুমদা ওইনা থৌজিল্লক্লবনি। ছুটিনা নুমিৎ কয়ানি লৈরীবা ?'

খন্বা পাউখুম পীদে তুমিন্ন ফন্নি। চাউবনা তেবলদা লৈরিবা অইবা চেদু উবদা তাপ পায়খৎলগা পারম্মী। ঙাইহাক পারুরগা হৌনা নোক্লন্দুনা মনঙলদা পোপ পোপ থারগা হায়রকই—'অসিগী ওইরে। ফি শেৎচীনবীরো লেঙননবা তৌরশি। ঐগীসু অঙাংগী চে-চাং খরা লৌরক্কদবা লৈ। তান য়াম্না চানা থুংলরে।'

খন্বা য়াম্না তন্ন মফি শেৎচিল্লম্মী। অদুবু খঙহৌদনা মহাক্কী ব্রাখল করি খল্লক্লবনো খুদক্তা মফি হোংখ্রে। হরাউ হরাউনা বার্ত্তন নমগদবা চেদু হাপচিল্লগা মরুপকী মখুৎ পায় মপান থোকখ্রে। ইমুংদগী মমানা হরাউনা য়েংদুনা লৈহৌই। গাড়ি মমায় লৈথোক্কুনা থৌখ্রে।

মতমগী ঈরোলনুং তাইবঙ কনানা খঙবা ঙমদে। আশাগী হিনাওনি তোংদুনা চৎনরিবা য়ৌবা য়ৌদবা তাইবঙ মপুগী। খম্বনা মতাং চারিঙৈ লম্বীসু ওইবা উরমিল্লাগী মনাক্তা ঙাইহাক্তংদি চঙদুনা পূক্লিংগী ব্রারী কয়া শানিংলকখি। মরম অদুনা লোম্না মরুপকী নাকোংদা হায়রকই—

'ভই! ভইহাক্তং উরমিল্লাগী মনাক য়ৌশিল্লমশি।'

চাউবনা নোক্লগা করেম্নদুনা হায়রকই—'হোরেন ইমানা হংলক্লবদি খুমফম লৈরোইকো।'

'ফাগী নত্তে, অশেংবা অমতং খঙনিংদুনা তৌবনি। থৌজিল্লু কুইরোই।'

চাউবা মরুপকী অপাম্বদু পাঙথোক্লবা গাড়ি থৌজিল্লকই। লৈরক মচিন য়ৌরকপদা লমহাং মতাই ওইরপ্লা পোলোইগদবগী ফি অঙৌবনা কুপ্লা কু অনী উরকখি। লৈকাইগী মীসু উবা ফংদ্রে। অতোপ্পা খুনগী মীওই খরদি মনাক্তা শেম শাদুনা লৈবাক তৌবা, শীং হোঙ্গীনবা তৌরি। মদু উবদা চাউবা চিংনবা পোক্তুনা মখোয়গী থোঙ্গাল মনাক্তা গাড়িদু খাম্নমই। খম্বনা থোক্লকপা অহল অমদা তপ্লা চংশিন্দুনা হংলমই—'ইপল, করিগুম্বা অমত্তা হংজগে?'

অহন্দু মপী তৈথোক্লগা খুম্নকই—'করি থবক্কী ওইবীরবনো, হংবীয়ু য়াগনি।'

'লৈখিদ্রবা অনীসিবু কনা কনা ওইবীরবনো?'

'ইবুংঙো! অতৈ কনা নত্তে। লৈকাইসিনা ইন্থোকপীরম্লবা ঐগী ইচানুপী উরমিল্লা অদুগা পাঙ্গল শোল্লবী মমা রাধেনি। ঐ ঙহান মখে মীরমদা উ খাইদুনা পৈশা তাল্লুবনি। ঙরাং ইম্ফালদা লেক্লগা ঙসি ইয়ুম য়ৌরকপনি। অদুবু মখোয় মমা মচাদি ঙরাং অহিং মথৱায় নুংঙাইতবদগী হূ থক্তুনা থোং লোনশিল্লগা শিদুনা লৈরম্রে। ঐ য়াম্না পেন্দে ইবুংঙো। ঐবু আম্বা অনীনা য়াম্না ৱারৌরমগনি। করিনো ঐনা তৌগদবা মফম খঙদরে। লৈকাইসি লৈকাই তারম্রে। ঐগী খঙন চান্নবা লোইনা য়েক্লবা ওইদুনা লৈরম্রে খরনা নোঙ্গাখিরম্রে। অসিদা লাকপীরিবশিং অসিদি ঐনা হায়জরুবদগী লাকখিবা অতোপ্পা খুনগী মীওই ঙাক্তনি। ইহে! ঐদি কাউবু কাউথোক্লুরে। চিঠিশি মহাক্লা ইরম্বা মাল্লি অমুক্তা পাবীয়ু তাশি।

ফিরৈদা য়েপ্লম্বা চিঠিদু লৌথোক্তুনা খম্বগী মখুত্তা শিন্নরকই। খম্বনা তহা তহা চিন্না পাবা হৌই।

নুংশিথোইরবা তা খম্বা,

নচলবু ৱারৌবীগনুকো! পূম্নমক অপঙবী ইমাগী থৌরাংদগী থোকখিবনি। নচলগীদি ইরাল লৈজদবনি। নুমিত্তু থীকাদার বাবুরাম্না ঐবু ফাদুনা পুবীখি। ইমানা মহাক্কী লুপা লিশিং মঙা পাবুং লৈরিঙৈদা পুরুই হায়বগীদমক উরবসু

উশিন্নদনা য়েংদুনা লৈহৌখি। লৈকাইগী মী অয়াম্বনা উহৌবনি অদুবু নোক্নুনা করেম্নদুনা লৈহৌই, ঐনা লাউজরবসু কনানা তাবিখিদে।

ঐহাক মহাক্কী অৱাইবা য়ুমদুদা থা মরী ফানা লৈরকখিদে। ঐ বন্দী অমগুম শো লোনশিল্লবা পীক্লবা কা অদুদা ৱানা লৈরকখি। নোংমতা মহাক্না মায়োক্ন দুনা ৱারী ফাওবা শান্নরকখিদে। মহাক মীওৎপা, নীশা য়াম্না শীজিন্নবা, মচানুপী অনী লৈবা মীশক্নী। নোংমা তাঞ্জা অমদা মচানুপী অহন্দা ঐনা কপ্তুনা হায়জবদগী য়াবীরক্নুনা নাম্থোক্লগা ইয়ুমদা চেল্লকখিবনি। ঐগী থম্মোয়দি তামোতবু থৱায়নি, ঈশ্বরমক্নী হায়দুনা ঙসি ফাওবা খঞ্জরি। অদুবু লুরিবদি ঐগী ঈপাউ কনানা তাবিগনি। ঙসিগী সমাজ অসি ঐদি য়াম্না কিজে। অহিং খুদিংগী তম্নরাই শাবা মীওই কয়ানা করেম্না পাঙ্গল শোল্লবী ইমা অমদি ঐবু লক্লরি। অসিগুম্বা কয়াশিগী মরক্তা ইমানা কন্না নাশিল্লকপা, ঐ খাংবা ঙমদে।

ঐখোয় খুনশিগী মীওইশিংনা ইস্থোকখিবগী মরমসু অপঙবী ইমানা থোকহনবনি। চুম্না দুকান ফমজরম্বদু পৈশা খরা হেন্না লাক্লবনি হায়দুনা হোটেল ওম্থোকখি। মদুদসু পেল্লক্রদুনা শা, য়ু য়োনবা য়াওশিল্লকপদগী থোকহন্নীংদবা থৌ[illegible]দোক কয়া মথং মথং থোক্লকখি। য়ু ফাবগী ঙক্তা লিক্লি পরেং লেংদুনা খুঙ্গং থুংনা কোইখি। নোংমসু ইজৎ লৈতবা মীওই খরনা ঐগী ইজৎপু খোঙ্গোয়ননবা তেমশিংনরকপদা ইনাক্তা লৈরম্বা থাং শুরিনা ফৎত্ৰবা মীওইশিং অদুদগী ইশা ঙাকথোকচহৌই। অদুবু মীফত্তশিং অদুনদি ঐবু পাউথোকপীখি।

ঙসিদি ইমাগী অনাবা হেঞ্জিল্লক্রে। ঐগী আশাগী ময়োলসু কংশিল্লক্রে। ঐনা কনাগীদমক পুন্সিশি হিংলুগনি। মরম অদুনা ঐনা ফিরেপ অসি লৌরকখিবনি।

অদোমগী নুংঙাইবা মপাউ ঙরাং ইমান্নবী ললিতানা মপাম লাকপদা তন্নম্বদগী তাজরে। য়াম্না পেঞ্জে, ঈশ্বরগী মঙ্গল পীনবীবসু ওইশনু। অদোমগীদমক খুদোল ওইনা তমজনিংঙায় করিসু লৈজদে ঙসিগী অরোইবা পিরাংশি নত্তনা ...।

অদোমগী
উরমিল্লা।

চিঠি পাবা লোইরকপগা খম্বা অমসুং উরমিল্লাগী মপা ইবোবি খুরুম্নদুনা হিক্লা হিক্লা তেংথাদুনা কপমিন্নখি। অনিগী মরক্ত চাউবনা মখোন থোক্লদি কপঙমদ থৱায় য়াওদ্রবা মুর্ত্তিগুম লেপ্লী। ❑

# নুংশিবগী লংলা

হৈকনী মাও মরাম খুলেন মখাল খুঙ্গংদগীনি। মহাক্না সিফায়দা চঙলকখিবা শোক ১৯৮০দনি। ঐখোয়না কম্পনিদা কসম চাদুনা লাকপদা মহাক বোক্সিং শান্নরোয় ওইনা লৈরম্মী।

মথংগী চহিদা ঐখোয় কম্পনি অনৌবা ২৩ শুবা বটালিয়ন অমা শেম্ন বগীদমক ত্রিপুরা থুংলে। ত্রিপুরাদা মৈতৈ খুঙ্গং মচোয় মচোয় য়াম্না লৈ। মখোয় অয়াম্বা গৌড়িয়া ধর্ম্ম চৎপা হিন্দুশিংনি।

মতমদু বেঙ্গোলি কাংবুগা নাগাশিংগা মোৎ মান্নদবা ব্রাখল পীকপগী থৌওং খরা বেঙ্গোলিশিংনা উৎলুবা ব্রাহৌদগী উংখৎনরক্কুনা ত্রিপুরাগী মফম অয়াম্বদা অকনবা হিংসাগী থবক থোক্লকখি। খুঙ্গং তুম্না তুম্না মৈ থাদোক্লবা থাংনা য়ানবগী ইরাংতনা মফম খুদিং চরাংনরি।

ঐখোয় 'সি' কম্পনি চেচুব্রা পোষ্টতা ইরাংদু নমথনবা থারমই। মথংদা 'দি' কম্পনি দলাংবাড়ি, হেডক্বার্টরনা ওমপী নগরদা ওইদুনা হোংলকখ্রে। মফমশিংদু সি, আর, পী, এফশিংনা লৈরম্বা মফমশিংনি। মতমদু টি, এন, ভি, গী ঈরাংনা নুংশিৎমুক কুংলিঙৈ মতম্নি। থুংলবগা অহানবা পেট্রোল্লিং থারমই। ঐখোয়গী অরাংবা ফিজোল অহানবা উবমক্তদা মফম অদুগী রিয়াং, জমাতিয়া বর্ম্মনচিংবা চীংমী ইচিল-ইনাওশিং কিবনা ঈশিং পুন ফাওবা থাদদুনা লংথোক্লগা চেন্নখিবা য়াওরমই। বেঙ্গোলিশিংদি শিংবনিনা অহিংগী মতমদা পেট্রোল্লিং লাকপা সিফাইশিং মখোয় মখুন্দা লেংদনা লৈননবা হিন্দী খঙবা নুপীশিংনা অচাপোৎ পুথোক্লকই, চা লোনখৎলকই ঐখোয়গা ব্রারী তৌদুনা মতম লেল্লী। ঐখোয়সু ইরাং অদু থোক্তনবগীদমক কোয়না চৎলমই।

ঐখোয়না থা অমা লৈরকপদা লোল খরা খরা খঙবা হৌরে। শিকখলা- লৈশাবী, বোশুই-ইতৈমা, বড়ো থংনায়-কদায়দা চৎকনি ? ফাইদে-অসিদা লাকউ, মাইচাখা-চাক চারব্রা ?

ইঙা, ইঙেন থানি লৌরিংবী ইমা-ইবেলশিং কোল্লুপ কোল্লুপ কানরকই। ঐখোয় ডিয়ুতি তাদবনা লমহাংদা অশুম কোইথোক্লমই। কদায়দগীনো ইমান্নবা অমনা ফাগি তৌরদুনা হায়রকই নঙদি লোল খরা খঙলবনি হংজিল্লুনে, লাল্লগসু চুমথোকচরক্কনি। মখোয়না তকশিল্লক্লবদা ঐনা হংলমই—

'হো বোগুই, বড়োর থংনায় ?'

'উ থংনায়।' হায়রম্নগা নোক্না নোক্না মখোয়দি চৎখ্রে।

ঐনা ভাগ্না শাদুনা খলহৌই —'উ, থংনায়।'

'আদা চৎলুগে।'

তেনব্রাদসু তম্বীরগা মীরোল ঙাংলকই হায়বগুম ঐখোয় জমাটিয়া লোল খঙবশিংদগী খঙননবা কন্না তন্নমই। খরা তোয়না হুরান নাল্লা মপান্দা কোইগনবশিংদি মখোয়গী জীব হীংনবা ঙাংনবা ঙম্লখ্রে।

অঙকপনি, লোল হায়বসিসু খঙনখ্রবদি মরুপ-মপাং ঙাক্তা ওই। খংনদ্রবদি য়েক্নবা। চহী ফাদ্রি, মরোল খোইদনা ঙাংনবা ঙমখিবা য়াওনরে। অদুবু চহি ৫/১০ লৈরবসু ব্রাহে ৫/১০দগী হেন্না খঙবা ঙমদবা মীওইসু ঐখোয়গী ইরক্তা অদুমক য়াওই।

চেচুব্রা ফজরবা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গং ফাওদুনা তুরেল মচা অমা লৌখোংগুম চেল্লি। জমাতিয়া জাতিশিংনা খুন্দাবা লম্নী। ঐখোয়গী কেম্পনা চীংথক্তুনি। মখোংদা নোংমাইজিং কৈথেল শঙ কয়া লৈ। নোংমাজিং নুমিৎতা বজার ওইনা কৈথেল কানরক্তুনা ফমই। অরাপ্পা চীংনুংদগী চীংমী কয়া কৈথেল কানরকই।

নীংশিংলকই ব্রারীদা হায়নবা, কয়াদু উবা ফংই নুমিৎশিদা লুপা চান্দীগী পরেংনা লৈতেং ওই, নাদা অরাওবা খুজিগুম্বা কয়ানা চরোং য়াম্থরিবা, ফুরিৎকী মহুত্তা ফনেক মচেৎনা ওইরিবা লৈতেং, কৌরবা ফনেক্তা পীক্লীবা অঙাংগুম য়াম্না পামুনা শেৎচরিবা লোইবী চনুরাশিং। নুপাশিংনা নাদা উগী লৈতেং, চাগী মহক মহক ফাওরেং লেংই শম-না ফৈগকই। কক্তবশিংনা নুপীগুম পুনশিন, পাক্লবা থৌরবা থাংপাক্লা নাকন্দা য়ান, মনাক নকশিল্লুবদা হাইরক্কদবা মাল্লি। বেঙ্গোলি কারবারব্রালাশিংনা অপঙবশিংদগী মরল খোম্নবা ফিগাও শাদুনা য়ারি।

নুমিৎতু ঐ য়ুমদা থাননবা চিঠি কন্না ইরিঙৈনি । ইনাক্তা হৈকীনিনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা হায়রকই—

'কয়াম ব্রাৎলিবগে ? চীংখোঙদা বজার হৌখ্রে; ঙাইহাক্তং কোইরুশিদনা, তনব্রা ?'

'তন্দে, কোইরুশি।'

ঐ ফি হোংদোকই। অদুগা চিঠিদু ইনভেলপ অমগী মনুংদা হাপচিন ওফিসতা থনম্লগা মখা বজার ম্লৌরে। বজার মী ফজনা পুম্নবা হৌরম্লে। ঐনা অপাম্বা পোৎ অমা লৈনবা খল্লিঙৈ ঐগী মরুপ্তু ইনাক্তা লৈরমদ্রে। য়েংথোকখিবদা মশক-মতৌ চংখোনবী লৈশাবী অনিগী মনাক্তা লেপ্তুনা মখূৎনা পোৎ ময়োম অমা লৈদুনা পী, ঈঙ্গিৎনা ব্রারি শাম্নদুনা লৈরম্বা উরকই। মতৌ ঙাইহাক য়েংলগা ঐনা চঙশিল্লুবদা মরুপ্তু হন্দোক্লক্তুনা নোক্লগা হায়রকই—

'বলাউস অমগা শাড়ি অমগনি।'

ঐসু নোক্লে মখোয়সু ঐখোয়না ঙাংনরীবা লোন্দু খঙদবনা নোক্লে। ঐখোয় অশুম লেপমিন্নবদি য়াদবনিনা, ঐনা য়ুম্বু শা হোটেল লোমদা চঙশিন্দুনা ব্রারি খরা শান্নরগা মখোয় থাদোকখ্রে। ইবান্নীদি ফমহৌরি। ঐনা মঙোন্দা হংই—

'নঙবু কদায়দা, কমদৌনা চৎলগা খঙনরুরিবনো ?'

'ঈশ্বরগী নোংদম্মী মরুপ, মমাদো দুকান ফম্বীনি। ঐনা ক্না চাবা নুতিগী চৎপদা থেংনবদগী খঙনরকখিবনি।'

'ব্রারীদি?'

'ঈঙ্গিৎনা।'

অঙকপনি নুংশিবা হায়বশি জাতিগী খেন্নবা, ধর্ম্মগী খেন্নবা, লোলগী খেন্নবা লৈতে পূক্লিংবু মান্নরুরবা মীৎয়েংবু তিন্নরুরবা অদুম কখোক্লে থব্রায় ফাওবা লৎনদনা।

মথং থাগী তলব লৌদুনা ছুটি চৎননবা বস পার্কিং ফাওবা ঐখোয় ইমান্নবা অনীনা মতেং পাংদুনা থোক্লকই। গাড়িদা বেডিং, বেগ থাঙ্গৎতুনা হাপচিনবীরে। বস টিকেট ফংদবনা লেপ্লো হায়দুনা গাড়ি মনুংদা কাখৎলকপদা, ঙহান লৈবীখিবা ফিজোল অদুমক শেৎতুনা ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা মহাকপু মনাক্তা হাংলিবা সিটতা ফম্নবা মখুৎ খৎতুনা কৌশিল্লকই। ঐদি মঙলানগুম্না য়েংলি মাদি চঙশিন্দুনা ফম্মিন্নখ্রে। অঙকপা পুক্সিগী খোঙবুনি। ঐনা ঙক্তুনা চঙশিল্লগা মঙোন্দা হংলুবদা নোক্লগা খুন্নরকই—

'নখোয় নমান্নবা অমনা ঙরাং ক্না চাবা লাকপদা হায়রম্বদগী খঙহৌবনি। টিকেৎশি ঐনা মাগীদমক ককমিন্নরবনি। মহাক্তি খঙলম্লোই।'

ঐনা মখা তাথনা হংলমই—

'নঙদি কদায় য়ৌগদবনো ?'

মহাক্না নোক্লগা খুন্নকই—

'ঐবুরো মানা থুংলুগদবা মফমদা।'

মহাক্কী পাউখুম অদুদা ঐখোয় য়েংনরগা ব্রা লাউনা নোকমিন্নে। মনাক্তা ফন্নীবশিংসু মতেং পাংদুনা নোকশিল্লকই। ঐগী মরুপ্না মরোল খঙদবনিনা মৈতৈলোন্দা নোকপা য়াওদনা হংলকই—

'কদায় চৎকনি হায়রিবনো ?'

ঐনা মনাকোং ময়াদা নকশিন্না চঙশিল্লগা হায়রকই—

'নয়ুমদা।'

ব্রাদু তাবদা ফন্নম্বদগী হৌগৎকে তৌরকই, ঐনা মহাকপু ফাথরগা থেম্নদুনা হায়রমই—

'নঙবু মঙোন্দা চিংনব্রনে ?'

'অদুবুদি লৈতে।'

'অদুদি য়ারে কৈনো। পুবীখ্রো মণিপুরদা।'

'অদুদা ঐদি য়ুমদা পাউ অমতা খঙহনখিবসু লৈতনা ?'

'নহাক পাখঙ নত্তরো ? মাসু লৈশাবীনি। লোন্দী লৈমিন্নরগা খঙজরক্কনি। নুংঙায়না চৎলু। বস ড্রাইভর গাড়ি থৌননবা মাগী সিট্টা কাখৎতুনা ফমখ্রে। ঐখোয়সু মখোয় অনীবু বিদায় পীরম্নগা গাড়িদগী কুমথহৌরে। গাড়ি তপ্না চেনবা হৌরকই। ভাবিনা মকোক থিন্দোক্তুনা মরোন্দা হায়রকই—'চৎলুখিগে, লৈহৌরেকো ! হোরেল ইমাদা খরা তম্বীয়ু নৎত্রদি কোয়থি থিনগনি হায়রগা মখুৎ হাইদুনা অদুম মীৎয়েংদগী তামখ্রে। অঙকপা 'নুংশি লংলানি' অমনা জমাতিয়া অদুগা বেঙ্গোলি খরা খরদংনি খংলিবা। অমনা হিন্দি, মণিপুরী, মাও মরোল খক্তনি ফজনা খঙলিবা। করম্না বর-কন্যা ওইমিন্নরুগদৌরিবা ?

ঐগা ইমান্নবগা নোক্তুনা ঐখোয় কেম্প তম্মা হল্লকপগী মহুত্তা, মখোয় খুন্দা চংদুনা পাউ অদু হায়বীবা চৎলমই। পাউ অদু মমাগী মফমদা তন্নুবদা ঙকখি। মরুপকা ঐগা নোকপদুদা মাসু ঙাইহাক য়াওরন্নগা মমিৎতগী পিরাংদি লেপ্তা শিন্থরকই, মতৌদুদা ঐখোয় নোকপা খঙহন হঞ্জিল্লি। মমাদি মচানুপীবু চৈহৌরি। ঐখোয়দি কেম্পতা হল্লক্লে। ❑

# কদোমদা

চীঙ্গাক অমসুং শীনফম মান্নবনা সমাজ অসি অচেৎপা মরুপ ওইহনবদা চাউরবা মতেং ওই। বসন্ত অমসুং কহ্নাই আর্মি সপ্লাই কোরদা চহি কুন কুন থবক পুমিন্নরন্নগা পেন্সন লাক্লখিবনি। অদুঙৈগী হৈনবীনা ইমুংগী ফিভম শোকচিল্লক্লবদা ঈরাক্লরবা মীওইশিংনা ঈকা ফাওবা লামই হায়বগুম সেক্যুরিটি গার্ডতা চরা নোংখাওননবা চঙলকখি। মফম অসি মীনা মীবু ললোনবা, অচৌবা চাউখৎলক্লিবা খুনাই অসিগী চৎনবী অমা ওইরক্লি।

মতম খরা শঞ্জেথোংগী আই, ও, সিদা লৈরম্মী। অদুবু মখোয়গী কমান্দরগী থৌরাং অমদা মখোয় মঙা পোষ্টিং থাবদা মবানিসু য়াওদুনা লমডিং আই, ও, সিদা থা অহুমদগী লৈরকখি। মমান্নবা অতৈনা ছুটি থাগী চৎনরবসু মবানিদি নিঙোল চাক্লৌবদা ছুটি থোক্লনি হায়দুনা হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপা নোঙ্গৌবী চেক্লনা ঙাইদুনা লৈবগুম লৈজরকখি। মতাং অমা চাদবদগী খোঙবু ওইমিন্নবা য়াখিদ্রে। বসন্তা নুমিৎ নিনি হান্না মণিপুরদা থোক্লকখি।

মহাক্না মপাল ফরিঙৈ নুপী অনী লোল্লুবা ঙসিদি মচাশিং চাউরক্লবদা য়েংথীনরক্লুনা হি অনী তোংলুবগা চপ মান্না থোক্লকখি। তৌফম খঙদা মচিং ফূদোক্লবদা নাইতোম তারে হনুথঙদা। পাউ অসি মহাক্কী মরুপ কহ্নাই শর্ম্মনা অসামদা লৈরিঙৈ তারক্লুনা মহাক্কী ময়ুমদা পুন্না চামিন্নবা ফোন্দা খঙহল্লকখি। নীংবা কায়রবা বসন্ত মখোয় খুনগী লগাও মফমদা দাও য়েংলুবদা লুপা লিশিং অহুম ফংলম্মী। মদু পুদুনা হিয়াংথাংগী ফার্মদগী ফ্রং ফ্রং চোংলিবা পেঙবা ঙা কেজি তরাগী মফম লৈদুনা মরুপ কহ্নাই শর্ম্মগী লমদম পাংলকখি।

অয়ুক্কী পুং নীপাল তারে। লমশাং বজার য়ৌরবদা শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা তপ্না ঙা হাপ্না খাউজাওদুগা তপ্না কুমথরকই। ভারা পীরে; গাড়ি থৌপ্লে। তপ্না খাউদু কৈথেল শঙ মনাক্তা থাংজিল্লগা মায়কৈ অদোমদা লাকপা নহা অমদা কহ্নাই শর্ম্মগী ময়ুম হংই—

'ইবুংঙো ! ইয়াম্বা কহ্নাই শর্ম্মগী সঙ্গাইশিবু কদোমদনো ?'

নহাদুনা মখুৎ থিল্লদুনা হায়রকই—

'খজিক্তা ঙাইরে ইয়াম্বা। অসিদা উরিবা গেট অসিনি ।'

মপূক্লিংদা মথন্তা খঞে—'মানা তাক্লকপদুগা ওম্বোক্লা খেন্নরে। বজার হেক মনাক্তা লৈরবশিবু।'

বসন্তা লুন্নবা খাউদু য়ান হাংদুনা লৈরম্বা গেট মনুং লানশিল্লি। অঙকপদি মহাক্লা ইমুংগী মী অমত্তা উবা ফংদবদুনি। কোইনা য়েংদুনা ঙাইহাক লেপ্লিঙৈ মরোল শুফাৎত্রিবা অঙাং অমা লৈকাইদা চৎলুবগী চোং চোংদুনা হঞ্জিলকই। মহাক উবদা চপ লেপ্পগা হংলকই—'পুপু ! ঐখোয় 'পুপু' পুরক্লবরা ?'

ব্রাহং মানা হংনিংই অদুবু মঙোন্দা ওইনা খঙদদুনা হংলক্লি। পাউখুম করম্না পীগদৌরি ? অব্রাবা ওইরে বসন্তগী মফমদা, ঙাইহাক খন্থরুবগা তপ্না অমুক অঙাংদুদা হংই—

'ইবুংঙো নখোয় পু পু কহ্নাইদুবু ঙরাং ছুটি থোক্লতবরো ?'

অশিংবা অঙাং ওইরম্বনা মরু লুকথরগা মখোঙনা লৈমায়দা হন্না হন্না তক্লগা খুন্নকই—

'মহাক্তী ট্রেম্না তক্লে হায়দুনা ঐখোয় ইম্মোলগী নুপা মখে লৌবা চৎনখিবনি।'

ব্রাহৈদু তাবদা কোকচাউবী ফুঙ কাপ্লে। মহাক্লা পুরক্লিবা ঙাশিংদুদা অমুক য়েঙ, অঙাং অদুদা অমুক য়েঙ ঙাইহাক ফুমবঙননা লৈরম্মী। অদুবু ইমুংদগী অহনশিংনা উপ্রগা ফজদবা ওইবনা বসন্তা অঙাং অদুদা লুপা তরা লৌথোক্লুনা পীরন্নগা তপ্না হায়রকই—

'ইবুংঙো শে, লুপা তরাদনি। নহাক কবোক লৈদুনা চাউকো ! পুপু অমুক চৎলগে।'

পৈশাদু পীরন্নগা থীংবা নঙহৌদ্রবা মীৎলুগী পীরাং মরিক মরিকশিংদু মহাক্কী মল্লবা নোংমতদা পুন্না লৈমিন্নখিবা রুমালদুনা তপ্না নপথোক্লকই। অদুদগী তুংহন্ন য়েংলমদনা মহাক্কী লুন্নবা খাউদু অমুক য়ান, গাড়ি ঙাইফম তান্ন থোক্লকখিরম্মী। কুইনা ঙাইনদরে।

কাংচুপলোমদগী হায়গৎলকপা গাড়ি মমাঙদা খান্নরে। বসন্তা তপ্না গাড়িদা কাখৎতুনা ফমই। গাড়ি বজার তম্না থৌরক্লি। ফুম্বঙনরবা ব্রাখলগী লৈচিল্লক্তা মরুপ কহ্নাই, রবী খান, পীটর, কেসি পাইতেগী হায়নখিবা ব্রাফম মমি শান্মি নীংশিংলক্লী।

কহ্নাই—'মরুপ বসন্তা হন্দক্কী চাক্লৌবদি ইনাও অহুমগা ইবানিনা শিন্দুনা ঐখোয়দা পুল্লপ পাঙথোক্লশি হায়ববু করি কায়রবগে ?'

বসন্তা—'ঐগ্যানা য়াবিরক্লোইদ্র হায়বগী ৱানি ঐগীদি হোয়। (অদুগা অতৈদা ওনশিল্লগা) অৱাবা তাঙ্কক কয়া হৌখ্রে। পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙমদে, মসিসু অহোংবনি। ইনাওশা ! নখোয়গী ৱাখলনা করি খল্লিবা ?'

পীটরনা নোক্লগা হায়রকই—'য়াই, তাদা ! ঐনা কুরি মণ্ডা য়াওজরক্লগে।'

কেসি পাইতে—'পীটরনা কুরি লৈরক্লবদি ঐনা শারেং কেজি মণ্ডা য়াওজরক্লগে।'

বসন্তা—'রবী, নঙদি করি খল্লী ?'

রবী খান নোক্লগা খুন্নকই—'তয়াইমা, ঐদি ইঙ্খাং-নাপীদা ওইনা তেংবাঙজগে। য়োংচাক, আলু, খামেন অশিনবা, কোবী থমচেৎ, হৱায় থরাক শিংজুগী হৱায় মতোন অতৈ হৱায়শিং।'

কহ্নাই নোক্লগা খুন্নকই—'ঐদি দক্ষিনাদা ওইগদৌরি।'

বসন্তা—'চাক্লৌবা হায়বনিনা, ঙাদা মরাং কায়হনশি। ঐ হিয়াংথাঙদা ফংবা পেঙবা অতেকপদু কেজি তরাদং ইনাওশিংগী মতেং পাংজগে শর্ম্মা। দক্ষিনা লমজেনদি তাম্নরোইশিকো।'

কহ্নাই—'তৌজরোই মরুপ, ঐগী ইচন-ইচেশিং অদুগা লোয়নরকদৌরিবা ইনাওশিংগী ইচলশিং ঐগী ইফমদা চপ মান্নে। চপ মান্নবা পোৎলমদা লমডেং বজারদগী হয়েংমক লৈরুগনি।

ময়াম পুন্না হরাউনা নোকখিবগী খোঞ্জেল বসন্তগী নাপ্পদা নিল্লরী খোন্থাং য়ৈনা—'হা ! হা ! হা !'

কহ্নাই—'ঐখোয়গী মতৌশে মীনা তমজশনু ! ঐখোয় মণিপুরীনি, মণিপুরদা তোখাইনবগী ৱাখল থাপ্না তান্থোকখিশি নৎত্রনে মরুপ বসন্তা, ইনাওশা ?'

ময়াম্মা অমত্ত ওইনা খুন্মী—'মান্নি, ইয়াম্বা। ঐখোয় ইমা অমত্তগী মচানি। মৈতৈ খক্তগী চাক্লৌবা নত্তে।'

বসন্তনা হৌপ্ত্রবা থৌদোক্কী ঈপাক্তা ঈরাক্লরিঙৈ বসনা বজার য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। বস পার্কিংদা বস খামই। মীয়াম লোইনা কূমথনখ্রে; অদুবু বসন্তদি অদুমক ফমদুনা লৈরী। বসকী কন্দেক্তরনা কূমথরক্লবা কন্না লাউরকপদা মঙলান্দু কায়খি। শীস্থরম্বা পিরাং তপ্না তৈথোকই। মহাক্কী লুন্নবা খাউদু তপ্না বসতগী থাংথরমই। বস মমায় লৈথোক্লবা থৌখ্রে, বসন্তদি লেপ্লি, খোঙফম লেঙদনা। কদোমদা থাংগনি মহাক্কী লুন্নবা খোঙথাং মথন্তা খনবদা ঙমদ্রে। ❑

## চৈথেং

ঙসি ইনম্মা অহন্না খল্লিবা ব্রাখলসি করিনো ? ঐখোয় নুপানা হাজিরা চৎলি, ঐনা মনা-মশিং য়োনবা চৎপী লাইরবীনি হায়দুনা হস্থন খন্দুনা নোং-ফাদোক ইপামদা, ইবুংশিংবু উনবা লাকচববু চঙহন্নীংদবা মতৌ উৎতুনা মচাশিংদা চৈ-থাংই। রিক্সো থৌবা তামোয়াইবু তাথি-তাওইনা তৌবীবদগী ঙসিদি য়ুমদা হঞ্জিনবা ঙমদ কোইপাই পাইদুনা লৈবা চেক্লাগুম অমদা খরা লেক, অমদা খরা চা লৈখ্রে। নুংশিজরবা জ্ঞান তাখ্রবা তামোচাসু পৈশা মরম চাদনা শীজিন্নে হায়দুনা অকনবা ব্রাহৈশিং শিজিন্নবদগী য়ুমদা অমুক হঞ্জিল্লকখিদ্রে। অদুক নুংশি-চান্না হৌমিন্নরকখিবা ইবুংশিং মহাক লাকপদগী ঙম্নমক কাংখোং চাইখ্রে। অদুক ফরম্বা ইবুংসু মচল-মনাওগী ব্রাখল লৈখিদ্রে। নোংমতং চাক পূন্না চামিন্নহৌদবদা পূক থল্লকখিদবা ইবুংশিংগী নুংশি ঈচেল ঙসিদি ঙম্নমক নীংথম থানা লাকপদা কংখিবগুম নহাক লাকপদগী কংহনখ্রে। ঙন্মীদা ইনম্মা ! কনমল্লি নহাক্কী পূক্লিং।

তম্ফা, মেংলবা মেরাগী থাবল ইপোম্লক্তা অব্রা ইপাক্তা ঈরাক্লা, হৌখ্রবা পুন্সিবু হঙ্গৎনা য়েংলি। নীংশিংলকই থৌদোকশিং, তারকই মমানা অরোইবা পুংজা লাক্লবদা, মবুংদা শীন্নরম্বা ব্রাফমশিং—

‘ইবুংঙো অচৌবা ! নহাক্লা অহলনি। নখোয় নচিন-ননাও মরিগী মনুংদা। নঙগী পাবুংনা ঐগুম্না মরাইথুং ফত্তবনা নাদুনা লৈরে। নচল ফংই পীক্লি। পূম্নমক নহাক্লা মমা-মপা শক্লা নাউকোল্লকউ ! মপী কায়নরবা য়েন্নাওশিংনা কাইদোংফম খঙদবগী মতৌদদি ঐনা লৈখিদ্রবা মতুংদা তাহল্লক্কনু।’

‘তৌহঞ্জরোই ইমা ! নচা পুম্নমক খঙজে, ইচিল-ইনাও অহুম্বু ইচা শক্লা নাওয়োক নাওকোঞ্জরক্কে, নচাবু থাজবীয়ু ইমা ! শোয়দনা ইমানা তাকপীরম্বা নয়াথং থবক ওইনা উৎতুনা পাঙথোকচরক্কে।’

‘ইমাগী ইবেম্মা অতাংবী ! নমাদি ইচাতোম্বীগীদমক খনবদা পূক্লিংশে লৈতাদরে, থম্মোয় খাম্বী মৈঙৌরে, লানঙম্রোইদৌরি বৈতরনী ঈপাক। নহাক্কী নরাইবকশি ওম্থোক্লা থীনা তম্নমবোই। হয়েং, মতম অমদা অব্রাবা নোংলৈ মায়োক্লা পিরাংলক্তা ইরাক্লরক্কদৌরি।’

খঙহৌদনা মঙশিল্লকপা নোংনা থাজগী মায়থোং খঞ্জিলত্রবদা মালেম অমম্বা অকিবা ওইহল্লক্লি তপ্পা ! অমুবা নোংগী মপৈ মরক্ত লোন্ন, লোন্ন তম্ফাবু য়েংলক্লি। ইমুংগী লৈত-লাইরগী ব্রাখলদা মৈশা ফং কাথেক্লবী মায়থোং, করিগী য়েংবগে লোন্না মায়হিং কারবী হে থাজ। নহাকসু লেমজদে মতৌদু নোংমদোন থক্ত। মহাক্তী তৎপ্রবা মবুংগী নুংশি লংলা কিশি কিশিন্নবা হোৎনজরিবী লাইরবীনি; কনাবুসু ব্রারৌজবা লৈতে মহাক্কী পুন্সিদা, নীংশিংলকপা মীৎকুপ্তা থীংঙমদ্রবা পিরাংনা চেম্ভজরকপা খক্তনি খঙহৌদনা ! মবুং বাবুনা, মনাও য়াইমগী রিক্সো, অতোনবগীনা ওক্তো রিক্সো অমা লৈবীদুনা পুন্সি শিম্থা পীবিখিবনি।

পঙজরবসু মবুং চন্দ্রবাবু মচলগী নুংশি ঈচেল লকানুংদগী কৈদৌঙে কংহনখিদে। মহাক্না তাঞ্জরকপা অব্রামলদগী লুপা কুন্দা ওইরবসু খাইদোক্তুনা ময়াম্বা বাবুগী মখুত্তা চঙলমদাই পীবিরম্মী। নোংমা ফাদোক, শিগদৌ থব্রায়নি হায়দুনা নিশানা মঙদুনা হল্লকপা মতমদা চৎপা হৈরকপদা ঙাইরিবা অঙাংগুম শুমাঙদা লেপ্লগা অশোনবা মপাবু চৈরবদো মচলগী মীৎমাঙদা শঙ শঙনা উরকই—

‘কনানো ? অব্রাবগী খোঞ্জেলনা চৈথেং পীরিবা। থবক চৎলুবগী ব্রানা হঞ্জিল্লকপা অসিদা, নত্তে খোঞ্জেল তাবশি, ঐ য়াম্না পামজদে। খাম্বীথক্তা থব্রায় মঙাশি ঙৌবগুম্মী। হিংবগী অর্থ লৈরক্তবা মীওইদুদি ঐ খঙদে মী খঙদে নোংমদোল থক্তা লেঙবীখ্রো। মালেম লুম্নবনি, নচা-নশূশিংনা সেবা তৌবদা ব্রাননবনি। ফাগী নত্তে, ঐনা লাউজরিবসি। ইচল অমতং য়াওজবসি ঐখোয় মবুং অহুমগী সেবাবু তৌগদ্র, পম্লৌ কুম লায়নাগী সেবাবু তৌগদ্র মফম খঙজদ্রে; মমৈ মকোক খঙদ্রে, পী কোক ঙাওরে। লাইওইখ্রবী পলেম মতুং ইনবীখ্রো। হা পলেম ! পম্লৌ মতৌ নচাশিংনা য়েংঙমদ্রে, নচানা হায়জরিবসি তাবিয়ু। লৈচিল পোমায় হায়দোক পাম্লৌ খুজেং পালোয়না স্বগগী লৈকোন্দা হব্রা চাবা পুবিররো অপোকপী।’

মাঙ্গোল কাখৎলকপদা তম্ফাবু কৌরগা হায়রকই —‘ইবেম্মা তম্ফা !’ নবুং অঙাউবা হল্লক্লে। শে শেং; নঙগী পৈশা লৌশিনহৌররো।’

মচলনা মবুংগী মখোল তারকপদা থবক তৌরম্বা থাদোক্তুনা চেনশিঞ্জরকই পৈশাদু মবুংগী মখুত্তগী হরাওনা লৌই। মতমদুদা চন্দ্রবাবুনা হংলকই—‘করি ইঞ্জাং থোংই ইবেম্মা ?’

'ঙা!'

'ইচলগী ঙাসিদি নুমিৎ খুদিংগী হেক থোংইদকো। ব্রাহৈদুনা নবুংগী ইন্দ্রিশে পেঞ্জরে। অদো অব্রাবশি খরা শাফখিনবা ইচলনা থোংবা ঙাদু মুন্দ্রিঙৈ ঐ ফম্মুংদা ঙাইহাক্তুং শাংদোকউগে; চারমদাইদা হৌদোক্লকউকো ইবেম্মা।'

'খোঙ-খুৎ হামদোক্লবা ঈশিং শারবনি তামোয়াই। অদুগা পোত্থাবীবনা হেন্না ফগদৌবা মাল্লি।'

চন্দ্রবাবু মচলগী ব্রাহৈদা ইকায়জরক্তুনা নোক্লগা খুন্নকই—'ইবেম্মা! ইচলনা ইমাগুম মবুংশিংগী অশোয়বা চুমথোকপীরকপসিদি নবুং পূক্লিং য়াম্না নুংশিরকই। অদুবু হয়েং মতম অমদদি তোখায় তোখায় ঐগীনি, মাগীনি হায়দুনা তানরকখিগনি। নুমিৎ অদো নবুং অঙাওবদি ঙসিগী মঙলান ওইহন্নিংই। ইবেম্মা নহাক অসিবু ঙহান মপোক্তা ঐনা করম্না কর্ম্ম তৌজরকপগী হন্দক্কী মপোক্তা ইচল ওইনা ফংজরিবনো খঙদে। অখাঙ কনবী ইমাগী লিংজেল চেনবীনি নঙদি। নোংমতা অব্রাবা মমি তাবা উদে। ঐগী শেৎ-চারিবা ফিরোল হায়নবা তৌদনা শুদোক চামথোকপী।'

'অদুদি মচল অমগী তৌফম থোকপনি।'

চন্দ্রবাবু নিশানা কাইদোংলিবনা, মচলগীদমক খন্থরুবদা মবুক্নীং নুংশিরকই। অঙাং মচাগুম তুমিন্না ফমদুনা প্রেম শুংলি। মবুংগী অব্রাবা মতৌ য়েংঙমদ্রবী তম্ফা ইমুং চঙখ্রে।

মতমদুদা ময়াম্বা অহন অঙৌবা খাউ অমা য়ান, ষণ গাড়ি চৎলুবদগী, তপ্না খৌদেন্নগা হঞ্জিল্লকই। মাঙোন্দা মপী ইরা চেন, কপ্তুনা লৈরম্বা চন্দ্রবাবুগী মতৌ হেক উরকপদা চপ লেপ্লী, ওনশিন্দুনা হংলকই—'কনা কৈদৌ য়াওরে চন্দ্র? পাবুং স্বর্গ ধাম পাঙখ্রব্রো হা?'

ব্রাহংদু তাবদা চন্দ্রবাবু কপ্লম্বা লেপ্লী, শিন্থরম্বা মপি তৈথোকই, তপ্না হৌগৎলক্তুনা ইমুং চঙননবা তৌরকপদা ময়াম্বনা হায়রকই,—'শে, ইমুং চঙগদবা ওইরবদি খাউশি পুশিনখ্রো। ঐ ষণ দানা পীজরুগে। লূম্বনি, থাদগনি।'

অরুম্বা খাউদু ইঙক ঙক্না য়েংলগা ময়াম্বদা হংলকহ—'করিনো! খাউশি ওম্থোক্না হকখ্রেদা তাচৌ?'

ময়াম্বা বাবু মনাওগী ব্রাহংদুদা করি খল্লুরবনো নোক্লিংবা ফাওরকখি অদুবু নোংক্লিংবদু ফাথরগা খুন্নকই—'ঙা য়োংচাক অমসুং আলুগনি।'

চন্দ্রবাবুগী পামজবা ইঙ্গাং ওইরম্বদা হরাউনা মোমোন নোকচৈ। খাউদু লেংবান্দা য়ান, মচল তম্ফাবু কৌর-কৌর ইমুং চঙলকই। মখোঙ হাইরং তুরং থাঙ অচৌবা খাউদু য়ান, চাকশঙদা চঙলকপা উবদা মচলনা হংলকই— 'তামোয়াই ! করিনো অদুদি ?'

চন্দ্রবাবু চঙশিল্লক্লুনা খাউদু মনাক্তা থম্মী। মচলদা য়েংলগা নোক্লদুনা পাউখুন্নকই—'ঙানে য়োংচাকনে আলুনে। নঙগী তামোচীনা গাড়ি চংলু হল্লকপদা লৈরকইবা। শে, করি ঙানো য়েংশি। খুদেং পুশিল্লকউ।'

মচলনা খুদেং পুশিল্লক্লুনা ঙাদু খুদেংদা থমই অদুগা মখুৎনা থাঙ্গত্তুনা য়েংলগা হায়রকই—'তামোয়াই, করি ঙানো মসিদি চাউখরে, ফজখ্রেদা ?'

মমীৎ ঙাইহাক নোইরুরগা খুন্নকই—'কুরীনি। উস ! হরাওনিদা ! অদুদি, ঐ হঙ্গাম মল্লম্বশি থন্নগে, ঙাসি ওইনা থোংননবা। অদো, তামোয়াইনা খরা শেম্বীরকউকো।'

ঙা শেম্মু হায়রুবদা চন্দ্রবাবুদা হৌগৎখ্রে। মখুৎ হাইরদুনা নোক্লগা হায়রকই—'ইবেম্মা, ঐ নিশা হন্দ্রি। ঙা শেম্বদা বেরা শোয়দনা কাগনি। হোরেল তেঙ্গোৎতগী ওইনা ফাজরগে।'

মচলনা মবুংবু য়েংদুনা লৈহৌই। চন্দ্রবাবু বালটিন্দা লৈরম্বা ঈশিংনা মখুৎ-মখোঙ হামদোক্লুনা মাগী কাদা তুমিন্না চঙখি। নুমিৎ তাশিল্লকপা মবুংতোন রামেস মহাক্কী ওক্তো রিক্সোদু শুমাঙদা খান্নগা মচলগী মনাক তান্না চেনশিল্লকই। অদুগা তপ্না হায়রকই—

'ইবেম্মা, চাক হাপ্পরগনু ঐগী। ঐ ইমান্নবা অমগী ষষ্ঠী য়াওরুগদৌরি। রমেসনা পৈশা ফুরিৎ খাউদগী লৌথোক্লকই, অদুগা হায়রকই—

'শে,লুপা চামা অসিনা ইচলগীনি। অদুগা লুপা চামঙা চৎপী অসিনা ময়ামগী শেনফু তামোচৌদা খরা পীশল্লো।'

ব্রা শীনরম্নগা রমেস তহা তহা মফি হোংলগা অমুক মপান থোকখ্রে। তম্ফানা তঙক তঙক পৈশাদু পায় য়েংদুনা লৈহৌই। মবুং বাবু ষণগী সেবা লোইরন্নগা ইমুং চঙলকই। মচলনা ঙা শেমদুনা লৈরম্বা উবদা শাউরদুনা হংলকই—

'নবুংশিংদি ?'

পাউখুম পীফম খঙদবনা তুমিন্না লৈরিঙে চঙশিল্লক্কুনা খাউদু মুল্লগা ঙাদু ফজনা শেন্থীখি। ঙা শেন্থা লোইদ্রে। চাকশঙদা ঙা অশেন্থদু থাংজিল্লম্মী । মখোঙ মখুৎ হামদোক্লবা ঈশিং অশাবা থাংদোকই। মতম অদুদা মপানা কৌরকই—

'ইবুংঙো, নখোয় কনানো অমতা ইপাগী নাকসিদা চঙলকউ। ঙসিদি ঐ শ্বর হোনবা য়াম্না ব্রাই । নখোয় নচিন-ননাউ চথোকখিনু।'

মপাগী ব্রাহৈদুদা বাবুনা হংই—'পাবুং, অদুদি মাইবরা ডাক্টররা অমা কৌরুগদ্রা ?'

'কৌরুগনুদা। নখোয়বু চাক চারব্রা ?'

'চাদ্রি। ঙসিদি পাবুং চাননবা, কুরী লৈরকপনি মদু শেন্নুরিবনি।'

'নুংশিদা ইবুংঙো ! কুরীদো শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা চারগা লম্বোইখিবনি। ঙসিদি ঐসু ইচাশিংনা লৈরক্কুনা পীজগদৌরে। খরা থুনা থোংঙু হায়য়ু নচন্দু।'

'ফগনি, পাবুং হায়জগে।'

'নচলদো ময়ামগী সেবা তৌবদা ব্রাজরবনি। অকনবা ব্রাহৈ খোনফম শিজিন্দুনা কৈদৌঙেদা চৈ থাংগনুকো, অচৌবা।'

'তৌজরোই পাবুং, ইনাওশিংদসু নচানা হায়জরিবনি।'

'মরাইবক য়াম্না থীরবীনি। ঐ মাগীদমক খনবদা লৈতাফম খঙদেনে ইবুংঙো নমানা পীশক পীক্লা হুন্দোকপীরম্বদগী নহাক্কী ননমদা মমাগুম ওইনজ চাউরকখিবী, নোংমতা ইমা হায়দুনা পেম্না কৌজরক্কবী নচলনি।'

'নচাসু খঙজে পাবুং !'

'অদুনি, মহাক্কী মিৎলুগী পিরাং অমগী মমল নহাক্লা অহন ওইবনিনা খঙগদবনি । ঙসিতা নত্তে, হয়েং নপানা থুপশ্লবা মতুংদা ফাওবা নপাগী ব্রাফমশি কাওফদেকো অচৌবা ননাওশিংদুসু ব্রাফম অসিমক খঙহল্লু। চৎলো, নচলগী মতেং পাংশিল্লু। ব্রাফম অসি হায়গে তৌবনি।'

মপা মচানা ঙাংনখিবা ব্রাফম চাকশঙগা পংলাপ লাপ্লদবনা চাক থোংলিবী তম্ফানা অমত্তা চিংথদনা তাহৌই। বাবুনা মপাগী শিন্থুরিবা মপি

তৈথোকপীরন্নগা মাগীসু ফিজিদুনা তৈথোক মচলগী মনাক য়ৌরকখি। মচলসু শিন্থরম্বা মপি মবুং উদনা তৈথোকখি। মতৌদু মবুংনা হাইফেৎ উহৌই। থাংজিনগে তৌরম্বা খোঙথাং চপ লেপ্পুরগা উশিন্নদবা শারদুনা হংলকই—

'ইবেম্মা, কয়াম ব্রাৎলি ? ইরোম্বদু ঐ ফুৎলগে স্টোক্তা,শোমদা থাংদোক্রকউ।'

'তামোচৌ, খরা ব্রাৎলি। ইরোম্বদু ঐনা হোৎনজরগে।ঈরুজনবা ওইনা তৌবীরুরো; ঈশিং ইংশ্রগনি।'

ব্রা মখা তাখিদ্রে 'হোয়' হায়বা নত্তনা। তম্ফানা তরা লুকোয় লাংবদা পুং নিপাল তাশিনখ্রে। অশোনবা মপাগী হাবা য়ানবা লুক শেমদুনা মনাক্তা পুশিল্লি। মবুং বাবুসু চঙশিন্দুনা মচলগী মতেং পাংশিল্লি। অদুবু মরৈদা খর খর হাপ্পগা তংবা নত্তনা চাখোম ফানা চাখিদ্রে। মপাবুংগী সেবা লোইশিল্লবদা মবুং য়াইমা চন্দ্রবাবু হৌদোক্তুনা মখোয় অহুম চানবা হোৎনৈ। মদুসু মনাও রমেস য়াওদবনা কুরীগী মহাও অদুক য়ৌশিনবা ঙমখিদ্রে। খর খর চানরগা থোলাদা থাঙ্গত্তুনা থমখ্রে। নাহেরগা মপাবুংনা অমুক কৌরকই—

'ইবেম্মা, নখোয়বু চাক চাবা তোক্লদ্রিব্রা ?'

মচলনা খুমই—'পাবুং, য়াওরে। করি তাকপিগদবা ?'

'খোঙ-খুৎশি ঈংশিল্লকপগুম তৌইনে।'

মচানুপা বাবুনা খুমখি—'হোয়, লাকচরগে পাবুং।'

মবুং য়াইমদি মাগী কাদা চঙখ্রে। বাবুগা তম্ফাগদি মৈফু অমসুং ঈশিং অশাবা হাঞ্জিল্লবা ব্রাটর বেগ পায়দুনা মপাগী মনাক্তা চঙলকই। মচা অনীগী সেবাদা নাহেরম্বা চীংলেনখোম্বা খরা তপথখ্রে। তপ্লবা খোঞ্জেলদা মচা বাবুদা হংলকই—'ননাও অনিদি উদেনা ?'

মচানুপা বাবুনা মপাগী মখুৎ মৈ য়াইনা য়াইনা খুম্মী—'চন্দ্রদি ফমুং কাখৎখ্রে। রামেসনা মমান্নবা অমগী ষষ্ঠী য়াওরুগনি হায়দুনা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি।'

মপানা অব্রাবগী শ্বর অমা শাংনা হোন্থরগা অমুক হায়রকই—'ঙসিদি, হকচাংশে ইপা পাখৎপগুম তৌই। মঙ-হানা চোইরিবা, নমাদো ঙাইহাক লৈতনা

মাগা চৎমিন্নরসি হায়দুনা হৌবা লাক্লম্মীনে। ব্রাহৈদু হায়রিঙৈ শিন্থরকপা মপিদু মচানুপীনা উরক্তুনা অমোনবা ফি অমনা তপ্না তৈথোকপিরগা থেমজিনবীরদুনা হায়রকই—'পাবুং, তামোয়াইনা নিশা থক্লগা হেক হেক ঙাংবদুদা মগুদা উরকপা ওইরমগনি। পোখানবা তৌবীয়ু। পাবুং, ঐখোয় লৈরি ননাক্তা।'

'খঙদ্রেদা ইচাশা! পূক্লিংশে ফাথবা ইঙম ঙমশিন্দে ঙসিদি।'

মতমদুদা গাড়ি মচা অমা লাকখিবগী মখোল তারকই। বাবু ফন্নম্বদগী হৌগত্তুনা মপান্দা থোক্লকই। শুমাঙদা নুপা অমা গাড়ি মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরমই। বাবু থোক্লকপদা চঙশিল্লক্তুনা তপ্না হংলকই—

'য়ুমসিবু রমেসকী ওইবীরব্রা?'

'মানি, ইবুংঙো! করি তাকপিগদবা? ঐ ময়াম্বা অহল বাবুনি।'

'মহাক ষষ্ঠী মফমদগী কমান্দো কাঙবু অমনা ফাদুনা পুখ্রে। মদুগী পাউ অমতং হায়জবা লাকপনি।'

পাউদু তাবদা বাবু শ্বাই লাউনা পাখৎলি। তৌফম খঙদা ইমুং মাঙ্গোন্দা কোইচৎ চৎলুরগা অমুক চঙশিলক্তুনা হংলকই—'অদুদি ইবুংঙো ঐখোয় করি তৌগনি?'

'তামো, অরৈবা শেনফম খরা পুদুনা চৎলগা লৌথোকউবা নত্তনা উপায় লৈতে।'

কোন্না থোক্লকপা মচলনা খঙনিংদুনা হংলকই—'তামো, তাতোনবু কনানা ফাখ্রে হায়বনো?'

'কমান্দোনা।'

পাখৎপ্রবী মচলনা খঙহৌদনা হায়দোক্লকই—'ইশ! অদুদি কমদৌনি।'

মতম মাঙন্নিংদ্রবা নুপা অদুনা বাবুদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

'তামো, পন্থবীরগনু লেঙখিনবা তৌরশি। নৎত্রগা ঐ হাঞ্জরম্লগে?' নুপাদুগী ব্রাহৈ তাবদা পৈশা পাম্মুবা য়াখিদ্রে। পরপ পরপ ইমুংদা চঙলক্তুনা লুপা লিশিং য়াম্থে লৌ লৈননবা তুংশিঞ্জবা শেনফমদু ফুরিৎখাউদা হাপচিন মফি হোংদোক্লগা থোক্লকই। চৎলমদাইদা মচলদা ওনশিন্দুনা মপাবুংবু শীন্নরকই।

'ইবেম্মা, পাবুংদো ঙসিদি মথন্তা থাদোক্কনু। ঙাইহাক লৈরগা নঙগী তামোয়াই হৌদোকউ। ঐ চৎলুখিগে।'

ইপা পাখৎনা তম্ফা মবুংদা হায়জরকই—'তামোচৌ, তাতোন্দু শোয়দনা পুবিরকউকো।'

'হোয়, হোয় হোৎনরক্কে। নথন্তা লৈবা নুংঙাইৎরগা নঙগী তামোয়াইদো হৌদোকউ।'

মবুং চৎখিবা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরিঙৈ, মপাবুং চীংলেনখোম্বা মচাগী পাউ তাবদা থুক্কৎখিবনা ফিভম চাদনা লৈরম্মী । তম্ফানা হঞ্জিল্লকপদা মপাগী মতৌদু উরকখি। চেম্মোরক্তুনা চন্দ্রবাবু হৌদোক্লমই।

'তামোয়াই, পাবুং কৈনোমা তৌখ্রে। হৌগৎলো, মাইবা অমুক্তা কৌবীরুও !'

নুংঙাইনা তুমখুন তাল্লম্বা চন্দ্রবাবু অফিং অফাই ওইনা হৌগৎতুনা মাইবা কৌবা চৎখি। মচলনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা মপাগী মনাক্তা লৈহৌই।

শেংলবা মন্দীরগুম লৈরমগনি খঙ্গরুবা পুলিস ষ্টেসন্নি। অদুবু মনাক য়ৌশিল্লকপদা মখোয়গী অরংবা অহাপ্পা মমায়শিং উবা হৌরকখি। অচুম্বা ব্রায়েলগী মমল লৈতবা বিচার। ময়াম্বা বাবুনা লৈরম্নিবা পুলিসশিংদগী খঙবা ঙম্লকখি। খুৎলাই পায়বা নুপা অমনা রমেসকী গাড়িবু, মহাক্কী লৈফম ফাওবা থীলহল্লকখি। পুলিসনা মহাকপু মফম অদুদগী ফাদুনা পুরক্লগা ব্রাহং পাউহং তৌবদা রমেস মরাল লৈবা মীশক ওইহনখিবনি।

ঙরাকপীনা অচাবা ঙাতবু ফানবা হোৎনৈ। মরাইবক ফবনা খঙনবা পুলিস কন্সটেবল অমা য়াওরম্বদগী মখোয় কমান্দরদা লুপা লিশিং য়াম্খ্রে খুৎশিন্নরগা মনাও রমেসপু খুদোংথিবা অদুদগী কন্দুনা মরুপ মপাংশিংগা ময়ুম মায়কৈ পাঙলকখি। গাড়ি মনুংদা তোংনা তোংনা বাবুনা খল্লকই—'অঙকপা কলাবজারগী অচৌবা লোয়শঙ অমনি।'

ময়ুম য়ৌরকপদা শুমাঙদা অঙৌবা ফিনা খন, মথক্তা তিম্না কৃপশিন, মচল তম্ফানা হিক্লা হিক্লা লৈখিদ্রবা মপাবুংবু নাইতোম তানা কৌর কৌর তেংথা

নাওইনা কপ্তুনা লৈরম্মী। লৈকায় মীশিং শঙ্গোয় ইমুং-মাঙ্গোল পীক থন্না তুমিন তুমিন ফন্নমই। মখোয় মচিন মনাও অনী গাড়িদগী কূমথবগা মতৌ অদু উবদা ইঙক ঙকখ্রে, তাইবঙদু মঙলানগুমই। ঙাওদুনা লৈহৌবা চন্দ্রবাবু হৌজিক্তি ময়াম্বা-মনাও অনী উবা ফংলবদা হৌনা তেংথাদুনা অঙাং মচাগুম কপখৎলকই।

হৌজিক ফাওবা থাজবা ঙমদ্রবা বাবু অমসুং রমেস মপাবুংনা য়াতারিবা মায়গৈদা উনা শাবা মুর্ত্তিগুম চপ লেপ্লি। মতম অদুদা মচল তম্ফানা অঙাওবী অমগুম চঙশিল্লক্তুনা পাউহংলকই—

'তামোচৌ ! করি খল্লিবগে তুমিন্না লেপ্তুনা ! শুমাঙদা য়াতারিবা মহাক অসি ঙসাইতা তামোচৌনা লৈরকপা কুরী ঙা চারগা লম্বোইজপ্রগে হায়রম্বা পাবুংদুনি।'

মবুং অতোনবা রমেসকী মনাক্তা অমুক চঙশিল্লক্তুনা হঙলকই—'তাতোন ! করি খল্লিবগে তুমিন্না লেপ্তুনা ! পাবুংসে নহাকপু হংলম্বনি, নহাক্লদি করিগী ঐ হল্লক্লে হায়দ্রিবনো ? পাবুংবু নুংশিদ্রবরো, মহাক তাইবঙশিদা অমুক হল্লক্লরোইদবনি; অমুক্তংদি পেন্না পাবুং হায়না কৌও !

মবুং য়াইমগী মনাক্তা অমুক চঙশিল্লক্তুনা হায়জরকই—'তামোয়াই, নহাক্লা তৎতনা চৈবীবা পাবুংশে ঙসিদি তুমিন্না লৈখ্রে। অমুক নাহেদুনা তামোয়াইদা অন্নাবা পীররোই। চৈয়ো, পেন্নবা ঙসিনা লোইরইবনি পাবুংগী নাহেখোল।

* * *

তম্ফা ব্রাখলনা ফুম্বংনা লেপ্লিঙৈ মাঙ্গোলদা থাবল মঙাল লৈরমদ্রে। শাইজিনগী মমি শুমাঙদা লৈরম্মী। শিম্হরম্বা পিরাং তপ্না তৈথোকচৈ। পীক্লবা মচাগী মনাক্তা হঞ্জিল্লক্তুনা তপ্না হিপথরম্মী। ঙদুবু পোথাফম খঙলমদে। নীংশিংলক মপাবুংনা মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈ লিবীখিবা ব্রারী কয়া মথং মথং ...। অমুকসু হৌগত্তুনা ফম্মী, ফম্মুং ময়াইদা অঙাওবীগুম। মপুরোইবনা থবক ব্রারুবগী নিংঙাইদনা তূন্নিবদু উরগা মাসু তপ্না ফৈজুপ চিঙ্খত্তুনা পোথাননবা হোৎনরমই।

নীংশিংলুরগনু পোম্বী শাখপ তোইশ্রবশিংবু অন্নাবা ঈপাক্তা ঈরাক্লনবনি। পূম্নমক মপু মহাক্কী লীলানি। পোথারো য়াংদৌ মিৎকুপ অমতং নিংঙাই

চাওবা নপারি য়াকাইদ্রিবৈঙে, হয়েংগীদমক খন্দুনা। লোইনাইদ্রবা ঈপাক্লি নীংশিংবদি, ঈরাক্লগনি পুন্সি চুপ্পা; অকাউবগী হিনাওদা কাখৎলকউ তপ্পা, চৎশি শাংলবা ঈপাকশি লাম্থোকখিনবা। মালংলবনা লিরি হুম, ব্রাজরবী পূক্লিংবু ফাথননবা পাউতাক্লি।❑

# নীংশিং খুদোল

ঙসিদি চাউবীয়াই মায়থোং মকালাম্না ওফিসতগী হল্লকই। মপুরোইবা গোবীন্দনা তুমিন্না ফম মাগী কাদা লাইরিক্তা পূক্নিং লুপশিন করিগুম্বা খরা ইদুনা লৈরম্বা উরকপদা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই—'থবক য়াম্না কল্লম্মীকো।'

গোবীন্দ চাউবীয়াই ব্রাদু তাবদা চেম্থরম্বা কলমগী ঈচেল ঙাইহাক লেপ্লী অদুগা ওনশিন্দুনা পাউখুম্লকই—'লোইশিনফম খঙদ্রবা ব্রারী মচা অমদা উংজরম্মী।'

চাউবীয়াই মোমোন নোক্লগা মহাক্কী বেক্তু হুমই। বেক মনুংদগী সনাগী খুদোপ অমা লৌথোক্তুনা মখুৎনা পায়রগা হায়রকই—'ওইথংবা খুনিংথৌদু অমুক্তা তিংথোকপীরকউ, খুদোল অমতং তমজরমগে।'

গোবীন্দ ব্রা ঙাংদনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরি। চাউবীয়াইনা মপুরোইবগী খুনিংথৌদা অচৌবা সনাগী খুদোপ অমা তপ্ন শিজিনবীরম্লগা কা অদুদগী মপান থোকখ্রে। ফজরবা চাউরপ তৌরবা, তরং তরংবা সনাগী খুদোপ্পি। মদু উবদা গোবীন্দগী পূক্নিং চরাংনখ্রে। ব্রাহং খরা পাউখুম ফংদ্রবসু মথক্তা হংজরি—

'করিগীনো মাগীসিবু ? অশুক শাউগনখ্রবী মানা ঙসিদি ষণ অতেবীগুম তেথরগা, লুপা লিশিং মঙাগী ময়াদা লৈরমগদবা সনাগী খুদোপ ফজখ্রবা অচৌবা তহা তহা শিজিনবীরম্লগা তুমিন্না চৎখ্রে। মাগীসি, মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনিশে।' মহাক্না ব্রাখলদু ফাথরগা কলম অমুক পাইখৎতুনা অপনবা ব্রাখল অদু লৌথোক্লবা হোৎনরকই। অদুবু লুম্লবা সনাগী খুদোপ্না ব্রাখলগী ঈচেল ঙাকখ্রে। গোবীন্দ ফম্লম্বদগী হৌগৎতুনা তম্থরম্বা পূক্নিং তেখৎনবা তিংলি য়াংলিরম্মী। পম্থবা ঙম্লক্রুবা পূক্নিংনা লমজিং চাউবীয়াইগী মনাক য়ৌশিল্লকখি। তুমিন্না ফম্লম্বী মহাক্কী মনাক্তা তপ্না ফমথরগা হংলকই—'তলব ফংলব্রা ?'

চাউবীয়াই মোমোন নোক্লগা খুম্লকই—'ফংলে, থা অনিগী পুম্না।' মহাক্কী পাউখুমদুনা পূক্নিং পেলহনবা ঙমদবনা ব্রা মখা তানা হংলকই—'চহি মতাং অসিদা ঐবু মীনা নোক্লরোইদ্রনে নঙগী খুদোলশে ?'

চাউবীয়াইনা ফাঙমদ্রবা মীনোক অমা হৌনা নোকথোকউরগা পাউখুম্লকই—'নোক্লশনু ! পাউখুমসিমতংদি পীবিরম্মু। ঐগীসি পুন্সি লীপুন শেমখিবা চহি কুনমঙা শুরকপগী, ঐখোয় মমানা নীংশিং খুদোল ওইনা তম্বীরকপনি।'

ব্রাফম অদু তাবদা ঙহাল তলব ফংবা নুমিত্তা মখোয় মমান্নবশিংনা নাশোন্না ঙাংনখিবশিং নীংশিংলকই—'ঐদি মোবাইল ওইনা লৈবীখিবা তারে।'

'ঐদি খুদাং ঘড়ি, স্নাগী মরি ওইবদু, ওইনা লৈবীরগনি।'

'ঐদি খুদোপ ওইনা শাবীরগে।'

মসি মতমসিগী ঈচেলদা অনৌবা অহোংবা অমা চৎনবী ওইনা তাউথরক্লিবা ঈহৌনি; নকশিন্দবদি ফবা জাৎনি। গোবীন্দ ব্রাফম অতে কোথরুদ্রে। ফম্নম্বদগী হৌগৎতুনা মাগী কাদা হঞ্জীল্লক্তুনা তুমিন্ন ফমই। মথন্তা খল্লকই, 'কয়াদা কনখ্রবা ঈরৈনো, ঐখোয়বু নাথৈদুনা থম্বীরমদে ঐগীসু শরুক থুংলক্লি। ঐদি কাউথোকলুরবনিনা ব্রাখঙদবা নুপা হায়বদু শোয়দনা তারম্লগনি, লুখ্রেদা হিংগদবা !'

চাউবীয়াই শঙ্গোম গীলাস অমা মপুরোইবগীদমক হাওনা শেম্লগা পুরক্তুনা তেবলদা থম্মী। ঙসাই পৈশা থারম্বগী চেনিং অদুসু মমাঙদা থম্লগা হায়রকই—

'নচানুপানা ঙসায় লূপা লিশিং অহুমদং থীবীরকউ হায়দুনা ফোন তৌরকপদগী ঐগী তলব ফংবগা মতাং চান্নদুনা থাবীখ্রবনি, চেনিংদু অসিদা লৈরে, থমজিনবীয়ু।'

গোবীন্দ চেজেৎ পায়খৎতুনা শঙ্গোমদু থক্লা থক্লা ঙাইহাক য়েংই । চাউবীয়াইদি তপ্লা কাদুদগী থোকখ্রে। শঙ্গোমদি থকপা লোইখ্রে অদুবু ব্রাখলগী ঈচেলদি থীংজিনবা ঙমদ, ঈরৈদা ঙাইহাক্তুং নৈশিল্লুরি।

'মৈবু ব্রাইনা কুপ্তুনা থম্বা ঙমদবগুম মবুকচেল পীকপা কনাগী মচিন্দগী নোংমদি শোয়দনা খঙনরক্কনি, মহাক ঐগী অশেংবা ঈ নত্তে। থিরক্কনি হৌরকফম পারি-পুরিগী, লিরুগনি খোঙ্গুল ফদাং অমসুং কসোম খুল্লেল। খোৎতোক্তুনা অদুঙৈগী কিন্থখ্রবা ব্রারী কয়াবু চিংথোক্লখিনি নৌহৌন্না অমুক। চৎখিগনি ইনাক্তগী নীংবা কায়না মহাক চৎখিগনি মতমদুদা নুংশিনা কিজরম্বা থম্মোয়নুংগী লংলা মচল-মবুংগী, মমা-মচাগী মতৌদু উরগা ঐনা খাম্বীনুংদা চোংশিল, কয়াম কুইনা মথৌ শঙগনি মন্থরবা ঐগী নীঙমদ্রবা পৃক্লিং।'

অব্রাবগী ঈরৈদগী ফাউগৎতুনা গোবিন্দ শিন্থরম্বা মপি তপ্লা তৈথোক্লি। গাড়ি মখোল তাবদগী-মপান্দা যেংথোক্লই। মচানুপী চীংলেম্বী তফিং তফিং কোলেজদগী হল্লকপা ওইরম্রে। মমা লৈরমদবদা মপাবুং কৌরদুনা হংলকই—

‘পাবুং ! ইমাদি ?’

গোবিন্দ হিপ্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা ফম্নগা খুম্নকই—

‘কৈদৌরবগে ইবেম্মা ! নমাদু হৌজিক্তা লৈখিবদাই।’

‘‘অদুদি কদায়দা চৎখ্রবা ?’

মফি হোংদোক্লগা চীংলেম্বী মপাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্কুনা হংলকই -

‘পাবুং, ঐখোয় তামোসি মীরমদা কয়াম কুইনা লৈখিগনি ?’’

‘মথংগী চহীদগী য়ুমদা অদুম লৈরগদবনি।’

‘নুংঙাইজরেদা অদুদি। নোংমৈদগীদি, ডাক্তরগী মচল কাদু ওইরগনি। লৈকাই ইমান্নবী লমকেৎপীশিংগী মমাঙদা লেম্না তামোগা খূৎশম্না হব্রা চাব চৎপা ফংলগনি।’

‘তপথখো, ইচাতোম্বী। আদা নবুংদু খুদিকা থিগনি। য়ুমদা নে তানা থোক্লকখিশনুকো, ইরাং মতাশিগা।’

মপানা হায়বা তাদনা মচানুপীনা হায়রকই—‘পাবুং, ঐখোয় শঙ্গোয় মচাসি শিদোক্লগা মথক মখা ওইনা শাংনা শাদোক্লশি। অদুগা অতৈ থৌরাং কয়া পায়খৎনবা।’

‘হোয়, ঐগী তলব ফংখিশনু।’

‘পাবুং, তপ্লগ্না কোম্নরোই সার্ভিস লোন ওইনা খরা লৌনবা তাম্নশি।’

‘খঙন-চান্নবা লৈতে ইবেম্মা, ইচানা তান্নগদৌবদা ঙাইরে।’

‘তান্নগে পাবুং। ঐগী ইমান্নবীগী মপা বেঙ্ক মেনেজরনি মাগী খরছা খরা তৌবীথ্রগা লোইরে।’

ব্রারী শান্নরিঙৈ মপাগী ওইথংবদা শিরিবা স্নাগী খুদোপ অরংবদু হেক উরকই। সনা উবা য়াদবী মচানুপী চীংলেম্বীনি। হেক উবগা চঙশিল্লক্কুনা মপাবুংগী মমাঙদা লেপ্লগা হায়রকই—

‘পাবুং, খুদোপ্তু অমুক্তং য়েংজগে ?’

মপা ইঙক ঙকই। মচাদা খুদোপ্তু থাঙ্গৎতুনা য়েংহল্লি। ঙাইহাক চাগদবগুম য়েংঙুরগা হায়রকই—

‘পাবুং ঙসিদি সনাগী খুদোপ ফজবা অমা শিরম্মীনা, ঐগীসু চৎথোক খোৎতোকপদা শিনবা অমা শাবীয়ু।’

গোবীন্দনা মচানুপীবু থেমজিল্লগা হায়রকই—‘ইবেম্মা, মসিদি নমানা ঙসি লৈবীরকপনি । নমাদা ওইনা হায়য়ু।’

মপাগী ব্রাহৈদা ব্রারৌখ্রবী চীংলেম্বী ফেৎ হাইদোক্তুনা মাগী কাদা চঙলগা প্রেম শুঙ্গৎতুনা পিরাং শিম্বুরক্লবসু হিক্লা হিক্লা কপখি।

মচানুপী ব্রারৌখ্রে খঙলবা মপাবুং গোবীন্দ ভুমিন্না ফম্বা য়্যারক্লদুনা হৌগৎলগা মমা চাউবীয়াই থিরকই। ইখোন্দা থেংনরে; তুংথ-মাংথ চাকশঙ য়ৌশিল্লই। মচানা ব্রারৌনা কপ্তুনা লৈরম্বা মখোল তারকপদা মপুরোইবদা ওনশিন্দুনা হংলকই—‘করিগীনো নচানুপীনা কপ্লীবশে ? কোলেজদা কননা করি হায়রক্লবা জাৎনো ?’

গোবীন্দ মঙোন্দা শিরীবা খুদোপ্তু লৌথোক্তুনা মখুবাক্তা থম্লগা হায়রকই—‘খুদোপ অসি উবদগীনি। মাগীসু শাদবা য়্যারোইদৌরি। মসি কাইথোক্লগা শাবীগেরা নৎত্রগা মসি থমজিল্লগেরা অমদি তৌদবা য়্যাররোই শে। অদুগা মসি শিরবদি হয়েং ইমান্নবশিংনসু ব্রাহং কয়া হংলক্লদৌরি। মদুগী পাউখুম ঐ পীবদা খরা ব্রাগনি।’

গোবীন্দনা খুদোপ্তু পীরম্লগা চৎখিগে তৌরকপদা চাউবীয়াইনা মখুৎ পায়দুনা খাম্লম্মী। অদুগা হান্নগুম খুদোপ্তু অমুক শিজিনবীরগা হায়জরকই—‘মসি ঐগী খুদোলনি। নচানুপী মরৈদুগীসু হয়েং শাবিরক্লগে। অমুক্তা চঙশিন্দুনা খরা থেম্বীরম্মু, ঐ শঙ্গোম পুরক্লে।’

গোবীন্দ ব্রাখল ঙাইহাক তৌদুনা লেপ্লম্লগা চীংলেম্বীগী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লক্তুনা লেপ্লী। অদুগা হায়রকই—‘ইবেম্মা, নমানা হয়েং ইচাগীসু শোয়দনা শাবীরক্লগে হায়রকই।’

ব্রারৌনা কপ্লবী মচানুপীনা, মপাগী ব্রাহৈদু থাজবা ঙমখিদে । মরম অদুনা শাউনা হায়রকই—‘খঙজরে, ইমানা অমৃত জল খীক্লনবা পাবুংবু ইনাক্তা থাবীরকখিবনি। লাকপীরগনু ইনাক্তা, শক্তি লৈত্রবদি।’

মচানুপীগী ব্রাহৈদা উপায় লৈত্রবা গোবীন্দ ব্রা মখা তারমদনা মচাগী কাদগী মপান থোকখ্রে। মতমদুদা মপা মচাগীদমক শঙ্গোম পুরদুনা চঙশিল্লকই। গীলাসতু তেবলদা তপ্লা থন্নগা মচানুপীবু থেন্নদুনা হায়রকই—

'ইবেম্মা, নঙবু শাউখিনু ! শে, শাউগে হায়রবসু শঙ্গোমশি থকচিল্লগা শাউ।'

মমানা নানবীরকপা মখুত্তু কপ্পোক্লগা শাউনা খুন্নকই—'থকচনিংদে, নঙগী হৃগুন্নবা শঙ্গোম ! ঐদি মীতোপনে লাকপীগনু ইনাক্তা কনা অমত্তা, ঐ ইথন্ত লৈজরগে।'

'মীতোপকী ব্রাফমদু পুশিল্লক্কনু ইচাতোম্বী। ঙসি অসি নমা-নপাগী পুন্সি লৈপুন শেমখিবা চহি কুনমঙা শুরকপা নুমিৎনি। মণিপুরদা চৎনবী অসি তপ্লা তপ্লা লাক্লি। নুপা ওইবশিংনা লুহোংখিবা নুমিৎ অসিবু কাউদনা নীংশিংদুনা লৈহন্নবা অঙম্বা খুদোল অমমম তম্মৈ। ঐখোয় ওফিসতসু মমাঙগী হপ্তাদগী ইমান্নবীশিংনা মাগী মাগী মপুরোইবশিংনা পীবিরকপা খুদোলশিংদু য়েংনরকপদা ঐগীদি হিরম অশোমদা খোইজংদ্রবা নঙগী পাবুংনা, করিশু খঙশিন্দা লৈখিবনা হয়েংদি ইমান্নবীশিংনা হংলকপদা পাউখুম লৈরোই খন্দুনা ঐহাক নাইতোম তানা থব্রায় নুংঙাইতনা ফমখি। ঈশ্বরগী নোংদম ঙরাংদগী কোইচেন চেন্নরিবা তলব অদু ঙসি ফংলে। থবক হল্লকপদা ঐনা খল্লি, মানা নীংশিংবীদ্রবনিনা ঐনা মাগীদমক খুদোল অমতংদি তলব অসিদগী কাইথোক্কনা লৈবীখ্রগে। ব্রাখল অদুদগী স্না য়োনবা দুকান্দা চঙশিন্দুনা লৈবীরকখিবনি। নঙনা অশুম্না নীংঙাই তৌরবদি নঙগী পাবুং ইকায়বদগী শোয়দনা নমাগী খুদোলদু শীবা ঙমদনা লৌথোকখ্রগনি। ইচাগীদি সনা শাফম অমদা চৎলগা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা নুঙকা হাপ্তুনা শারুগদবনি। তপথখো ইবেম্মা। শে শঙ্গোম অসি ঈংখ্রগনি থকচিল্লু। ঐ হঙ্গাম য়েল্লা খরা চমফুৎ চানিংদুনা হেক্লুবনি। নুমিৎ তাখিগদৌরে, অমুক্তা মল্লুখিগে। ঐ চৎলেকো, ইবেম্মা !'

মমা চাউবীয়াই হায়রন্নগা মপান থোকখ্রে। মচানুপী চীংলেম্বী খন্থরুবদা মথন্তা ইকায়জরকই। মথন্তা খল্লি—'কয়াদা নুংশিখ্রবা ইমাগী ব্রাখলনো। ঐদি মরম খঙদবনিনা ব্রারৌনা শাউরুরি। চন্নবা ইমাগী নুংশি ঈচেলদা থীঙেল থীংলুবা ঐদি ওম্পোক্লা পঙই। হে ঈশ্বর ! ঐগী ইরালসি ঙাকপীয়ু পলেম-পম্পৌ অনীগী নুংশি-লীপুন চেৎহনবীয়ু।' ❑

# ইকাঙা

বল্লহারি শীনগুবা মীওইনি। মহাক্না মন্ত্রি-ফাত্রিগা লোন্দীন্নবনা মন্ত্রিগী ময়ুমগুম্না মতম নত্তনা ইকাঙা তত্তনা কারকই। মসি মহাক্না ঙারম খঙনা ঈরম ফাৎপননি। মহাক্তি থবক চিঞ্জরীবা মখৈ হরাউজে। লৌমীশিংগীদি চিংজিন-পোইনু, কুম্বী-কালেন মতম নাই থবক শুবগী, অদুবু মহাক্কীদি শ্বর ফাওবা শাংনা হোম্ননবা মতম ফংজদে।

মহাক্না খ্বাইদগী হরাউজবা মতমদি পুলিস, আর্মি, নেভি এয়র ফোর্স খল্লকপা মতমদনি। হন্দক আই, আর, বি, চনীমুক লৌগনি তাবদগী মঙোন্দা ফোর্ম পিশল্লীবা অপুনবা লিস্ট অমা মহাক্কী বেত্তা হাপচিন তহা তহা ইমুংদগী থোক্লকপদা মখোয় লৈকাইগী বাবুল, মহাক্কী ক্লাস ঐতকী সার্টিফিকেৎ অমা পায়দুনা মপান্দা ঙাইরম্বা উরকই। হঙলমদ্রবদি ফজদ্রদুনা চঙশিল্লগা তহা তহা হংই—

'বাবুল, করি তান্নশিবা ?'

'কাকা ! ঐ শিফায় য়াম্না ওইনীংই মতম য়ারিব্রা ?'

'য়ারি। অদুবু য়েন হুরানবা, নীশা শিজিন্নবা মীওইদি খরা ব্রাগদবা মাল্লিনে।'

'কাকা, ঐ থা অমা ফাজরে; পুম্নমক লেপচবা। শিফায় ওইরবদি পুম্নমক থাদোকচবা ঙমগনি।'

ঙাইহাক মকোক নাম্থরগা ব্রাখল তৌই। মতুংদা ফোর্ম অমা মখুত্তা শীন্নে, অদুগা হায়রকই—

'ফোর্ম অসিদা ঐনা তিক তৌরিবা মফমশিং অদুখক্তা নমিং ইশিল্লকউ, অতৈদি ঐ আদা মেনশিল্লুরগে।'

ফোর্ম লৌদুনা মমিং শৎ শৎ ইশিল্লগা বল্লহারীদা খূৎশিন্নে। অদুগা নোল্লুক্না হায়জরকই—

'কাকা, পৈশাদি কয়াম থৌরাং তৌজৌ হায়বগে ?'

পৈশাগী ব্রা হৌদোক্লকপদা নোকফেৎ তৌজে, অদুগা বাবুগী শবান্দা মুম্না য়েংলগা হায়রকই—

'ইবুংঙো, নঙগীদি ময়ামদগী খরা হেন্ন চঙগনিবো। করিগীনো মরম পীরকউরা ?'

'কাকা, ঐ ভাব তাজরে। ঐগী শেপ্পবা মীৎ, চিংলীবা খোং পৈশানা মেন্নবনি।'

'অদুনি ইবুংঙো, পূম্নমক পৈশানা ঙমহনগদৌরিবনি।'

'খঙজরে, কাকা।'

'অদুদি হনখিবগা পৈশাগী থৌরাং তৌরুরো, অহন্দা মমুৎ তানদি ঙাংনৌকো, হয়েং ময়ামদগী নঙনা হেন্না পৈশা চঙই হায়দুনা পাহোম্বা লাক্কনি, খুরাদো !'

'লাকহঞ্জরোই কাকা! থবকপু ওইহনবীরবদি ননাইসু পেঙবা ইবোকশিগীদমক শোয়দনা কাহঞ্জরক্কনি।'

'ঈশ্বর খুরুমউ; মঙ্গোল ওইননবা। ঐ অমুক য়ৌশিল্লুখিগে।'

'ঙসিমক ইমাগা তান্নদুনা খুরুমজরুগে, কাকা।'

বল্লহারী মহাক্কী গাড়িদা কাখৎতুনা চৎখ্রে। বাবুলনা ময়ুমদা নুংঙাইবা মঙলান কয়া শাগৎতুনা হল্লকই।

বাবুল তোম্বীগী অহুমশুবা মচানুপানি। ময়াম্বা অনীমক লৌমীনি। নুপী অঙাং থীরকপদগী তোঙানখ্রে। হৌজিক মচল অমগা পলেম-পম্বৌগী মরুম থুপ্না হিংজরিবনি।

মচানুপানা মপুক্লিং হরাওনা ঈশৈ ঙংদুনা হল্লকপা উবদা মপা তোম্বীনা হংলকই—

'কমদৌরে, ইবুংঙো ?'

'পৈশা থৌরাং তৌরো হায়রকই।'

পৈশাগী ব্রাফম পল্লকপদা লীকচপ্পবা তোম্বী, মশা পূম্বা হমাং অনক্পী কারকই। মচানুপাদি ব্রাফমদু ফোঙনোক্লগা ময়ুমগী থবক তৌবা চৎখ্রে। তোম্বী মথন্তা

মথা শাহৌই। 'হৌজিকপু লুপা লাক্ষ অনী অহুম থিরুগনি, কদায়দগী ? লৌচা পরি অনী লৈজবদু য়োম্হোকখিবা নত্তনা পৈশা পুফম লৈরোই।'

লৌতা ফজবা, শরক ময়া ওইবা, ফৌরেল লৌফম্নি। মচাশিংনা য়োম্হোকপ্লসি হায়বদা মপুনা লৌফমসিদি য়োম্হোক্কনু হায়রম্বদগী ঙসি ফাওবা খাঙদুনা লৈরকখিবনি। য়োম্হোকখিবদা অসিগুম্বা অনকপা খুদোংচাবা লৌফমদি অমুক হন্না ফংলরোইদবনি। ইখোল মচেৎ অমা লৈজবদু য়োম্হোক্লগনা ঐখোয় কদায়দা লৈগনি। ফোইফম-শীকফম লৈরোই খুঙ্গংদা। অহিং তূম্বা য়াদ্রে। ব্রাখলনা পুক্লিংগী খলদা থাঙ্গত্তুনা চাং ওল্লি ! নোংঙান্দরে, মহাক্না থাজবা শেঞ্জাও পায়বা মহাজনশিংগী থোংজিন্দা লেপলুই। মমল কাখৎনা হায়রুবনা লুপা লিশিং চৎপীনা থন্না য়াওরিবা উপু বাক্সি কনা অমত্তনা হাংগে হায়বীরক্তে। নীংবা কায়না নুংশা মরক্তা খৌগংনা ময়ুম মায়গৈ পাংলকখি। উপায় লৈরক্রবদা মচা অনী কৌশিন্দুনা্ন ব্রাতানৈ। কায়নথংদা মমল খরা তাথনা য়োনখিবদা ব্রারেপ তানরে। মমল খরা তাথনা য়োল্লগনি খঙহনখিবদা, ওইজবা পাম্বা মহাজন, থিকাদার, কারবার ব্রালা কয়ানা তোম্বীগী শুমাং চোল্লরে। তোম্বী কনাদা য়োনগদবনো খংলক্রবদা মচা নুপা বাবুলনা ময়াম মমাংদা হৌগৎতুনা হায়রকই—

'ঐখোয় লৌফমশি নিলামগী মওংদা থাজরগে। অঙম্বনা লৌবীরো।'

অমনা হৌগৎতুনা হংলকই—'ইবুংঙোগী অপাম্বা শেনফম্না কয়া ওইবীরবনো ?'

বাবুলনা নোক্লগা খুন্নকই—'লাক্ষ অহুমদংনি।'

'অদু ওইরবদি ঐ লুপা শিশিং তরা হাপচরে।'

অমনা মথুৎ থাঙ্গৎলদুনা হায়রকই—'ঐনা লিশিং মঙা হেন্না হাপচরে।'

অমনা হৌগৎতুনা হায়রকই—'ঐনা লিশিং কুন হাপচরে।'

। গৎ লৈবা মহাজন অমনা হৌগৎতুনা হায়রকই—'ঐ ইবুংঙোগী অব্রাবশি উরগা লুপা লাক্ষ অহুমগা মখায় পীজরগে মসিদা ময়াম য়াবীরো লৌফমশি ঐনা য়াম্না পামজৈ ফার্ম তৌজগে।'

নহা খরা ওইবা অমনা নোক্লগা হায়রকই—'কাকাগীশিদগী লুপা লিশিং তরা হেঙ্গৎনা পীজরগে। ঐহাক ফজববা হৈকোল-লৈকোল অমা ওম্হোক্লনা ফিলম সুটিং তৌফম ওইননবা শেমজরগে। খোঙদাফম নাতে চায়।'

মহাজন বীৎ মাংদুনা ময়া কুম্নগা লৈহৌরে। মতৌ অশুম্না লাকপীরিবা ময়াম্বু চা অমমম পীথক্লগা লুপা লাক্ষ অহুমগা লুপা লিশিং হুন্দ্রুদা লেপ্তুনা পৈশা খুৎশিন্নরগা, পায়শিন্নরক্লম্বা মৈরানবীশিং ময়ুম মায়গৈ ভাল্লম্বা থাউমৈনা মুৎখ্রবদা পাইনখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। হিয়াংথাঙ চৎতুনা লৈরুবা পেঙবা অহিংবদু কেজি মঙা পুরদুনা মপানা লুপা লাক্ষ অহুমগী খাউ অমদা হাপ হরাও হরাও পরপ পরপ বল্লহারীগী ময়ুমদা মপা-মচা চঙলকই। নোংমাইজিং নুমিৎ ওইবনা মহাক থবক অতৈ চথোক্লমদে। মখোয় মপা-মচাবু কৌশিন্দুনা মাগী কাদা ফম্মিন্নে। পুথোক্লকপা চা থকমিন্নে। তাঞ্জা য়েংলগা মপা তোম্বীনা পৈশা চবুলদু মমাঙদা থম্নগা হায়জরকই—

‘ইবুংঙো, লুপা লাক্ষ অহুম্নি। ইবুংঙোগী থবক অসিদবু মঙ্গল ওইরবদি হায়দুনা ঐগী থোঙ্গাল মনাক্কী অপুনবা লৌ-পরিদু থাদোকখ্রে। অব্রাৎপা লৈরগসু তাম্নশি।’

বল্লহারিনা খুমদ্রিঙৈ বাবুলনা হংলকই—

‘কাকা, ফিজিকেল তেষ্টনা কৈদৌঙৈ তারবা ?’

ঙহাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা বল্লহারীনা হায়রকই—‘ইম্ফাল ব্রেষ্টকী ওইনা হয়েং তারগনি। অদুবু ইবুংঙো নঙগী ট্রেটশি নোংমৈ পায়বা জী,ডি, ওইরোইদৌরি চাকথোংবা, ব্রাইশিৎপা নৎত্রগা শম ককপগীদা ওইনা তাগদৌবা মাল্লি।’

য়াম্না নীংবা কায়না বাবুলনা মথন্তা শোল্লকই—‘ইশ ! অদুদি !’

মহাক্কী মতৌদুদা মচাবু থেমজিল্লগা মপা তোম্বীনা হায়রকই—

‘ইবুংঙো মখোয়সু আর্মিনে। তলব অদুম ফংগনি নশাসু কোমগনি। হৌজিকপু লৌ য়োম্লোক্তুনা হোৎনরগা নীংহম্নবা হৌনদে। নহাক্কী ফিভমদুসু খল্লু।’

মতমদুদা বল্লহারীসু ব্রাপাংলদুনা হায়রকই—

‘ঐসু হোৎনববুদি জী,ডি,গীদা য়াওনবা হোৎনগনিদা অদুবু নহাক্কী মীৎ অদুগা থোংদুনা মরম ওইরগা ময়াম মমাঙদা খনগদৌরিবা ওফিসার অদুগী মায়

ওইরোইদবদো অদুগী ব্রানী। অতৈ ঐনা হায়রিবা ট্রেংশিংদদি খরা কোমথোক্লদবনা হায়বনি। খল্লো, খল্লো পৈশাগী ব্রাফম্নি। শেনফমসু খরা শাফগদবা।'

পুক্লিংগী অপাম্বা ফংদ্রবদা খোইশাওনরবা বাবুল ফল্লবদগী ফুক হৌগৎলগা ব্রা ঙাংলমদনা মপান থোকপ্রে। মপানা হৌগৎসি কদায়, ফমশি কদায় লৈতাদনা লৈরী। ইঙ্গীৎ খঙবা বল্লহারীনা লুপা ময়োমদু মপা তোম্বীগী মখুত্তা শীল্লরগা চিং লেম্না হায়রকই—'খুরা, বাবুলশি মহাক্না পামজরব ট্রেংতু ফংঙোইদৌবা মাল্লি হায়রুবগী ব্রারৌদুনা চৎপ্রে, লৌশিনবীয়ু শেনফমশি।'

ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা মহাক্কী নুপীদা থৌদারকই—'হায়! তারিব্রা? হৌজিক পুরকখিবা পেঙবদু অমুক পুথোকরুউ ব্রা শোইরোম্রে হায়।'

বাবুলগী মপানা পৈশাদুদমক পায়রগা হৌগৎতুনা ইকায়-নুংশি য়াম্ন হায়রকই—

'ইবেম্মা! ঙাদুদি ইমাসিগী হানবা থম্বীরো। ঐগী অঙাওবা, য়েন, ঙানু হুরানবা, মীৎশেম্না খোঙচিংবশে অমুক্তা থেমজিল্লুখিগে। ইবুংঙো ব্রারৌবীগনু অমুক শোয়দনা লাকচখিগনি। হেরা! মী মশক খঙদবা শারদনা! ইকায়দবসিদি! লৈরমশনু য়ুমদা ঐনা পায়রিবা চৈশুশিনা হেক্তা শাম্লরগা লোইরে। মশাগী ফিভম বয়শতি হেক য়েংদনা! ইবুংঙো শাউবীগনুকো অমুক য়ৌশিঞ্জরে।'

'অহোয়, খুরা! অশুম লৈজহৌরে।'

অহন্দু ইকায়-নুংশি য়াম্না হনখ্রে। বল্লহারীনা নুংঙাইতনা য়েংদুনা লৈহৌই। মহাক্কী নুপীনা পেঙবা ঙাদু পুরদুনা ইমুংদগী থোক্লকই। অদুগা হায়রকই—

'কৈদৌনরে, ইকাঙা অমুক কুমহনখিগে তৌরবদি লোংঙুপ মফম চাহৌদ্রব্রা?'

'ঐনা চিন পুৎথরুবননি।'

'করি ব্রাফমদা?'

'মমাংঙৈগুম্না য়াগদরা হায়দুনা ফিভম চুমদবা খরা পৈশানা চুমহনশিরা হোৎনরুবা অদুবু প্রজাগী ঈহৌশিদা হন্দক্তি অচুম্বা মওং খরা উহনগনি হায়রয়দুনা মখোয়গী ফিজিকেল তেষ্টতা লৈগদবা ওফিসারদুনা ঙরাং

খঙহল্লকপদগী বাবুলদা ব্রাফম অসি খঙহল্লুবদা ব্রারৌদুনা ফুক হৌগৎলগা চৎখিবগী ব্রানি।'

'অদুদি ঙাশি চারুবদা মচি ওইরোই। মশাসু কল্লি মনীং পৃস্ত্রিদা থাদবীগ্রগেকো।'

'হোয়, থাদগেরা থীনবীরুগেরা অমদি তৌরো।' ❑

# খূদোল

য়াওশঙ ময়ানি। অঙাংশিংনা য়ারেক্লবা খোল্লা মচা মচা শাদুনা অহিং য়াইরেক্লরি। নুংশিরবা চৎনবী কায়দরি ঙসিসু খুঙ্গংগী লমদা।

খোক্লিবা কোরৌনা ময়ূম চংলমদায়ূ অমুক্তং লৈনা য়েংলকপদা উরি 'মূক্লা মশাল্লা' মুৎপ্রগদবা মতমগী ইরোলনুং। 'মূক্লাগী লৌ' মখলগুনা তাকপী তম্বীরি মথক খোংবা অহৈবশিংনা। খরা হৈরবা অঙাংশিংনা ময়াম্বশিংগী মতুং ইনা লাউরী—'হরিবোলা'। অতোপ্পা খুঙ্গংগী মমাল্লবশিংনসু মখোয়গী হরিবোল লাউবদু তারগা খুল্লকই—

—হরি, হরিবোলা।

—হে হোরি।

—য়াওশঙ মতম ওইরক্লে !

—হোয়, হোয়।

—অৱাং-মচা !

—হোয়, হোয়।

—মুক্লাবুদি ?

—হোয়, হোয়।

—থাদশিকো !

—হোয়, হোয়

অঙাংশিং অদু লাউশিল্লরম্বগী চঙশিল্লরকই। নাকল অনীগী চরাংনরবা খোল্লাও মরক্তা চাউবনা মহাক্কী লূনা তৌজবা শগোল অঙৌবদু তোং ময়ূমদগী তপ্পা তপ্পা থোক্লকই।

পানথৎলকপা থাজনা মপূং ফাদ্রিঙৈ মালেমদা অনৌবা ইনোৎ হাপ্পী। ইনোৎ অদুনা চাউবগী পূক্লিংবু খোইরাং হনবনি। পূক্লিংগী বসন্ত লৈকোন্দা !

মাগা খঙনবা অঙাংশিংনা ফাগী তৌদুনা লক্লরকই—

'তা চাউবা !'

‘করি হায়বগে।’

‘কদায় চৎলুদৌরিবনো ?’

‘অম্বায় ফাওবা কোইখোক্লগে।’

‘ঐখোয়স্ খঙইকো তা চাউবা !’

‘খঙলবদি কৈ, এ !’

‘অদো, হোয়েল অহিং য়ারেকপা খোকপীরকউ ঙরাংগুম্না।’

‘তক্রগদি’ - হায়রল্লগা মাগী শগোলদু খুরুপ থাদুনা খৌরগা চৎখ্রে।

চৎনবীনি খুজংদা য়েলহৌঙৈদগী থাবলগী মঙান্দা শাবী-শানৌশিংনা ফৌগু লংনবা, লিকোন শান্নবা, হরি উথাল লৈ লেংবা। লুপথরক্লিবা মতমগী ইরোলনুং চাউখৎপগী ঈপাক্তা তপ্না তপ্না ...। অদুবু হেম্না শাফোংলক্লিবদি ‘থাবল চোংবনি, লপিংগী মফোলগুম য়াংনা তাউখৎলক্লিবা অরংবা মঙাল, অনৌবা খোঙ্গেল মরক্তা।

মীরবা খোঙ্গেলনি লুম্নবা তাম্না লেঙথরক্লনা মালেমদা চোংলরিবা স্বগগী জগোয় শাবী অপশান্না কয়াগী মরক্তা গুনিংদবা লাই তম্নরাই য়োং শংওমগুম্বা কয়াগী থরায়না মীওইবগী শক্তম লৌদুনা হন্নাউ মখোইকা চোংলিবা থাবলনি, নাথৈদুনা থম্বীরল্লবা য়েলহৌঙৈগী তাম্না। লাইওম্রবা ইবুধৌ-ইবেনধৌ কয়াগী থরায়না ওনম্রবা থরান্নিচাকশিংনা য়েংথরক্লি নোংমদোল থক্তগী তগুপ তরং, থল্লমগনি রাখল তাইবঙ কুম্মৈ অসিগীদমক—‘মীকপ মীরাওখোল মরকশিদা পেম্থোকপা গুম্মীদকো হে নমু তাইবঙ মীওইবা ! করি রাখলদসু হন্নাওরিবা তেল্লবা নিনিগী কুম্মৈ অসিদা।’

পিনৌবা থরান্নিচাক খরদি অদুঙৈ ব্রারী কয়া নীংশিংলকপদা শীম্বরক্লী পিরাং খঙহৌদনা, মরক মরক্তা অদুঙৈগী মালেম থক।

চাউবা থাবল ঙাইহাক তুমিন্না য়েংলমই। অদুবু চাউবী মশক উবা ফংদবনা মযুম তম্না মহাক্কী শগোল খৌরকখি।

থাবল ফরবা অহিংনি। চাউবী অমসুং কিরনবলা মখোয় অনী গুমাঙদা ফৌগু লংদুনা লৈরম্মী। চাউবা শগোল থক্তগী কুমদুনা মখোয়গী কৌবীলা

মখোঙদা মহাক্কী শগোল অদু চেংনা পুনশিলল্লগা মনাক্তা গম, গম, চঙশিল্লকই। মহাক লাকপা কিরনবলানা উরদুনা হৌরাউনা কৌশিল্লকই—

'তা চাউবা ! লেঙশিনবীরাকউ।'

মচে চাউবীনা মনাওদা থৌদারকই—'ইবেম্মা, ফিদা লৌথোকউচো।' ইমুং চঙদুনা কিরনবলানা ফিদা পুথোক্লকইে, মঙ্গোলদা থাই। চাউবা অমসুং চাউবী মনাওনা থারম্বা ফক্তা চঙশিন্দুনা ফম্মি। অম্রা-পোখা ওইনা চাউবদা ৱারী হৌরকই—

'তা চাউবা ! ঐদি মপান থোকপা ঙমদ্রেবো, ইমান্নবীশিংনা লক্লবদা।'

মহাক্কী নোক্লিং ৱাদু ভারগা চাউবনা নোক্লগা হায়রকই—

'করি হায়না লক্লরক্লিবা ?'

'অদুবুরো, ঐশে লাইবকফবী মপোকনেএ।'

'করম্না লাইবকফবী ওইরিবা ? হায়রকউ তাশিনে।'

'মশক ফজবা, থবক ফবা, হায়নখিবা ৱাফমদা হোংদবা, মচল-মচেবু লুনা তৌবীবা, পুকচেল চাউবা বি,এ, ফার্স্ট ক্লাস অমনা লোইবী চীংজাওগুম লেংদনা লৈবীবা অসিবু লাইবক ফবা নত্তরো হায়দুনা ইমান্নবী কয়ানা করেম্নরকই।'

ৱাফমদু তাবদা নোংক্লিংলুরবা চাউবনা হৌনা ঙাইহাক নোকথোকউরগা খুন্নকই—'হায়গে হায়জশনু, না ওইনা হেক তারুগনু।'

'অদুতা নত্তে-এ, হায়রকইবা'— চাউবীনা মখা তানা হায়রকই।

'তম্মুনে তাশি।'

'মখোয়গীদি ফৌগু লংবীনবা লম্লানবা খোইমু কনাসু পাইরক্তবনা ঙন্তা ঙন্তা কিনদুনা থবল ফরবসু তূম্বা চঙনরে। নখোয়না ফৌগুবা লোইরকপদদি ঐখোয় মীকপ অনীরকপু থোক্লরে।'

'অদুদি অকায়বা ৱা য়াওদেদা, হায়গে হায়জশনু কৈদৌবগে?'

চাউবগী ৱাফমদু য়ানিংদবনা চাউবীনা খোন খরা ৱাংলপ্না হায়রকই—'অদু ইরবসু ঙাইহাক লৈতনা থেংনবা খুদিংগী হায়রক্লবনিনা শাউনিংঙকইনে।'

চাউবনা থেমজিন্দুনা তপ্না হায়রকই—'শাউরুগনু ইবেম্মা, তপথৌ মতমদুদা, মীতেক-মীরৌ খঙবী ইবেতোম্বী অহাংবা তাঞ্জা অমা য়েংলগা মচাগী মনাক্তা লেপ্লগা তপ্না হংলকই; 'ইবুংঙো চাউবা নত্তব্রো ?'

ব্রারী শারম্বা ঙাইহাক লেপ্লগা চাউবা খুম্লকই—

'মানি ইমা ! ফৌশু-লংবা লাকচরম্লীবা।' মখা তাথনা ইবেতোম্বীনা হংলকই—'চাক্তি ?'

নোক্লগা চাউবনা খুম্লকই 'চাজরক্লে।'

'খঙদ্রেদা ইবুংঙো, নীংঙোল মমা ওইরুবশিদি অব্রাবনি ইবুংঙোনা মরক মরক্তা লেঙথোকপীরক্কুনা নচলখোয়গী মতেং পাংবীরবা অসিমক পূক্লিং য়াম্না লূমজৈ।'

'ইমা অদুম্না হায়বীগনুদা !'

'করিগী হায়দনি ! লৈকাই অসিদা লৈমিন্নরীবা মবুং-মৌপ্পা কনাসু ইবুংঙোগুম্না লাকপীদে। ঐখোয়দি লায়রবা, লুখ্রবীনি। মখোয়দগী মরল পুগে হায়রক্কনি চিংনবনরা খঙদে নোংমতা কোইরক্তে, নাইতোম খুন্দোম্নি খুঙ্গং অসিদা ঐখোয় ইমা-ইচাদি, ইবুংঙোসু উরিগনিদা ! মখোয়দি হৌজিকসু নোক্লরিবনি, ইবুংঙোনা খরা তোয়না ঐখোয়দা কোয়রকপশিদা। অদুবু ঐনা মব্রাশু লৌবীদে, ঙাঙনগে হায়বা মথৈ ঙাঙনশনু। মখদাংদা চোকথরবা মতমদা তোকচখিনি।'

'অচুম্বনি ইমা। ঐখোয় লৈকায়দসু তৌনরিবনি।' মতমদুদা কিরনবলানা ব্রারী মরক থৎলদুনা হায়রকই—

'ইমা ঙসিগী অচাপোৎ, ব্রারীনা ওইহল্লবদি তা চাউবদো ফুক হৌগৎতুনা চৎখিগদৌবা মাল্লিকো।'

মচানুপী কিরনবলাগী ব্রাদু তাবদা মমানা নোক্লদুনা হায়রকই—

'ব্রারবদিনে, কোক চঙলগা লৌথোকউচোদনা ঐনা কৌখা বোড়া হৌরম্বনি। মরোয় মোরোক তোঙাম্না তেঙ্গোৎতা থনম্বনি প্লেট অমদা খরা লৌথোক্লগা পুরকউ।'

মচানুপী কিরনবলা ফৌশুবা লেপ্পগা ইমুং চঙদুনা মমানা থনম্বা কৌখা বোড়াদু পুথোক্লকই। চাউবগী তোঙান্না খাইদোকই। মখোয় মচিন-মনাও অনীনা পুন্না চামিন্নৈ। মমা ইবেতোম্বীনা ঙাইহাক মখোয়গী মতৌ য়েংলগা হায়রকই —'ইবেম্মা, ফৌদো ঙায়হাক শুরগা লেপ্পবা তৌরোকো। নঙ তা-চাউবদু হনবদা থেংখিনি।'

ব্রাফমদু হায়রন্নগা ইবেতোম্বী ইমুং চঙখ্রে। মখোয় অহুম চাবা তোক্লদুনা ফৌশু লংনবা অমুক হৌখ্রে।

ঙসিদি রবীচন্দ্র মৈস্নাম ইকায়দবগী লুহুপ মমায় মাপল পানবদু উপশিন্দুনা লাকই। অদুবু থাবল মফমদা মহাক্না খঞ্জরিবা শকহেনবী চাউবীদি য়াওরমদবনা নীংবা কায়খি। ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা মহাক্কী গাড়িদু চাউবীখোয়গী থোঙ্গাল তম্না থৌরকখি। থোঙ্গাল মপা য়ৌরকপদা চাউবগী শগোল অঙৌবদু মখোয়গী কৌবীলা মখোঙদা পুন্দুনা লৈরম্বা উরকপদা অশাউবগী বম অমা খঙহৌদনা পোকখায়রকখি। তৌফম খঙদ্রবা চাক্লবা থম্মোয়দু তপ্না খোমজিল্লগা লৈরীঙৈ গাড়িদা তোংমিন্নরকপা মরুপ লম্বুনা হংলকই—'ভাই, কৈদৌরে ?'

পাউখুম ফংদ্রবদা অমুক হায়রকই—'নীংহন্নগনু নুপামচা মাঞ্জদে। ঐখোয় অনী শুরীবু লাকউ চঙলুশি। নঙনা হায়বা ঙমদ্রবসু ঙসিদি ঐনা লোইনা ফোঙদোকপীনি। পাউখুম পীদে। গাড়ি মমায় লৈরগা কন্না থৌদুনা ময়ূমলোমদা হনখ্রে।

মপূক্লিংদদি খল্লি—'চাউবা নঙ, ঐগী য়েক্ল তিঙ্খংনিকো ! অদুবু তাঞ্জা অমতংদি ঐগীসু ফংলকখিগনিদনা মতমদুদা রবীচন্দ্র মৈশ্নাম্না করি তৌবা ঙম্বগে হায়বদু চপ চানা খঙহনগনি।'

লেপ্পুবা থাজগী খোঙচৎনি। লৈচিলগী মরুমদা লোৎখ্রবদা শুমাংদা হুমাং তানা ফৌ শুমিন্নরিবা চাউবনা চাউবী য়েংলদুনা হায়রকই—

'শুনিংঙাই ফৌশু লৈশিল্লক্লবনিনা ঙসিগীদি পোখাজরুরগে। হয়েং মতম চানা অমুক লাকচরগে।' চাউবগী পাউখুম মনাওনুপী কিরনবলানা পীরকই—

'তা-চাউবা ! ব্রাহৈদো ঐখোয়না হায়গদবনি অদুবু মনাক্তা অশুম লৈহনজনিংবী ইচেনদি ...।'

মচেনা মনাওগী ব্রাহৈদুদা ইকায়জররদুনা কিরনবলাবু ফৃগদবগী কোইতান তান্নরম্মী। চাউবনা মখুৎ খল্লদুনা নোক্লগা খান্নদুনা হায়ররকই—'অঙাংনি, ঙাকপীরো।'

মনাও তান্নবগী ব্রাবনে ফৌ শুরুবগী ব্রাবনে পুল্লগা শ্বর মপী হোল্লগা হায়রকই—'অদুবুদি খঙগনিদনা অঙাং!'

তান্নবা লেপ্তুনা শুক শুম্বল শঙ্গোয়দা থাঙ্গৎনবা হোৎনৈ। চাউবনা অরুম্বা শুম্বল শঙ্গোয়দা থাঙ্গৎপীরম্লগা চৎখ্রে। কিরনবলা চাউবনা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা লৈহৌই।

'কয়াদা চীং-লেমখ্রবা মীশক্লো! লুখ্রাবী মচা ঐখোয়গীদমক মশাগী অচিনবা থবক কায়থোকপীদুনা মতেং পাঙবা লাকপীরি ইকায় থীবী ইচেনা ফোঙদোকচবদি ঙমজদা ওমচাক্লনা লৈরি ঙসিসু।' নোংমদোল থক্তা অমুক য়েংখৎলি অদুগা মথন্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা হায়রি—'হে থাজ! ইচেগী অব্রাবশে খঙবীদুনা নোংমতংদি ফোঙদোকপীয়ুকো তা-চাউবগী; ঐগী মরাইবক থীরবী ইচেগী লকানুংদা ফোংঙমদ্রবা নুংশিবগী কাখল চামা খাক্লুনা থমজবীনি

লোইশিন খমজিনবা লোইরদুনা মচে চাউবীনা মনাও কিরনবলাদা খোঞ্জেল ব্রাংনা থোংজিন মনাক্তা লেপ্লগা লাউরকই—

'কয়াম কুইনা লৈখিদৌরি? ঐদি ইমুং চঙলেকো।'

মচেনা ইমুং চঙখিবদা, মনাও কিরনবলা কিজরদুনা ইমুং তম্না পরপ পরপ চঙলকই।

মথংগী নুমিৎনি। মমা ইবেতোম্বীনা মচানুপী অনী মন্দোমচা চাইবীগী মনাক্তা য়ুমগী থবক অমগীদমক পাউখোল ওইনা থারম্মী। লম্বীদা মখোয়না চৎখিবা রবীচন্দ্রগী মমান্নবা অমনা উহৌদুনা পাউ অদু খুদক্তা খঙহনখিরম্মী। তাঞ্জা অসিতবু ঙাইজরিবা ঙরাকপী রবীচন্দ্র হরাওবনা পন্দোম লোমখি। মোৎ মান্নবা মমান্নবা খরা খোমজিন চাউবীবু ফানবা থৌরাং শিন্নদুনা লৈখি।

অয়ুক্কী কোরৌনা নোংচুপ চীংয়া নপ্লকপা য়েংবগী পেনবা নাইদে, মণিপুর সনালৈবাক নিংথিবী। নুমীৎ তাখিগদৌরে ব্রাখলদা মচিন-মনাও অনী মন্দোমচাবু

বিদাই পীরম্নগা ময়ূম মায়কৈ পাঙলকখি। অশম্বা অচিকপা ফদিবী ময়াই লম্বীনি। হান্না খামদুনা লৈরম্বা গাড়িগী থোং হাংদোক্লগা মচিন খুম্বা মীওই অহুম্না মনাও কিরনবলাবু ইম্থোক্লম্নগা মচেগী মচিন মেনশিন মখোঙ মখুৎ ফাজিন্দুনা গাড়ি মনুংদা হাপচিল্লগা কন্না থৌদুনা চৎপ্রে। উপায় লৈত্রবী মনাওনা মচেবু থম্বীরম্নবা লাউদুনা লৈহৌই—

'ইচেবু থম্বীরম্মো। হো কনা-কনা লৈবগে ঐখোয় ইচেবু ফত্তবা মীওই খরনা ফাদুনা পুবীখ্রে, অমুক্তা কনবীয়ো!'

লম্মাং ওইখিবনা মহাক্কী খোঞ্জেল হাংলবা মালংদা তিনখিবা নত্তনা মনাক্তা তুমিৎ ফাওবা পাইরকখিদ্রে। কপ্না কপ্না চেল্লক্কুনা মমাদা পাউ অদু তমলে। মচাগী পাউ তাবদা তৌফম খঙদ্রবী ইবেতোম্বী অশাবা খাঙ মথক্তা ঙাকিজৌ অহিংবা হাপচিনবদা ফ্রং ফ্রং চোংবগুম থম্মোয় খাম্বী মৈঙৌখি।

হৌজিক কনাদা, কদায়দা হায়রু-থিরুগনি। মমা-মচা অনী নশিন্দুনা কপমিন্নবা নত্তনা। ফত্তবা পাউনি, মথং মথং শন্দোক্লক্কুনা খুঙ্গং মঙা তাম্না লৈরবা চাউবগী মনাক্তসু মমান্নবা খরনা পুরকই—

'ভাই, নহাক্কী চান্নবীদুদি খুনুপ্ত্রংনা চেল্লাক-চেন ফোইনখ্রে। মরমদুদি খঙদোকপীরুবনা চুমগনি।' পাউ তাবগা মমান্নবা অমগা চাউবা চাউবীখোয়গী ময়ূম য়ৌরকখি। ঙসায় মখে থব্রায় ব্রাজরম্বী মমা ইবেতোম্বীদো চাউবগী মশক উবদা জীবা খরা চাউখৎচরে। শুংগৎলম্বা পিরাং হৌজিক্তী, মনিংতম্না কুমগী নোংহৌগুম চুথরক্লে জর! জর! ঝম! ঝম!

'নোং ও চুথরো পাটশোয় নূরাবী তেখৎলো, হনুবী হনুবা তাউথরো, লাংজীং মতোন থুমহৎলো, ইবেতোম্বগী পূক্লিং তেখৎলো, মচাগী অৱাবা কোকহল্লো।'

মহাক্কী মিৎলুদগী শীম্বুরক্লিবা পিরাং তৈথোক তৈথোক্না পেঞ্জদবা পূক্লিংগী ব্রাফম চাউবগী মফমদা মরিক চুম্না পাউদম্নকই—

'ইবুংঙো ইচাদো! মশা য়াজদবনি নচলবু নালাদা ইম্থবীরম্নগা মচিন্দা ফিবুল নম মখোঙ-মখুৎ পুনশিনবী গাড়ি মনুংদা থাঙ্গৎলগা পুবীখ্রবনি নরক্কী লৈবাক্তা! মখোয় য়াম্না ফত্তবা মীওইবগী ব্রাখল চেন্দবা মহা সৈতান ঙাক্তনি তশেংনা মী উশিত্তবা থৌওংনি।'

মনাও কিরনবলাসু কপ্লা মখা পাউদন্নকই -

'ঐখোয় থোঙ্গান্দা ঙাইহাক লৈতনা চৎলম্বা রবীচন্দ্র মৈশ্নাম্মা শিনবা থৌরাং ওইগনি। মমায়দা ফিমুনা খুমজিল্লবসু মখোন্দি ঐহাক ফজনা খঙহৌই।'

মমান্নবা অমদুনা মখা তানা কিরনবলাদা হংলকই—

'লৈফমদি খঙবীব্রা ?'

'পাটশোয় পার্ট-৫ শুবদগীনি।'

ব্রারী খঙলে। উপায় লৈত্রে, হনখিবা তারে নীংবা কায়না মরানয়াই। চাউবনা ইবেতোম্বীদা নীংঙমদনা হায়রকই—

'ইমা ! ঐখোয় অমুক য়ৌশিঞ্জখ্রগে। হয়েং হায়দোকপা লাক্কবা তারবদি পাউ খঙহনবীরকউ নচাখোয় অমুক লাকচগে।'

নীংবা কায়রবী মমা পাউখুম পীফম খঙদ্রে। কপ্লা কপ্লা খুন্নকই—'হোয় ইবুংঙো ! নচলদি কায়জদবনিকো !'

চাউবা মমান্নবগা চৎখিবা মায়গৈ য়েং তেংথাদুনা কপহৌই—

'ইবেম্মা ! লাইবকথী, ইচাদি মাংজরেদকো ! কনাগী মফমদা চৎতুনা ইচাবু ফঙনবা থিরুগদবগে ? তোল্লিদকো হে লায়রবী লুখ্রাবী।'

মরুপ অনীশু ব্রারী শান্নখিদে ময়ুমদা হনখিবা। কন্না থৌখিদে, মখোয়গী শগোল ! চেঞ্জনিংলবসু মহাক্কী শগোলনা খুরুপ থা খুর্জীদু য়ানখিবনা চাউবনা।

'চেকশিন্না থমজবা ফিথুপ নাইবা ইনফি, তিংথোক্তুনা ব্রাইনরুবদা নোংমা ইনফি ! চুরকই ক্কাগী কোদাং, কায়রকই ফিথুপ। কোক্করোই নোইরবসু সুবদা কয়ারক তক্লবসু ইষ্টী নমদুনা, খরদি খেন্নরগনি হান্নদগী।'

*** কায়নবা তারব্রা নহাকপু চান্নবী। ঐগী পুন্সিদগী অশুম অশুম। করম্না কাউগনি নহাক্কী ব্রাহৈশিং ! করম্না খাঙলশিগে নহাককায়না মৈচাক ! ফত্তেদা হে নোংদম্বা ! ঐগী আশা, তাহল্লে পূম্নমক অরেম্বা ! ঐবু শিরশিরনে থোং মথকসিদগী চোংথদুনা ! অমুক খন্থরকই—

'মদু য়াদে চাউবা ! নমা অশোনবী লৈরি। মহাক কনাগা হিংহৌগনি ? মীনা হায়নৈকো ঐনা পামদ্রবসু, নুংশিবদি চামরক থিবা য়াই; অদুবু ইমাগী

খোন্নাং লমন্দি মপোক তরাদসু শিংবা ঙমদে; অদুদি ঐ অশুম মৈচাকশি খাঙবা তারব্রা ব্রানা অশুম ! ঙসিদগী, ইবান্নিগী নুংশি তুরেল মথক্তা শারম্বা থোংদু লানবা য়াদনা তেকখ্রেদকো ! আ ! নুংশিদা ! থেংনরবসু উনা উনা অশুম তাম্নরগনি, কৌরুবা ঙন্নলরোই মহাক্কী মমিং, পল্লিবা মখৈ পেঞ্জদবা।’

লাক্লবসু মেরাগী থাবল, খেন্নরগনি ঋতুনা শরতকী থাবলশুম। চৎলরোই ফৌশু, মখোয়গী শুমাংদা। তাবা ফংলরোয় মহাক্কী মীরবা মন্দীরগী শরীক্লম্বা খোঞ্জেল। থোক্লবসু থাজনা মপূং ফানা পুর্ণিমা খুদিংগী, লাইবক থীবা ঐগীদি, মান্নরগনি থাবল থাশিগী অহিংগা পাংখক ! ***

মথংগী অঙনবা অয়ুক্কী। অহিংগী লিক্লাদি তাকপ্রে অদুবু ইবেতোম্বী অমসুং কিরনবলা মমা-মচাগী মিৎলুগী পীরাংদি অহিং নোংখাঙনখ্রবসু কংবা ঙমদ্রি। অহোয়নদুম শিন্থরক্লি মীপায়জরবী পূক্লিংনা ... !

মৈতৈগী চৎনবী কায়দনা নুপা ময়ুমগী মীওই অহুম অয়ুক্কী পূং ৮.৩০ রোম তারকপদা কার অমদা তোংদুনা থুংলরে।

চঙনদবা লৈকায়গী মীশিংনা চাউবগী মপাউদি তানিং চঙশিনবদি ঙমদ পূখ্রি মপান ঙরাকপীশা য়েংনরি লোন্না তুমিন।

খোয়শাওনরিবী ইবেতোম্বী, হায়দোকপা লাকপা উবদা ইমুংদগী য়াঙ্গেল শুমজিৎ লৌথোকউই, চাইদ্রবা ফত্ত হাওদি শিৎপা-তাশিনবা হৌরকই খঙশিন্নদনা ! কিরনবলাসু ব্রাইতৈদুনা তনাল্লবা শুমাং-থেল্লোংদু লোইশিন খোমজিনবা পুথোক্লক, শিৎপা হেক্তা হৌগৎলকই।

হায়দোকপা লাকচরিবশিং অদু মখোয় মমা মচাগী মতৌদা হায়ফম খঙদরে, লেপফম খঙদরে।

‘হা উরোক খোঙশাংবী, মাংদনা লাং, তুংদনা তেন করম তৌগনি নখোয়দি ? হল্লশি কদায়, চঙশিনশি কদায়, লেপ্লশি কয়াম কুইনা পন্থুং লৈত্রবা লমখৈসিগী লইদা।’

পূং ২.০০ গী ময়াদা লেপ্লদু ব্রারদুনা শোল্লবা অহল অমা য়াওরকপদুনা ইবেতোম্বী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লক য়াম্না হঙ্গোয়না ব্রাফম অদু হায়জরকই।

'ইবেম্মা শাউফমদি থোকই অদুবু ব্রাফম অমতং ...।'

অহানবা ব্রাফমদু লোইশিন্দ্রি, ফন্নম্বদগী ফুক হৌগৎ, অকনবা ব্রাফমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

'ইচাদো হান্না পুবিরকখো, অদুগা খন্নশি। লেঙবীরো থেংখিনবনি।' ইবেতোম্বী মচা কিরনবলাবু কৌশিল্লগা ইমুং চঙখ্রে। থোঙসু লোনশিনখ্রে। উপায় লৈত্রবা অনেকপা তাধনশিং অমনা অমদা য়েংনৈ। মীৎনা ঈঙ্গিৎ পীনৈ, তপ্না থোঙ্গালদা থোক্লকই। গাড়ি মনাক্তা ঙায়হাক ব্রাতানরে। ঙায়হাক খম্নরবা মতুংদা য়ূমদা নুপীদু হৌজিকমক মফি হোংবীরগা হৌনবী কায়দনা মমান্নবী খরা, মৌ খরগা থিল্লক্তবা য়াররোই হায়দুনা মোবাইল ফোন্দা খঙহনখ্রে।

হুই ঙাওরগা হুইবু থীরকই। নুপী চেল্লকপা মপা থীরকই।' নিঙোল অতোনবা রবীন্দ্র, তাংনা ফংজবনি হায়দুনা লূনা তৌজরকখিবগী মহৈদুনি ঙসি মপা ইবুংঙোনা নঙজরিবা ইকাইবা। লাইরিক ফত্তে। ইরাং কল্লি, অনীংবা অপাম্বা তিনকি-লাইকিদবা মচানি। নোংমদি অশুম্না তৌরক্কনি হায়বসি।

মমা ইবেম্মা রাধেদি হান্নদগী শাহুম খঙলবীনি। মপাগী নাকোং য়ৌহঞ্জদবগী ব্রাদনি। নোংমা মমানা চৈরুবদা খুন্নকখিবা ব্রাফম লৈ—

'ইমা নখোয়দি মপান থোক্লক্তবনিনা মপানগী ঈরাং খঙহনদা অহন্না য়ারবদি য়ারে হায়দুনা মঙলান্দা, নুংশি বসন্ত খঙলক্তনা গৃহ আশ্রমদা খোঙদারকখিবনি। তুমিন্না ঈরাং য়েংবীয়ু নচা অঙাওবা নত্তে। চানিংবা এঞ্জাংদি চাথোক্কদবনি। পামজবা লৈরাংদি হেক্তুনা চিনগদবনি নুংশিববু গন্নাগী লৈরাংদৌনা খনবীগনু। ইনীং তমজগে পুন্সি। নচাবু জেলদা থম্বা বন্দী অমগুম খনবীগনু।'

চাউখৎলবা মতমনি; পুং খরাগী মতুংদা চাউবীবু পুদুনা নুপী খরগা থুংলরে। অনৌবা ফিজোল হোংশি য়াদবনা, কূমথরক্লি গাড়িদগী ঙরাং শেৎখিবা ফিজেৎ অদুমক অহোংবা লৈতনা। গাড়ি মখোল তাখিবদা মচানুপী পুরক্লম্রগনি খন্দুনা ঙাকশিল্লুরবা থোংঙাকচৈ মমানা লৌথোক, হাদোক্তুনা থোঙ লাওনা, য়েংলকই খরায় থোঙ্গাল তম্না, উরক্লদা মশাগী শক্তম চেম্থোরকই হরাউ পিরাংনা মায়থোং লুপ !

অহিংচুপ্পা কায়নরুরবী ময়াওনা পলেম মমা খঙহৌদনা উরকপদা চেনশিল্লকপগুম চাউবীনা মমা ইবেতোম্বী উরকপদা কপ্তুনা চেনশিল্লকই ।

মনাও কিরনবলাসু মচেবু কোন্দুনা কপ্লরে। লাকমিন্নরিবা মীয়াম্না ঙায়হাক ভাবোক্লুম্না য়েংনরি। মখোল থোক্লদে ব্রাঙাংদা, অকায়বা ব্রাদা ঈশিং চঙলক্কনি কিজবনা মহৈ মহৈ।

কোম্হোংদগী লাকমিন্নরিবী পূম্নমক্না শুমাং মতোন য়ৌশিল্লকপদা মমা মচানা ওইগা য়েংকা চপ ইমুং য়ৌশিনখ্রে। মচানুপীবু ইমুংদা থনম্লগা মমা ইবেতোম্বীনা ময়ামদা শাউনা চাগদবগুম য়েংলগা হায়রকই—'ময়াম ব্রারৌবীবা য়াদে, লেঙবীরো।'

ওইনবা য়াবা মতাংদা ওইনখিবনা উপায় লৈখিদে, শাওগল্লবা মপা সনায়াই। ব্রফম অদুনা অরোইবা ওইরগা থোং লোনশিনখ্রবদা মহৈ মহৈ মুরুম মুরুম শোম্নে—'করি মতৌনেগে ! মতৌ অমনি। কৈদা অমনি। ইমা পোকঙৈদগী থেংনজরক্লি; লাকও লাকও চৎলসি।'

মতাং অসি অশাউবা' চামা ফাথগদবা মতমনি। অদুবু মপা সনায়াইদি খৌজেংদা মিহুন হুনবা মীতা ওইবনা ফ্রং শাউগৎখিদুনা মঙক্লা য়াল্লিবা ইনফিদু ফদ্রং লাওনা কল্লগা মচিন পেন্না হৌনা লাওরদুনা হায়রকই—'কেৎলে ! মচানা মহৈ কয়াম হৈরদনা ! পোংজহৌরো ! মহাক্লা লাকমিন্নরিবশিংদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়রকই।'

'ময়াম পূম্নমক। ঐগীদমক পংব্রা ব্রামিন্নরে লেঙলসি, অচিনবা থবক লৈনরমগনি। ঐনা পুক্নিগী অমুক হন্না হংলগদবসু লৈতে।'

ময়াম থোকখ্রে। খরা অমনা নুংঙাইবীদে, মখোয় মমা-মচাগীদমক । খরা অমনা হায়নরকই—'মদুনা মতিক চাবনি ইবুংঙো, খরা খঙজশনু মসিনা পারা অমা ওইরগা। হেরা ! মাগুম্বী লুখ্রাবী য়ুমদোম্পোক্তা লৈবী মাগুম্বনসু ঐখোয়বু ইকায়বা পীবা শাই। পুলিস তাক্কে তাকচসনু ঐ তৌগে ওন্না তৈনা এক্লন লৌখৎহনগে হে ! হে ! লোল্লিবা থোংশি মপান্দগী পুনাবু থাজিনবনা মতিক চাবনি।'

হপ্তা অমা হৌখ্রে। চাউবনা চাউবীখোয়দা অদুঙৈগুম্না কোইবা চৎচদ্রবসু লৈকায়গী মমাম্নবগী মফমদগী মপাউ খুদিং লৌজরগা অৱা পোখাজরম্বনি।

অদুবু ঙসিদি করি খল্লক্রবনো ফম্নম্বদগী ফূক হৌগৎতুনা মাগী উপু মনুং চেকশিন্না থব্রায়দগী হেন্না খন্দুনা থমজরম্বা চান্নবীগী ফোটো, চিঠি কয়া অদু মনিংদা পুথোক্লক্কুনা পৈরগা মৈ থাদোকখ্রে।

নীংশিংলুবদা ফাথবা ঙমজদ্রবা পূক্লিংনা, পিরাংদা তাইনা শীঙ্করক্লি জর ! জর ! চেঙ্করক্কুনা মীৎলূদগী, তপ ! তপ ! তাঙ্গোয় ওল্লবা চান্নবীগী ফোটো অমসুং চিঠিশিংগী মথক্তা !

নীংজরম্বা, খঞ্জরম্বা আশা পুম্নমক ওনখ্রে ঙসিদগী তাঙ্গোয় ! মঙলান্দসু লাকহন্নীংখিদ্রে ঙসিদি চাউবগী পূক্লিংনা।

নুংশিবগী কাখল চামা খাক্কুনা লাকচখিবীনি পাম্মুবগী পম্নুংদা অদুবু পাম্মুবা মহাক্না লৈমন চল্লবীনি খন লাপথোক্লবা হোৎনরক্লবদা উপায় লৈতে, লৈরাংগী পুন্সি শাত্তবনা শরুক চামা ফৈ, বসন্তগী লৈকোন্দা।

নোংমতং মীৎচানহৌদবদা খোইরাংজবী পূক্লিংনা থাবুং অমা ফাজিল্লক্লবা ফাওবা মপাউ হংবীরদবা অসিমক থম্মোয় অসিমক কায়নবগী মশক ওইরকই, নোংমা নোংমগী অশুম। হিংবগী আর্থ মাঙশিল্লকই। থাবলদা মৈশা লাং অচিকপদা ওমচাক্লবা হেঙ্গৎলকই।

মমা ইবেতোম্বী মচাগী ব্রাখলদা অহিং নোংখাঙনরক্লে। থম্মোয় লাইমন কাং হেদো নাহে চল্লক্লে। ঙহান মখৈ চাউবগী য়াকা য়েংদুনা লৈজরকপনি। অদুবু নোংমতসু হংলদনা লংফৈ চৎখ্রে হায়বা পাউ তাবদা মঙোন্দা থমজরম্বা থাজবগী লংলা অদুমক তৎখিবগা পাংখক ওইরে।

ফরবসু ফৎত্রবসু মহাকপু পামজনা ফারুবা রবীচন্দ্রদা থাজনীংবগী ব্রাখলদা হোংলক্লে। অব্রাবদি নুপা ময়ুম্না নুপী থীল্লক্লম্বা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা খোংদোইরক্তবসিনি মমা ওইবীনা খমথেংনা ব্রাজরিবা।

ইকায় ফিরুক খুম, ব্রাখল লায়পু ওই, নোংমা নোংমগী পুন্সি শিঙ্খা নাথৈরক্লে। ফোঙদোকচনিংবা ব্রাহৈ কয়ানা থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লে। ইকায় ইকি ব্রাংমা লান নোংমা চিঠি ওইনা ইদুনা চাউবগী মনাক্তা য়ৌহল্লকই। মরোলদি—

তা চাউবা,

নোংমতদি ইনাক্তা লাকপীয়ু।

অদোমগী,

চাউবী।

মতৌ য়েংবা ঙমদনবা মরুপ অমনা অশেংবা মপাউদু পুদুনা লাকপনি। মঙোন্দগী অশেংবা ব্রাফম কয়া তাবা ফংলবদা নীঙম্নক্লে চাউবদু।

*** করি খল্লমগনি ঐহাকপু। ঐদি লান্না খল্লুরে। ঙসিমক ঐ মহাক্কী মফমদা লানখ্রে হায়না ফোঙদোক্লবা চৎলুদবা য়াদরে। ইমানসু শোয়দনা ব্রারৌলম্নগনি। নাদুনা লৈরবদি ইমুংদু কনানা য়েংশিনবীরমগনি।***

পূক্লিংদা ঙাইহাক মওল মওল খল্লুরবা মতুংদা চাউবা পন্থদরে। মুহোরী মনাক্তা চঙদুনা থীকদারগা উন্নরে। খুৎশুমন খরা লৌরগা ময়ূম মায়কৈ পাংলক্লে। লম্না তামখিবনা ময়ূম য়ৌরকপদা নুমিৎ তাপ্রে। লংফৈ চৎখিবা মচানা থা অমা ফাদনা লাকপদা ইঙক ঙক্লুনা হংলমই।

'ইবুংঙো কৈদৌরে ? নঙবু থা মঙাগী থবক্লি হায়রম্বদাইনে।'

'ইমা, মী অমা উন্নবা লাকপনি। পোৎ-চৈ থবক মফমদা লৈহৌরি।'

মমা ব্রারী মখা তাখিদ্রে। চাকখুম চঙদুনা মচাগী চাক অমুক থোঙ্গৎনবা হোৎনখি। চাউবা মহাক্কী শগোল শঙদা চঙলকই।

মপু নীংলবা অঙৌবা শগোল শাফবা খঙহৌদনা মপুগী মশক উবা ফংজবদা হরাওজবনা হৌনা খোংলকই—

হিঃ হিঃ হিঃ। (চান্নবী মনাক্তা চৎলুশি)

মরোলদু খঙগুমই শামক ওইজরবসু। মপুনা চঙশিন্দুনা কোল্লগা মরায়বক্তা নুংশিনা চুপ্পীরমই। মহাক্না হায়জবদা য়াবীরে খঙলবদা হরাউনা খুমাং অনী থাঙ্গত্তুনা সলাম তৌরকই।

মপু চাউবনা য়াচল শেমজল্লি অদুগা মনঙ্গলদা তোংখৎ চান্নবী মাগী লমদম পাংলকই। মহাক্কী খোঙজেন্দা লিরি হুম্বা মলয়া নাথৈদুনা লৈহৌরে।করিগীনো ঙসি উপাল-ব্রাপাল খুদিংমক্না মরু লুক্না লৈহৌরিবা ? নোংমদোল থব্রানমিচাকশিংসু ঙসিদি করিগী অব্রাবগী শক্তমদা তথক তথক য়েংলক্লিবা। ময়াম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি মহৌশাগীসু। ***

থোঙ্গাল য়ৌবগা, চাউবনা মহৌশা পুনফম কৌবীলা মখোঙদা মাগী শগোলদু পুনশিল্লি। অব্রাবা হন্দোক্তুনা লেপ্লী মতমদুদা কোম্হোং লোমদগী

থাউমৈ লেমটোন মৈরী ব্রাংনা লৈখৎ, মরিদা য়ান, য়াম্না ফিংনা কপ্লি কপ্লি কিরনবলা মথন্তা হঞ্জিল্লকপা উবদা ইঙক ঙক্লমই । পূক্লিংদা চিংনবা ফাওরবা চাউবনা মনাক নকশিনলকপদা হংলমই—

'কিরন ! নহাক কদায়দা চৎলুরিবনো নথন্তা ?'

শিন্থরম্বা পিরাং ফিজিদুনা তৈথোক্লগা ময়েক শেংফাত্রবা খোঞ্জেলদা মরু লুকথরগা খুন্নকই—

'ইচে থিবা !'

'কদায়দা ?'

'লৈকাইদা ।'

'থেংনরকপ্রা ?'

'য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা হঙলুরে অদুবু থেংনরক্কে ! কদায়দনোবা মানা চৎলিবশিবু ঐদি য়াম্না শাউনিংই ।'

চাউবা মথন্তা চোইরোল লোনবগুম হংজরম্মী—

'অদুদি মহাক কদায়দা লৈরমগনি ? ঐনা লাক্লিবশি অরেম্বা তারগদ্রা ?'

মতম অদুদা চাউবগী শগোলনা ইখঙ খঙহৌদনা কন্না খোংলকই—

হিঃ হিঃ হিঃ !

খঙহৌদবা খোঞ্জেল ওইবনা কিরনবলা অমসুং চাউবা মীৎয়েং অমত্তা ওইনা শগোল পুল্লিবা কৌবিলা পাম্বী তম্না য়েংলকই । অঙকপা মতৌ হায়বদুনি, মচে চাউবীনা ঙসায় ইনখিবা ফিদুনি । শগোল মথক্তা তারক্লুনা কৃপশিল্লকপদগী শগোলনা হৈনদদুনা খোঙলকপা ওইরম্লে ।

লিরি হুম্বা মলয়ানা খঙহল্লগে মতাগুম শগোল মথক্তা হুমদুনা পাইথহল্লকখিবা ইনফি ।

মখোয় অনীগী পূক্লিংদা চিংনবগা লোয়ননা চঙশিন্দুনা উথক্তা য়েংখৎলুবদা চাউবী ময়াদা কোঙ্গোল কা, শুরুপ থীরবা মওংদা মঙক্তা পলাষ্টিক থৌরিনা য়ান্দুনা লৈরম্বা খঙহৌদনা উরকপদা, ইপায় চাউবী কিরনবলা পাখৎখিবনা মিহুন আ য়ৌগ্রে । লম্বায়গী শম য়ুঙখৎ, তূ খ্যাও চুং, ইকায় ইকি ব্রাংমা লান খঙহৌদনা মচিন্দগী অহৌবা খোঞ্জেলদা—

'ইমা !'

হায়না লাওরম্নগা মনাক্তা লেপ্লিবা চাউবদা চেৎনা কোনশিঞ্জরমই। দৃশ্য অদু অৱাবনি, পূক্লিংদা থুক লাওবা মীপায়বা পোকহনবা !

চাউবা নীপানি অদুবু মতমদুদা অকিবনা খুদুম চনখিবনা ৱাহৈ মখা তাথব ঙমখিদে । থামমবা অহিং ওইবনা অমুক্তা হেন্না থৱায় অনী পীকশিনখিবনি। মনাক্তা থাউমৈ লালটেন্না মৈরি ৱাংনা মনিং তম্না চাক ঙাঞ্জরবসু মফমদু।

পঙইদা চাউবী ! লাক্লবদা পাম্মুবা, চৎখ্রেদো নঙদি পুন্সিগী ওইনা ! কনাদা শিন্নরম্মী নহাক্কী নুংশি খুৎথাং মনাও কিরনবলাদা ? পাইরি শন্নাংনা মনিং তম্না মালংদা হায়দুনা, পলেম অশোনবীনা কমদৌবা ! নুমিৎ নিনি শুরক্লবনি য়াদা ঈশিং ফাওবা তারক্তবা, নহাক্কী ৱাখলদা !

'চিন্নদনা কেল্লিদকো হে লৈবাক্লে ইঙাগী নোংলক্তা চোইজাইনা !'

অকিবা খজিক্তং ফরকপা মীৎকুপ্তা ইকায়থিবী মহৌশা ইকায় ফিরুক খুম চাউবগী মমাংদা লেপঙমদা চেনশিনখ্রে। পুরকপা লালটেন হুন্দোক্লম ইমুংদা।

ইমুংদা ৱানা মচানুপী হলকপা মমা ইবেতোম্বীনা, ঙায়রম্মী 'মুৎশিরবা থাউমৈগী মৈঙান্নী, লোইশিক্লবা চুপশিন্নিংঙাই য়াওদ্রবা দোশিন্নি খক্তা চাক্লন্নবা, খুইথরবা লৈরাংনি কেল্লমদায় চোইজাইনা ! কনাদা তেংথারুশিগে মসিদি মহৌশানি তাইবঙ মপুগী।'

খোঞ্জেল থোক্লমদ্রে, পাংলম্নবসু মীৎস্না উখিদ্রে মচানুপীবু, পিরাংদি পক্লমই মীৎলুগী নাপোমদা ! মমাগী মতৌদু উবদা ইকায়জরম্বা পুম্বা মাংখ্রে। মপান্দা লৈহৌবা চাউববু ইমুংদগী চেম্পোক্লক্তুনা কৌরকই—

'তামো ! ইমা মওং অমা তৌরম্নে।'

নীংঙমদা মৈরিনা কাথেক্লীঙৈ, করম্বা থাউনো হৈজিনবীরক্কদৌরিবা খঞ্জানবা তৌদনা কিরনবলানা কাউথোক্লন্নবা থাউমৈ লালটেন অদু পায় খোঙলৈ য়াঙনা চেনশিলকই তাচাউবা।

বৈত্যরনী তুরেল লাল্লমদায়গী অৱা মৈচাক খাঙলমই. হাইনা হুন্না ইবেতোম্বী ! ঙায়হাক্তং জ্ঞান তারক্লমই মঙলানগুম। মচাগী খূৎ পায় চাউবগী খূৎ

পায়, চিংশিন্দুনা চুপ্পগা পাইখ্রে থব্রায় চেক্লা হাংলবা মালংদা, হিপহৌরি হকচাংনা খুয়া তুশিংনা অমুক থোক্লরোইদবা মীকপ্তা, মীনোক অমতং উংলম্নগা তনৌরবী খুৎশানি শিনরন্নিবা মচেগী মহুৎশিন। থাদোকপীগনুকো ইবুংঙো-মনাওবু পুন্সিগী ! মরায়বক থীরবীনি মাগীদমক কনা লৈজদ্রবা ! মুৎখ্রবসু পোদোম্না থাউ লোইখিদুনা, ঙালহৌরি লালটেনদি মমলবা কাদুদা মহুৎ শিন্দুনা ! ❑

# তৎখ্রবা লংলা

য়াওশঙ মনুংনি। খুঙ্গং অসিদসু অতৈ খুঙ্গংদা স্পোর্ট পাংথোকপগুম্না ক্রবকী নহারোলনা ব্রানা শিন লাংদুনা কুমশিদগী হৌদুনা য়াম্না চাউনা মাইয়েপ পান্দুনা পাঙথোক্লি। শান্নবদা খোইজংদবী নুপী অঙাংশিংনা লম্বীদা থোক্তুনা গাড়ি থৎলি, শেন মুল্লি। অপীকপা অঙাংশিংনা শেল নীবা নাক্কাথেংবা চৎলি। অমরোমদা লাই হরাউনবগীদমক খুঙ্গা মীফম পাঙথোক্তুনা লাইবুঙ শেংদোক্লবা কন্না হোৎনরি।

নাকল অমরোমদা মরাথোন রেস লমথারকপগী অঙাং খরনা মাঙদা চেন, তুংদা গাড়িনা মতুং ইন্দুনা লম্বীদা অপনবা পীদনবা মাইক্তা লাউদুনা লাক্লি। কুম্মৈ অসিবু য়েংনিংবশিংনা চেম্থোক্লরক্তু না য়েংলগা, খুবাক খুদুনা পুক্লিং থৌগৎপীরি। মতমদুদা ইলেক্ট্রিক পোষ্ট মখোংদা নুপী অমা চেম্থোক্লক্তুনা লম্বীদা তারম্বা নুঙ অমা খুনগৎলি অদুগা মীয়াম তানবা কন্না কাংশিঙুম খিংবা হৌরকই—

'কাং, কাং, কাং, কাং, কাং, কাং !'

থৌদোক অদুগী পাউ তারবা অঙাং অমনা চেল্লক্তুনা লাইবুংদা লৈরীবা অহনশিংদা পাউদম্লকই—

'মাম্মা ! মাম্মা ! লৈশাংথেমদা ইরাং অমা থোকহৌরে। অহন অহুম মরিদং অথুবা মতমদা লাকপীনবা ইনে মেধানা ঐঙোন্দা হায়রকই।' অহন অমনা নোক্লদুনা হংলকই—

'করি তৌই হায়রিবনো ?'

' লৈশাংথেমদা কৈন্যা কৎকনি হায়দুনা চরাংনহৌই।'

মহাক্কী ব্রাফমদুদা অহল অহুম মরী ওনশিন্নদুনা হৌনা নোক্লগা খুন্নকই— 'তুমিন্না লৈয়ু ইবুংঙো ! ঙরাংনি ঐখোয় কৈন্যা কৎপা য়াউরুবদু। মখোয়গী কৈন্যা খুকত্তুদি ইমানা পোকঙৈদগী অমুক্তা উজখিদ্রি। লুহোংবদৌনা বরদু কোয়েৎ য়েংতুনা লাকই। ব্রাহ্মণনা শোল্লি কৈন্যা দান, কুজ য়াবা লোয়না পাঙথোকই । শুপ্নগী ঈশে শক্তে, ধোন য়ৈদে, পোৎলোই শেৎতে হায়জবখক্তনি। মতৌ অমগী কৈন্যা খুকৎনি।'

অহল অমনা মতেং পাঙলকই—

'বরদু মশক য়াম্না ফজে, কোয়েৎ অদুনা মকোক্তু পৈবা মালহল্লে। অদুগা লৈ হুক্রমদাইদা মতৌ অমা তৌরকই। হিদাক খরা পাইশিল্লকপ্রা খঙদে।'

অহল অতোপ্পা অমনা খুন্নকই—

'নিশাকা শীজিন্নবা মীওই নত্তেদা, গাড়ি এক্সিডেন্ট অমদা মখোঙ য়েৎ থংবদু শোকখিবদগী তৌবনি। মরম ওকখ্রবা অঙাংনি। লাইরিক এম, এ ফাওবা তম্নগা থবক ফংদবদগী এল, আই, সি, এজেন্ট ওইদুনা লৈ হায়না তাই।'

পাউ পীরবা অঙাং অহলশিংগী ব্রারীদা ময়া ককুন্নদুনা তুমিন্না লৈখ্রে। ঙহান মখৈ লৈকুৎ লৈরাইদা কোঙ্গুৎতা লৈরুবা হঙোইশিংনা কুমগী নোংহৌ লাক্লবদা পূম্নমক থোক্লক্তুনা চরাংনবগুম ঙসিদি তাইবঙ মীওইবনা চরাংনরি লম্বী সরক্তা। অমরোমদা থৌদোক থোক্লিবা লৈশাংথেমগী ইমুং মাঙ্গোল, শঙ্গোয়দা নহারোল অমদি মৈরা পাইবী ইমা-ইবেল কয়ানা পীক থনখ্রে ময়াম্না ফুবদা শুরুপ কাইরবা কালিচরন মখুৎ লোম্না লংজখিবা মরাল ঙাকপীম্নবা মীয়ামগী মফমদা মখোলশিবা মখৈ হায়জরি।

'ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু। ঐহাক মতুংদা অসিগুম্বা নত্তবা থৌদোক অসি অমুক হন্না তৌজখ্রররোই। ঐ লানখ্রে।'

খোইশাউনরবা মরম খঙলবা নহারোলশিংনা চেনশিল্লক্লুনা কাওরে, কিন্না থীল্লরি। মীনুংশি খঙবা অহনশিংনা মখোয়বু থেমজিন্নবা হোৎনরি। মচিন পেন্না লাউরদুনা হায়নরকই—'মসি হাৎতোকশে। মী উশিত্তবনি। কৈদৌরিবগে মাম্মদুবো মপান্দা কৌথোকপীরকও। নিপাশি কনানো? ঐখোয়দা মশক তাকপীয়ো ঐখোয় থবক হৌরগে? ইমুংশিগা করি মরী লৈনদুনা ইমুংসিদা থা অহুম মরি লোৎতুনা থম্বীরম্লীবনো?'

মক্লাপ নিক্লবা চুরাসিং তপ্পা থোক্লক্লুনা পাউখুন্নকই—

'ইবুংঙোখোয়, মহাক অসি ইচা লৈখিদবদুগা থবক তৌমিন্নরম্বা মীশক্লি। মহাক্লা শিনবীদুনা লুপা লাক্ষ অমা অহানবদা ফংহনবীখ্রে। অদুগা মতুংদা লুপা লিশিং নিফু অমগা ফংহনখ্রে। ঐখোয় নোংথোম্বম কুলাপকী মবায় অহন্নি।

অহানবদা মহাক মরক মরক্তা লাক্লম্বনি অদুবু দুর্গা পূজা মনুংদগীদি ইশূ নুপাগী ট্যুশন খরা তৌবী, মাগী গাড়ি মচা খরা লৈবীরক ময়ুম হনখিদ্রে। অয়ুক্তা ওফিস কারুগনি। অরোইবা গাড়ি য়াওরক্লগা ঐখোয়দা লেক্লবনি। মহাক্লা অশুম্না মবুক ফত্তবা নত্তবা লিচৎ চৎলক্কনি হায়বা থাজরুদে ঐদি। ইচাগুম্বনি খন্দুনা অসুম লৈহনবনি।'

খোইশাউনরবা নহারোল অমনা অমুক হংলকই---

'অদুদি অহম্না মহাকপু করম্বা কাদা তূমহনবগে ?'

নীক্লবা খোঞ্জেলদা চুরাসিংনা খুম্লকই—

'ঐখোয়গী কাদা তূমফম লৈতদুনা অহাংবা লৈবা ইমৌগী কাদা ফমুংদা তুমহল্লি।'

ময়াম্না ব্রাফমদু তাবদা শাউগৎখিদুনা কল্লা লাউরদুনা হায়নরকই—

'অদুদি নহাক্লা নমৌনুপী য়োনবনি। মকুগীসু মরাল য়াম্না চাউনা লৈ। অমনা ব্রাপাংলকই—'মাম্মদি খুদৈ শেৎপিরগনু। হৌজিকমক ফনেক হোংদোকপীরকও ! নমৌ য়োনবা, শাগৈগী মৈতান অশিবা ! ময়াম মমাঙদা থোক্লকপসু ঙম্মী। হনুবা নহাক্তা শিজখ্রো।'

মনাওগী মচানুপা রনঞ্জনা ব্রাপাংলদুনা হায়রকই—'ঐখোয় ইপলদি য়ুরেম খরা পীথক্লবদি অদুম য়ারবনি।' তঙ্খায় শীরবা অহন্নি। মহাক্লুম খোঙ্গোয়নরগা ফগদবনি। মীনুখাঙ্গনি তাবদা হঙ্গোয় !'

মপান্দনা চরাংনরি ইমুংদনা রোজমেরিবু নুংশিবীবশিংনা মনেমগা ফম্মিন্না কপমিন্নরি। তাঞ্জা য়েংদুনা কালিচরন্না পুলিসতা মহাকপু কনবিননবা মহাক্কী মোবাইলদা হায়জখিরম্মী। সঙ্গোয়দা ফন্নীবা অহল খরনা নুপী মপাদা পাউ খঙহনখ্রে। খোইশাওনরিবা ক্লবকী নহারোলশিংনা ওনশিন্দুনা অহল-লমনশিংদা হায়জরকই—

'থৌদোক অসি মতুং-মনাও থোক্তনবা নুপানা শেন্দল অমনবা পরেং অদুগা নুপীনা কৌটা অহাংবা পরেং য়াল্লগা কৈন্য কৎথোক্লশি হৌজিকমক।'

অহল অমনা খুম্লকই—'ইবুংখোয়, অদুমক্তি তৌবীরগুমসি, লৈ পরেং অমা হুক্লহল্লগা য়াম্না শম্না লোইশিন্নবা তৌরশি। য়ুম্বুনা লুপা চামঙা, কালিচরন্না লুপা চামঙাদি কোংহনগদবনি।'

নিশাবন লুচিংবীনা মখুৎ থাঙ্গৎলদুনা হৌনা ময়ামদা হায়জরকই—'ময়াম অমনা হায় তাদা অমনা হায় তাদা, অশুম লৈনবদি মতম মাঙই। ব্রারোইশিন পুরক্লবা ক্লবকী সেক্রেটরি, অহল অহুম মরিদং ফিদা অশোমদা লেংশিনবীরক্লগা ব্রাতানরশি, নুংশা হাইগৎলক্লে। ব্রারোইশিন অমা চেদা ইথোক্লবা, লেংশিনবীরক্লো।'

চরাংনরিঙৈ মরক, নুপা অদুবু নুংশিদবশিংনা অমা চঙলকই ফুজিন অমা চঙলকই কাউশিল্লমই, মমায় মমিৎ ইপোম পোমখ্রে। ইমুংদা ইকায় ফিরুকখুম পাখৎলবা পূক্লিংনা তনিক তনিক ফম্লিবী রোজমেরীগী মনাক্তা খোয়শাওনরবা য়ুঙাওবা অমনা হায়রং-তুরং চঙশিল্লক্লুনা মনাক্তা তুরোই-ঙারোই লেপ্লগা হংলকই—

'নঙগী করি ব্রাৎপগে? নকু-নমেম শুনা লৈরী, লৌচা পরি অনী, ইখোল অচৌবা, চাউরবা য়ুমজাও নপুরোইবনা শাদুনা থম্বীরমই। লাইবক থীবদগী লৈখিদবা নপুরোইবগী পেন্সন চাং নাইনা ফংলি।'

য়ুঙাওবা অদুগী তাশোনগুম থৌরবা ব্রাহৈশিংনা রোজমেরীগী লকানুং থীল্লরবদা অশাউ খাম্বী মৈহৌরক ফাথবা ঙমদ্রবা পূক্লিংগী ব্রাফম মিৎলু পিরাংগা ইরোইনা তনিক তনিক লৎলবা খোঞ্জেলদা পাউখুম্লকই—'লুখ্রাবিগী পুস্নিদি অব্রাৎপগী অব্রাৎপনি। মপাম্মোংদগী ময়াম্না উবা ফংলোয়!'

মহাক্কী ব্রাহৈদু তাবদা খোইশাউনরবী ইমা-ইবেল খরনা চঙল্লিক্লুনা হায়রকই—'মচিন কনখ্রেদা নুপীশে। হৈ, চীনগনবী! মপান্দা খোক্লকউ। অইবা চে অসিদা সহি তৌরোলাও!'

রোজমেরীনা কপ্পা কপ্পা খুম্লকই—'ঐবু হাৎলবসু নখোয়না ইবা চে অদুদদি মফম মরাং খঙদনা সহি তৌবা ঙমজরোই।'

মৈরাপাইবীনা ইমা-ইবেল, মশা-মউ ফরবী মৌনহাশিং কৌশিন্দুনা মপান্দা চপপোয় থাংবোই তৌদুনা পুথোক্লকই। অইবা চে অদুদা খুবীদা মুক তৈশিন্দুনা নমদুনা সহি তৌহল্লমই। অদুগা অহল অমনা হায়রকই—

'মসিদা থোক্লবা নহাক্লা শিঞ্জবা নৎত্রো? শাগৈগী মৈতান অশিবী! ঐখোয়সু নহা ওইরিঙৈ ইপুরোইবদো নৌনা কায়নাখ, অদুবু পীক্লিবা

ইচাশিংগীদমক খল্লগা নহাক্তুম্নদি লৈকাই শরা শল্লকখিদে। করিগী কপশিন্নবা য়েংনিংদে। নতাৎতো মীনা লোয়না খঙই।’

বর ওইগদবা কালিচরন্দসু নুপাশিংনা কৈন্যাগী মনাক্তা নমদুনা ফমহল্লে। অইবা চে অদু পুশিল্লক্তুনা সহী তৌহল্লে। অহন অমনা খুজাই ঘোট চফু মাঙদা থগ্নে। কাবক কাবক লেংবা লৈ পরেং অদু নুপাগী মখুত্তা পীরগা হায়রকই—

‘ঙসিদগী নহাক ঐগী নুপী ওইরবনি হায়য়ু, অদুগা তিনবীরিবা মীয়াম অসিনা সাক্ষিনি। ঐনা মাবু পুন্সিগী থাদোক্রোই।’

অহল অদুনা হায়বা ব্রাফমদু মচিন্দা তেনব্রাগুম ঙাংলগা মচাগী ব্রাখলদা অঙাওবীগা পাঙখক ওইরবী রোজমেরীগী মঙখশমদা হরাওনা হুকহল্লকই। অদুবু কৈন্যানদি মশানা খঙনা হৌগৎতুনা মহুক্তুবদা নুপা মচা খরা চঙশিলক্তুনা মখুৎনা লৈ পরেং আদু পায়হল্লগা মমায় মমিৎ ইপোম পোন্নবা বরগী মতা ফরবা ঙকশমদা হুকহনখি। মতৌদু উরগা নুপামচা খরনা হুইশেল খোংজিন্দুনা, খুবাক খুরগা হৌনা নোক্লখি মতম অদুদা পুলিস গাড়ি থুংলরে। তিল্লীবা মীয়াম্না ইঙক ঙক্লা য়েংনখি। খরনা মীপায়নখি। খরনা য়াম্না ফগ্রে মখোয়শু সাক্ষি ওইনবা হায়নখি।

হৌজিক বরগী পুক্লিংদা অনৌবা থৌনা লাকখ্রে। মহাক্লা চঙশিন্দুনা পুলিস ওফিসার অদুদা খরা থুনা চৎখিনবা হায়জরম্মী। পুলিস ওফিসারনা মহাকপু গাড়িদা কাখৎতুনা ফমহনখ্রে। তাঞ্জা অদুদা নুপী মপামগী মমা-মপা, মচে-মনমম্মশিংসু গাড়ি অমদা থুংলরে। পুলিসকী মীওইশিংনা মতৌ অদু খঙবদগী কৈন্যা অদু গাড়ি কাখৎতুনা ফমহন্নবা হোৎনরিঙে মমা-মপা অনীনা য়ানীংদনা মখোয়গী গাড়িদগী কৃমথবগা হৌনা লাউরকই—

‘মমা-মপা খঙদনা, নুপীবু বরগী ময়ুমদা পুখিবা য়ারোই অমুক্তা কৃমথহনবীরকখো সাহেব ! মদু নিয়মগী ব্রাংমদনি।’

নুপী মমানা লাউরদুনা মীয়ামদা হংলকই—‘করিনো ময়াম্না তৌবীরগ্লিসি ? থৌদোক অসি উনবগীদমক্তরা ? ঐনা ঐগী ইচা নুপীবু থাজবা অমগা লোয়ননা মপুরোইবা নৌনা কায়নখ্রবা মতুংদা, মনেম মকুগী ওইরিবা মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা থমজরমই অদুবু কদায়নো থাজবা ? ঐগী ইচানুপীবু মমল কয়াদা শাগে অসিনা য়োম্থোকপীরিবা ? হৌজিক্তী মমা ঐ লাক্লে, হঞ্জরগে মমল তাকপীরো ?’

পুলিস মশেল ঙাংনখি—'সার ! ব্রাথোকশি চাউথোক্লকদৌরি খরা থুজিনহনবনা ফগদবা মাল্লি। লেঙখিনবা তৌরশি।'

লাক্লিবা পুলিস কমান্দরনা ময়ামগী মফমমদা হায়রকই—'হৌজিক অতৈ করি ব্রাৎপীরীবগে ? ঐখোয় অতৈ মফমদা চৎলুগদবা লৈ।'

মৈরা পায়বী সেক্রেটরিনা খুন্নকই—'থৌদোক অসিগী সাক্ষি ওইনা সারগীসু সহী অমতং তৌবীরম্মু।

'কদায় পুরকও, থেংম্রে।'

অইবা ব্রারোল চেদু পাইরদুনা ক্লব সেক্রেটরিনা পুলিস ওফিসার অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লমই। অদুগা মহাক্কী ব্রারোল মতেক অমতং ইথহল্লম্মী।

পুলিসশিংনা কৈন্যা গাড়িদা কাখৎহনখ্রে। মমা-মপাশিংগা নক্লা ব্রারী শান্নহন্দ্রে।

গাড়ি মনুং ফন্নবা মতুংদা পুলিস ওফিসারনা নুপীদা হংলমই—'অদোম অপাম্বা করিনো ?'

নুপী অদুনা ময়ামদা তঙক তঙক্লা য়েংই; অদুগা মমা-মপাগী অশাউবা ফিভম কায়রবা শক্তমদা অমুক য়েংলগা হায়রকই।

'বরগী মনাক্তা ওইনা চৎচরগে।'

'বরদা অমুক ওনশিন্দুনা হংলকই—'অদোমগী করি মোৎ লৈবগে ?'

'ঐ ইয়ুমদদি অমুক হঞ্জররোই মহাক্কা লোয়ননা ঐখোয় ওফিস ফাওবা থীনবীরম্মু।'

...পুলিস ওফিসারনা মখা তানা হংলকই—'করিগীনো ?'

কালিচরন্না মবুক্লিং ব্রারৌনা খুন্নকই—'ঙসিগী থৌদোক অসি ঐগী নুপী অহনগী খুজিন থৌরাংনি। ঙহান ইচানুপা অহন্নসু ঐঙোন্দা অকনবা ব্রাহৈ হায়রম্বা লৈখি। ঐনা পুন্সিগী মখোয়গী মনাক্তা অমুক হন্না চঙগদবা লৈত্রে, সার !'

ময়ামগী মফমদা ব্রাফম অদু খঙহল্লন্নগা গাড়ি থৌখ্রে। খোইশাওনরবা মপামগী মীওইশিংসু মখোয়না তোংলকপা গাড়িদা কাখৎতুনা ফন্নগা ময়ামদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

'লৈশাংথেমগী ইখোলদা নুপা লৈতে। লৈরবসু নুপীদগী হেন্না তোনবা জীবশিংনি। ঐখোয়না ইচাবু পুলিসকী মখুত্তগী মুন্দুনা লৌরুগনি। হল্লক্লগা অতাবী অমা চপ চানা ঙাংনরখিগনি।'

অশাওবা মীৎয়েংনা য়েংলম্লগা ফেৎ হাইদোক্লুনা গাড়ি থৌহল্লগা পুলিস গাড়িগী মতুং ইন্নখ্রে। ময়ামসু অমা হন্নখি অনী হন্নখি, ইহাং হাংহৌরে। পিরাংনা লুপ্লবা মনেম চাউবীতোম্না লৃপ্না পীরম্বা চেদু য়েৎনা পায়, নুংশিরবা মশু অনীবু চেৎনা কোন, তেংথাদুনা লৈহৌই—

'ইনেমগী ইবেম্মা, ঙসিদগীদি অমুক হন্না ইমৌগী মশক উবা ফংলরোইদকো! পীক্লবা নচা অনী অসিবু শোল্লবা নকু ননেম্না করম্না য়োকহৌগদবগে? তৎখ্রদকো নুংশি লংলাদো! পাইখ্রে থরায়গী তেলঙ্গা হাংলবা মালংদা! তাইবঙসে মঙলানগুম ওইহৌরেনে ইবেম্মা!'

ময়াম্না চৎনখ্রবা মতুংদা লৈকায়গী অহন অমনা চঙশিল্লক্লুনা থেন্নগা হায়রকই—'ইবেম্মা মুক্তা 'মা! কৈদৌরুগনি তেংথারুদুনা হৌজিক্তি, পৃম্নমক মঙলানগুম হৌখ্রে। কপ্লগসু হল্লক্লরোই। নমৌদো পঙবননি। মশূ লৈরবা মপাগুম্বা অহন্দা করি ব্রাখলদগীবু থাজবা থল্লুরিবা ঐদি ঙকইবনি। নুপাদুনা মোইথেম তৌবদা থাজরবনিনা অতোনবীগী ফম হায়গৎলুবা তাবনি। নুংশিরবা পীক্লবা মচা অনীসিগীদমক মীৎলু পিরাং মরিক শিন্থ্রম্বা উদে, নৃঙমুক কনবা থম্মোয়নি। নমথীবা মনম্বু কয়াম কুইনা উৎনা খুম, থম্বা ঙমগনি। ব্রাখল চাউথোকউ মুক্তা 'মা! চৎলে ঐসু!' ❑

# তাবিদ্রবা ব্রাকৎ

ইলেক্সন ময়া ওইশিল্লকপনা খুঙ্গং-লৈকায় খুদিং চরাংনবা, নুংশিনদবা দল মান্নদবগী নোংমা নোংমগী অসুম হেনগৎলক্লি। ঙসিদি সরকারগী মৈ অথেংবদা লাক্কদবনি অদুবু লাক্লি। লৈরক-খুল্লক থোঙ্গাল অমম্বনা অরাপ্পদা খোংলম্বা হূইগী খোঞ্জেল নকশিল্লকপগুম তৌরি। ইমুংগী থবক লোইশিল্লগা নুংঙাইনা তূমখুল তানখ্রবী মচানুপী অনীগী মনাক্তা চঙশিল্লকুনা পোখানবা উমাবতিনা হোৎনরি। তূমথবা য়াদ্রে অদুঙৈগী ব্রারী কয়ানা অব্রাবগী ঈপাক্তা ঈরাক্লা মীৎলু পিরাং শিম্থরি !

'কনাদা তেংথারুগনি নৌনা লুখ্রা ওইরবী ঐহাক্লা ! অশোনবা-অশোনবী ইনেম ইকুনা পলেম পম্ত্রৌ শক্লা নাওকোনবীরি হায়জবা খক্তনি। হিরম খুদিংমক্তা নোংম নোংমগী অব্রাৎপনা অসুম লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লি। মদু থিংননবা ঐনা নুপা অমুক শা, নুপী অমুক শা, ঙম্মনবা হোৎনজবদা নোক্লা লৈকাই অসিনা নোক্লরি খোম্থাং হাপ্তুনা। কদোমদনো ঐনা চৎকদবা লম্বী, লম্ফাংলবা অচুম্বা লম্বী মাঙখ্রবা তাইবঙসিদা ! শেম্বীদবা য়ারোই পীক্লিবা ইচা অনী, মীমান্নবা তুংগী পুন্সিগীদমক !'

ব্রাখলনা লাইপু ওইরবী উমাবতি, তূমথবা য়াদদুনা তুমিন্না লৈরি। মতমদুদা, মপান্দা নুপীগী খোঞ্জেল মানবা অমনা থোঙ থিল্লগা মহাক্কী মমিং কৌরদুনা হায়রকই—

'ইচে উমাবতি ! থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ো।'

য়াম্না থেংবা নৎত্রি। খোঞ্জেলসু অনীরক শুনা কৌরক্লে। মবুক্লিংদা কনানো মীশক খঙনীংবনা লাংতক্লা, মনাক্তা থাল্লিবা লালটেনগী মৈরী চাউনা লৈখৎ, থোঙগী পোরোন হাংদোকুনা মপান থোক্লকই। মপান্দা কোইনা য়েংই। মঙ্গোন্দা লৈরমদ্রবদা য়েনখারোমদা অমুক থোক্লকই। দোশি ফত্তবনা কালি কাশিল্লবা লালটেনগী চিম্নি অনকপা পোৎশক ফাওবা ময়েক শেংনা উবা ফংদ্রে। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরন্নবা মীওই অমনা খঙহৌদনা উমাবতি তম্না চোংশিল্লকুনা লালটেন মাঙ্গোলদা তাদুনা লৈহৌরে, উমাবতিবুনা মচিন মেন্দুনা অমম্বা মফন্ন্রোমদা পুশিনখ্রে।

মনাশিংবী অশোনবী মনেম চাউবীহন মমৌনা হঞ্জিল্লক্রবদা মপান্দা মাগী চৈশু অচৌবদু শুর শুরদুনা থোক্লকই। লালটেনদি লৈরম্মী অদুবু মমৌদি লৈরমদ্রে, মদুদা পাখৎতুনা হৌনা কৌই—'ইবেম্মা উমা।'

গাড়ি জীপ অমদি অব্রাংলোমদরা মখারোমদরা কল্লা থৌখি। অশোনবা মপুরোইবনা মরম খঙদবদগী মাগী নুপীদা চৈবা হৌরকই—'করিনো মমা ! নঙবো অহিংশিদা ঙাওব্রো ? মখোঙ হাম্বা চৎলমগনি খঙদে, পাঙকৌদা হেক কৌরদনা। লাকও ! মীগী খোঙথাং খুদিং য়েংশিনবা ওইনা হেক তৌরদনা। ঐনে, শাউজরক্কনি। মফম মতম খঙদবা শারদনা। ওফিস খজিক্তুং থেংনা হল্লকপদসু হেক মঙাংবী, নঙনে হায়বীগে থরদি হেনমল্লেবনি। মতমশে চাউখৎলবা যুগনি, অদুঙৈ নুঙগী যুগতু নৎত্রেকো।'

মপুনা মবেন্দা চৈবদা তূম্বা কায়রবা মচানুপী অতোনবী প্রীয়া, মনাক্তা মমা লৈরমদবদা ফম্মুং ময়াইদা ফম, মমাবু কৌরদুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পা হৌরকই—'ইমা ! ইমা লাকও ! ইমা কদায়দা চৎখ্রবগে ?'

মপুনা মশূনুপীবু কপ্তনবা থেমজিল্লদুনা হায়রকই—'ইবেম্মা ! ইশূ তোম্বী। কপকনু নমাদো নম্বর টু তৌবা চৎখিমাল্লে । নবোক্লা মপান্দা উরাও থরাওরি। কিবরো ? কিরবদি ঐগী ইনাক্তা লাকউ । নঙগী দাদাগী মনাক্তা তূমশি লাও।'

'তল্পী, মম্মি কিজে' মশূনা কপ্পা খুল্লকই।

'মৈনেনা তৌরিবসিনা অব্রাইবনি, চাং নাইদ্রে।'

মপু - ইরাবোৎনা ঙাংনা ঙাংনা তপ্পা হৌগৎলক্লুনা টৌর্চলাইট পায়দুনা মশূগী মনাক্তা লাকই। মহাকপু থেল্লদুনা হায়রকই—'ইশূতোম্বীদি মরম ওকপীনি ইশ ! নচেদি নুংঙাইনা পোথারিনা নঙনা কল্লা ঈশৈ ঙংখৎলক্লবদি মাগী তূম্বা কায়গনি। লাকও, লাকও, পুপুগী লিরুং শারবা নঙ্গল অসিদা তপ্পা কোল্লকউশে। নবোক ঙাংবীয়া ইপাইজাওবীদো ঙাং ঙাংদুনা কদায় য়ৌখ্রবনো খঙদে হঞ্জিল্লক্তরে। লাকউ, দাদাগী নাক্তা ঙাইহাক্তং হিপ্লুশি, মামা লাক্লিবা ফাওবা।'

মশূবু পোদুনা মাগী ফম্মুংদা পুরকই। অশোমদা মবোক চাউবীহল মমৌ থীবদা লৈকাই য়ৌরক্লে। মাঙ্গোল কাখৎতুনা হংলকই—'ইবুংঙো কালা ! নখোয়দা নতৈমা উমাবতিকা লাকপ্রা ?'

কালা মমানা ফমুংদগী খুমলকই—'ইচে কোইরক্তে। ঐখোয় ঙসিদি মৈ লাক্তবসিদা ঙন্তানা পোত্থারে। অতৈদা হংবীয়ু।'

হান্নদগী ব্রারৌদুনা লৈরিবা কালা মতৈ-মনাওনি। তাঙ্গাদু ফংলবদা হৌগৎলক্তুনা মপান্দা থোক্লগা হংলকই—'হৌজিকপু নুপীনা কদায় চৎখ্রিবা ? মদো ইমাবোকখোয়গী অশোনবনি।'

চাউবীহন্না য়ানিংদবা শোন্থাংননা পাউখুন্নকই—

'লৈকাই কোইগনবা ইমৌদি নত্তেদা ! কনানো নুপী খোঞ্জেল মানবা অমনা কৌরকপদুদা মপান থোকখিবনি।'

ব্রাহৈদু তাবদা খোইশাউনরবা কালানা মখা তানা হায়রকই—'কনখৎলু, নমৌ শকহেনবী ওফিস ব্রালাদু ! ঐদি পাউ জাৎ জাৎ তারবনি অদুবু প্রমান ফংদবগী তুমিন্না লৈরিবনি। লেঙবীরো হৌজিক্তী হঞ্জিল্লক্লমগনি, তুমিন্না।'

উপায় লৈত্রবী চাউবীহল ব্রা মখা তাথরমদ্রে। মবুক্লিং ব্রারৌনা ময়ুম মায়গৈ পাঙলকখি। কালা মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা লৈরি। মতম অদুদা মাগী নুপী রাধাপিয়ারীনা চঙশিল্লক্তুনা হুগুন্নবা ব্রাহৈশিং কামশিল্লকই মপুরোইবগী নাপদা লোন্না—'তারিবা ! ঙসিদি খুদোংচাবদু ফংগদবা মাল্লি। চৈতুপ অমা পায়দুনা মখোয় গেটতা হেক্তা ঙাইদুনা লৈবীরুরদি অশেংবদু শোয়না খঙগনি। হুরানবদুবু হেক ফারবা অপাইবা চৈতুপ্তুনা শান্থবীরো, অদুগা হুরানবা ফারে হায়দুনা অনীরক অহুন্নক্তং হেক্তা লৈকাই তানবা লাউবীরকউ। মতুং তাবা ঐনা ইলেক্ট্রিক পোষ্টতা কাংশী য়েদুনা মী খোমগে, চৎলো নাম্থোকখ্রগনি। ঐনা মখোয়রোমদা করি ইরাং লৈবগে য়েংলুখিগে।'

কালা নুপীগী ব্রাহৈদা থাজবা থমদুনা, লৈরম্বা ব্রাকোক অমা তাপ পায়রগা লোন্না কোম্থোংলোমদা থোকখ্রে। রাধাপিয়ারী মথন্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চাউবীহনখোয়রোমদা লাকই।

'নাপল কাবী ! ঙসিদি নমু থেক্কেদো খঙগনি।'

চাউবীহননা ময়ুমদা হল্লকপদা মমৌনা মচা অনীবু কোন্দুনা কপ্লগা ফম্মুং ময়াইদা ফমদুনা লৈরম্মী। মপুরোইবা ইরাবোৎনা মমৌগী মতৌদা উপায় লৈতনা ইমুংদা অমুক চঙ, মপান্দা অমুক থোক, লময়াইদা কাতুক কারন চৎতুনা লৈরি।

মাগী নুপী হল্লকপা উবদা চঙশিল্লক্কুনা হংলকই—'কদাইদা থীরুরীবনো নঙনা ? চঙঙু মনাক্তা। কৈদৌরবনো অমুক্তা হংবীয়ু। মচা অনী কোন্দুনা কপ্লগা লৈরে। ঐনা হংবদা খুম্মক্তে।'

উপায় লৈত্রবা মনেম চাউবীহন, অব্রাবগী শাংলবা শ্বর অমা শাংনা হোম্বরগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা তুমিন্না ফম্মী। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না হংলকই—'ইবেম্মা, নঙবু কৈদৌরবগে ?'

পাউখুম ফংদে মমৌদগী। ব্রাহৈদুনা। হেন্না মৈদা ঘী হৈজিল্লক্লবদা মৈচাক হেঙ্গৎলকই হিক্লা হিক্লা কপখৎলকই। মনেম চাউবীহনশু তৌফম খঙদে, তুমিন্না লৈরী। মতম অদুদা মখোয়গী থোঙ্গাল ওইরপ্না খোঞ্জেল অমা তারকই—

'অয়ো !'

'হুরানবা ফারে।'

চৈখোল অহুম মরীগী মরক্তা উপায় লৈত্রবা কনাগুম্বা অমগী খোঞ্জেল তারকই—'ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।'

শুমাং য়ৌরক্লব্রবা রাধাপিয়ারী হরাও মথোয় কানা হৌনা লাউরম্লগা চেম্থোক্লকই—'হাৎতোকও হুরানবা ! লৈকাইশে মহীক চেনবা, চেনবী কয়ানা মকোন শাদুনা লৈরবনে। ঙসিদি লৈকাই খঙহল্লশে !'

ইলেক্ট্রিক পোষ্টতা য়ৈবা খোঞ্জেলনা লৈকাই অদু পুংনিল নিল্লী—'কাং ! কাং ! কাং ! কাং ! কাং ! কাং !

লৈকাই মীয়াম্না কৈদৌনবা য়াওরবনে হায়দুনা খোঞ্জেল তাবদা অফিং অফায় ওইনা চেন্নরক্লি। কালা মতৈ-মনাওনা মখোঙ পায়দুনা ঈনা পুন্নুপ লুপ্লবা নুপা অমা চিংদুনা পুরক্লগা চাউবীহনখোয়গী শঙ্গোয়কী উখোং অমদা মখোঙ মখুৎ পুনশিন্দুনা থন্নমই। মখুত্তা পায়রম্বা ঈ তৈরবা ব্রাকোক্তু ইখোলদা লংথোকখ্রে। অদুগা মমিৎ ঈ কাবা মখৈ শাউনা য়েংলগা হায়রকই—'হুরানবা বদমাস ! নকোক্তু নশুং মরি থোক্লা থুগাইরগা লৈরোল চনশিনখিবদা মতিক চারবনি। অদুমকপু ঐ ইতৈমগী য়েংলগা কনবীরবনি।'

ইমুংলোমদা ওনশিল্লক্লগা নোং খাকপগুম লাউনা কৌরদুনা হায়রকই—'ইবোক ! পুখ্রি মপান লাল্লুম্বা হুরানবদো নশুনা ঙসিদি ফাজরে। নমৌ শকহেনবী

সতীদো ঙসিদি কনখৎপা য়াররোই, কপশিন্দুনা মরাল ঙাকপীবশু ঙল্লরোই। মপান্দা থোক্লক্কুনা অমুক্তা মিৎয়েং তাবীরনবা হঙ্গৎচরিয়ে।'

মতাং চানা সরকারগী মৈ লাকই। ইমুং মাঙ্গোল মমদুনা লৈরম্বা পুমঙান ঙানখ্রে। শুমাং-মাঙ্গোল লৈকাইগী মীশিংনা ঙাইহাক্কী মনুংদা থল্লরে। মখোয় মশেল হংনদুনা চঙনরকই—'কনা কৈদৌনবা য়াওরবনো খঙদেনে হৌজিক্কী কাং ! কাং ! মখোলদুবু।'

'ইবেম্মা ঐদি তূমথবতা ঙাইরিবনি। নখোয় তাদনা হৌদোক্লকই। করি তৌনবা য়াওবজাৎনো খঙদেনে। হৌজিক শুমাংদা লাউখিবা খোঞ্জেলদু কালাগী মাল্লি।'

ময়াম চঙনরকপগা শঙ্গোয়দা মখুৎ পুন্দুনা, ঈনা লুপ্লবা মীশক্কু উরকপদা অকি তূজুংনৈ। লাক্লিবা মীওইশিং অদু কালাগী মী ঙাক্তা ওইবনা মঙোন্দা চঙশিন্দুনা হংলকই—'মীওই অসি কনানো ? মহাক্না করি তৌরম্লবনো ?'

মদুদা কালানা নোক্লদুনা পাউখুমই—'পনবদা ইকায়জে, ভাই ! ইতৈম্মা উমাবতিগী থৱায়গী মবুংঙো লাম্লুম্বনি। ঙসিদি ঐনা লান্দাবা।'

'অদুদি কৈন্য কৎথোকপীখ্রশি নখোয়দসু মথা শাদনবা।'

ঙাইহাক হৌনা নোকমিম্নরুরগা হায়রকই—'অদুগীদমক্কী ঐনা মথ্বায় মঙা খাক্কুনা থম্বীরিবা।' মীৱা ঙাংনগনবা নুপাশিংনা লাউনা হায়রকই—'লৈকাই অসিদা অসিগুম্বা ফত্তবা থবকশি অমুক হন্না থোক্কনবা মরু কোকথোক্লগা কৈন্যা কৎথোকপীখ্রশে।'

উমাবতিবু নুংশিবীবা অহল অমনা লেপখৎলদুনা হৌনা য়ানিংদনা হায়রকই—'থৌদোক অসি ঐদি ইবেম্মা উমাবতিবু নুংশিদে হায়দুনা মরাল পীশিনবীবা মাল্লি। ময়াম্না ৱাহং পাউহং চৎথবিদনা ৱারেপ হেক্তা তাশিনবীগনু, ঐখোয় ইবেম্মা উমাবতিবু চপ চানা করম্বা নুপীনো হায়বা খঙজে।'

অহন্দুগী ৱা তাবদা রাধাপিয়ারীনা মীয়াম মমাঙদা চোংথোক্লক্কুনা পাউখুম্লকই—'ঐখোয়সু ইচে উমাবতিবু চপ চানা খঙজে, অবোক ! মহাক মনুং মপান নাইনা চৎপী লৈকাই অসিগী ফত্তবা নুপীশিংগী মরক্তা অমনি। থাজবীদ্রগা হৌজিকমক হোস্পিটালদা পুখৎতুনা মেদিকেল চ্যেক তৌহল্লুশি।

হংবিয়ু মশাদা ঙসি করি থোকখিবগে অদুগা শঙ্গোয়দা মখুৎ পুন্দুনা থম্লীবা মহাক অসি মহাক্কী কনানো ? মরম খঙদনা মরাল খৈদোকপীগনু।'

ময়াম্না—'অদুদি নুপীসু নুপাসু শুমাংদা পুথোকপীরকও অচুম্বা খঙদোক্লবা।'

ঙসায়মখৈ জ্ঞান তাদনা লৈরুবা থানিলজাও নুপী অমনা লব্রাইদা ঈশিং হৈথরকপদা ব্রাখল লৌশিং তপ্না লাকই। নুপা অকনবা অনীনা মখুৎ নামা নামা পায়দুনা পুথোক্লগা মোড়া অমদা ফমহল্লম্মী। কালানা মখুৎ পায়রিবদু থাদোকহল্লম্মী অদুগা মখজায় অনীদা নোৎ নোৎতুনা খুপাক্লা থাজিল্লগা হংলকই—

'নহাক নুংতিগী য়ুম অসিদা কয়ারক লাকই ?'—'শেংনা খুম্মু নৎত্রবদি ঙসায় ব্রাকোক্তুনা ?'

নুপাদুনা মখুৎ লোম্নরগা খুরুমদুনা হায়জরকই—'ঐহাক নোংমদা অনীরক্তি লাকচৈ ?'

'করি নচিন থীবা শেংনা খুম্মু।' কালানা মখোঙ থিন্দুনা ধমকি তৌদুনা হায়রম্মী।

'অচুম্বনি, অয়ুক্তা অমুক, নুমিদাং খুদিংগী।'

মাঙ্গোন্দা ফম্লীবী মনেম্না কপ্লদুনা খুম্লকই—'ঐহাক্লা অমুক্তসু উখিদ্রি ওইদবনি, নমথাক্কী ব্রাহৈনি। ঐগী ইমৌ সতীবু লৈখা তানবা শিনবা থৌরাংনি। ঐ মহাক্লা হায়রীবা ব্রাফম শুকয়া য়ানিংদে।'

কালানা লাউখৎলদুনা খুম্লকই—'ইবোক ! নুপী মখল য়াম্বনিনে। মশানা য়াদ্রবদা করম্বা লাইনো মনাক্তা চঙগদবা। ময়াম্নসু খঙবীরবা ব্রাফম্মী ইতৈমসি লৈশাবী মচা নত্তে। ইখৌ লাংবী মপুরোইবা কাইনখ্রবী, লুখ্রাবী অমনি। মপাম্থোংদা সতী শাবী। ঐসু ঙহান মখৈ নুপী মব্রানি হায়দুনা লৈথোকচরুবনি অদুবু ঙসিদি অশেংবা খঙলগে হায়দুনা লুমদুনা হুরানবা নুপাশি ফাজবনি।'

কপ্তুনা লৈরীবী উমাবতিগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হংলকই—'ইবেম্মা পাউশিবু অচুম্বা ? ঐদি মঙলানগুম্রে তাইবঙশে।' রাধাপিয়ারীনা চঙশিল্লক্তুনা পাউখুম্লকই—'অবোক, অচুম্বনি পাউখুমদু মানা পীবা ঙম্লরোয় ঐনা পীজরিবশিনি। ঐখোয় মীৎ নাবা কুইরে। ইপু ইবেনগী মমায় য়েংদুনা লৈরকপনি। নুপাশিনা ঙাইহাক লৈতনা লৈরক খুল্লক অসিদা চারবনি।'

মতমদুদা য়ুঙাওবা নুপা অমনা মীরক খাইদুনা চঙঙক্লগা মনাক্তা মখ্বাং পায়দুনা লেপ্লগা হংলকই—

'ইতৈমা ! ঐখোয় তাদদো পুলিস ওইজরন্নবসু মহা শাথুনি। করি অৱাৎপা লৈবদগী সতী ধর্ম্ম কায়হনগে খনবীরকখিবনো ? অঙাংনা কনানা য়োকহৌবা, ৱাখল য়াম্না থেনমল্লিকো ইতৈমা ?'

মতমদুদা ৱাধাপিয়ারীনা পাউখুন্নকই—'মদুগীদমক ঐখোয় লৈজরী করি অমত্তা ৱাবীরুগনু তাদা ! মসিতা থোক্লবা মহাক্না শীঞ্জবনি মহাক্কী অপাম্বদু থুংহনখ্রগা লোইরে।'

মকু ইরাবোৎনা চৈশু শুর শুরদুনা মঙ্গোন্দা থোক্লগা নীক্লবা খোঞ্জেন্দা হায়রকই—'ময়াম লাকপীরিবশি করিগীনো? ঐখোয় ইমৌ করিশু তৌদেয়ে। হনবীরো য়ুম য়ুমদা।'

চীনগনবা খরনা লাও হৎলদুনা হায়রকই—'হনুবা ! নঙনা করি খঙবগে নমৌগী লিচৎ ? নঙনা মাগী ওফিস কাবা কুম্বদা শেন্নরুরব্রো ? চঙখ্রো। ফমুংদা কাখৎতুনা তুমিন্না ময়ামগী কুম্মৈশে উদনবা লৈবীরু।'

অরেং অরেং পুথরবা ষণ গাড়িগুম মকুবোক ইরাবোৎ ৱা মখা তানা হায়বা ঙমখিদ্রে। মপি ইরা চেন, থম্মোয় কায়না ইমুং চঙলক্লুনা মখোল হৌনদি কপঙমদা তুমিন্না লাইমন ফাথদুনা লৈ।

উমাবতিবু নুংশিদবা কয়ানা হায়নরকই—

'অহিং থেংখিনবনি। নুপা ময়ুমগী মীশু তাকপীখ্রো। থবকসি লোইশিন্নবা, মহাক্না ঙমদুনা ইমুংদা থম্বনদি য়াররোই। ৱারোইশিন অমা পুরক্লবা হোৎনশি।'

'অইবা চেরোলদা বর-কৈন্যা অনীনা সহি তৌহনগদবনিকো নৎত্রবদি মমানা মপাগী তলব অদু অদুম লৌগে হায়রক্কনি।' খরনা হৌগৎতুনা কন্না লাউনরকই।

অকনবা মৌনহা অহুম মরী চঙক্লুনা ফম্মুংদা মচা কোন্দুনা লৈজরীবী উমাবতিবু মশানা য়াজদ্রবসু মখোঙ মখুৎ পায়দুনা চিংদুনা পুথোকখিবদা মপাঙ্গল শোল্লবী মনেম্না নুংশিরবা মমৌগী মতুং ইন্দুনা কপ্না কন্না মশূশিংগা মতুং ইন্নরকই।

'ইবেম্মা, ননেম্বু করি ওইরশিগেনে ! ফত্তবা কনাগী থৌইনশিন নহাক্না য়ারুরিবনো ? ঐদি তাইবঙদা মঙঙাক্লুরে ! পীক্লিবা নচা অহুম অসিগা নকু

অশোনবা অসিগা মতৌ করম্না হিংহৌগনি। পুখিগনো, ইমৌবু হিংচাবীশা! ইমৌদি মরাল লৈতবীনে। নখোয়বু মীনুংশি মরিক পত্তবরো ? কপ্নি মচাশিংসু - ইমা ! ইমাবু পুবা য়ারোই।'

অদুবু কনানা তাবিরি নখোয়গী ব্রাকৎ ? লৈকাই অসিদা নখোয় ইমাবু নুংশিবীবা কনাসু লৈরমদ্রে। অচুম্বা ব্রাকৎকী অচুম্বা বিচার নশূ নবেনগী পিরাং খরদুনা চমথোকপা ঙম্নরোয় শঙখ্রবা লৈকায়গী ফৎত্রবা ব্রাখলনা তৈশিনবীরখা মচুদা।

নমদুনা সহি তৌহল্লবা চেনা অদু বরগী মনাক্তসু ক্লবক্কী মীওইশিংনা পুশিন্দুনা সহী তৌহল্লে। বরদি হরাওনা ফম্নি কৈন্যাদি ফম্মু য়াদদুনা ময়াম ফানরি। অহল লমন খরা চঙশিল্লক্তুনা থেন্নগা হায়রকই—'ইবেম্মা নঙনা পামদ্রগসু অমুক হল্লকপদা লৈকাইনা ইম্বোক্কদবা নত্তেকো য়ারো য়ারো থেংখিনবনি।' মহাক্লপু নুংশিবা অহম্না লোম্না হায়রকপা ব্রাফম্নি।

মীওই খরনা কৈন্যা কৎনবগী পোৎলম মাংদা থম্নরে। কৈথেল নঙনবা লেংলকপা লৈগী পরেং মমায় মমিৎ ঈনা লুপ্পবা থানিলজাওনা মখুৎ মক্কা লৌরগা মশানা য়াজদ্রবী উমাবতিগী মতা ফরবা ঙকশমদা তপ্না হুকচিনবী। মদুগী পাউখুম কৈন্যনা পীদ্রবদা। মনাক্তা শেম্নরীবী লৈকাইগী মৌ নহাশিংনা নম হাদুনা পায়হল্লগা বর অদুগী ঙকশমদা হুকহনগে তৌরকপদা মতৌ য়েংবদা ঙমদ্রবা মচা নুপা রোবিনসম্না চেনশিন্দুনা মতৎ থদৎলগা লংথোকপ্রে। মতৌ অদু উবদা কালানা মী থাজিল্লুক্তুনা অঙাংশিংবু মমা মশক উদনবা ইমুংদা থোং লোনশিন্দুনা থমহনখিরম্মী। ইমুংদা লৈরম্বা মপুগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা মখোয় মশেল ওনশিন্না কপমিন্নদুনা লৈখি।

'পুপু ! ঐখোয় ইমাবু ফত্তবশিংগী মখুত্তগী কনবীয়ু।'

'পুপু ! ঐখোয় ইমাবু কনবীয়ু।'

শোল্লবা মপুনা মশূশিংবু চেৎনা কোল্লগা হায়রকই—

'ইশূশা ! নপুগী পাঙ্গল য়াওদ্রেনে, ঙসিদি। কপকনু নমাগী পুক্লিং নুংঙাইরোই।'

মতম অদুদা নুপা ময়ুমগী মীওইশিং থুংলরে। তিন্দুনা লৈরম্বা মীয়ামদা মপানা মচাগী মরাল ঙাকপীনবা লুপা লিশিং অমা কৎতুনা হায়জরম্মী।

'ময়াম পুম্নমক ইচাগী ইরালবু ঙাকপীয়ু। মহাক্কদি মমাদা হায়জরকখিবা কয়ারক্লি। অদুবু ঐনা মচা অহুম লৈরবী মৌনি হায়দুনা চৈহৎ-লাওহৎতুনা থমখি। ইচাগী পুক্লিং মপানা খঙলুদ্রে। ইবেম্মা উমাবতিবু ইমৌ ওইনা ফংজবদি লাইবক ফবনি। মহাক্কী মচাশিং ঙসিদগী ঐগী ইশূ ওইবদা ময়াম্না অয়াবা পীবীয়ু মসিমতংগা নীজরি।'

মপাগী ব্রাফম অদু তাবদা কালানা য়ানিংদনা খুম্নকই—'ব্রাফম অদুমদি ঙাকপীগনি। মপু-মবেন ইচাও চাউনা লৈরী অদুগা মখোয়না শোল্লক্লবা মতমদা শাগৈগী মপা মতোন ঐখোয়না য়োকচগনি।'

ব্রাফম অদুদা য়ানরদুনা বর গাড়িদা কাখৎখ্রে। কৈন্যাদি কাখৎলু ময়াদ্রবদা ময়াম চঙদুনা কপ্পা লাওবা মরক্তা গাড়িদা থাঙ্গৎতুনা ফমহনখ্রে। অকনবা নুপাশিংনা ফাদুনা থমখিবনা উপায় লৈখিদে। গাড়ি চৎখ্রে। মনেম চাউবীহন মমৌবু পুখিবদা খাম্বী থক্তা ভৌরিবা লেমলৈ ঙাগুম ফ্রং ফ্রং চোং-লাউদুনা লৈহৌই—

'ঐগী ইমৌ থম্বীরম্মু। ঐহাক ইমৌ লৈত্রবদি হিংবা ঙম্লোইয়ে। পাক্লাবা মচা অহুম কনানা থাকপীগনি। ঐখোয়দি শোনজিল্লকপনা হয়েংতা ঙাইরবনি। ইশূ অহুমগী পুন্সিবু কনবীয়ু। কনা কনা লৈবগে ঐগী ইমৌবু অমুক্তা ফগুবশিং অসিগী খয়াৎতগী কনবীয়ু। পূম্নমক নমথাক্লি।'

মহাক্কী মতৌ উরগা কালা মতৈ-মনাওনা হৌনা নোক্তুনা অইবা চেনাদু পায়দুনা লৈহৌই। ইমুংদনা মশূ মপু ভেংথাদুনা কপমিন্নরি। ময়াম্না কৈন্যা কৎপগী থৌরম লোইশিনখিবগা হরাউ হরাউ লুপা লিশিংদু নুপাশিংদা লুপা চামঙা, নুপীশিংদসু লুপা চামঙা কাইথোক্লরগা পায়দুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে।

খঙহৌদনা তারকপা নোংনা লৈত-লাইর থিরক্লবদা, তূমথবা য়াদ্রবী চাউবীহন নাকন্দা তূম্লিবা মশূবু নুংশিনা চুপ্পী। শিন্থরম্বা পিরাং তপ্পা তৈথোকই। মনাক্তা থাল্লম্বা পোদোন মৈখেৎ খেৎতুনা চূখৎলি। তপ্পা মারদুনা মাগী চৈশু পায়রগা মমৌগী কাদা চঙলকই। অশিবগুম থবক ব্রারুবগী য়াতাজরিবা মমৌগী মায়থোংবু কাংখল হাইদোক্তুনা লোম্না য়েংই। শিন্থরক্লিবা পিরাং মরক্তা তূম্লিনা মমাগী মনাক্তা মমাবু চেৎনা কোন হিপ্লীবা মশূনপীবু মমি শাম্মি উরী, ঙাইহাক পেম্না য়েংলম্নগা মমৌগী কাংখল অমুক য়েপশিনবীরমই। পিরাং ইঙাগী

নোংহৌগুম শিন্থ্রকপনা মখাদা লৈরম্বা মশূ অপীশক্কী শেন্দল মচাদু উদবনা খুরৌ থাং মমৌগী ফম্মাংদা চৈশুনা ঙাকপা নঙহৌদ বম ! লাউনা অকনবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ন্না তুশিল্লম্মী। খোঞ্জেলদু অনকপদা ওইবনা মমৌ উমাবতিগী নুংঙাইরবা মঙলান কাইখ্রে। মিৎকপ থোক্লক্কুনা তুরিবা মনেমগী মনাক্তা কাংখল হায়দোক্কুনা ফম্মুংদগী চোংথরক্কম্মী। থাউমৈ পোদোনবু মফম চানা থম্লগা মনেম্বু তপ্না হৌগৎলি । মুৎশিরবা থাউমৈ মৈঙান্দা মনেগী মিৎলুদগী শিন্থ্রম্বা পিরাং অদু উরকখি। মদু মমৌনা তপ্না তৈথোকপীরগা হংলকই—

‘ইমা ! শোকপ্রা?’

মনেম্মা মমৌগী নীংথিজরবা মায়থোংবু পেন্না য়েংলগা লৎলবা ৱাহৈনা পাউখুম্লকই—‘শোক্তে, ইবেম্মা!’

মখাতানা মমৌনা হংলক্কিঙৈ হায়রকই—‘ইবেম্মা মঙ য়াম্না নুংঙাইরমদে। মরম অদুনা ইমৌগী মনাক্তা লাকপনি।’

মমৌনা তপ্না খুম্মী—‘ঐবু হৌদোকপীরক্লবদি ফগদবা ?’

মপি ইরা চেন মনেম্মা খুম্লকই—‘ইবেম্মবু তুম্বা কাইহন্নিংদবগী হৌদোক্লমদ্রবনি।’

মনেম্বু মুন্না য়েংই অৱাবগী শাংলবা শ্বর অমা শাংনা হোন্থ্রুরগা হায়রকই—‘খংদ্রে ইমা ! মকু মঙনি খন্দোকপীরো।’

মনেম্বু কোনখৎপীদুনা তপ্না হৌগৎমিন্নে। মনেম্মা চৈশু পায়রগা হায়রকই— ‘ইবেম্বা য়ারে, পোখাজহৌরো। ইশূতোম্বী হৌরক্লগনি।’

মনেম মখোঙ শেক্লি শেক্লি মাগী কা য়ৌননবা চৎখ্রে। মহাক্না ফম্মুং চঙদুনা তুমিল্লা খলহৌই—‘করি মঙলানবু ওইরিগবা ?’ ❑

# লম্মুক্নরবী থব্রায় চেক্লা

পীয়াইনুগী থব্রায় য়াওদ্রবা শমু হকচাং গাড়িদগী থাংথদুনা কোম্থোং মচি ওইরপ্লা থমই। লৌবা চৎপা নংহৌদ্রবা মপারী মৈরাবা অপোকপী পলেমবু খুরুমজনবা অঙাওবা মীশক অমগুম্না চঙশিল্লকই। মচেশিংনা মহাকপু মমাগী ফিভম কায়রবা শকফম অদু হাইদোক্লুনা য়েংদনবা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌরদুনা হায়রম্মী। অদুবু নিশা খরা হেঞ্জিম্না থকচিল্লুবনা ঈঙ্গিৎতু উবিখিদ্রে। মহাকনা ঙমদুনা য়েংলমই। মমিৎ অনী কোৎথোকখিবগী মফম লশিংনা নমশিল্লি। শেমজিনবা লোইদ্রিবা লাইখিবীগুম চাউফোৎ ফোৎচিন্দুনা লৈরবা মমাগী হকচাং উবদা খাংফম খঙদনা শাউপ্রে, ওনশিন্দুনা মচেশিংদা হংলকই,

‘ইচে ! গাড়িনা শোকপবু অসুম্না তৌব্রা ?’

কপ্লা কপ্লা মচে অহন উমিলানা খুম্লকই—‘ইবুংঙো ! ইমানা থব্রায়গা হকচাংগা কায়নরমদাই মহাক্কী শিজিম্নবা য়ারিবা হকচাংগী কয়াৎশিং লেম্না পীথোক্লম্মু হায়বদগী মীৎ অমসুং কিন্দনী অনী ডাক্তরনা লৌথোকহৌবনি।’

ব্রাফমদু তাবদা অমুক্তা হেন্না থম্মোয়দা মৈচাক হাপ্তুনা ওন্না থোইনা লাউখোংদুনা কপখি—

‘নীঙম্নক্তরে ইমা লাইবকচাউবী। হল্লক্লরোইকো অমুক, নচাগী মল্লবা খাঙপোক্তা !’

মীকপ-মীরাওখোল মরক্তা, য়েংলি পীয়াইনুগী থব্রায় চেক্লানা কায়নরবা মহাক্কী শমু হকচাংদা নীংঙাইদনা। হান্নদগী শেম শাদুনা লৈরম্নবা শীংলোন তরেৎ থক, হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী, তরেৎলক কোয়না চৎ, শন্দুক থক্তা য়াতাহন, খাম্বী মৈরীনা ব্রাই, তপ্লা তারক্লি তাঙ্গোয় ওন, হৌরকফম মালেমদা তীনখিম্নবা অশুম !

*অব্রাবা নত্তরে আম্লাগী, চৎনরিবা তাইবঙ লিচৎ !*
*কুমগী নোং নত্তে, তারক্লীবা লাইজ মীৎলুদগী,*
*পিরাংনি চেম্থরকপা কায়রবা থম্মোয় লকানুং,*
*হোয়াবা ঙমজদ্রবা থাজদনা থোকখিবা থৌদোক্কী !*

*লেপ্তুনা হায়জরি মচাশিংগী মনাক্তা চঙশিন-খাম্মু ইচাশা ! খাম্বী মৈশে মুখৎলু, ব্রারে খাংবদা মৈচাকশে, লৈররোই অমুক কাইদোংফম ঐহাক্কী।*

মহাক্কী মচা কনানা ব্রাফম অদু তাবীদ্রবদা হুমাই পাইরিবা মীদুগী মখুৎ পায়দুনা খামজৈ পীয়াইনুগী থব্রায়না। অদুবু খাম্বা ঙমখিদে। মৈরী ব্রাংনা মৈচাক ফনা পীয়াইনুগী শমু হকচাং অমনবা চাকখ্রে। মথক্তা খল্লীবা চন্দোব্রানা ফর ফর হাই খাঙলি।

হে থব্রায় চেক্লা ! পাইখ্রো মপু নাক,
লৈরগনু য়েংদুনা অমুক অমনবা পিঞ্জরানি কাম্নদ্রবা !

*** কয়াদা ব্রানা য়োকপীরকখি পলেম-পম্মৌনা, ঙসিদগীদি লোইরে ঐগী নুংশিরবা হকচাং। মথন্তা তিঞ্জখ্রগদবা মালেম লৈশাদা, ঙাইঙমদে নখোয়, হে নমু তাইবঙমী !

হিঃ করিনো নুপা অসিনা তৌরিবসি ! মচিন তুম্না ইৎলবা চৈশাং অসিনা হন্না হন্না থীল্লি কারবা ইশা অসিদা ! মৈচাকশি খাঙলিঙৈ, চৈনাসি অমুক খাঙখিবা তারিব্রা ? এ ঃ করিগী পুশিল্লক্লি থৌরবা শীংজং, অচৌবা ? কল্লবা শয়ী উয়ুং উতুপ খাইগদবা অসিনা খাইগদৌরিব্রা ঐবু মচেৎ মচেৎ তানা ! ওঃ ফত্তেদা তাইবঙমী ! খনবীদে থব্রায় ঐগীদমক, থেনমল্লি পূক্লিং নখোয়গী। ঐনা কনাগী মফমদা ব্রাকৎলুগনি। অশুম খাঙজবা তারব্রা পূম্নমকশি ইথন্তা !

অব্রাবনি ! থারিবা মৈ, য়ূমথোংগী থোঙ্গাল খুদিং, মৈরা নত্তে কৎলিবা ঐবু মখোয়দা চঙহন্নীংদবগী থানরিবনি। ইপাল ফরিঙৈ তাইবঙদা, ইখোং কোল্লখিবা ঙাক্লি কনবীননবা, অব্রাবা তারকপদা। খৎনবা, চৈনবা ব্রাতেম্বীরম্বা ঐহাক্লি। কাউখ্রে ঙসিদগী পূম্নমক মঙলানগুমখ্রে। মতমদুদা মনা পুংলবী স্না-খোংনাঙ লাইওইবীনা ঙসিদি তরাম্না পীয়াইনুবু কৌরক্লী।

— হো ইমোম লাংলেন নুংশিবী, লাকখোও পাইরকখো থব্রায় ইনাক্তা, কাইদোংলমখো ফৈরাথক, নাওকোঞ্জগে পলেম শক ! য়াংদৌ মীকুপ অমতং পূকমেন পাউমেন্নখিশি। মতুংদা উনবা উনদবা নোংদম মপুগী লীলা তম্বা ঙমদে-এ !’

নাইতোম তারবা থব্রায় ঙসিতা খঙলকই স্না-খোংনাংসু থব্রায় পানবীনি। খোইথুম্নবা ব্রাহ্নেনা মীকৌরকপা হোয়াদাবা ঙমখিদে পীয়াইনুগী থব্রায়না মালং ঈথক ইপোমদা শাখপ তম কাইদোংলখি ফৈরাথক। মোমোন নোক্লা পাউদম্নকই—

'পলেম ইমা লাইওইবী ! ব্রারৌবীগনু নমোস্তু, তাইবঙ মতৌ উবদা কাউথোকলুরে পলেমবু !'

'নুংশিদ্রবা লাইবুংশে খুঙ্গংশিগী, চহি কুমওল লাকপদা, ইমোম্না লাইগী থৌগল জগোয় কৎপদো উরিএ ঙসিসু শঙ শঙনা ! কাউফদে নবুধৌ-নবেনধৌ, লাইরেম্বা-লাইরেম্বী অনীবু ইমোম্না !'

'করি য়ব্রানো পলেম ! নমোমদি লমুক্লরবী থব্রায়নি, চঙজফম লৈত্রবী, য়েংবীয়ু তাইবঙ থোংসু লোনখ্রে, মপু থোংসু হাংদরি, লমশি তারবা হকচাংগী থব্রায়নি কান্নদ্রবা।'

'করিগী ব্রারী ইমোম ! নমা স্নাখোংনাঙ লৈরিঙে ? নাওকোনবীগে ইথানুং চেৎনা, মপুগী শিন্থা ফংদ্রিফাওবা। মাংফরোই থব্রায় অরেম্বা, লৈকাই সমাজগী য়াইফনবা, য়াইতোং খমদোংবী কখোকপা থব্রায় কয়াগী পুকচেল চাউবী ইমোম্নী, অরেম্বা, ব্রাগনুও হে থব্রায় !'

'পুকচেল চাউবী পলেম ও ! শান্নজগে নশাদা য়ান, অহিং নুংথিল। অদুবু ঐগী অঙাওবা ইচানুপা অদুদংদি কমদৌরি, য়েংজরুখিগে। অমুক তন্ন হঞ্জরক্কে, হোয়াবীয়ু পলেম ও !'

'হোয়ারে ইমোম ! অমুক তননদি হল্লকউ !'

অয়ুক থোক্লম্বা কোরৌ, নোংচুপ মায়কৈ তম, লোইবী চীংদোল মরুম থুপ পোথাখ্রে। অমম্বা লাইনা অকিবা পুদুনা খোংদোইরক্লে। য়ু ঙাওজরবসু মৈরাবা মমাগী মোংফমদা থুপ থাউমৈ কৎম্নবা হোৎনরি। অদুবু মমাঙদা লেপ্লিবা মমাবুদি উবা ঙমখিদে। মমানা খঙহনীংবদগী মালং শাহুম পীদুনা মৈখেৎ মচৈদো চাকপা মৈরী অহুম মরিরক মুথৎলি। মচানা ঈঙ্গিৎ অদু খঙদবনা হন্না হন্না মৈখেৎ উপুদা চৈ থাংদুনা মৈ চুখৎনবা হোৎনরি। মমৈথংদা পীয়াইনু হন্দোক্লুনা লেপ্লগা মচাগী মতৌ য়েংই। মৈরাবনা থুপ-থাউমৈ মমাগী মফমদা

কৎলি। নীংঙমহৌদ্রবা ব্রারী, মীৎমাংদা মথং মথং উরকপদা পেলহৌদবা পূক্লিংনা পুরকখি পিব্লাংগী ইহৌ শীস্থরকই অরেপ্পা লৈতনা জ্ জ্ জ্, খাঙবদা ব্রারবা থম্মোয়না পেন্না অমম থরৈ কুমখ্রবী পলেম্বু তেংথারকই—'ইমা নচাবু ব্রারৌবীগনুকো।'

শিবগী লমন তোল্লবা তাইবঙনা, খৎনখিবা, লাওনখিবা, কয়া কায়নরবা মতুংদা নীংঙম মৈরীনা ওমচাকনা, তেংথা নাওইনা কপ্পী, পুক্লিংগী অব্রাবা কোক্লবা, মতৌবু থব্রায়না উরগা করি খল্লমগনি ? তাইবঙদা লৈমিন্নরিঙৈ মমাগী পাউতাক নোংমতা লৌখিদে। কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকপগী মহৌশা; লৈকাই খক্তনি খঙবীখিবা মমাগী অব্রাবা। মপুরোইবনা হুন্দোকপীরন্নবীনি নৌনা, মমোম অনী, মপারী অমা খুদোল তম্বীরন্নগা। অখাঙকনবী ওইবনা মচাশিংবু মহৈ নীংথিনা তমহনখি। মমা লৌবী মচা নিংঙোল অনীনা য়ুন্নেপ চারা তমখ্রবা মতুংদা পীবা চামা হেন্না তেংবাঙলকখি। নশাদা ইব্লাক্লরবা মৌপ্পাবু, কনবা ঙন্ন বা মচে অনীনা য়ুন্নেপ চারা তমহনখি। অদুবু অতনবা অমদা ইনাকখুনবা চামানা শৌগৎপীরবসু ঙমদে মতাগুম লৈরকখিবা মৈরাবনি। ঙসিদি থব্রায় ওইরবী পীয়াইনু মচাগী মতৌ য়েংঙন্নকখিদে। শিন্থরি পিব্লাং, শিন্থনবা য়াওদ্রবসু মালংদা নুংশিনা নান্থবীরি খঙবীদ্রবসু মপারী মৈরাবনা, হায়রি ব্রাহৈ খরা পাউতাক্লুম তাবীদ্রবসু মচানা—

'থক্লুরনুকো য়ুদো ইবুংঙো ! নশক্লু য়ুমাই চেল্লে। নচে অনীসু ব্রাজরবনি। মপান লমদা পুদুনা লায়েংলুবদ পৈশা য়াম্না তিংখ্রবনি। অদুক ফজরম্বা নশক্লু করি মাল্লবগে হৌজিক। নশাগী নৎত্রবসু পীক্লিবা নচাগীদমক খনগদবনি। হৌগৎলো ইমা পেল্লেকো। অইংবদা কুইনা হিপ্পবদি শোয়দনা নারক্কনি।'

কপ্পদা হৌগৎপা ঙমজদ্রবা মচাদু করম্না হৌগৎলসিগে খল্লিঙৈ তাঞ্জা অদুমক্তদা লৌদা হার চাইরুবা য়ুঙাওবা অনী লম্বী থুংনা হাইরদুনা কারক্লি। নুংঙাইবা সংসারনি, নিশাগী ঈপাক, অকি-অখঙ লৈতে মখোয়গী তাইবঙদা ! পীয়াইনু মোংফম মপা য়ৌরকপদা হাইফেৎ লেপ্পগা য়েংশিল্লুবদা কিগন্দ্রবা মখোয় অনীমক কোক্তগী খোঙ ফাওবা তূ চুংখিবা খঙহৌদে। মুৎলি মুৎলি ঙাল্লি কেন্দল, লেংলি লেংলি তৌরি মৈরাবা। অহানবা উরকপা নিপাদু কিগনবা ওইবনা হৌনা লাউ, মরুপ অমদুদা কোনশিল্লগা পাখৎনা মক্লাপ নীক্লা হায়রকই—

'মরুপ, কনানো মোংফম মনাক্তা অমা তাদুনা লৈরে।'

কিগন্দ্রবা মীদু অকিবগী মতৌদুদা কিহনখ্রে। মখোয় অনীমক হৌনা লাউমিন্নরগা চেনখ্রবদা কিগন্দ্রবা অমদুসু মতৌদুদা পাখৎখি। মন্নাও মচানা মমা চৎখিবদা খোংদুনা মপী মতুং ইন্নবগুম ময়ুম য়ৌননবা অমনা অমুক কৌ, অমনা অমুক কৌ চেনখ্রে।

ঙাইহাক য়াতারিবা মৈরাবা, অকিবগী খোঞ্জেন্দা পাল্লম্বা নিশা কেনখ্রে। হৌগত্তুনা হাইরং তুরং খোঙকাপ চাওকান কান থোঙ্গাল য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। মমানা মতুংদা ইন্নরকই। মচানা কোম্থোং লোনশিনখিবদা মমাগী থব্রায়না মচানা চঙখিবা য়েংদুনা লৈহৌবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। ঙাংনবদি তারি, ইমুংদা মচানুপী অনীগী খোঞ্জেল, খন্নরি মহাক্কী অষ্ঠী, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শোন্নবগী ব্রাফম।

মচে লিক্লাঙম্বনা মহাক্কী অপাম্বা ফোঙদোক্লকই—'ইমাদো য়াম্না ব্রাজখ্রবনি। শ্রাদ্ধ চাউনা শোন্দবা য়ারোই। খবরদা হাপ্তুনা লৈবাক প্রজাসু খঙহনগদবনি। য়ামদ্রবদা পলা নিপাল, পুংয়েবা অনী, মোইবুংখোংবা অনী, মসিগী থৌরাং ঐখোয়না তৌগদবনি।'

ব্রাপাংলদুনা মনাও চন্দ্রমুখিনা হায়রকই—'হৌজিক্তি চৎনবী অমা ওইনা শ্রাদ্ধ নুমিত্তা চাননবা পোৎতুগা লোয়নবা গমশা নৎত্রগা ইনফি অমমমসু তৌনরবনি দক্ষিনাগা কোম্নবা। ব্রাফম খুদিং কক্লগা মৌপ্পানা ঙাওরি ঙাওরি হায়রকই, ঐদি য়াম্না শম্বদা লাইরিক্তমক তৌরগা লোইশিনবা প্যমই।'

মচে চন্দ্রমুখিনা খোইশাওনরদুনা হায়রকই—'ইবুংঙো ইমাসে অনীগুবা নত্তে। মহাক্কী অরোইবা মথৌ-মঙম পাংথোকপদা মচা ঐখোয়না চিংনফম থোক্তে। নহাক্কী হায়ববু শুমাঙ খক্তি পুথোকউ। অতৈ নচে অনীনা পূন্নমক শিনগনিকো, লৈখিদ্রবা থব্রায়দুগী আত্মা শান্তিগীদমক্তি ঐখোয়না শিন-লাঙ্গদৌরিবসি।'

মচেগী ব্রাফমদা মৈরাবাময়া কুমদুনা হায়রকই—'হোয়, হোয় ঐ তুমিন্না লৈজরে। ইচে অনীগী মফমদা পূন্নমক শীন্নজরি।'

মরক থৎনা মচেদোন চন্দ্রমুখিনা মচেদা ওনশিন্দুনা হংলকই—

'ইচে ইমাগী ফুল লৌবীহৌব্রা ?'

'লৌহৌবনি শঙ্গোয় মচিদা য়ান্দুনা থন্নিবনি।'

ঙসায়মখে তাদুনা লৈরম্বা পীয়াইনুগী থব্রায় মীরেল তুমিন্নালৈবা ঙমশিল্লক্তরে মথন্তা শোঙ্গে পেন্দনা, ওস্থোকপনিদকো ইচাশা! অপোকপী নমাবুদি কৌশিন্দনা ঐগী শ্রাদ্ধগী মরমদা খন্নরি। করি কান্নগনি, পুংয়েবগী চোন্ত্রোম, মখোন ফবা ঈশৈ পালা য়াম্বা, মোইবুং খোংবা অনীদুনা ঐগী থব্রায়বু শান্তি ফংহনবা ঙমগদৌরিব্রা ? কল্লিঙৈ, তাইবঙদা লৈরিঙৈ নোংমতা ইমাগীনি হায়দুনা ঙা চরা অমতা, শঙ্গোম লিক্লি অমতং থিল্লক্তবী নখোয়না ঙসিদি ঐনা পামজখিবা খেচরি, তল কান্নদবদা ইনফি তৌগদৌরি। তাঙ্গোয় ওল্লবা লাইবক্কী শরু মচেৎ অদুনা ইরমদমগী শেংলবা লাইফমশিংদা থাদগেদি হায়দনা মীরমদা ঐগী ফুলদু থাদহল্লুগদৌরি। মদু নমাদি পামজদে, পুবিখিগনু; অদুগী শরুক নপাবুংগী মোংফম খুয়া খাদা ফুমজিনবীয়ু মদুনা নপাগী সেবা তৌবা শকচগে। মসিদগী হেনবা অশেংবা মফমদি অতৈ অমা লৈররোই নুপী ওইবীগী।'

চন্নবা থব্রায়গী মব্রাহৈ তাইবঙ কনানা তাবিখিদ্রবদা খৈদোরকই ? নীংশিংলকই মপাম লমদম লমনুংশি। থাবল ফরবা অহিং নীংথিজরবা মালেম য়েংখি য়েংখিবদা ঙসিদি মীৎলুগী পিরাংনা লুপখ্রে। শংবান্নরবা খারি লবুক লমক্মাং অপাকপা কৌরকই খুৎলাম তোইনা পীয়াইনুগী থব্রায়বু।

পাইরক্লে শাখপ তম্ন-মপাম লমদম, উরক্লে পূম্নমক অদুঙৈগী মতারোই কয়াগা শান্নমিন্নখিবা লম্পাক। অমুক য়ৌশিল্লকই মহাক্লা অহানবা ওইনা শীন্দম্নকখিবা লোং ভুঙ্গোল মচা পায়, কোকশেৎ অচৌবা অমা য়েৎ, তনৌরবী খোঙনা তফিং তফিং কাও, লেমলৈ ঙাম্মী থেমখিবা মফম মতারোইশিংগা, ঙসিদি উবদা কয়াদা পূক্লিং হুরিবা ! অমুক য়ৌশিল্লকই, পামুবা মাগা অহানবা উনখিবা মফম, মিৎকা মিৎকা মিৎচান্না, নুংশি পাউখোং চন্নখিবা, পুন্সিগী অহানবা খোঙথাং ...।

কুইরে লাকখিদবা, পূম্নমক হোংলম্রে; পলেম-পম্থৌনা লৈরিঙৈ, তৎতনা লাকলম্বনি। অদুবু মখোয়না থুপশ্রবদা, থম্মোয়গী লংলা তৎখিবনা লাকনিংবা কয়া লৈরবসু লাকখিদবনি। কমদৌরি ইবুং কুঞ্জোনা ? ওঃ পাল্লু, পাল্লু কোনুংগুম নুংঙাইন হোৎনজবা। মৌপ্পা বিদুরগী কোম্থোং মপা য়ৌরকপদা খৌতক তৌজে, পম্থৌনা শেমলম্বা কোম্থোং শেমজিনবিদনা তেক্তুনা কীন্থরে। তাইবংদা লৈরিঙৈ

নোংমতা চৎপা ঙখিদবা মপাম থব্রায়না য়ৌশিল্লক্লি ঙসিদি তপ্লা তপ্লা। সঙ্গোই অচৌবা কিন্থরমলে; অদুবু পৈরবসু পৈনা পম্থৌ শঙ্গায় অমনবদি উখোং কয়ানা ঙাক্তুনা লৈরম্মী। নুংতি নুমিৎ খুদিং মতারোই কয়াগা চেংহি শম্বাল লাংলম্বা পৃথ্রি অচৌবদি লৈরমদ্রে। মৌপ্বানা ঙাওশিন্নবা মীশক ওইদুনা মীগী দুকান শাইজিন চেকপল ব্রাংনা খাগৎতুনা লৈরমলে। ঙসিদি মপুনা লৌতাংবা ওইরমলে। নুমিৎ খুদিংগী ধুপ-থাওমৈ থারম্বা ফজরবা চম্পা-তোল্লা ঙসিদি শেমজিনবীদবনা চেকতেক খরনা ঙাখৎ তুলশি চার অমত্তং তুরোই ঙামলোই হৌরমই। করম্নবু হিংলিগবা? হে চাকয়াম পোকপা ইবুংঙো! নোংমতা চৎথোরকপা ঙখিদে নচেসু, লৈকায়গী থৌয়াম পুরুবনা!

চুরি তাফমদা লেপ, শিন্থনবা য়াওদ্রবা পীরাং, শুংলি কুমগী নোংহৌগুম, থৌদোক কয়া নিংশি নিংশিং। তাওথম্লবা ব্রারিনি ইচেলদা, খল্লবদা কান্নবা ফংলরোইদবা মায়াগী! নুংঙাইনা তুমখুল তান্দুনা পোখারমই মৌপ্বা বিদুর। কাংখল থাদদে, কাংথোল অপৈবা অমদা ফৈরেং তুরেং অশিবগুম তাদুনা লৈ। চাওরাকখিবনি মনমদা, মমানা নৌনা কায়নখিবদগী। মচিন কনবী অমা পুশিল্লকখিবদগী তৎনখিবনি মচিন মৌপ্বাগী নুংশি লাংলা।

'লৈহৌরোকো ইবুংঙো! তাইবংদা লৈরিঙৈ লাকঙমখিদ্রবা লাকলিসিনি থব্রায়গা হকচাংগা কায়নরা কানদা ননাক্তা। হল্লগে নচে ঙাইরন্ননি পলেম শকপী সনাখোংনাং লাইওইবীনা লাইবুংদা।' ❑





| | | |
|---|---|---|
| খোংদারকপা কুম | ঃ | ১৫ ।১০ ।১৯৬২ ইং |
| কোলোয় | ঃ | মনি মৈকাম |
| লৈফম | ঃ | লুকের মনিং লৈকায়,<br>বিঃপিঃওঃ হাওরং কৈরেল,<br>পিঃওঃ লাঙজিং অচৌবা,<br>ইম্ফাল ৱেষ্ট ৱান, মনিপুর<br>পিন নম্বর - ৭৯৫১১৩ |

নায়োক-নাওকোনবীরম্বা ঃ খোমৈ মৈকাম

| | | |
|---|---|---|
| নাওকোনবীরিবী | ঃ | ঙাম্বী দেবী |
| লোইনবী | ঃ | শুবদনী দেবী |
| পারীশিং | ঃ | ধন্যাশ্যাম অমসুং বিক্রমজিৎ |
| ইমোম | ঃ | জসমা মৈকাম, |
| মহৈ | ঃ | হিন্দী গ্রেজুয়েট |
| শিনফম | ঃ | ওঝা |
| ফোংপ্রবা লাইরিক | ঃ | ‘তেংথাখোল’ |
| ফোন | ঃ | ৯৮৫৬২৫০৮৯০ |